# শ্রীতোম্বা অমসুং কৈ

SELECTED PLAYS
OF
KHUNDRAKPAM BRAJACHAND



KHUNDRAKPAM BRAJACHAND MEMORIAL TRUST
IMPHAL

***Shri Tomba Amasung Kei***

(Selected Six Plays of Khundrakpam Brajachand)



*Publisher*
Khundrakpam Brajachand Memorial Trust, Imphal
Reg No 1744 of 2008
Watham Leirak, Thangmeiband
Imphal - 795 001, Manipur
E-mail brajachand trust@gmail com
www brajachandtrust weebly com

First Published June 28, 2009

ISBN 978-81-907048-0-9

Price Rs 150/-



অহানবা ফোঙবা : জুন ২৮, ২০০৯

মমল : লুপা ১৫০ /-

Cover design and illustrations by Korou Khundrakpam

Typeset at
Jagdambee Printers, Tera Sapam Leikai, Imphal - 795 001

Printed at
Lamyanba Printers, Konung Lampak, Imphal - 795 001

"অথেঙবা গাড়ীদা ল্যাকপা নিপা, নহাক্কীনি চিঠিসি"

# খুন্দ্রাকপম ব্রজচান্দ সিংহ

## (১৯৫২-১৯৯৭)

**শরতচান্দ থিয়াম**

অফবা মী হায়বসিদি লাইনমক হেক পামই হায়বদু ব্রজচান্দগী মফমদা থোকখি। য়াম্না ঙাইঙমদবা মতাদুনি। নংহৌবরোই মতাগুম চহী ৪৫ খক্তা হায়বিঙেদা হিংথৎ থৎখি। মসিদনি পেলহৌদ্রিবা মীয়াম্না। মসিদনি ৱারৌহৌরিবা শেম্নীবা মপুবু। কবিগী অসূক য়াম্না ঙাইঙমদ্রিবনো। মঙোন্দা আশা ময়াম অমা থমখি। অনৌবা অওনবা মণিপুরী থিয়েটর অমা পূবকপদা ব্রজচান্দদগী মীয়াম্না আশা যাম্না তৌনখি। আশাগী ময়োল চোংবা হৌরকপদা নংহৌররোই মতাগুম পবপ পরপ লৌশিনখিবদনি পেনহৌদবা ময়াম্না থম্মোয় চাক্না নূংগী মূর্তিগুম লেপতুনা লৈহৌবিবা।

পলেম পম্ৌনা থাজখিবনি করিনো অমদি সূকসোই সোইদনা তৌরক্কনি হায়না। কবিগীদি থাজবোই নুমিৎ থা কনখ্রবা লমতাগী অহানবা থাংজ নুমিত্তা খোইবি নাওফম তারগবু। হায়নরিবনি নুমিৎ অসি। নুমিৎ অসিসু মণিপুরী থিয়েটবগী তাইবংদা মশেক মঙাল নাইনা ইদুনা লৈহৌবগদবা নুমিৎ অমনি। নুমিৎ অদো খৃ. কু. ১৯৫২ গী মার্চকী ১ নি। পম্ৌ ওইজরিবা অপাবী সিংহ অমসুং পলেম ওইজবিবী কৈন্যাহনবী দেবী অনীগী মগুণসু চঙখিদবা নত্তে। ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল কাওন্সিলগী চেয়রপার্সন ফাওবা ওইরমদুনা মীয়ামগী সেবা তৌবস্নতা নত্তনা ইম্ফাল সহর শেমগৎ শাগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌরম্না অপোকপা অপাবী সিংহনি। হায়স্কূলগী ওজা অমসু ওইরম্নী অপোকপী কৈন্যাহনবী দেবীসু সমাজ সেবাদা পূক্কিং চঙবী অমা ওইনা মণিপূর মহিলা কল্যান সমিতিগী মরু

ওইবা থৌ কয়া পুরম্বী, লোয়ননা নুপী শান্নরোইশিংবু য়োকখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা ওল মণিপুর বুমেন্স ফুটবোল এসোসিয়েসন লীংখত্নুনা মসিগী প্রসিদেন্ট ফাওবা ওইরম্মী।

মতীক চাবা পলেম পছৌ অনীগী মপারী ওইরগবু কবম্না মরু চঙদবা মপাবী ওইগনি। নুমিৎ থা কনত্রবা পৃংফম অমদা পোকখিবনা মতীক মঙাল গুন্না শন্দোকপা হৌরকখি। পলেম পছৌ অনীগী মপারী মমোম পূন্না মাপল ফংজখিবসি লোয়নমক মী অমমম ওইহনবিখিবা অপোকপা অপোকপী অনীবুসু শীংথানখি। মচিন মনাও মাপলগী মনুংদা মঙাশুবা ওইনা ফংজখিবা ব্রজচান্দ মতম পূন্নমক্তা অপোকপা অপোকপী অনীগী ফিজিগী মণি ওইদুনা মহৈ মশীংগী লমদা থবায় য়াম্না য়াওরকখি। লীলাসিং খোংনাংখোং এল পি স্কুলদগী মহৈ তম্না হৌরকপা সেনিয়ব বেসিক স্কুলদগী ক্লাস আইট লোয়শিনখি। জোনস্তোন হায়র সেকেন্দবী স্কুলদগী সেকেণ্ডরীগী থাক লোয়শিল্লবা মতুংদা দি এম কলেজদগী গ্রেজুয়েসন দিগ্রি লৌদুনা লক্ষৌ য়ুনিভর্সিতিদগী অমুক লো গ্রেজুয়েট ওইরবা মতুংদনি খৃ. কু. ১৯৮১ দা মণিপুর জুদিসিয়ারী সার্বিসতা চঙদুনা মণিপুর সরকারগী লো বিভাগতা ওফিসার অমা ওইনা থবক তৌবা হৌখিবা। খৃ. কু. ১৯৮৪ দা নোংমৈবুং চকপ্রম লৈকায়দগী চকপ্রম সুমিতা দেবীগা য়ুম্বানমিন্নরবা মতুংদা মপারী অনী ফংজখি।

মহৈ মশীং তম্বগী লমদা অকনবা মীৎয়েং চঙনা চঙনা পৃক্রিংগী পামজরকপা মপুনা পীথোরকপা ইবগী হৈশিংবা অসিমদি মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লোয়নবকই। চহী ১০ শুদ্রিঙৈদগী হৌনা লীলা মচা মচা ইদুনা মমান্নবশিংগা শান্নবা হৌরকখি। লৈকায়গী ফংসনশিংদা অঙাংগী লীলা উত্তুনা মঙোন্দা লৈজবিবা হৈশিংবদু উৎথোকপা হৌরকখি। মতমসিদগী হৌরে মীয়াম্না ভাঙনরকপা - অঙাংদি নিংথাদা খঙই হায়বদু। লীলা ড্রামা পামজবগী অকনবা ইনোত্তুনা মঙোন্দা অকীবা অমত্তা চঙখিদে। মদুমক্তা মণিপুরগী লৈপাক লৈহাওদগী লৈশাৎ তমখিবা শুমাঙ লীলাগী ফেস্তিবেল মপাল কাঙজৈবুংদা পাঙথোকখিবা মতমদা মশাগী চহী ১০ রোমতা ভাইরিঙৈদা লীলা য়েংলুরগা নুমিদাং পৃং ১০.৩০ তাবদা ময়ুমদা হল্লকপা য়াওভ্রিবনি। পামজবা লম্বীদা মী লাই কিখিদে। মদুনসু মহৈ মশীংদা অপনবা অমত্তা পীখিদবনা লীলা ড্রামা ইবগী নিশানা য়োমশিল্লগা চাউরকখি ব্রজচান্দ।

তপ্না তপ্না মণ্ডাল নাইরকখিবা ব্রজচান্দগী ৱারীনা লৈকায় পল্লাল্লকখি পোকফম শাৎফম ওইখিবা থাংমৈবন্দ মাইন্নাম লৈকায়দগী। স্কুল অমসুং কলেজগী পৃক্সিদা শৈবেং, ৱারী মচা, ৱারেং কয়াসু ইখিবগা লোয়ননা দিবেটিং কমপিটিসন, এক্স টেমপোর স্পিচনচিংবগী চাংদম্নবদসু মনা কয়া ফংখি। অদুবু লীলা ইবা অমা ওইনদি মশাগী চহী ২০ লোম শুরকপদগী চপ চানা মশক লেপ্লা হৌরকখি। মহাক্কী লীলাশিংবু মপূং মবৈ ফানা কায়দোংফম ফংনা মায়কৈ সলাই থুংনা শন্দোরকখিবদি মশামক্না লুচিংদুনা লীংখৎখিবা প্রিন্স থিয়েটরনা ওইখি। সংস্থান অসিনা অহনবা ওইনা জি সি তোংবাগী *চাননবা খায়নবা* হায়বসি শান্নখিবগা লোয়ননা ব্রজচান্দ মশামক্না মচানুপা অতোপ্পা মেরাগী শক্তম লাংখি। কুইদে। মথং মথং ব্রজচান্দগী খুৎইশিং প্রিন্স থিয়েটরনা মথ্বায় হাপলকখি। অহানবা খুৎই ওইনা শাফোঙলকখি *অশিবগী ৱাকৎ*। মায় পাক্নবা মতুংদগীদি মণিপুরদা পাঙথোকপা ওল মণিপুব ড্রামা ফেস্তিবেল কয়াদা প্রিন্স থিয়েটবনা লেপ্তুনা শরুক য়ারকপদা মকোক মথং তাবগী পাউনা নীনবা হৌবকখি। ব্রজচান্দগী খোঙফম হেন্না চেংশিল্লকখি। মহাক্না ইবা লীলা কয়া লীলাগী সংস্থান কয়ানা লেপ্তুনা দিমান্দ তৌবা হৌরকখি। মীয়ামগী দিমান্দ ফংহনখি। মতমসিদনি লীলাগী সংসারদা ব্রজচান্দগী ব্রজচান্দ ঙাক্তা ঙাইখ্রিবা।

ব্রজচান্দগী মিংনা পূমনিল নিল্লক্লবসু নোংমতা মশামক চোংথোক্লুনা শক্তাক্লনবা হোৎনখিদে। য়াম্না চম্না লেনখিবা পূন্সি অসিদা চাউথোকগী মমি অমত্তা তাখিদে। থিরকপখক্তনি মীয়াম্না ব্রজচান্দ কনানো, কদায়দা লৈ হায়না। মহাক্না খল্লিবা, মহাক্না ইনীংলিবা, মহাক্না ফোঙদোক্লিংলিবা অদুদদা মপূক্লিং লূপ্তুনা লৈখি। ব্রজচান্দ কনানো হায়না থিরকপা মীশিংনা ইচম চমজবা মতৌদু উবদা ঙক্লখিবা ঙাক্তনি। লীলা ইবা মশীং ৱাৎপা, ইবিনবসু মরাঙ কায়না লৈজদবা মণিপুরদা ব্রজচান্দবু তরাম্না ওক্লখি। মহাক্কী খুৎইনা অনৌবা অওনবা সমাজ অমা পুরকপদা মতেং ওইখি। মহাক্কী লীলানা মীওই কয়া মীকপ থোকহনখি। মহাক্কী লীলাশিংগী মতাংদা শক্লাইরবা অইবা অরাম্বম সমরেন্দ্রনা অসুম্না ফোঙদোকখি - "*লৈবাক অসিগী মীওইশিংগী নুং অমসুং পানগী ওন্ন তৈনবা, লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা তৌশিন্নবা পূন্সি খুৎলেন অমবু ফজরবা চৎনবী ওইনা লৌনরকপা মওং, লৈবাক অসিগী লৈহাওনা লু-তোং শারক্লবা, লৈবাক অসিগী অৱাংবা ফজবগী মশক*

*মাংথরকপা মদুবু অমুক হন্না শেমগৎচনিংবা, পুখৎচনিংবদা মদুবু ওইথোকপা ঙমদবগী নুংনাংবা, লাংতক্রবা পোখাবা ঙমদবা মশক অদুগা অমুক লৈবাক মীশিংনা মশাগী মরম, ময়ুমদা মীতোপনা হেক্তিল্লকপদা কবিমত্তা হায়জবদি ঙমদনা নুংদদি খোয়শাওনবা অযম্বা পাংদবা মতৌদা নুংশিনিংঙাই ওইরিবা ফিভমদা ব্রজচান্দনা মহাক্কী লীলাশিংদা শাফু লৈনা ফোঙদোকই।"*

মহাক্কী লীলাগী মতাংদা শক্লাইরবা ক্রিতিক প্রো নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা হায়খি - *"ব্রজচান্দ হৌজিক মতমগী মণিপুরী ড্রামাদা অনৌবা থিয়েটবগী লোল, অনৌবা থিয়েটরগী মেতাফর অমা পুশিল্লকই। মানা লংনদুনা চৈদুনা করেম্মদুনা অমসুং নোকহন্দুনা মীওইবগী নুংদা য়াওবিবা অচুম্বা অদু পুথোক্রবা হোংনৈ।"* তশেংবনি ব্রজচান্দগী খুৎই তোপ তোপই। মদুমক্লা মণিপুরী ড্রামাদা তোপ্লা তোমথিন ওইখিবনি ব্রজচান্দ।

তাইবং মপূনা খূদোল ওইনা পীরল্লবা অশিবা হায়বসিমদি নীংশিংনকদে কনানা, তেনখ্রবা পুক্নি মীকুপ অমদা ব্রজচান্দনা লীলা অশাংবা অমদি অতেনবা য়াওনা ১০ গী মথক্তা ইরম্মী। লীলা পূম্নমক মমিং চৎখি। মীয়াম্না পাম্নখি। মসিদা মহাক্লা চাউথোকপা নাপল কাবা অমত্তা লৈখিদে। মহাক্কী রারী শাফম্নি মহাক্কী লোয়নবী সুমিতাদা। নোংমতা অরাবা রাখল খনখিদে। লীলাগী সংসারদা লূপচরগা নুংঙাইবা ওইখি। মদুমক্লা কনাদসু অরাবা পীরমদে। মতোমতা নুংঙাইজরগা মতোমতা হিংবা ঙমখি কনামত্তদা ঐ ব্রজচান্দনি হায়বসিমক হেক শক্তাকতবমখে।

কাউনদ্রি মহাক্কী লীলাশিং - (১) *অশিবগী রাকৎ* (১৯৭৩), (২) *মথংগী য়েন্নিংথা*, (৩) *নশুংলাংগী* (১৯৭৫), (৪) *হৈরাংখোয়নিদা* (১৯৭৬), (৫) *নাইতোম তাবা হিহোনবা*, (৬) *তুবেল রাংমগী অহল অমা* (১৯৭৮), (৭) *তিংখং* (১৯৭৮), (৮) *অতিথি অদুম নোঙানবদা হনখিনি*, (৯) *সনখ্যা অমসুং মখোক্তা সনা তোপ্লা থাঙ*, (১০) *অদুগুঁ নিপা অমা লৈরমই হায*, (১১) *শ্রীতোম্বা অমসুং কৈ* (১৯৮৫), (১২) *তোম্বগী যুম* (১৯৯২), (১৩) *চিঠি পুবা উচেক* (১৯৮৭), (১৪) *শ্রীলৈখিদ্রবা তোম্বা* (১৯৯৩) অসিনচিংবনি। ইবা হৌগৎলল্লগা লোয়শিল্লমদবা লীলা কয়াসু লৈহৌরি। ইনীংবগী

রাখলনা লাকহংলক্লবা মতমদা চেঙেৎ অমদা খোংচিনহৌবা ইবা হৌখ্রবদি তূম্না চাবা চণ্ডদবা অকনবা লীলাগী লাম্নী অমনি ব্রজচান্দ।

লীলা ইবগী সংসারদা লূপ্তুনা লৈরবসু মহাক্কী শিনফম অদুদগীদি মীকুপমত্তা নাম্থোকখিদে। চপ চাবা অচূম্বা বিচার অদুদি জজ অমা ওইনা পুরক্লবা হোৎনরমখি। জুদিসিয়েল মেজিস্ট্রেট ওইনা থৌবাল, চুরাচান্দপুর, উখ্রুলনচিংবা দিস্ত্রিক কয়াদা থৌ পুরমখি। ট্রান্সপোর্ট মেজিস্ট্রেট (ইম্ফাল ৱেষ্ট), এদিসনেল চিফ জুদিসিয়েল মেজিস্ট্রেট ইম্ফাল, চিফ জুদিসিয়েল মেজিস্ট্রেট (চুৰাচান্দপুর), সেনিয়াৰ সিবিল জজ (দিভিজন নম্বর টু - মণিপুর স্টেট) ওইনা মথং মথং চার্জ পুরকখি। অদুবু মাগা নক্লবা লীলা তৌমিন্নবা অর্মদি লৈকায়গী মীশিংনা মহাকপু জজ অমা ওইনা উখিদে। লীলা ইবা লীলাদা থৱায় লূপচবা মীশক অমা ওইনা উখি। জজ অমা ওইবিবা মঙোন্দা চাউথোকপা, পোঙথোকপা লৈখিদবা ব্রজচান্দনি।

কান্নদবদা ৱা কয়া ঙাঙগন্দবা, অর্থ লৈবা ফাগী তৌগনবা, পুন্সিবু লেপ্তুনা চাংয়েং তৌখিবা ব্রজচান্দবু তাইবং শেম্বা মপূনা পুগদবগী শেন্নরকপদা কনানসু খঙহৌদ্রে। ঐখোয়গী ইরক্তগী মুন্দুনা পুখিনবা হোৎনবদা অৱাবা অমদি ওইরমগনি তাইবং শেম্বা মপু। অদুবু মহাক্লা ঙমদুনা খৃ. কু. ১৯৯৭ কী মার্চ ১৫ দা ঐখোয়গী ইবক্তগী মুন্দুনা পুবিখ্রে। মশাগী অনাবা অমদা ইখঙ খঙহৌদনা সূপ্নগী চহী ৪৫ বোমখকতমক ঐখোয়গী ইরক্তা তিনহন্নবীরক্লগা পুদুনা চংখিবদা মীয়ামগী থম্মোয়দা পেন্নখিদে। ৱারৌনখি তাইবঙ শেম্বা মপূবু মনুং মতম চান্দনা ঙম্মী হায়বগী মতাপ্তম হিংথৎ থক্তুনা পুবীখিবদা।

মরক মবক্তা ফাগী তৌগনবা মহাক্লা ইবা লীলাগী অহানবা শোদগী হেন্না য়েংখিদবা অনীশুবা শো উৎপদনা মীতোপকুম কনা খঙহন্দনা মপান্দা ফমদুনা লৈখিবা ব্রজচান্দদু অমুক হল্লক্লরোই। লীলা নুংঙাইরবদি ফুরিংখাউদগী পৈশা পুথোক্তুনা লীলা পার্টিদা অচা-অথক লৈদুনা চাও হায়না য়াম্না নুংশিনা তিংথোক্লম্বা খৃৎ অদুসু অমুক হন্না তিংথোক্লবরোই। লীলা ইবগী পৈশা লৌ হায়বসু য়াখিদবা লীলা তন্নিঙৈদা নোকফেৎ নোকফেৎ চঙলক্লম্বদুসু অমুক হন্না খোঙ্গুল তাররোই। মীমাঙ কয়া থোকপা পামজখিদবা পরিসিতি কয়াবু থোয়দাখিদবা ৱার্কসোপ সেমিনার কয়াদা য়াও হায়বা য়াখিদবা মতোমতা হিংজরগা মাগী তাইবং অমদা নুংঙাইনা

হিংখিবা ব্রজচান্দ অমুক হন্না ঐখোয়গী ইরক্তা তিল্লররোই । মসিতা থোক্লবা তাইবং মপূনা থওইনা শিনখিবরা ? মসিদা মহাক পেল্লক্লগদ্রা ? ব্রজচান্দবু ঐখোয়গী ইরক্তগী ঙস্তানা পুন্নগা মহাক্কী অনীংবদু পাঙথোকপা ঙম্লে হায়না মহাক্লা লৌরমগদ্রা ? অদুবু তাইবং শেন্বা মপূনদি মমল য়াম্লবা মহাক্কী খূৎইশিং অমদি মীয়ামগী থম্মোয়দা নূমিৎ থাগুম লৈরিবা ব্রজচান্দবুদি পুদুনা চংপা ঙমখিদ্রে ।

# ৱাহৌদোক

খুন্দ্রাকপম ব্রজচান্দ সিংহনা (১৯৫২-১৯৯৭) ড্রামা ইবা অমা ওইনা মণিপুরী থিয়েটরদা খোঙদারকপা মতম অসি মণিপুরী থিয়েটরদা ''অতোপ্পা থিয়েটর'' (Alternative Theatre) থিবগী অনৌবা চাংয়েং কয়া তৌগ্রবা মতুংদনি। খৃ. কু. ১৯৬০ দগী ১৯৭০ গী অকনবা মণিপুরী থিয়েটবগী ঈহৌগী মতম অসিদা জি.সি. তোংব্রা, এ. তোমচৌ, এ. সমরেন্দ্র, পি. শমু, কাহ্নাইলাল, এম.কে. বিনোদিনী, রতন থিয়াম, লোকেন্দ্র অরাম্বম, শ্রীবীরেননচিংবা ড্রামা ইবা অমসুং ডিরেক্টর কয়া থোক্লক্লুনা, নোংচুপলোমগী মোর্দন থিয়েটরগী অকনবা প্রভাবতগী, থায়নগী পার্সি অমসুং মেলোড্রামাগী ওইবা মওং-মতৌ অদু নত্তবা, হীরম ফোর্ম কনসেপ্ত অমসুং ষ্টাইলদা অনৌবা ড্রামাগী মচৎ চেনবা ড্রামাটিক লিটরেচর অমা শাগৎনবা হোৎনবকখি। সামুয়েল বেকেট, জা পা সার্ত, বর্টোল ব্রেক, মারিও ফ্রাঙ্খিনচিংবা মোর্দন ড্রামাটিষ্ট কয়াগী ড্রামা নৈনরকখি অমসুং মখোয়গী অকনবা ঈথিলদগী অনৌবা চাংয়েং ড্রামা কয়া ইরকখি। অসিগুম্বা অকনবা চাংয়েং লীলা কয়া ইদুনা শান্নরক্লবা মতুংদা খৃ. কু. ১৯৮০ গী মতমদা খুন্দ্রাকপম ব্রজচান্দ চাংয়েং লীলা ইবা অমা ওইনা মতমসিদা মশক নাইনা থোক্লকখি। ব্রজচান্দ থোক্লকপদা হান্নগী চাংয়েং লীলাগী অনৌবা ড্রামাগী খুৎই অসিদা মানা অনৌবা ঈনোৎ অমা পীখি অমসুং মহাক মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা মশক অমা শাগৎপা ঙমখি। মাগী অনৌবা ড্রামাগী ইদিয়ম, মফোঙদোক অমসুং ষ্টাইল অসিনা অনৌবা মণিপুরী ড্রামাবু পাঙ্গল হাপ্পুনা হেন্না শাফ্ কন্নখৎহনবা ঙমখি। জি.সি. তোংব্রাগুম ব্রজচান্দসু অনৌবা মণিপুরী ড্রামাগী জগত্তা অচৌবা মফম অমা কল্লিবা ড্রামাটিষ্ট অমা ওইবা ঙমখি।

মানা ইরম্বা ড্রামা ১৩ গী মনুংদগী ড্রামা ৬ খক খঙ্গৎলগা চিঠি পুবা উচেক (য়াওরিবা ড্রামাশিং - *চিঠি পুবা উচেক, শ্রীতোম্বা অমসুং কৈ, তোম্বগী য়ুম, শ্রীলৈখিদ্রবা তোম্বা, সনখ্যা অমসুং মখোজ্ঞা সনা তোপ্পা থাঙ, তিংখং*) হায়না

মিংথোন্দুনা ফোঙলিবা লাইরিক অসিনা ব্রজচান্দগী মপূং ওইবা ব্রাখল, মীৎয়েং অমসুং খুৎইগী ষ্টাইলগী মশক অমদি মহুৎ শীন্দুনা তাকপা ওয়ে গায়না নীংই। ড্রামা ৬ অসিগী ব্রারী, থৌদোক, সমস্যানচিংবা খেন্নববসু অইবনা ফোঙদোকনীংলিবা মপূং ওইবা ব্রাখল-মীৎয়েংদি - হৌজিক্কী অর্থ য়াওদ্রবা পৃক্সিগী কায়থরক্লবা, নীংখায়রবা মশক উৎপনি। রিয়্যালিষ্টিক্কা ফেনটাসি অমসুং সরবিয়্যালিষ্টিক্কা য়ানশিন্নবা ড্রামা ৬ অসিদা অইবনা মক ওইনা ফোঙদোক্লবা হোৎনবিবা অসি - মীওইবগী পৃক্সিগী নুং-পাল নাইবা মশক, পালদা উবা ফংদবা, নুংদা লোত্তুনা লৈবিবা অচুম্বা; অশেংবা তাইবংগী মীগী মশক উরক্তবা, ঐখোয়গী য়ুম মুনবিখিদুনা মীতোপ ওইরকপগী মশক অমসুং মসিদা ফাওরকপা নাইতোম তাবগী মশক, অহিংবনা অশিবা ওনখিবা, মসিদা লৈরিবা অচুম্বা মশক খঙদবা, চীংনবা, থাজদবা, মীওইববু লমজীংবিগদবা মীশক লৈত্রবা, লম্মাংনবা মশক, মীওইবগী নীংতম্বা ফংদবা, অচুম্ববু অরানবা শক্তিনা লাকশিন্দুনা থম্বা আসিনচিংবনি। অদুনা মাগী ড্রামাশিং অসিদা মোদর্নিজমগী মশক ময়েক শেংনা যাওবি - পৃক্সিদা মনুং-য়ৌনা লুথনা য়েংবা মীৎয়েং যাওরি, চীংনবা, থাজদবা, নাইতোম তানবা পৃক্সি অসিগী মনুংদা পৃক্সিগী অর্থ অমা থিবি।

*চিঠি পুবা উচেক* হায়বা ড্রামা অসিদা চিঠি অহুম অদু পীকববা মতুংদা ওইরক্কদবা ওন্ন-তৈনবা ফিবম মদু ভাবনা শাদুনা থৌদোকশিং শেন্নগা উৎলি। ইঙেল্লৈগী নুংশিনজবা জিরিগী পাখং অদু লৈনা লৈনা লৈরমদরে, মপানীংবা কুল্ল শেন্দ্রাং লৈনা লৈনা লৈতরে হায়জিন্নবে, মচানিপা লৈবমদ্রে, লৈকায় অসিগী মহুৎ শীন্দুনা কাখিবা নিংথৌ অদুসু লৈনা লৈনা লৈত্রে। চিঠিশিং অদু অথেঙবা গাড়ীদা লাকপা নিপা অদুনা পুখিনবা লৈবাক্তা ফুমজিন্দুনা থমখি। চিঠিশিং অদু কৈদৌঙৈদসু মপুগী মখুত্তা য়ৌররোই, ফংলরোই। য়াম্না অঙকপা (আবসর্ড ওইববা) মীওইবগী ফিবম্নি।

অশোমদনা কমদৌবি - চিঠিশিং অদু ফংলগা মখোয়বু নুংশিবিগনি, নীংশিংবিগনি, হায়জবা তাবিগনি খঞ্জরি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা চিঠিগী মপুংশিং অদুনা মখোয়বু করিসু খনবিদে, নাচুংবিদে। থাজনবা লৈত্রবা, পাউ ফাওনদবা মীওইবগী মরী উৎপনি। ওন্ন-তৈনবা থোকপা মীওইবগী ironic situation ফজনা উৎলি।

ড্রামা অসি কনভেনশনেল ওইবা খুৎই থুগায়দুনা রোমান্তিক আইদেলিজমবু করেম্নরি, কালিদাসকী *শকুন্তলা* গী চিঠি ইবগী মওং অদু মতৌ তমদুনা করেম্নবা উৎলি। ফাগি, করেম্নবা, নোকনীং রাহে কয়া শীজিন্নদুনা ইবা ড্রামা অমনি। নাতৈ চাদবা, মথোঙ হুক্তবা রাঙাঙ-শাঙাঙ, প্রমাণ-পাছে কয়া হৈনা শীজিন্নদুনা নোকনীংবা পোকহল্লি। নোকনীংবগা লোয়ননা অনৌবা অর্থ কয়া পুথোক্লকই।

*শ্রীতোম্বা অমসুং কৈ* দা তাতোম্বনা (শ্রীশাইখোম তোম্বা) মতোমতা থৌরি যাদ্দুনা শিজগে তৌবদা মী অমত্তনা থাম্বিদবা অদু য়াম্না নোক্লিংবা সিচুয়েশন অমনি। অরুম্ববু লায়না লৌবা, অরায়ববু লুশিলহনবা, মথক-মখা ওল্ফোকপা নোকনীং থৌদোক অমনি। শিরমদাইদা কবি চানীংই? *"উৎতি, চাম চৎপীনা থোংবা উৎতি।"* পৈশা পাম্বগী অর্থ চেনবা, নোকনীংবা রাঙাঙ অমনি। *"লৈরক মচীনগী বল্ল অচাকপসে শিল্লখিনি।"* মসি য়াম্না সিম্বোলিক ওইবা রাফম অমনি। ড্রামা অতৈদসু তত্তনা শীজিন্নে। *লৈবক মচাগী বল্ল অচাকপা* - ঐখোয়না হৌজিক হিংলিবা অমম্বা, অর্থ য়াওদ্রবা পূন্সি মহীংবু ইঙ্গিৎ ওইনা উৎলি।

কৈনা মী চাই। মহৌশা কৈ অসিগী মপা-মপু অমা মীনা হাৎখি। মসিগী লমন খুম্বা ওইনা তাইবং "মীবু" কৈ অসিনা চাদুনা লমনখুম্বা পাম্মী। কৈ অসিনা অশেঙবা তাইবং মী কোয়থি থিরি লমন খুম্নবা। কৈ অদুনা তাতোম্বা থেংনদুনা অশেঙবা তাইবং মী অমা থা অমগী মনুংদা পুরক্লবা পৈশা পীদুনা য়ান-চে অমা সহি তৌনৈ। থা অমগী মতুংদা তোম্বা লাক্লে অদুগা কৈদা হায়বৈ - *"থাজৌ ঐ মীনি। চাও, ঐবু চাও, কৈদি মী চাগদবনি। চাও, ঐবু চাও। ঐ মীনি। ঐ নঙগী চীঞ্জাক্লি ঐবু চাও।"* কৈনা তাতোম্বা চাও হায়বা য়াদ্রে। তাতোম্বা অশেংবা তাইবং মী ওইরমদ্রে - নমথাক, লৌনম, ওইদবা, তৌশিন্নবা মী ওইবদ্রে। অশেংবা তাইবং মী চাজগে খনবা কৈ অদু অশেংবা মী থিবদা ফংবা ঙমখিদে। তাইবং মীওইবসি অশেংবা মী ওইরমদ্রে, তাইবং অসিদা অশেংবা মী লৈরিব্রা হায়না অইবনা হংলি। অশেংবা অচুম্বা মাঙপ্লবা মীওইবগী পূন্সিগী নুংগী ওইবা অশেংবা মশক অদু উৎলি। মীওইবগী পূন্সি অসি তম্বা ঙমদে, ওন্ন-তৈননা থোকপা অসি মসিগী মরমচৎনি - *"ইঙেলৈ ইঙেলৈ লুহোংবা নুমিত্তা শোবাৎ শোল্লে।"*

*তোম্বগী য়ূম* - মীতোপ্লা য়ূম মুনবিথ্রবা তোম্বনা অরোয়বদা হায় - *ঐগী য়ূম কদায়দনো ?* থম্মোয় চাকপা বাহং অমনি । মীতোপ লাক্লগা মাগী য়ূমদা লৈশিনখি, মাবু তাহোকপিরকই, মানা অঙৈবা অহীংদা লৈরক্কী খুটি পোষ্ট মখোঙদা মশা থক থক নীক্তুনা ময়ূম লৈজদবা লমজা-সারাগুম লেপ্লি । মপূ মশক খঙদ্রে, য়ূমদাংবনা কৈনারে, মীতোপ্লা মপূ শাদ্রে, মপূনা মীনায় ওইহৌরে । হৌজিক মতমগী মীওইবগী উপায় লৈতবা ফিবম (helplessness) উৎপা ফজবা ড্রামা অমনি ।

ড্রামা অসি মীৎয়েং কয়াদগী নৈনবা য়াই - ঐখোয়গী আইদেন্টিটি অমসুং কলচর অসিবু মপালগী মীনা লাক্লগা মুনবিখিবা অমসুং নমথবিখিবা, মীওইবগী হৌরকফম অসি খঙবা ঙমদবা অসিনচিংবা । য়ূমগী মপূ ওইরিবা তোম্বনা তোল্লবা মীওই অমগুম গতি লৈজদবা ফিবমদা লৈরি, সনারৈবু নুংশিজবা অদুগা মমৈথংদা সনারৈদু মাগী নিপানা পূদুনা চৎখিবা, তোম্বনা কপ্তুনা লৈহৌই । মহৌশা তোম্বগী য়ূম অসিগী অকোয়বদা ফজরবা পাৎ লৈরম্মী, চীং লৈরম্মী, সনাগী থম্বাল শাৎলম্মী । হৌজিক্তি পূম্নমক অমত্তা লৈত্রে । ড্রামা অসি মীওইবগী মশাগী মশক য়াঙলকপদা ওইরকপা অরা-দশা অদু উৎপনি । পূক্নি অমসুং হিংবগী মনুং লুথনা লৈরিবা মশক অদু মায়খূম হাংদোক্তুনা উহনবনি ।

*ব্রজচান্দগী লোলদি য়াম্লা চম্লা ই* । মবৈ থাংবা, ইঙ্গিৎ য়াম্লা য়াওবা, নাকোয়নন। ফোঙদোকপা য়াম্লা য়াওই । হায়নীংলিবদু ইকোম কোম্লা হেক্তা ফোঙদোকপসু ঙম্মী - *"নঙ নতূ য়াম্লা থিনীব্রোউ ?"*, *"নুংশিবা হায়বসি অচুম্বা হায়বদুনি ।"* মাগী লোন্দা ঙাওদবা ঙম্মোই ।

*শ্রীলৈখিদ্রবা তোম্বা* - ড্রামা অসিদা নুংঙাইরবা ফাগি কয়ানা য়োমদুনা থৌনা ফবা, মরৈবাক নীংবা অমসুং ইতিহাসকী অরানবা মশকপূ ইকোক কোক্লা উৎলি । নীংতম্বগী লাল ? করম্বা নীংতম্বগী লালনো হায়না অইবনা হংলি । নীংতম্বগী লালদা নিংথৌনা য়ূমথোং খুদিংদগী পাখং অমমম কোনুংগী লমপাক্তা কারক্কদবনি হায়না পূং থীন্দুনা মীয়ামদা পাউজেল্লি । পাঙদবা, মীকিথী তোম্ববু মথৌনা থেমদুনা লৈবাক্কীদমক্তা লাল চঙগদবনি হায়দুনা মশানা য়ানীংদনা লাল চঙহল্লি । মখূক্তা খূৎলায় পায়দুনা শাপোৎ-লানপোৎ শেক্তুনা লাল চঙবা লাক্লিবা তোম্বনা লম্বীদা লায়রবা নিপা অমা থেংনদুনা মানা তোম্বগী মহুৎ শীন্দুনা লাল চঙবিখি ।

অসোমদদি তোম্বা হিরো ওনখ্রে। মাগী ইমুং-মনুংনা লৈকায়না তোম্ববু মরৈবাক নীংবা থৌনা ফবা মীশক অমনি হায়না থাগৎলি। মহাভারতকী মতৌগুম্না ৱারী লীবনা তোম্বগী থৌনাফবগী লালগী পাউদমবদো ময়াম্না তাগদবগী ঙাইরি। তোম্বনা (তশেংবদি তোম্বগী মহুৎ শীল্লিবা লায়রবা নিপাদুনি) লানফমদা মথবায় থাখিবদু ৱারী লীবনা তম্মী। তোম্বা সহীদ ওনখ্রে।

মতম খরগী মতুংদা লৈকায়সিবু মীনায় ওনদনবা লান্দা মথবায় থাম্নবা তোম্বদু (মাদি লান্দা চঙখিদ্রবনি, লৈথোকহৌরবনি) ময়ূমদা হল্লকই। লান্দা শিখ্রে লৌনরবা তোম্বদু হিংদুনা লাক্রে। অঙকপা অমা ওইরে। ইমুং-মনুং অমসুং লৈকায়না তোম্ববু শিখ্রবনি, অশেংবা তোম্বা নত্তে হায়দুনা চঙহন্দ্রে। তোম্বগী মরায়বক অৱাবগী মশক্তি। অশিবদি ৱা ঙাঙবা য়াদে, থাবল চোংবা য়াদে হায়দুনা ময়াম্না মাবু চঙহনবিদ্রে, মৱা লৌবিদ্রে। অহীংবা তোম্বা লৈখিদ্রবা তোম্বা ওনখি। লৈখিদ্রবা তাতোম্বগী নুংশিরবা অৱা-ৱারী অমনি।

ড্রামা অসি অতৈগা খরা খেন্নৈ। মসিদা song dialogue য়াম্না য়াওই। ৱারী লীবা, বোংজোম পর্ব্ব, খুৎলং ঈশৈগী টেকনিক য়াম্না শীজিন্নৈ। ড্রামা অসিনা G B Shaw গী *Arms and the Man* অমসুং Cervantes গী *Don Quixote* নীংশিংহল্লি। অদুবু ড্রামাটিষ্ট অসিনা চুম্নগী নোকনীং ৱারী অমা ইবদি নত্তে। মতম পূম্নমক্তা অইবনা মীওইবগী ওন্ন-তৈননা থোকপা পুন্সি-খোঙফম, তম্বা ঙমদ্রবা মীওইবগী লাইবক অসি তত্তনা উৎনবা হোৎনৈ।

*সনখ্যা অমসুং মখোক্তা সনা তোপ্পা থাঙ* হায়বা ড্রামা অসিদা সনখ্যাগী মমল য়াম্লবা সনা তোপ্পা থাঙ অদু লৌবিনবা লৈতবগী অৱাবা ফিবম অদু উৎলি। সনখ্যানা চেংনা থাজে মদুদি মাগী য়ুমদা মী অমা শোয়দনা লাক্কনি অদুগা মাগী থাঙলেন অসি লৌরখিনি। শোয়দনা লমজীংবিগদবা মীশক অমদি লাক্কনি। নোংমা, লৈকায়গী অহল অমা হাৎলুবগী ফাদোক তারুবদগী জেলদগী নাম্থোক্তুনা চেল্লকুবা ফাদোক পাখং অমা সনখ্যাগী য়ুমদা লাকই। ফাদোক অদুনা সনখ্যাগী সনা তোপ্পা থাঙ অদু হুরাল্লগা চেনবদা ফারে। সনখ্যানা মঙোন্দা শীবনি, খুদোল তৌবনি হায়না ময়ামদা খুম্মী। সনখ্যানা পাখঙ-ফাদোক অদুদা থাঙ অদু পীদুনা শীন্নবা মতমদা পাখঙ অদুনা মাগী মখুৎ মোৎলি হায়দুনা লৌ হায়বা য়াখিদ্রে। ফাদোক্তু

চৎখ্রে। অরাবনি, সনখ্যাগী সনাতোম্বা থাঙলেন অদু লৌবিনবা কনা অমত্তা লৈত্রে, কনা অমত্তসু থাঙলেন অসি লৌবা লাকত্রে। মীওইবগী ইতিহাস, ভেলু, পরম্পরাবু ঙাকপিনবা লৈতবা, মখা তানা পরম্পরা অসি শমথবিনবা লৈতবগী অরাবা অদু উৎপনি। আর্দশ মাঙখ্রবা মীওইবগী ইতিহাসকী মশক অসি উৎলি।

ড্রামা ময়ামদগী খরা তোপ্পা তাবা *তিংখং* গী শাজৌদি, মীনুংশি খঙদবা, লাই থাজদবা, থাঙ-তেন, মীহাৎ-মীপুন্দা থাজবা, য়াম্না শাথিবা মীশক অমনি। সনাতোম্বীগী ইমুংনা মাবু ওৎ নৈখিবগী লমন খুন্না ওইনা সনাতোম্বীবু মাগী য়ুমদা ফাজিন্দুনা থম্মী। সনাতোম্বীবু শাথীনা ওৎ নৈবী, ফূবী। সনাতোম্বী লাংদা থুরবা শা অমগুম্বনি, মাগী নীংতম্বা ফংদে, মহাক তাইবং মী ওইদ্রে, থরায় পান্দবা পোৎ অমা ওনখ্রে শাজৌগী মফমদা। শাজৌদি য়ুম অসিগী নিংথৌনি। মানা হায় - "য়ুমসিদা মঙ মঙবা য়ারোই।"

মতৌ ঙ্বারীনা শাজৌদা পীথোক্লকবী সনাতোম্বীগী মরায়বক করিনো ? মাগী মরাল করিনো ? মাগী অরা-দশা অসি কনানা থোকহল্লিবনো ? মসি হৌজিক্কী পৃক্সিদা থোকপা অচুম্বা অমনি। লীলা অসিগী শাথিরবা মতাঙদা মাগী মহৌশা নুংশিনজবা, মাগী খুঙ্গংগী ইমোচা লাকই। থাঙ-তেন, মীহাৎ-মীপূনগী কল্লবা ঈচেল মরক্তা রোমান্টিককী থোৎলবা মচল অমা হাপচিল্লকই। মমৈথংদা লৈকায়গী যাত্রা কৌবা মীওই অমনা শাজৌদু থাঙনা থিন্দুনা শাথিনা শোকহনখি - poetic justice গী মমি অমা তাহল্লি। মাগা নুংশিনজবা ইমোচাগা চৎলুরবা সনাতোম্বীনা অমুক হল্লক্লুনা শাগী লমচৎ চেনবা শাজৌগী ময়ুমদা লাক্লুনা লৈবখি - অরোয়বা পূংফমদা সনাতোম্বীগী হোৎলক্লিবা রাখল অসি অঙকপনি।

ব্রজচান্দ্রগী ড্রামাশিং অসিদা রারী, প্লোট, চবিত্রশিং মশক অদুম্মক য়াওরি, আবসর্ড প্লেশিংদা পূম্নমক পূমথু থুগায়খ্রবা মশক অদুমক্তি নত্তে। ব্রজচান্দগী ফাগি অসি থোইদোক্লা মরু ওই। মাগী ফাগিদি surreal humour গী শক্তম লৌই - bizarre juxtaposition, absurd situation, nonsense logic অসিনচিংবগী মশক য়াওই। অদুগা মাগী ড্রামাদা উৎলিবা tragic irony অসি থোইদোক্লা শীংথানবা য়াই। পূম্নমক অসি হৌজিক্কী মীওইবগী নীংবা কায়বা, অচুম্বা লৈরক্তবা, ফজবা মশক মাঙশিল্লকপা, পৃক্সিগী অর্থ থিবা ফংলক্তবা - man's existential futility উৎনবা উপায় অমা শীজিন্নবনি।

ব্রজচান্দনা মাগী লীলাদা মীওইবগী পূল্লিদা লোত্তুনা লৈরিবা অচুম্বা মশক অদু পুথোক্তুনা উৎনবা হোৎনরকই। খুম্বদা রাববা রাহং কয়াসু হংই। অচুম্বগা অরানবগা খেন্নরিবসি কদায়দনো হায়বসি তত্তনা হংই। মানা উৎপা পাম্মী - greater truth of inner reality - মীওইবগী নূংদা ফুমদুনা লৈরিবা অচৌবা অচুম্বা, অশেংবা অচুম্বা। অশেংবা অচুম্বা অসিদি inner self কী মনুংদা লোত্তুনা লৈ। অদুনা মীওইবগী inner self অসি মায়খূম হাংদোক্তুনা থিনবা হোৎনরকই মাগী ড্রামাশিংদা।

মাগী এন্টি-হীরো, এন্টি-রোমান্টিক অমসুং নন-কনভেনশনেল ওইবা খূৎই অসিদা শীজিন্নরিবা লোলগী তোপ্পা ফজবা মশক অমা লৈ, ড্রামাটিক সিচ্যুয়েশন ফজনা শেম্বা হৈ। মাগী চরিত্রদি য়াম্না য়ূনিভর্সেল ওই। ড্রামা অসিদা য়াওরিবা "তাতোম্বা" ময়াম অসি জাৎ-বিজাৎ, মফম, মতমগী মখা পোন্দ্রবা তাইবং মীওইশিং ঙাক্তনি। উৎলিবা তাতোম্বশিং অসি সিম্বোলিক ওইবা, হৌজিক্কী তাইবং মীওইবগী মহৎ শিল্লিবা তাতোম্বা ঙাক্তনি। তাতোম্বশিংগী হিংবগী অৱাবা ফিবম, লাইবক থীবা তমথিরবা নোংদম - predicament অসিনা ঐখোয়গী অপাবগী পৃক্লিংবু লায়না চীংশিনবা ঙম্মী।

জুন ১০, ২০০৯

প্রো. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকায়,
ইম্ফাল

# অফোঙবগী মায়কৈদগী

ঐখোয় পূন্নমকপু থাদোক্লন্নগা, মনুং-মতম চাদনা মশাগী চহী ৪৫ শুবদা লাইরমলেন্দা তিনগ্রবা খুন্দ্রাকপম ব্রজচান্দ সিংহনা (১৯৫২-১৯৯৭) নোঙ্গাখিবদা, তাইবং চেঙজেল পূদুনা হিংহৌরিবা খুন্দ্রাকপমগী ইমুং-মনুংনা হায়ফম খণ্ডদ্রবা অৱা-চৈনা অমা ফংজখি। লৈখিদ্রবনা হিংহৌরিবদা অসূক শাথীবা অৱাবা পীরগনি হায়বসি লৈখিদ্রবা মতমদা খণ্ডবা ঙম্লকই। ঐখোয়না মহাকপু শিখ্রে হায়বসি শুকথা থাজবা ঙমদে, ঐখোয়গী ব্রাখলদা মহাক্কা মতম পূন্নমক্কা লোয়নদুনতা লৈ। অদুগা মহাক কয়াম য়াম্না মমল য়াম্বা মীশক্লো হায়বদুসু মাগা য়াম্না নক্লনা লৈজবদগী খণ্ডবা ঙমজখিদে। মহাক্কা লৈখিদ্রবা মতুংদতা মীয়াম্না নুংশিবা ফোঙদোকপিরকপা, মাগী মতীক-মগুণ কয়া শক-শোনবিরকপদগী মহাক মণিপুরগী মশক নাইরবা ড্রামাটিষ্ট অমনি হায়বসি খণ্ডবা ঙমজরকখি। লৈখিদ্রবা মতমদা মীওইবগী মগুণ খণ্ডবা ঙম্মী।

মাগা নক্লা তিন্নবা মীওইশিং, মাগা ড্রামা তৌমিন্নবা মরূপ-মপাংশিং অমসুং মণিপুরী ড্রামা নুংশিবা অখণ্ড-অহৈশিংনা লৈখিদ্রবনা ইরম্বা ড্রামাশিং ফোঙদোক্লবা অমদি মানা ইরম্বা ড্রামাশিংদা য়ুম্ফম ওইবা "ড্রামা ফেষ্টিভেল" পাঙথোক্লবা পাউতাক কয়া পীবিরকখি। পূন্নমক অদু পাঙথোকনীংজবসু করিগুম্বা খুদোংচাদবা খরদগী পাঙথোকপা ঙমদনা অদুম লাক্লি। লাইবক ফবদগী খৃ. কু. ১৯৯৮ দা Apunba Saktam Artists' Association না 'A festival of Brajachand's Plays' অমদি খৃ. কু. ১৯৯৯ দা Theatre Mirror না 'Trilogy on Brajachand's Plays' পাঙথোকপিখি। মসিগী মখা তাবা থবক অমত্তা পাঙথোকপা ঙমদনা লৈরক্লি।

ꯑꯩꯈꯣꯌꯅꯥ ... 

ঐখোয়না নীংজরিবা অসি মখাতানা থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙম্নবগীদমক্তা খৃ. কু. ২০০৮, জুন ২৭ তা "Khundrakpam Brajachand Memorial Trust" অমা শেমজরে। হায়রিবা ট্রষ্ট অসি রেজিষ্টর তৌশিঙ্খবে, (নম্বর ১৭৪৪ ওফ ২০০৯)। হায়রিবা ট্রষ্টকী মেম্বরশিংদি মথংশিংনা - ১) চকপ্রম সুস্মিতা, থাংমৈবন্দ, ২) ব্রারেপ্পা নব, হাওবম মবক, ইম্ফাল, ৩) নিংথৌজা লানচা, লাইশোম লৈরক, ইম্ফাল, ৪) ঙাঙোম তেজকুমার, য়ুম্নাম লৈকায়, ইম্ফাল, ৫) খুন্দ্রাকপম শান্তি, থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল, ৬) খুন্দ্রাকপম সত্যবীর, থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল অসিনি। প্রো নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা ট্রষ্ট অসিগী এডভাইজর ওইনা লৈবিবি।

ট্রষ্ট অসিগী মরুওইবা পান্দমদি - মণিপুরী কলা-বিদ্যা, মকওইনা মণিপুরী থিয়েটরবু চাউখৎনবা হোৎনবা, লৈখিদ্রবা ব্রজচান্দনা থনম্বা ড্রামা অমদি অতৈ খুৎইশিং ফোঙদোকপা, ব্রজচান্দগী মিংদা মখল-মখা কয়াগী থিয়েটর ফেষ্টিবেল শীনবা, নহারোল অমসুং আর্টিষ্টশিংদা স্কোলারশিপ পীদুনা থিয়েটর তম্বদা তেংবাংবা, খুন্দ্রাকপম ব্রজচান্দ মেমোরিয়েল এৱার্ড পীবা অসিনচিংবনি।

ট্রষ্টকী পান্দমশিং অসিগী মনুংদা অহানবা ওইনা ঐখোয়না *শ্রীতোম্বা অমসুং কৈ কৌবা*, মানা ইরম্বা ড্রামা ৬ কী খোমজিনবা লাইরিক অসি ফোঙদোক্লুনা মীয়ামগী মফমদা শীন্নজবি। লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা মীওই কয়ানা ঐখোয়বু তেংবাংবিখি। মখোয়দি - প্রো. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, নিংথৌজা লানচা, নব ব্রারেপ্পা, শরতচান্দ থিয়াম, ডা. এ. খোলচন্দ্র, উমেশ, খুন্দ্রাকপম সুরেশকিরন অসিনচিংবনি। মখোয়গী মফমদা ট্রষ্টনা ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি অমসুং তৌবিমল খঙবা উৎচরি। পনজনীংবা অমনা, ওঝা প্রো. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা হৌরকপদগী হৌনা, মাগী অচীনবা মতম কয়া কায়থোকপিদুনা মমল য়াম্নবা পাউতাক কয়া পীবিবতা নত্তনা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌবিখি। মসিগা লোয়নননা লাইরিক অসিগী "ব্রাহ্মৌদোক" অমসু ইবিরি। মসিগীদমক্তা ওঝাগী মফমদা ট্রষ্টনা মতম চুপ্পদা লমন তোনশিনজরবনি। শ্রী শরতচান্দ থিয়াম্না লৈখিদ্রবা ব্রজচান্দগী মবমদা ব্রারেং অমা ইবিরি। মসিগীদমক্তসু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

ঙমজরবদি ট্রুষ্টনা থবক কয়া মথং-মথং পায়খৎনবা থৌরাং তৌজরি। মথংদা লৈখিদ্রবগী ফোঙহৌদবা লাইবিকশিং ফোঙনবা থৌরাং লৈজবে। অতৈ থবক শবসু পায়খৎকে হায়না খনজবি। পূম্নমক অসি পাঙথোকপা ঙম্নবা ঈশ্বরবগী মফমদা থৌনিজবি। তোম্লবা ঐখোয়না রানা হোৎনজদুনা পায়খৎচবিবা থবক খবা অসি লৈখিদ্রবগী আত্মানা পেনবিবা ওইসনু।

অবোয়বদা, হীবম কযাদা ভেংবাংবিবকপা মরুপ-মপাংশিং, পাউতাক কয়া পীবিবকখিবা অখঙ-অহৈশিং অমদি লাইনিক অসি নম্নদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা লমযানবা প্রিন্টবসকী ইচিন-ইনাউশিংব ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি।

জুন ১২, ২০০৯

মযামগী সেবাদা,

খুন্দ্রাকপম ব্রজচান্দ মেমোরিয়েল ট্রুষ্ট, ইম্ফাল

ব্রাথম লৈবক,থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল

# মনুংগী লমায়দা

# ১

# শ্রীতোম্বা অমসুং কৈ

## অহানবা উৎপা

তোম্বা : হাংকে, হাংকে, মী হাংকে, ঐ হাংকে, ঐনা ঐ হাংকে। ঐ শ্রীশাইখোম তাতোম্বা। মশক ফজবা তাতোম্বা হাংকে, লাইরিক হৈবা তাতোম্বা হাংকে। শিনি-শিনি, ঐ শিনি। সুইসাইদ, সুইসাইদ। মী নৎত্রগা লাইনা, নৎত্রগা শা-ঙানা, নৎত্রগা উনা ননগেরা ? কনানো- কবিনো অমনা হাংত্রিঙৈদা ঐ শিনি। ঐ হিংবগী কবি কান্নে ? নৎত্রগা ঐ শিবগী কবি কান্নে ?

(কপ্পী)

কপকনু, কবিগী পি... ? ঐ তাতোম্বনি, শ্রীশাইখোম তাতোম্বা। ঐ কৈশু কিদে। কৈশু উশিন্তে। চেলেঞ্জ, চেলেঞ্জ হে শকথী, নঙ কয়াম চাউবনো ? কয়াম চাউবা ফমনো ? কয়াম বাংবা থাক্রো ? হেম্না বাংনা কাবীগে। বাংলিবদো তারকপা য়াই। তারকপা য়াই নত্তে শোয়দনা তারক্কনি। তাবিবোই, ঐদি শুংতা তাবিরোই। সৈত্য, ঐ কাগে, য়াম্না বাংনা কাগে। অমুক তাবক্রবোইদবা অব্রাংবদুদা কাবীগে।

(য়ু থক-থক্কুনা কাথংলি, থৌরী য়ানফমদা)

ঐ শিদৌরে

(শাউই)।

লৈকায়সিগী লময়ানবা পাখণ্ডদু শিদৌবে। লৈকায়সিগী লময়ানবা পাখণ্ড শ্রীশাইখোম তাতোম্বা শিদৌরফাও কনামত্তা লাক্তবা। তৌনু তৌহৈদে; শিখিনু পাম্মুই, কনামত্তনা খামদবা। লৈকায় লৈকায় হিমালয় নীংখায়দৌরে, সমুদ্র কংদৌবে, কংলা মৈহৌবে। লৈকায়সিগীদমক্তা পাম্বোম তিংলিবা, অচুম্বতনা মশরুক ওইরবা,

লাইবিক হৈবা, লাইশু খঙবা, লিংজেল খাবা, হায়খিবা বা ঙাকপা শ্রীশাইখোম তাতোম্বা শিদৌবে। ঙসি নুমিদাং পূং তবেং -মখায়গা মিনিট ২ চৎপা মতমদা লৈকায়সিগী ফিদম্লিংঙাই ওইববা লময়ানবা পাখঙদু শিদৌবে। কংলা মৈহৌবে, কংলা মৈহৌবে।

হোঙবা : এ ! ঙল্লিনে। অয়ুক্কী অঙাংবা নুংশিংসিদি তু-মান তেকখৎলিদা। নিতিগী ঙত্তা হৌগৎকে। হুকচাং ফবা লল্লি। হুকচাং শাজেল তৌগে।
(শাজেল তৌই)
অস' ঙল্লিদা। অঙাংবসিদা লোক থুংনবা...
(তুমথখি, অমুক হৌগৎলকই)
হুম, ঐ তূম্বা য়াদে। ঐ লৈকায়সিগী লমজেল চেল্লিবা পাখঙনি। ঐ বাংনা কাগদবনি। ওন মাই মার্ক, গেৎ সেৎ, লমজেল থাবে "শ্বা ..." । য়াংঙে, য়াংঙে, কাবে, কাবে, বাংনা কাবে।
(তূম্না তূম্না)

মপা : কাও, কাও। বাংনা কাও, নাম্বুফমদু য়ৌনবা কাও। চেল্লু চেল্লু চেনখৎলুদা, চেনখৎলু। পাবী ইবুংঙো চেনখৎলু।

হোঙবা : (হৌগৎলকই)
হৈ, লমজেল থৎকনু।

মপা : হৈ গধা, নঙনা কদায় য়ৌনা চেনদৌবিবা ? কয়াম বাংনা কাদৌবিবা? কবি খল্লিবা ?

হোঙবা : খল্লিবনি, ইশা খপুনা কবম পাইসিগে? কবম হায়না বাংসিগে। ইশা থূপচিল্লগা কবম তাবকসিগে? খল্লিবনি, নৈনবিবনি, শুংগৎলিবনি।

মপা : গধা নঙনা কবিনো শুংগৎলিবদো ? য়েংঙু, মখা লৈকায়গী তাতোম্বসি য়েংঙু। নমান্নবনি, য়েংঙুনে কবি ওইবে ? মসি নঙনসু ঙম্বা য়াই, ঙমদবসু য়াই। য়েংঙুনে, তাতোম্বসি য়েংঙুনে। ইস ! মশা খপুনা পাইনি, বাংনা কানি। য়েংঙু ! তাতোম্বসি বাংঙিব্রা, নেম্মিব্রা ? কাবা তাবগা কয়া য়াম্না কাদৌরি ?

তোম্বা : কাগে, বাংনা কাগে। সত্য, ঐ বাংনা কাগে। লৈকায়গী লময়ানবা পাখঙ, মবিংজেল লৈবা, মপাঙ্গল কনবা, মশক ফজবা, লৌশিং লৈবা শ্রী তাতোম্বা শিদৌবে। অস ! কনামত্তা লাক্তেনে।

ঐবু কনানো'মনা খাম্বদি ঙবজাৎনি। ফরে, খাম্মনুসে, কনামত্তনা ঐবু খাম্মনুসে। অদো মী অমা, চুম্নগী মী নত্তবা, শাইখোম তাতোম্বা ওইববা ঐ, মী অমা মথন্তা শিগদৌরিবসি খাম্বগী মথৌ তাদ্রো ? শিগদৌবিবসি মবম খঙবগী মথৌ তাদ্রো ? মীনায় মচাশা হায়বিগেনে। নখোয়না খল্লিববু লৈকায়গী লুববা তাঞ্জা অসিদা, হৌজিক হৌজিক ওইবিবা লৈকায়গী ফিবম অসিদা ঐ শিরসু য়াবে শিনিনে ? ঐখোয় লৈকায়না ঈবোঙ্গুংদগী ফাওগৎলকখিবা, কংলা মৈ হৌখিবা, চাউববা লৈবাক কয়ানা ঈথক্তা তাউ-তাউদুনা ময়ূম মকৈ লৈত্রবদৌনা পুখ্রুংফম কোইথি থিখিবা, অসুক লুব-লুববা নমীংনসু উহৌদবা থৌদোকশিংদুনা থৌদোক অমমম ওইববা। নমাঙমক্তদা থৌবীয়ান শিগদৌবিবসিগীনা মী অমত্তফাও লাক্তবা। পেমচানা থৌবী য়ানবা উহৌদবশা! ঐনা শিবসি থৌদোক অমা, ওইদ্রবা হিমালয় নীংখায়বদা কবিসু নাচুংদ্রবা ! ফৈ-ফৈ, ফৈকো, নখোয় নোংমদি খঙনিদনা। নোংমা লৈকায় অসিনা "শাইখোম তাতোম্বদো" হায়দুনা পাপ চেল্লবা নচীন নচীন্দুনা পন্দ পল্লুদনা - সৈত্য, মদুদা ঐনা আ-মথক্তগী তৌবকপদু য়েংঙুকো। মসিগী খল্লুববদি হেক তোকথোকপা, শুংশি হেক শিবিদবা।

(কপ্পী)

অস ! নুংদি নুংঙাইত্তেদকো। হিংদি হিংনিংঙিদকো। ফবে, ঐ শিবগা মাঙজহৌগদৌবিবসি নখোয়নি। ঐ চৎলে, ঐ চৎলে।

(থৌবী পায়)

কয়াম কনবা থৌবীনো শিবো ? য়াঙগংলবা তাতোম্বগী লুল্লবা থম্মোয়সি য়ানখৎপা ঙমগদ্রো ? অস ! অস ! য়ুবী থৌবী ! লৈকাইদা হৌদবা, লৈকায়দা ফংদবা য়ুবীদগী তাবা থৌরীদা শাইখোম তাতোম্বা লানদৌববা ! লৈকায়গী হে লীহিং থৌবী, সৌগ্রী মকৃগী থৌবী, অনানবা মকৃগী থৌবী, ইনজিং থৌবী, কোনথৌবি লৈকায়গী থৌবী ! নখোয়বু মোন ওন্দুনা, গাড়ী তোংদুনা লম কোয়দে হায়বগী ব্রাবৌদে। ঐমক শিবা ফাওবদি লৈকায়সিদা ফংবা সৌগ্রী মকৃগী থৌরী অমতং ওইববসু ফৈদনা। মসিগী খল্লুববদি হেক তোকথোকপা, হেক শিবিদবা। ছুম কান্নদে, থেঙলগা কান্নদে। পবপ পবপ লাক্তদবনি। খুদক্তা চৎপা তাই। বেডি ব্রান, টু, টু ...।

খুরাঙাং : ইবুংঙো তাতোম্বা কৈদৌরিনো ?

তোম্বা : খুবাবু ঐনা তৌজগদৌবিবসি, হায়বদি ঐনা উৎচগদৌবিবসি, ঐখোয়গী মসিদা য়াম্বুরক্লিবা থৌরী অসিগী কোজোয় অসিনা থৌবী উতোংসি লাকশিন্দুনা কায়বা খুর হোনবা য়াদ্রবা, ফ্রিং-ফ্রিং কাওবা অদুগা লোয়ন লোয়ননা ঐ শিববা ।

খুরাঙাং : (নোকই)
ও...ও... য়াম্না লুব্রবজাৎনিদনা, শোয়দ্রবদি শিবোইদৌরিবনিনে।

তোম্বা : অহোয় । অরুবা ঙাক্তনি ঐনা তৌজবিবসে । পেমচা হায়বীদো হৈদ্রেদা।

খুরাঙাং : অদুবুদি লৈকায় চনুনিদনা ।

তোম্বা : খুবাগী মাঙমক্তদা ঐ শিদৌবি । ঐনা তাতোম্বা হাৎতৌবি । খুবা নঙ তাতোম্বা শিবা খাম্মোইদ্রা ?

খুরাঙাং : নঙগীসিবু অশেংব্রা ? নঙগী ফাগিসিবু চানবজাৎলা ?

তোম্বা : ফাগিনি, তৌশিন্নবনি । অশেংবা তৌশিন্নবনি । ঐ অমুক থোকচরকখিনি মথংগী সিন্দা । ঐ লাকখিনি, লৈকায়সিবু কল্লখিনি । লৈরক মচানগী বল্ল অচাকপসে শিল্লখিনি। ব্রাট চামগী পানগে । নুমিদাংদা কণ্ডলা মচাগা ফাবৌঙা মপীগা মশক খঙনবা । কেগেগী য়ুম্বীসি শীন্দোকে, য়ুমসিসু তেকতৌরে ।

খুরাঙাং : নঙ খুরাগীদুসু কিন্থদৌবে । হন্দক্তি মখোঙদুসু শীন্দোকে খল্লি । খুবাগী লিশিং মবীদু পীরোনা ইবুংঙো । নঙগী হয়েংদু ঙসিনিনে। নয়ুম চংলুই, লীলা চংখি হায়। লীলা চংলুই, নয়ুম চংগ্রে হায় । লীলা হৌদ্রিঙৈদা খুবাগী মরীদু পীবম্মু । কুমথরকউ, কুমথবকউ ।

তোম্বা : ঐ খুদক্তা হনজরক্কদবনি ।

খুরাঙাং : হল্লক্কদবদি মাল্লি । অদুবু তাতোম্বা ব্রাংদি ব্রাংগ্রেদা ।

তোম্বা : অহোয় খুবা, তাতোম্বগীদি অব্রাংবা ঙাক্তনি ।

খুরা : থৌবীসিসু লিংনা উই, পাক তৎলোই । ব্রাংখৎত্রিঙৈদা নঙ খুরাগী মরিদো অমুক্তা পীথোক্লম্মু ।

তোম্বা : হায় গধা, নঙবু করম্বা অহল্লনো? চাম চংপী বোরা কয়া পাম্মী নঙ ? চাম চংপীনা লোক্তাক ফুনবদা তাতা মপোৎ কয়া চঙনি ? লৈকায়গী লময়ানবা শ্রীতাতোম্বা ঐনা থৌবী য়ানবসিদা থাগৎতবা, খামসু খামদবা পাম্মু খঙদবা অপঙবা ভূৎ । পৈশা-পৈশা-পৈশা, শেল হায়বসি লক্ষ্মীনিনে, লাইনিনে । অইবঙ মীনা লাই নুপী লৌবা য়াব্রো? অহল্ল অমা ওইবগী অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলু, ঈকজৌ কোনুং কাও, গোবিন্দ খুকম্মু । লাই নীংদবা, ধর্ম্ম লৈতবা ... তাতোম্বা চংখিদৌবদা নপি তাদবা ।

খুরাঙাং : এ..., এ..., খুবা কল্লী । খুবা তশেংনা ও খোংনা কল্লী । লিশিং মবিদো ওম্থোক্লা বানা শুংগৎপ্রবা । খুনু তুনফমদা, য়েন কাওনফমদা অনা শিকি তেক-তেক । নঙ চংখিদৌবসে নঙ খুবা থবায় ব্লাবা অমা য়াওনা কল্লীবনি ।

তোম্বা : চাম চংপী বোবা কয়া পাম্মী নঙ ?

খুরাঙাং : এ,এ বোবাকা নত্তে, সুপ্লগী নিফু খক্তং পীয়ু ।

তোম্বা : হৈ ! লমজেন চেল্লিবা পাখঙ, সনাগী থম্বাল হেক্কে চংলিবা অহল, লোক্তাক ঈয়ায়দা হৈকক হেকপী, নমানা পোকপদগী উবরোইদবা কুম্মৈ য়েংলো লাউ । লীলাদা তশেংনমক্কী থৌবী য়াম্দুনা শিবা য়েংঙুবাউ।

হোঙবা : টিকেট থাজবে, টিকেট থাজরে। থৌবী য়াম্দুনা শিবা মীয়ামগী মাঙদা লাম্থোকচবি। হৌজিক টিকেট থাজবে । অঙকপা নুংঙাইবা কুম্মৈনি । *(টিকেট ইমৈ)*

হোঙবা : অস, অস, ইতৈমা খুজিদো, তপ্পা থিনবা য়াদ্রো ? ইতৈমা য়াওববদি ক্যা থুগাইবসিনা... । শীঙ্গ লাঙজবিবা ঐখোয়না কৌব্রুগী চীংদোম্দা কৈনো'মা থেংনবে । অদুগা কংলা অমসুং অদ্রোদা চংখিবা অনীদুসু হল্লক্নে । মবম অসিনা হাউসি গী টিকেট থাজবে... । য়োব নেক্স লক্কী নম্বব ইজ - টু এন্দ ফাইভ - টুয়েন্টিফাইভ ।

তোম্বা : কৈদৌবগে ? ঐ থেঙবা য়াদে হায়বগা । মথোঙ মরম খঙদবসি ঐ ঙাইদুনা লৈগদ্রো ? ঐ থেঙবা য়াদে। বেডি- বান, টু.... টু... ।

হোঙবা : শ্রী।

তোম্বা : গধা, নঙবু কবম্বা গধানো ? য়েংঙু, নমান্নবা গধা অতৈদা য়েংউ। মতৌ তম্মু , চে কলম পায়য়ু । ইয়ু নৈনৌ, থিগৎলু শিবগী মবম করিনো ? হিংনীঙদবগী মবম কবিনো ? লৈকায়সিদা হিংনীংবা মীনা কয়ানো ? হিংনীংদবা মীনা কয়ানো ? অনীদু পুবিনৌ । তাবকপা ফলদুদা পানখিবা নিংথৌ মশিংনা য়েনথোকউ, ফলদু খঙদোকউ। মীনা য়েন চায় । য়েন লাক্ক মঙা না মী অমা চাবা ঙম্লো ? য়েননা চীক্কনি কিদুনা খুল হোংখিবসি চুম্রা-লানব্রা ? লুব-লুববা ব্রাখল খল্লু । খল্লু, লৈকায়সি নিংথৌনা ঙাক্লিব্রা, মীনাইনা ঙাক্লিব্রা ? শ্রী তাতোম্বনা কবি তৌগে খনখি ? কবি তৌখি ? নৈনৌ, ইয়ু। লমায় ৯৭০ পানবা লাইবিক ফোঙঙু । নিংথৌদগী মনা লৌ । অহোঙবা মমলগী চে দবকাবদগী হেন্না লৌ । অতাবা মমলদা নম্বা য়াবে। ব্রোক শাউ, চেখুম য়েকউ, ঐগী ফোতো হাম্মু ।
(কৈ চঙলকই, মহৈ মহৈ কায়নখি ।)

অসুক য়াম্না তম্বীবে, তাকপীবে, গ্যান তাদে । কবিনো নখোয়না তৌদৌবিসিবু? কান্নদে ঐ থেঙবা য়াদে, ঐ থেঙবা য়াদে বেডি ব্রান, টু... টু...।

কৈ : হন্ড্রেড।

তোম্বা : (কপ্পী)
ঐ, ঐনা হাৎকনি, নঙনা হাৎপা য়াবা ঐ নত্তে ।

কৈ : নঙ ঙাঙঙি, ঐ তায় । নঙ ব্রাই, ঐ নুংঙাই । নঙগীসিনা অশেংবা ফাগি ওইরবদি ঐ ব্রা অমা হংগে । কবিগীনো নঙনা শিগদৌবিবসে?

তোম্বা : ঐনা শিবগী মবম খঙলগা ইগে ফোঙগে মনা লৌগে সিনিনে । নঙবু ক্লাস কয়ানো ?

কৈ : ঐ লান মমাঙগী ক্লাস আইটনি । নঙদি কবিনো ?

তোম্বা : ঐ মীনি ।

কৈ : নঙ মী... ওহ ! আই সী।

তোম্বা : ঐ শ্রী শাইখোম তাতোম্বনি । 'তাদা' হায়বা ব্রাহৈসি মীনা মীদা কৌবা ব্রাহৈনি । ঐবু ইপাদগী হল্লি হায়দুনা কনাগুম্বনা তাদা কৌবসু য়াওই। খুবা চাউথোইগী হুইনাওদুনা খোংবদু তাদা হায়বা হায়ফেৎ মাল্লি ।

মপীদুনা মখোয় অনীতনি পোকপা, ময়াম্বদু শিখ্রবা। কৈসু কায়দে। হূইনা মথক্কী অহল্লদা তাদা কৌবা, কৈসু কায়দে।

কৈ : তাতোম্বনা থৌবী যানগদৌবিবসি কবিগীনো ?

তোম্বা : শিনবা।

কৈ : কৈদৌবগদি নঙ হিংনি ? কবি এনশাং চানিঙঙি, থৌবী য়াল্লমদাইসিদা?

তোম্বা : উংতি ! চাম চংপীগী উংনা থোংবা উংতি।

কৈ : ও, নঙ শেল পাম্মী। নঙনা "ঐ মীনি" হায়না লাউখিবদু ঐ চীংথক্তা লেপ্তুনা য়েংলি। ঐ তায়- নঙ মীনি হায়না লাউবদু ঐ তায়। ঐগী ইপাগী ইপাদো হাংখি হায় মীনা। নঙ মীনি, ঐ নঙবু হাত্তুনা ইপুগী লমন খুমগনি। ঐ নঙনা পেল্লা হিংব্রিঙৈদা হাংনিংদে। বেল গাভী তোংদুনা, প্লেন তোংদুনা কোয়চং চংলুবে। নঙ থেংনবে নখোয় লৈকায়সিদা। ঐগী ইপাগী ইপাদু গধানি। মানা "ঐ চাউথোইনা হাংপনি নংত্রগা বিধুনা হাংপনি" দা হায়বম্মুদনা, 'শুক রানা থিগদ্রা ? ফবে, পূম্নমক তোক্রো। নঙ মীনি হায়বে, নঙবু হাত্তুনা চাগনি। ঐ হিংনি, লমন খুম্নি ইপু হাংপগী।

তোম্বা : ঐ, ঐনা হাংকনি। ঐগী অশিবা হকচাং মৈ থাগনি, উং ওনগনি। উত্তুনা সনা ওনগনি। উং মবীক অমা ফংবা মহাক ইনাক খুন্নি, ফমথোন কানি। ঐগী উং, চফূ তবেং তা হাপকনি ; লৌবুক ৭ তা চাইগনি। পবীদা হম্ফুদ্রাতবেং থোক্কনি। মৈনা হজোইববা ঐগী হকচাংগী শকক নিংথৌকাবদা "নোংমাইচীংদা" পুখংকনি। মপুগী অবাংবা লৈকোন্দা তিনগনি।

কৈ : নঙগীসি শোয়দি শোয়দ্রেকো ? নঙগীসি হৌজিকমক শিদবা ইয়ামক য়াদবজাংলো ?

তোম্বা : ঐবু হৌজিক হিংখিদ্রো ?

কৈ : নঙনা পামলিবসি কবিনো ?

তোম্বা : পৈশা, পৈশা ! লুপা অমা চংপী, অনী চংপী, মঙা চংপী, তবা চংপী, কুন চংপী, চামা চংপী।

কৈ : য়াবে, য়াবে ! ফীবোই লোইশ্রবা অমা চংপীদুদদি হায়নু ইনাও।

তোম্বা : পৈশানা ঙমদবা কবি লৈ ? চামা চংপী অমা পীখি চামা চংখি। লাঙ্গোল পায়, ফৌবোং চামা কারকই। ফৌবোংতা চামা।

শেন্দা পীয়ু । মোইবাং লমজা কৈদা, কেগে লমজা কৈদা, সত্যা ঐ তৌগে । লায়রবদা লুহূপ উপহনগে । লমজা লমজেল চেলহল্লোই । লৈরক মচীনগী বন্ধ অচাকপদু পীন্দোকে । পুমগান ঙালহনগে ।

কৈ : (পৈশা মপুন অমা পুথোরকই, চামা চংপী অমা পী)
চিঠিখেল্লা ফাওনিঙ্রা ? মসিগুম্বা মপুনসি চামঙানি সিদা য়াওবিবসি । য়েংঙু, কয়া চংপীনো য়েংঙু ।

তোম্বা : অশেংবরা, অশাবরা ? ময়ায়দা লৈই অমা চিংগুম তৌবনি । হে ! নঙ থানা তাকউরা ? য়াইঙং অমুবা কদায়দে লৌরুই ?

কৈ : নপুন্নিদা চামা চংপী কয়ারক উরে ?

তোম্বা : থায়না ক্লাস আইট মিং চনবদা পাজিনা অমা খক পীখি ।

কৈ : পৈশাদুনা নঙ স্কুল দা মিং চনবা য়াখিব্রা ?

তোম্বা : ক্লাস আইট তা ঐ ফাষ্টনিনে গথা ।

কৈ : চাম চংপীদু নপাদা ঐনা পীখিবনি । থায়না উখিবদুগা মান্নব্রা য়েংঙু ।

তোম্বা : মসিনা মরাক থরা চল্লবা করিনো ? ফবে, ওইজবসনু । অদু ... নঙ মসিনা ঐগী সার্টিফিকেট ময়ামসি লৈগে সিরো ?

কৈ : শুম্বা মপুনসি নঙ কয়াম পাম্মী ? য়েংঙু, য়েংঙু, হোৎলু-তিনশিল্লু, পুরিয়ু, খাইদোকউ— । (চে-কলম পী)

তোম্বা : চামদা কুন/কুন শেন্দোয়, লিশিং অনী গী চহী লিশিং অনীগী শেন্দোয়দি কুনদা তবানিথোইনা পুরিরবা, মদুদা লিশিং অনীনা পুরিববা, মদুগী মথক্তা অমুক লিশিং অনীনা পুবিববা। অস ! মসিদি য়াম য়াম্মা জাৎনিনা । গ্রাম লিশিংনা কিলো অমা ওইববা, অদুদি পুল্লা চামা চংপী কিলো অহুম্মখাই, জিজব তান অহুম, মখোঙ মরি অমা শীন্দোক্লবা, লৈবক মচীনগী বন্ধতুমা শীন্দোক্লবা, নাউরি ববব জুবা চামঙা লৈববা । অদুদি পুল্লা চামা চংপি কিলো চামঙা সুপ্লা নিপাল মখায়।

কৈ : ফবে, ঙসিসি তাং অনী নিদনা । মথং থাগী তাং অনীদা ঐখোয় অনী অমুক থেংনসি । দলিল মরোলসি পাগে তাও-
"ইয়াদি ক্রিতং শ্রীযুক্ত শাইখোম তাতোম্বা পীং শ্রী শাইখোম লানজাও ঙম্বা সাং চীংয়া লোয়াবম অকং লৈকায়, মখাদা ফার্ষ্ট পার্টি হায়না খঙনবা অমসুং শ্রী খম্বনৈনা কোকলেনবম কৈরেন পীং লাল্লোয়

কৈজাও সাং নোংপোক লোকনুং ময়ায় লৈকায়, সেকেন্দ পার্টি হায়না খণ্ডনবা অনীনা মখাগী ৱাবোলশিং অসি য়াম্নবে। মদুদি :-

**অহানবদা** - *সেকেন্দ পার্টিনা শ্রীশাইখোম তাতোম্বদা চামা চৎপী কিলো চামণ্ডা সুপ্না নিপাল মখায় পীগদবনি।*

**অনীশুবদা** - হায়বিবা শেনফম অসিগী মহুত্তা শ্রীশাইখোম তাতোম্বনা মহাক্কী অহিংবা হকচাংগী শদোং পূম্নমক সেকেন্দ পার্টিগী মফমদা শিন্নবা।

**অহুমশুবদা** - মথক্তা পল্লিবা শদোং অসি সেকন্দ পার্টি মশামক্তা লৌথোক্লিংবা মওংদা ফার্ষ্ট পার্টিদগী লৌথোক্কদবনি। অমসুং মদুদা থোবকপা ঈ-নাই অসিনচিংবা পূম্নমক্কী দায়ত্ব ফার্ষ্ট পার্টি মশামক্তা পুজগদবনি।

**মরিশুবদা** - ফার্ষ্ট পার্টিনা মথক্তা পল্লিবা শেন্নেপ অসিগী শেন্দোই ওইনা ৱাহে অনীখক পীগনি মদুদি "ঐ মীনি"। কবিগুম্বা শেন্দোয় অসি পীবা তাববদি, সেকেন্দ পার্টিনা মশানা য়াজববদি, অহিংবা শদোংশিং অদু মাগী চাকখাউদা হাপচিনজবা য়াগনি।"

(মথক্তা ইবিবশিংসি পার্টি অনীমক্তা পাদুনা তানবে। মখোয় মখোয়না খওবা লোনদশু শুগাইনা খণ্ডলে। অদুগা মতুংদা মশা-মশানা য়াবে হায়দুনা শাক্ষীশিং হায়বদি ঃ-

(১) নুঙজাও ফম্বাক অহুম

(২) ইলেকত্রিক পোষ্ট অমা

মখোয়গী মমাঙদা সহি তৌনবে। কৈ সাইন তৌবগা তোম্ববুসু সাইন তৌহল্লি। কৈনা শেল পী, তোম্বনা লৌই।)

কৈ : থা অমা চূপ্না চেনগদবা লমজেল থাবে-"শ্বা"চেল্লো, চেল্লো।

(তোম্বা শেল পায়বগা চেল্লি।)

## অনীশুবা উৎপা

তোম্বা : ঙসিগী থৌবম পবেং লাউথোকউ ।

থৌরম পাবা: হৌজিক পূং লোইনা তাখিবগা লোয়ননা ঙসিগী থৌবম পাথোকচবি থৌবমগী অহৌবদা ওঝা ব্রাবী ইবনা শ্রীতাতোম্বগী ব্রাবী ইগনি । মথংদা অয়ুক্কী অহানবা য়ুথক্তা লাছোকচগনি খুবাঙাং অমদি শ্রীহোব... ঙাকপিগনি... হোংবগা লোয়ননা য়ু থকমিন্নবা । অয়ুক্কী অনীশুবা য়ুথক চঙশিল্লকপগা লোয়না লোয়ননা শ্রীতাতোম্বনা খূৎহৈবম কুকবীগী খূৎশেম শঙলেন্দা সনা মোহোব চামবিকুন গী পাফব হাপ্লবা পুখম হৈবা চৎপা । অয়ুক পূং তবেৎ তেক তাবমক্তদা ফংবিগনি লৈকাযগী হনুবা ময়ামগী হকচাং শাজেল তৌফম শঙ শঙ্গাবা চৎপা ।

(তোম্বা খুবাক খুই। হবাওই,নোকই।)

ব্রারী ইবা : (চঙলকই)

ইবুংঙো ননাই নপু পুনেমজবি । ব্রাবৌবিবা য়াদেদো। ইবুংঙোনা বঙ্গালী ময়েক্না ইবিবকপা চিঠিদুদা যে: যেম: হায়বদুদা অয়ুক পূং মবি হায়বিববা, নিপান হায়বিববা ননাই নপু ভাব মচা অমতং তাদ্রবা । কৈসু কায়দে, হৌজিক ঐ য়ৌবক্লে ।

তোম্বা : কৈসু কায়দে ইপু । মথক-মখা ওছোক-ওনশিন তৌবা মানবা ময়েক য়াম্না লৈ ঐখোয় লৈকায়দা । মদুসু কৈসু কায়দে । চৎনদুনা চৎনবে, লোইবে ।

ব্রারী ইবা : ননাই ঐ থৌবাং লোইজবে । ইবা হৌবা য়াবদ্রা ...?

তোম্বা : য়াবে ইপু হৌবিবো । ইপুগী চেসিদি ?

ব্রারী ইবা : অখোৎপীনা মঙাবক খোৎপদা মফোন খোক্তবা চেনে, চহী লিশিং লিশিংগী মমাঙদা লাইলিক ইনপা চেনে ।

তোম্বা : (শেল থাবা)

কনস্লবা চেনিদা ইপু । ফস্লবা চেনিদা ইপু ।

ব্রারী ইবা : কনগ্রবা চেনিদা ইশু । থায়না ইনপা চেদুমক্লিনে ।
(শেল খোমজিন খোমজিন হায় ।)

হুমাই : (দাউন লেফতা) শ্রীশাইখোম তাতোম্বা শোক কয়াদা পোকই ?

তোম্বা : শকাব্দ লিশিং অমা চামরি মবিফুদ্রানিপান দা শ্রীশ্রী শাইখোম তাতোম্বা পোকই ।

হুমাই : ইস !

তোম্বা . মবিফুদ্রানিপান হেক মমাঙ হায়বদি... মবিফুদ্রাতবেৎ অদুব্রাইদা য়াবে, হেক্তা খোৎচিনবিবো ।

ব্রারী ইবা : এ! কবি ব্রানোনে নিংথেম, তাতোম্বনা মৈদিংঙু চবাইবোংবদগী হনবা তাববা ?

তোম্বা : (নোকই)
মদুদা কবি কায় ? মদুদা কবি কায ইপু? তাতোম্বনা মৈদিংঙু চবাইবোংবদগী হনবদা কবি কায় ?

ব্রারী ইবা : হায়হৈদে, নিংথেম হায়হৈদে ।

তোম্বা · (শেল পীবগা)
ইপু কাগব্রনে ?

ব্রারীইবা : কায়দে নিংথেম, কায়দে।

হুমাই : শ্রী শাইখোম তাতোম্বা ফুট কয়া ব্রাংই ?

তোম্বা : শ্রী শাইখোম তাতোম্বা ফুত তবানিপানগা ইঞ্চি নিপান ব্রাংঙি

হুমাই : ইস! কোকয়েৎ তাইহে !
(ব্রবী ইবা, হুমাই ব্রাংনা লেপখৎখ্রিবা তাতোম্বদা য়েংঙি।)

ব্রারী ইবা : এ ! কবিনোনে নিংথেম ! লান তাবক্কদবা ব্রা ঙাক্তা পঙতাক তাকপীবেদকো ।

তোম্বা : ইপুনা নুংঙাইত্রগা খবা সাহিত্যীক ওইনা শ্রীশাইখোম তাতোম্বনা খুমন লমজা খম্বগুম্বা শকক অনী ব্রাংঙি হেক্তা হায়বীয়ু ।

ব্রারী ইবা : নিংথেম হন্দকী মতাং অসিদি ননাই নপুনা খুৎ থাবদা খবা খজিক লুদৌবিবো।

তোম্বা : ইপু ! শ্রী তোম্বনা খুমন লমজা খম্বগুম্বা শকক অনী ব্রাংবদা কবি কায়, কবি কায় ইপু?
(শেল পী)

ব্রারী ইবা . তুংলমচংকী মীওইনা পঙযেং যেংনজহৌনবা পঙখোং খোংচিল্লগা লোইরে। খোকঅ-খোকঅবা হায়'দুনি।

তোম্বা : অদুদি ইপু...
(তোম্বনা খোঙ্গেল য়াওদনা থুনা হায়বগী মওং তৌই। শেল থায়। ব্রাবী ইবসু থুনা ই। শেল খোমজিল্লি। অনীমক খঙলেপ লেপ্পী।)
... অদুদি ইপু পাথবীবো!

ব্রারী ইবা : (পাখোকপা)
শ্রীশ্রী শাইখোম তাতোম্বনা ফম্বাল কাগদবা নোংমা ব্রাংলিঙৈদা অহিংদা, অহিংবা কৈজাও নিফু ফায়এ।

তোম্বা+হুমাই : ফায় ফায়।

ব্রারী ইবা : ফম্বাল কাবা হেক নোংঙানবগা মমাঙ লৈকায়দা লোক্তাক তৌই।

তোম্বা+হুমাই : তৌবী তৌবী।

ব্রারী ইবা : মদুগী লৈপাক অদুনা কৌব্রু থোল্লি। কৌব্রুথক্তা লৈবাং কয়া থাই, শামুসু য়োকএ। লোয়না-লোয়ননা শ্রীশাইখোম তাতোম্বা সমাজ সেবাদা মপুঙ্গি কংথোক্লবা মী ওনখি। অচুম্বা ঙাঙবা, চুমদ্রিং চংপা, থম্মোয়না পীনিঙ-পীনিঙ পীথোকপা, হাযখিবা ব্রা ঙাক্লা চংপা, তৌনি হায়বগা তৌবা, তৌনি-তৌবোই খাক্তবা, লোয়নমক তৌবা তোম্বনি।
(পূন্না নোকমিন্নে।)

তোম্বা : আইস! নুংঙাইহে, অচুম্বা হায়বসিদি তাবা য়াম্না নুংঙাই হৈ। য়াবে ইপু, নিংথৌবোলগী লাইবিক মবক্তা হেক্তা হাপ্পীযু। ঙসিগীদি য়াবে। অদুগা তোম্বা শিবগী মতাংদুদি হায়ফেং লুদৌবি। ফুট তবানিপানগা ইঞ্চি নিপান ব্রাংবা মীসে কবি থবক তৌবগা শিনৈ ইপু?

ব্রারী ইবা : নিংথেম থেংনবক্তেনে নপুশু।

তোম্বা : শ্রীশাইখোম তোম্বা শিবগী মতাংসি ঐ অমুক্তা খল্লকখিগে। ব্রাখলবু ইথোক থোক্লে ঙসি ঙবাংসে। ফবে, পোখাবগে। ইপু লেঙঙো।

ব্রারী ইবা : অদুদি ননাই ঐ ভক্তি কংচবি। ঙসিগীদি য়ৌজবগে। জয় জয় জয়। ইনাওতোন।

হুমাই : তাতোনবু অদুদি, জয় জয় জয়।
(ব্রাবী ইবা, হুমাই কায়নৈ)।

তোম্বা : ঙসিসি তাং কুন্তবেৎ ওম্বোক্লবদি কবি কায় ? হয়েংসিসু কুন্তবেৎ, হংচিংসু মশেমসু কুন্তবেৎ/কুন্তবেৎ ঙাক্তা ওইহল্লবদি কবি কায় ? কায়দে, কায়দে । ইনখিবা দলিনদু চৎনদবদি কবি কায় ? কায়দে মদুসু কায়দে । (অথৌবা চঙলকই।)

অথৌবা : তাতোম্বা ননাও অমুক্তা চঙলক্কে কায়রা ?

তোম্বা : কৈসু কায়দে লাউ চঙলকউ । ঐগী মিংদো খবা খবা তপ্পা হায়য়ু । মিং অমা ওম্বোকপগী মতাং ওঝা ৱাবী ইবগা হাইফেৎ তান্নবল্লিবনি । ৱাখল থোক্তে, অহিং তূমদে। খল্লি, লৈগদবা কবি কবি ৱাৎলি ?

অথৌবা : কবিনোমত্তা লৈবিয়ু হায়গে লাকচবিসিদি শোয়বেদনা ।

তোম্বা · ইহায় হায়দে হায়বিবনি । নিতিগী কোয়থোবকউ । শেল খূৎপায়-লাকপায়সিদা মী যাম্না য়ৌ য়ৌ তিনবা ফৈ । নত্তে ! ইনাওগীবু কবি লৈয়ু হায়বীবনো ?

অথৌবা : ননাওসু হন্দক্তি তান চাবে খঙবনি । নহান নোংমা ৱাবী হাইফেৎ হৌজবম্বা ফিল্মদুসু লোইশিনগে খল্লে । তাতোম্বদবুদি কৈসু লৈবা শেনফম নত্তে । লাক্ক কুপ্পা/নিফু দনিদা ।

তোম্বা ঙাইখো, নঙনা ফিল্ম হায়বিসিবু... ও: হিংচাবনা নুপী হুরানবগী ৱাবীদুবা ?

অথৌবা : মানি তাতোম্বা । মপুবোইববু লাইমক্লি খনজবীদুনা হেলিকুপ্তব তোংবা । হিংচাবদুনা হেলিকুপ্তব থৌবা । অদুদগীদি হিবোদুনা চীংথক্তগী ওম্ববগা লোকখাদা তাবা । লিক্লীগী খূজি ময়াম জব জব থাদবকপা। অস, মসিমদি সনাগীনি হায়দুনা হেক খাকচিলহৌবা। নীংশিং খুদম সনাখুদোপতু উবগা হিক হিক কপ্পুনা, হেলিকুপ্তবদা কিবিবা-পুল্লিবা, কোৎলি-ফাবিবা কিশি মযামদু বৎ বৎ থদৎতুনা হেক লংথবকপা । মদু উবগা লম্বী ঙাক্তা য়েকপা মেপ্তু উৎলগা লম্বী খঙলে হাযববমক্তদা শুম হেনজিল্লকইনে হায়দুনা মখোঙ দ্রঙ দ্রঙ থীনবদা লৈবাকসি চেকখায়বা। মদুদা ইন্টবভেল থাবা ।

তোম্বা : টিকেট য়াম্না ইন্নবা য়াই ; নেৎখায়দুনা শিনবা য়াই । ইপানাৎ, ইপুনাৎকী ওইবা, থাঙ-তা, ঝুলনচিংবা য়াওবা ফিল্মসু খবা নম্বা ফৈ ।

অথৌবা : ফিল্ম নত্রসু কবিনোমা হেক্তা য়াই ।

তোম্বা : থবক তৌদ্রবসু শেল অদুম মাঙহল্লু । কয়ানো ইনাওনা পাম্মীদু?

অথৌবা : থবক তৌদনা মনা লৌখিদবা লোইশঙ পুবেন, শুপ্লেন শুপ্পগী মশু

নুপানি ননাই ঐ । ইপা ইপু চেম্বুবা থবক্তি তৌজবোই । "স্কুল শেগায়বসি ফোৎলবদি কমদৌই ?"

তোম্বা : নপুক্লিংনবু লেপ্পবদি শ্রীশাইখোম তাতোম্বা ঐহাক্কী থৌদাং থৌয়াদুনা মনা ফংনিঙঙাইদি লৈহে অথৌবা । ঙসি তাং কয়ানো?

অথৌবা : তাং অমানি ।

তোম্বা : ঙসি তাং অমা, ঙসি তাং অমা, তাং অমা । দলিন, দলিন মরা লৌদে । লাল্লোই হঞ্জবা, কৈ অমত্তং হাৎসি ।

অথৌবা : শুপলেন শুপ্পগী মশুনি ননাই-ঐ, তাউথবীয়ু নয়াথং ।

তোম্বা : য়ারা তাবদা নুংঙাইহে লাল্লোয় হঞ্জবা । থাংজ তবেৎ চঙনা শাথ্রবা উতোংসি পায়বো সে । উতোংদুদা তূমলিবদো মিলি লিটব চাত্তবেৎ য়াম্খেগী হূনি । ঙসি অহিং মমৈ, মকুনা থরায় পীবো লাক্র খোংবা রাংলেন, কৈজাও মাগী ময়ূম চঙ, লোম্না নাথৈদুনা তূমফম কাদা য়ৌকো । অদুগা কৈদো অয়ুক-অয়ুক ঈশিং থকই হায় । খিল্লমগনি ঈশিং পুন অমা মাগী তুমফম কাদা । হৈয়ু হূসি পুন্দুদা ।

অথৌবা : (নোকই)

য়েক্লবা লিশিং লিশিং হাৎত্রবা ইপা ইপু ঙাক্তনি । নিঙহন্নজবোই ইথৌ পাঙথোকপদা, লানঙমদুনা হল্লকপা মীকুপ্পা খামেন চৎপা ফংজগে । লালোয় হঞ্জবা ইতিক খঙলোইদ্রদো কৈনাউ । লান্দা থৌবা অথৌবা ঐগী হূসিনা কৈনাউ মথ্বায় লৌগেদো । বিলামাতি খিত্তং হাপ্পগা অকনবা চেকপন খাগৎকে, কৈবননুংদা কৈনাউ নঙবু থমগেদো । মদুগী মখা তাবদি খঙলোইদ্রদো... ।

(ধুলোক থিল্লকই, থাঙ হাই।)

**ঈশৈ**

"লাউ লাউ চৎশি লাউ পাম্বা কৈবেন ফাকসি,
লাউ লাউ চৎশি লাউ পাম্বা কৈবেন ফাকসি।"

তোম্বা : ঙসি মার্চ কী তাং অনী, নত্তে তাং অমানি । ঐ শাইখোম তোম্বনি । মতম লৈগে । ঙসিবু তাং অমা ওইহনবা ঙমদ্রবদি তোম্বা ইমিং হোংগে । হল্লক্কে, থাখিবা লাম্মী অমাতা হল্লক্কে । অমা চৎখি হল্লক্কে, অনী চৎখি হল্লক্কে । চামা চৎখি হল্লক্কে । কবি দলিন, দলিন মরা লৌদে, ঐ দলিন মরা লৌদে । ঐ চৎকে কৈনাউ হাৎকে, কৈনাউ হাৎকে ।

(থাঙশাং পায়খৎলি, অথৌবনা কৈ পোদুনা পুবকই, তোম্বা নোকই, অথৌবা শিদুনা তুথখি, কৈ লেগুনা লৈহৌই ।)

কৈ : ঙসি মার্চকী তাং অনী । ইনখিবা দলিনগী মবোল ।
(তোম্বা কপ্পী, থাঙ থাদে। কৈনা মঙক্তা থৌবি থাংই, চিংদুনা পুই।)

ঈশৈ

ইঙেল্লে ইঙেল্লে লুহোংবা নুমিত্তা
সোবাৎ শোল্লে ইঙেল্লে ।
চুকপ থক্লি মৈখু কাবি ।
উচি ফাবি কিশি কিবি ইঙেল্লে।
লিংজেন খাবা, থৌনা ফবা
ককচেং শঙ্গু, শঙ্গু শঙ্গু
অশিবা তিন্থোক্লা ননবদা
থরায় থাবি, পুম্পাক পাকলি
লিংজেন মায়া-মান্না থরায় থাবি।
(তোম্বা কপ্পী)

কৈ : চহী লিশিং কয়া চাকখাউদা কবিমগ্তা তাবক্রে । ঐবু ক্লাস আইটতা ইতিহাস তম্বীবা ওঝানা হায়খি "কৈদি মী চায়"। লাম্লবা চাকখাওসিগীদমক মী কোয়থি থি । চহী লিশিং কয়া থিদুনতা লাকলে ; লৈজবা শেল পুম্বা লোইখ্রে। নঙনা নঙবু মীনি হায়বগীদমক লৈজবা শেল পুন্নমক নঙোন্দা শিন্নবে, চবা অমগীদমক ।
(কৈনা তোম্বগী মখোঙ-মখুৎ, মমিৎ-মনা পায়দুনা য়েংই।)
মীদি খুৎ অনী, খোঙ অনী, মীৎ অনী, না অনী লৈগনি ।
*(তাতোম্বগী থবাক্তা নাকোং পক্লা তায়)*
ইস ! নঙগীসিবু থম্মোয়বা, মৈবুল্লা ? অসিবু থম্মোয়বা মৈবুল্লা ? চাকই, যাম্না কন্না চাকই ।
(কৈনা তোম্বগী মপি লৌই খূদোম্বীদা য়েংঙি )
কবিনো মসিনা মুসিন মুবিবসে ? (ময়াদা তংঙি) ইস ! মসিনা হূগুম্না খাবিবসি কবিগীনো ? হ্ম , ঐ থাজবক্রে হ্ম, ঐ থাজবক্রে।
(কৈ কপ্পী)
ঐ যাম্না চিংনবে । ঐগী পৈশা মাঙলদ্রা ? ঐবু অসুম চবা হেল্লদ্রা ?
ঐ থাজবক্রে - ঐ থাজবক্রে । হায়যু নঙ কনানো ?

তোম্বা : ঐ শ্রীশাইখোম তাতোম্বনি ।

কৈ : মমাঙ থাগী তাং অনীদা নঙনা হায়খি - "কৈ -কৈনো য়াম্না তৌনি ।" কবি তৌগ্রে ?

তোম্বা : নঙ ঐ উন্নদ্রিঙৈ ঐনা লোক্তাক তৌখি । লৈপাক্লনা কৌব্রু থোনখি । মখল মখলগী লৈ থাখি । চাথোক লৈবা ঙা য়োকখি । অদুসু তৌখি অদাসু তৌখি ।

কৈ : লৈবক মচীনগী অচাকপা বক্সতুদি শিন্দোক্লব্রা ?

তোম্বা : (পাখৎলি)
ইস ! মদুমদি ঐ কাউহৌবে ।

কৈ : (কপ্লী)
ইস ! ঐ মতম কয়া অমা চবা হেনবা তাববা । নঙগী নমিং - নমথাক, লৌনম, ওইদবা, তৌশিন্নবা ।

তোম্বা : ঐ অচৌবা থবক কয়া পায়খৎখি । হেন্না চাউবা কয়া কয়া । লৈকায়সিগী অফবা চাওখৎ থৌবাং কয়া কয়া । কবিগীনো নঙনা কৈসু লৈত্রবা বক্স অদু শিন্দোক্কে হায়বগী ঐবু চৈবিবা ? হৌজিকসু মতম লৈব্বি, ঐবু মিকুপ অমত্তং থাদোকউ । বক্সতু হৌজিকমক শিন্দোক্লুগে ।

কৈ : ঐ মতম কয়া অমসু চবা হেনবা তাববা ।

তোম্বা : থাজৌ ঐ মীনি । ঐ মীনি । ঐ শ্রীশাইখোম তাতোম্বনি । চাও, ঐবু চাও। কৈদি মী চাগদবনি । চাও, ঐবু চাও । ঐ মীনি । ঐ নঙগী চীঞ্জাক্লি । ঐবু চাও ।

কৈ : ঐ চবা হেনবা তাববা অমুকসু ঙাইথবা তাববা ! কৈদৌঙৈনো, কদায়দনো থেংনবা য়াই ঙাইবসিনবু লেপত্রবদি ।
(চৎখি )

তোম্বা : হে কৈ । ঐ মীনি, ঐবু চাও...।
(তান্নখি) ❑

# ২

# শ্রীলৈখিদ্রবা তোম্বা

## অহানবা উৎপা

(য়ুমগী লমহাং মচা। লৌবুকসু লৈ। লৌ লিংবা হৌগৎলকপা থানি। খোইবা লিংবা মতম অদুনি। শেলুংবা লানবুং য়ৈবা... নিংথৌ মনাই থোক্লকই। লৈকায় মীয়ামদা লানবাউ পাথোকই। পুংজাও থীল্লি দ্রং দ্রং...।)

শেলুংবা : তাও তাও তাও। তাদবা য়াদে তাও। লানবাউসি ইনিংথৌগী মোহোব নম্বা চেবাংসিদগীনি। থাজদবা তৌগনু।
(পাথোকপা হৌই)
" লৈকায় মচাশিং। নীংতম্বগী লানসিদা অবৈবা থৌনা পুথোকপিয়ু হয়েং মীনাই ওইদনবা। লানসিদা শোয়দনা মায় পাক্কনি হায়বগী থাজবা লৈ। ৱাংমগী লাম্মীনা মখা চীংমায়দা লানবন শান্ত্রে। চীংয়া লৌকোন্দা লৌকুম্বা লৈকায় মচাশিং... লাঙ্গোল পায়দবা খুৎ নাম্মদুনা শাজেগী মহুত্তা তা-থাঙ অমা, খবা শাংবা থাঙ অমা পায়বা কান্নগনি। মিকুপ নাহুম শিংবা তঙাইফদে। লান অসি কনখৎলকপগা লোয়ননা য়াথং অসি লাউথোকলি মদুদি... য়ুমথোং খুদিংগী পাখঙ অমমম লান চঙদবা য়াবোই। হয়েং ইনুং ঙান্দ্রিঙৈ, য়ুমথোঙ খুদিংদৈ পাখঙ অমমম থাঙ, তা নৎত্রগা লীচৈ কবিনো লৈজবা খুৎতা অমমম পায়বগা কোনুং লম্পাক্তা লাক্তবা য়াদে" মসি শোয়ফদ্রবা য়াথংনি। তাও ... তাও...

পুংয়ৈবা : হন্দক্কী ঐখোয় লানসি কবম্বা লান্নো ?

শেলুংবা : পঙত্রেদা তোন্দাং নঙসে... নীংতম্বগী লান্নিনে..." নীংতম্বগী লান"।

পুংয়ৈবা : ঐখোয়না খঞ্জবনা নিংথৌগী মচা অতোম্বা মমিৎ নামা শেপ্পপ তৌবদুনা... আ তুবেল ৱাংমগী মৌনহাদু থেংলুবগীবা খনজবা

নংত্রগা নিংথৌগী মনাও য়াইমদুনা ব্রাংমদা কৈনোমা হায়জিনলুবদৌবা খনজবা।

শেলুংবা : হৈ তুমিং ! নঙগী নথৌ পূং থিনবা। ব্রা ঙাঙবা য়াদে। লানসি কৈদৌবেনো হংবা হৌনদে। লানসি কবিগীনো ? ওইনীংবা অমগী হেক্তা ওইসনু। মসি নীংতম্বগী লাননি। নীংতম্বগী লান। লানসিদা নঙ মায়থিবেদনা নঙ মীনাই ওল্লে। নঙগী ফৌ, নঙগী হব্রাই থবাক হন্দক চহীদা লোকপদো, অদুগা নঙগী নুপী হাকুম লুহোংবদো. . পূম্নমক নঙনা মীনাই ওইদৌবিবা মপূদুগী ওইব্রে। মসে নীংতম্বগী লাম্নিনে তুমিং; নঙবু মীনাই ওন্দনবা লান। লানগী মবম; কৈদৌবে লাননো ? করি কান্নে... নঙোন্দা কবি কান্নে? লাক্কদৌবা নশূ নুপাদু মীনাই ওইদনবা হোৎনৌ... অঙাংদুনা কপতনবা। সে... কান্নদে। লানবুংদু য়েয়ু। হৌনা থিনলু। (পূং থীল্লি) .. তাও ... তাও ... । ইনিংথৌগী য়াথংনি...। নীংতম্বগী লানসিদা যুমথোং খূদিংগী পাখঙ অমমম থোক্লক্কদবনি ...। হয়েং ইনুং ঙান্দ্রিঙৈ কোনুং লম্পাক্তা থুংগদবনি। (য়ুমদু উই-তোম্বগী য়ুম ...চঙশিল্লি।)

শেলুংবা : হায় থোঙ হাংদোকঊ। লানবাউসি তাদ্রা ? হায় হায় থোঙ হাংদোকঊ। হায় কাওপবো হায়ব্রো ?

(অহল ওইববা ইথৌ থোঙ হাংদোবকই- তপ্না )

ইথৌ : কনা ওইববনো ? তাকপীয়ু।

শেলুংবা : লানবাউ তাদ্রো নঙবো ? কৈদৌবেনো থোঙ লোনশিল্লিবসে ? নুপী হিংলিব্রা নঙবু, মকম কোল্লিবো ?

ইথৌ : হায়মা, সনা নঙগী ব্রাঙাঙ-শাঙাঙ থৌগল্লোনসিদি, অচৌ-অশাং,- সনা কোনুংলোমগী মাল্লি। নিংথৌগী মীনায় হায়গদ্রা ? লৈবাক্কী মীনায় হায়গদ্রা ? খবা চাউবা অমা ওইবমদৌমাল্লি । কয়া চাউবি।

শেলুংবা : ঐ শেলুংবনি অহল।

ইথৌ : মী অয়াম্বা লোয়না মমৈ ককনব্রে। শেলুংবা নঙনা কৈদৌবে ককহৌদ্রিবা? হৈ ! নঙনা তৌবিবদুবো নমৈদু নেৎলনিনহে।

(শেলুংবদু মমৈ য়াওববোই নীংই; নেৎলবোই নীংই... কোইমা মাই। ফন ফন চোংই।)

তোম্দাং : ইথৌবু, বাবৌবিনু । ঐখোয় তাদগীসে মমৈদি ককত্রবা জাংনি... অদুদা শেংনা ককপিখিদবা... মখাক খরা লৈহৌবা, অদুননি। বাবৌবীনু।

শেলুংবা : হায়, ঐ কনানো খঙত্রা নখোয়। ঐ কনানো খঙব্রো ?

ইথৌ : এ: এ: ইবুংঙো খঙদে খঙদে। অশেংবৈ খঙদে। কদায়দৈ খঙগদগেনে ?

শেলুংবা : ঐসে শেলুংবনে। কোনুং থনবা অঙন্বা নিংথৌগী যেংকী পাম্বোম।

ইথৌ : এ: এ· সনা ইবুংঙো। তপ্না ঙাঙ্ঙু তপ্না ঙাঙ্ঙু। নিংথৌদু তাবগা ইকায়নি। নিংথৌফাওদি খবা লেমহনসি। তপ্না তপ্না ঙাঙ্ঙু তপ্না ঙাঙ্ঙু...।

শেলুংবা · লাউগে থোংগে- ঐ নিংথৌগী য়েংকী পাম্বোমনি। ঐখোয় ইচে মেমচৌবীনি নিংথৌনা লৌবিবসি।

ইথৌ . সনা ইবুঙো। নঙবু ননপতু অমুক্তা শিংতোকউবা কৈদৌগে ? নঙসে নিংথৌগী অদুনি অদানি নঙনা হায়নীংবা মখৈ হায়যু, ননপতুদদি অমুক্তা শীংতোকউ কৈদৌগে ? নঙ খুবানা কপ্লগা হায়জবি - ননপতুদদি শীংতোকউবা কৈদৌগে য়েংকী পাম্বোম।
(তোন্দাংনা ফিজেৎ পী। শাংনা শাংনা অহুমলক শিংলি)

শেলুংবা . ( হন্দকতি ময়েক শেংনা- লুম্না লেন্নপ হাযবে)
"নিংথৌনা হায়বি- নীংতম্বগী লানসিগী য়ুমথোং খুদিংগী পাখঙ অমমম নোং ঙাস্ত্রিঙৈ কোনুং লম্পাক্তা- ফিজোনসু- থাঙ তা পায়- লাকপ্া তাই ।"

ইথৌ : ঐখোয় অহল ওইবশিং নুমিৎ তাবা য়াম উবক্লবশিং, ফমফম ফংগদ্রাও ? কয়াম থেঙনা হৌদৌবিজাৎনো ?

শেলুংবা . য়ুমসি অহলগী নংত্রো? য়ুমসিদা পাখঙগা লৈব্রা? মথীবোং পানবা, লুখাক চানীংদবা লৈকায়সিগীনি হাযবা য়াবা পাখঙ লৈব্রাও ?

ইথৌ . ইবুঙো শেলুংবা? কুইবে মাদি মসি তোকখিবা। ঐগী ইশৃ "তোম্বা" সি কুইবে সিগুম্বসি য়াওখিদবা। কদায়দনো অমা চৎলুবদা কবিনো অমা তৌখিববা কবিনো? অদুদগী মসিগুম্বসি তোকখ্রে।

তোন্দাং : ইথৌ হন্দক্কীসি নীংতম্বগী লাননি, লৈকায়সিগীনি। লৈকায়গীনি; য়াওদবা য়াদবনিনে ইথৌ।

শেলুংবা : নিংথৌগী য়াথংনি। অহলগী ইশূনুপা 'তোম্ব'দু কদায় লৈ ? পুথোবকউ। থোক্তবা য়াদবনি।

ইথৌ : (খুৎ থিল্লি- অরাপ্পা লৌবুক্তা)
তু... তু... আদা উবিবা লংত্রিক লংবা মশক ফজবা বাশি লৈবা লাঙ্গোন পায়বা শাজৈ পায়বা পাখঙসি 'ঐগী ইশূনিপা তোম্বা হায়বদুনি।'

শেলুংবা : আ... আ... আদৈসিবো। শাজৈসু উই, লৈশাবী অমসু উই।

তোন্দাং/

পূংয়েবা : লৈশাবীসি মশকসু ফজৈ, ঈশৈসু শকই।
(ঈশৈ তায়। মমি ওই অশেংবা ওই - অনীদুসু উই। লৈশাবীদু সনাবৈ কৌই। মখা লৈকায়দগীনি।)

**সনারৈগী ঈশৈ**

হো মাঙ্গা ও পামুবা,
হে নুংশিবা পাখঙ
লুব্রাওবা পাখঙ।
ঐনা নঙবু নুংশিজৈদা।
অশংবা লৌবুকসিদা, অশংবা ফৌনা।
অশংবা ফৌনাদুনা, থকলি নঙগী নুংশিবা ঈ।
অদুদৈদি... অঙাঙবা শাজৈ
ঐনা নঙবু নুংশিজৈনে
" লৈহীং নম্বা পাখঙ লুব্রাওবা শকহেনবা "
(অবাপ্পদৈ তোম্বগী খোঞ্জেল।)

তোম্বা : (ঈশৈ)
শাবি ইনেম মচা...
থব্রায় সিসু নঙগীনি
লৌবাকসিসু নঙগীনি
শঙমসিমা পামুজৈ

পামুবদু নঙগীনি।
শন্নাংদুগী শক্তম লৌ
লৈচীন মানা মুখিবনি।
শন্নাংদুদৈ খীকখিবনি হন্দক্কী নোং।
নোংদুদৈনি ফৌনানা ঈশং শংখিবসি
কাপ অনী মখায় ব্রাংখিবনি।
লৌবাকসিমা নঙগীনি
শঙমসিসু নঙগীনি।
থব্রায়-সিসু নঙগীনি।

শেলুংবা : নঙগী নশূনুপা তোম্বসি মতু থিবববা ? মানা উৎলিবসি কবিনো?

ইখৌ : মসি ইবুঙো শেলুংবা। মসিগুম্বসি 'নুংশিনবা' কৌই। মসিনা অহানবা উববা ?

শেলুংবা : ঐনা খনবনা লৌউবা, লৌ-লিংবা, লৌখোইবা... নুপীসি লৈশাবীবা?

তোন্দাং : লৈশাবী ওইববদি মনা-মথুম, হৈবাং-লৈবাং পীবীদোইবা অঙম্ববু?

শেলুংবা : (চৈথৎলি তোন্দাংদা)
হৈৎ। নঙ অমুক্তা খোঙ্গনু। অহলবু সোমগী ইশূনুপা তোম্ব'সি সুমাইনসুম তৌ লৈব্রা ? হন্দক্কীসে 'থাঙ-তাগা' মবী খবা লৈনৈ। হাযবদি ঈশৈ-নোংমাইদুদৈ খজিক্তং লাপ্লা। নঙগী নশূ নুপাসি হন্দক মতাংসিদদি থোকপা ঙমদৌ মান্দে। মানা তৌবিবসি লৌউবা হাযবদুবা কবিনো ?

ইখৌ : মানা তৌবিসে লৌ উবা হায়বদুনি। মানা উৎলিবসে 'লৌউবা, নুপীসু কোযবা' হায়বদুনি। 'নুংশিনা-নুংশিনা লৌ উমিন্নবা' হায়বদুনি। হন্দক্কীসিনা অহানবা উব্রা?
(তোম্বা - সনাবৈ চঙলকই)
হৈ তোম্বা, ইশু ইবুঙো, সিদা লাউ সিদা লাউ। ইবেম্মা নঙসু চঙলকউ... চঙলকউ-চঙলকউ ইকায়কনু। নতৈ য়াওদে ইকায়কনু।
(মখৌদা খুকমই, নুপীদুসু খুকমই)
ইবুঙো... তোম্বা। নঙ নশক ফজে, নহৈ হৈ, লৌশিং লৈ, নুপীনা য়াই অমদি নবিংজেল লৈ, লৈকায়সিবু নুংশি। লৈকায়সিগীদমক কবি

কবিনো তৌবা ঙন্মী হায়বসে মীনা খঙনবমালে। সে, নঙ তাদসি কোনুংদৈনি। পাউজেল খবা পীনীংমাল্লে।

তোম্বা : কবিনো তাদ ?

শেলুংবা : অঙাং নঙ য়ুমসিদৈবা; নঙগী নকোন্দু সিবা ?

তোম্বা : ঐখোয় তাদগী নপতুবু...
(শেলুংবা মনপ সুৎ)

শেলুংবা : নিংথৌনা হায়বি- নীংতম্বগী লানসিদা য়ুমথোঙ খূদিংগী পাখঙ অমমম থোক্কদবনি। হয়েং নোং ঙান্দ্রিঙৈ লৈজবা খুৎলাই অমমম পায়দুনা কোনুং লম্পাক্তা থুংলগদবনি। থাজদ্রগা সনা মোহব নম্বা চে য়াওবি। পাবা থোকপবা পাগেবা ?
(উৎলি)

ইথৌ : তৌগদৌবিবসিবু অশেংবৈ লাল্লা? লানসিবু অশেংবৈ নীংতম্বৈ লাল্লা?

শেলুংবা : অশেংবৈনিনে অহল। হৌজিক লানজাওসিনা মবম ওই, থব্রায় খূদিং থক থক নীকলে। অঙাংশিংনা কপ্লে অহিংদা হিক হিক। নহান নুংদাং লৈকায়গী ফৌগৈ অহুম চীংয়াদা লৈবদু মৈ থাখ্রে। লৌমী অহুম মখূৎকা মঙক্কা ককথৎলম্লে। যণ লাবা তবেৎকা লৈশাবী তবেৎকা পুখ্রে।

ইথৌ : *লেপ্লো লেপ্লো - অঙম্বা। থোকও ... থোকও তোম্বা থোকও। তোম্বা লান চঙলে। ঐগী ইশূ নুপা তোম্বা লান চঙলে। লাউথোক্লে। ঐনা লাউথোক্লিবসিনি।*

তোম্বা : ইথৌ, ঐসিবো হন্দক মবকসি য়াম চিন্দৌবিদা। শঙমসিমসু অনীবক হনগদবনি। ঈশিং খবা লৈবিঙৈ লৌবাকতুমা লোইশিনহৌদ্রবদি কমদৌনি। ঐসি য়াম চিন্দৌবিবো ইথৌ। অব্রাং লৈকায লিকোন্দুমা ঐ য়াওদ্রে শা-লান শাগদৌবিবা। হৈনৌ মখোঙগী থাবলদুমা ঐ য়াওদবা সুপয়া য়াদবা শাথীনা লুপ্রবা।

সনারৈ : হয়েং লৈ লাংবা চৎকনি হায়বদুদি কমদৌববা? তোকঅদোইবো?

শেলুংবা : ইস' নুপীসি, নুপী মচাসি খোল্লে খোন্দা চুমইহে। অচৌ-অশাং কা, সনা কোনুংদা শাংকদবমক থোকইদা।
নুবা নগুবু শকহেনবী।
শেলুংবা ঐগী ইবানয়াই
শেংনীংবদা শেং, চানীংবদা চা
শাংলুবাউবা কৈদৌগে
অহিং অহিং খুদিংগী
মথং নোংঙাল্লমদাই ফাও।

তোম্বা : সনাবৈ। ঐদি কুইবেনে সিগুম্বসি উদবা। তোকসু তোক্লগ্রমানেদা ?
কৈদৌবা ?
ব্রাবক্কী তয়ালনা কৈদৌবা ?
সঙবায়দা ফৌ, ফৌদা সঙবায়...
কবি কবিনো অমুক্ত হায়য়ু
কাঙক্রমগীসু হায়য়ু।

সনাবৈ . হো, তাদ শেলুংবা,
নামৈদা কবোকং পকলে।
নুংশিদকো কবোকং,
কবোদা লোংবু খোল্লিংই।
অমুক্তা উজদ্রি ব্রাবকতুসু,
অমুক্ত উজদ্রি তয়ালসু,
উহনবিদে তাদনা ফৌ শংবাই অথনবসু,
মফোনথোক য়েনকাঙক্রম অদুসু।
তাদ শেলুংবা নামৈদা
কবোকং পকলে।

ময়াম : অদুদি শেলুংবা। পকলিবদু লৌথোক্লবা হোংনবা ফৈনা।

শেলুংবা : ফবে ফবে ইশানৌ নওনা মযাদ্রবনিনা ননম্মদো চংখ্রো হায়বগে। নুংদি নুংশিদকো ননম্মদো। (কপ্পী) ফবে নসুং লাংগীনি নহাকথক্কীনি কায়নবা হায়বদু তাবেদনা। ফবে ফবে। ননম্মদু হেক চংখিবগা পাউ থাবক্কে, নুংদাংদা। মায়খূম ফিদি অশংবদা উবেং কাপ্পা। খোঙথাংগীদি

নঙনা খঙলিবদুঙাই- " কাংঙগীদো "
..."তপ্পা মেং- মেংনা কো
খোঙথাং তপ্পা তপ্পা
কাপ অহুমদগী হেন্দবী "
অদুবুদি নঙনা হেন্না খঙইদুঙায়।

তোম্বা : ইথৌ ঐখোয় চঙখ্রগেনা ?

ইথৌ : হৈহৈ নঙ চংপা য়াদে। তোম্বা নঙ মাঙবা য়াদে। নঙ খোকপা তাবনি। মসি ফাগী নত্তে। লৈকায়সিগীনি। "খূৎনাই" সিগীনি।

তোম্দাং : "খূৎনাই" নত্তে ইথৌ। খূনাই হাযবনি। 'খূনাই' হায়বিয়ু।

ইথৌ : হোয়নে। হোয়নে... অমবু ওইবে, লিশিংবু ওইবে হন্দক্লীসে "মিৎয়াম" গীনি

তোম্দাং : " মীয়াম" হায়বীয়ু ইথৌ।

ইথৌ : নখোয়নদি উহনগনি হায়দুদা " মিৎয়াম " হায়কবনি। অমা ওইবে অমা ওইবে। "তোম্বা" লান চঙলে। "তোম্বা থোকএ" অদুগা খঙগদবা অমনা তোম্বা মকলাক নীকতে। মকলাক হাক্কচদে। থম্মোয়দা হুমাং কাংদে।

তোম্বা : ইথৌসু, ঐখোয় তাশেলুংবসু, ঐখোয় সনাবৈসু অমসু অমসু তিনবিবিবশিং। ননাই কৈনোমতা থমজগে, য়াববদি ঐহাকসে মশেমগুম্বদা থোকচবা য়াগদ্রা ? ঐখোয় তাশেলুংবনা খবা ককথোক ককসিন তৌবগা ঐগীদু মশেমগুম্বদা য়ৈথোকপা য়াবোইদ্রা ?

শেলুংবা : নিংথৌনা হায়, হয়েং ইনুং ঙাস্ত্রিগী কোনুং লম্পাক্তা থুংলদবা যাদে।

সনাবৈ : ঐখোয় নুপীশিংসু থোকতোইবা ? ঐখোযদি কবি নাচোম পায়নি ? তখেল্লে নাচোমলা ? কবোকং চনুলা ?

তোম্দাং : তেম পায়য়ু, খ্বাংচেৎ লাকউ, তেম পায়য়ু -সনাতোম্বী।

ইথৌ : হৈ-হৈ। মদুদি - মাপলনিশুবদা। য়াম রাৎলি। য়াম্না রাৎলি। মদুসু নুংদাংদা। মৌ নহাশিংদুসু লিকং পায়বগা পিশুমগী লীকংদু নত্তবদু পায়বগা মশমসু য়াম শাংবা তাবা। হৌজিক্কীদি।
তোম্বা থোকএ

ঐগী ইশূ তোম্বা
লাল চঙঙে।
লায়েংশঙদা কপ্লে।
কৈশুম শঙদা কপ্লে।
মীবেলশঙদা কপ্লে।
ঐ অহল ওইবে।
কপ্পা তানীংদ্রে।
পেনা তানীংঙে।
তোম্বা লান চঙঙে।
ঐনা লাউবিবসিনি ঃ- "তোম্বা থোকএ"

তোম্বা : ইথৌবু - ঐবু যাববদি- ঐবু মশেমগুম্বা ? য়াদ্রবসু হংচিংকুম্বা... ইথৌবু ঐবু...।
(তোম্বদু --- কপনিঙ কপনিঙ তৌই )

শেলুংবা : সনা । ঐ নঙগী খনবদা নুঙাইদ্রে। নঙ লৈহৌবো। নিংথৌদো ঐগী ইয়াম্বনি। কবি কবিনো খবা তৌবকউ, ঐ হায়নবীগে। ঐ নুংঙাইদ্রে। নঙ লৈহৌবো লৌবুক্তা -তুমাই চজিক্তা হংগাম চম্ফুৎকা তৌহৌবো। নমান্নবা পীক থন্না লৈ। য়োংচাক আলু ইবোনবা নপ নপ লাউবগা শবেং ঙারেনগা চাগদৌবা নমানবা পীক থন্না লৈ।

ইথৌ : ইবুঙো শেলুংবা । ঙসাইনা ঐনা লাউথোকপ্লেনা। তোম্বা থোকএ হায়প্লেনা । হৈ ইবুঙো লানবুঙ থীনবা। থীল্লু... থীল্লু। " তাও... তাও... তাদবসু তাও... তাদবসু য়াদে তাও। হয়েংদগী তোম্বা থোকএ। হয়েংদৈ। হয়েংদৈ তোম্বা থাঙ পায়বে।

শেলুংবা : ফবে ফবে অহল। কন্না লাউনু তৎখিনি। হয়েং নোংঙান্দ্রিঙৈদা থাবকউ নঙগী নশূ ঙানু লাবসি। ঐখোয়গীসি লৈবাক্কীনি লন্নাই নত্তে। মথং মথং য়ৌব্রগে। আদগী য়ূমসি কনাগীনো ?

ইথৌ : ঐখোয় তাধন- লৈশংগীনি।

শেলুংবা : লাউ লাউ চৎসি।

ইথৌ : মাদি হাকুম শিগ্লে। মচানুপা পোকতে। নুপী ঙাক্তা তবেৎ পোকই। লানবাউদু কৈদৌননি। মখোয়দি কাল্লমলো। মথং চৎগ্লো।

শেলুংবা . তবেৎতু লৈশাবী ঙাক্তনিকো ? ইথৌ। ...হৈ..হৈ... নঙগী শৃংদু ঐঙোন্দা পীয়ু। ঙসাইদৈ নঙনা য়ৈবসি তাল অমা ফাওনদবগুম তৌই।

মতাংসি য়ৌবক্লবদি লুশিল্লক্লে। শক্লোমদা ৰবা নকশিল্লকলে। ঐনা পকচরনি। নিংথৌগী অৰুম্বা বানি। হায়হৌদবা য়াদবনি। নৌজবিবশিংনি- নঙগী লাউ খোংবদু য়াদে। ঐ থোককে। ঐগুম্বনা থোক্লদবা মতাঙদুমক্লি। হৈ- পূংদু ঐঙোন্দা পীবকউনে। ...আদগী য়ুমসিনিকো ইথৌ।

**ইথৌ** : আদগীসিনিনে ইবুঙো শেল্লুংবা।

**শেল্লুংবা** : নিংথৌগী অরুবা পাউনি হায়দবা য়াদবনি। লৈশাবী খণ্ডদে পাখণ্ড খণ্ডদে হায়দবা য়াদবনি। হৈ তাও... তাও
(চৎখ্রে ময়ামদু...)

**ইথৌ** : লীচৈসিবু লৈকায়সিদা হোঙলিব্রা তাঙলিব্রা?

## অনীশুবা উৎপা

(পূম্নমক চঙশ্রে ঙাইহাক চীকই। কনাসু লৈত্রে ইথৌনে তোম্বনে, সনাবৈনে। মমলি মমলি তৌবক্রে)

তোম্বা : ইথৌ ঐবু থোকপা তাবববা ?

ইথৌ : ঐ য়াম্না নুংঙাইত্রে। লৈকায়সে হিক হিক কপলে। লৌবুক্তা কপ্লে। কৈশুমশঙদা, লায়েংশঙদা, শান্নবুংদা, লৈপুং কম্বদা. কৃম্মৈ য়েংবদা মকলাক নীকলে। নঙ থোক্তবা য়াদ্রে।

তোম্বা : ইথৌ... ঐবু... য়াববদি মশেমগুম্বা ? য়াদ্রবসু হংচিংকুম্বা ।

ইথৌ : চঙউ ইমুং চঙউ। সে কৈবাকসি পুখো।
(কৈবাক পুখি)
অন্নাংবদা কাও... আ... মথক্তা । ময়োম অমা লৈবমগনি। মিবাংদু হাইদোকউ। ময়োমদুদা নঙগী কোয়েংনে, থাঙনে, কবি কবিনো, অদু আদা লোইনা য়াওবিবনি। চঙঙুনে আ য়ৌনবা চঙঙুনে।
(চঙশ্রে)
হায় কাখৎলব্রা ? অন্নাংবদু য়ৌনবা কাখৎলুনে । ফৈবেন্দা নপ্পগা মবী মবী হেক্তা কাখৎখোনে।

তোম্বা . কদায়দনো ইথৌ? উদেনে। সিদি মিবাংও লৈক্রাংও ... উদেনে কদায়দনো ?

ইথৌ : মুন্না য়েংঙুনে...। ময়োম অমা আ মথক্তা য়াল্লমগনিনে। ঐগী মঙদা হায়বম্বনিনে । মুন্না য়েংউ... লৈবমগনিনে।

তোম্বা : লৈবে-লৈবে।

ইথৌ : পুথবকউদনা য়েংসি।
( অচৌবা ময়োমদু পুথবকই, ঙেক ঙেক শংনা । ময়োমদু পুথবকপদা "হৈ-হা" লাউই । মদুদা পূম্নমক য়াওবে হায়বা ভাবক্তসু খলহনগনি। মদুদা কবি য়াওদবগে ? মদুনি তোম্বনা খঙনীংবগুম তৌখিবদু)

# অহুমশুবা উৎপা

(ইথৌদু কপই। পঙকপতা কপই। মপি শিনথে। হিক হিক লাউই। মমিত্তা কবি কবিনো উই - অদুঙৈগী কবি করিনো উই। মখা চীকই অমুক - অমুক্তংনি খল্লি। ময়োমদুদগী মিবাং থাংবা উফুল পকপা ফি পুথোকই। মশু নুপাদা শেৎচীনবিবে, য়েৎশিনবিবে। ময়োমদু পুমশু হেক সুই- য়াওদবা লৈতে, লাম্মী পাখঙ অমগী “লম অনী শাংবা কাপ অনী পাকপা থাঙশাং য়াওবম্মী। তোম্বদা য়ানশিনবীবে। তোম্বা চুমদ্রিং লেম্মী। তোম্বা ফজবে, নীংথিবে। ইথৌ হবাওই, হয়াওমনবৈ কপই ।)

**ইথৌ :** (মশূনুপাদা খুকমই শাংনা খুকমই, লাইদা খুবম্বগুম)
ঙসিদি পি নৌই , অসুক মেংবা পি অমসুং নুংশিবগী পি, অসুক থোইথুম্নবা পি, অসুক ময়াই কাবা পি, ঐগী নাপল য়াওজবা। কপ্পু- কপ্পু — হনুবা নঙ কপ্পু —।

(ঈশৈ)
ফজবেদা ফজবে
ইপুনা য়েংবদা পেল্লেদা
ফজবেদা ফজবে
সিবু হেন্না ফজবা
কদায়দে কোৎলুদোইনো ?

**তোম্বা :** ইথৌ ঐবু চান্নবা থোকপা তাবববা ? ঐবু চান্নবা ফজবা তাবববো ?

**সনারৈ :** (ঈশৈ শকই খুকমলগা)
ফজৈদকো ফজবা
পামুবা নঙনা ফজবা
থম্মোইদা হমাং কাংজেদো
নুজাগী ইমাই ওইজগে ।
সনাতোম্বী , লৈবাকলৈ মখা লৈকায় থম্বালনু,
ইসুং লৈশা মরক লেনজগে ।
পাখঙনা লান্দা চৎপিয়ু ।

য়েংনা থাণ্ডলেন পায়বীয়ু ।
ঙবাংগী নাচোমদু খেৎপিয়ু নাপদা।"
(তোম্বদু কপ্লিং-কপ্লিং তৌবে)

ইথৌ : তোম্বা নণ্ডনা কবিগীনো পেহৌ পেহৌ কপনীংবোই তৌবিবো?

তোম্বা : ঐবু কমলাক নীকপ্রো ?

ইথৌ : অদুবু কবিগীনো নণ্ডনা কপ্লিং-কপ্লিং তৌবিবো ?

তোম্বা : মদু কবিগীনো ? মদুনিনে ঐনা ময়ামদা হংনীংলিবসে । ঐনা কমলাক্তি নীক্রগা , কপ্লিং-কপ্লিং তৌরিবসিবো কবিগীনো ?

ইথৌ : নণ্ডগীদু মথংদা হংগদবনি । নঙনা লানঙম ফীবান থেৎলন্নগা মদুগী মতুংদা ক্না মতপ অমা উমশায় তৌবগা হংগদবা রাহংনি। মদু মথংগী রাহংনি। সে চৎলো থেণ্ডলে, মমশিল্লক্লে ।
(মৈনম পুথোবকই । মৈনমদু পীবে সনাবৈদা)
সে-সে সি পায়য়ু । নণ্ড লৈশাবীনি পাখণ্ডসি থিন্দোকউ । পৃত্রি মপাল লফু হৌবা, সনাবৈ শাৎপদুফাও থিন্দোকউ । বিদায় পীয়ু । কায়না ঈশৈ শকউ । লানঙম ফীবান্দু কুন্দো পবেংনা ঙাইবি হায়য়ু । ঐখোয় অহলগীদি মতাংসিদা ঙাইহাক পোখাবা লানগদৌ মান্দ্রে ।
(ইথৌ চণ্ডব্রে, ঈশৈ ঙংনা ঙংনা চণ্ডখি)
"লাউ লাউ থোকসি লাউ ।
হুইয়েন লানবু চণ্ডসিলাউ।
দোং-দোং"

## মরীশুবা উৎপা

(অচীকপা কায়নবগী পিবাং । চৎখিগদবা তোম্বা, লৈহৌগদবা সনাবৈ মতাংসিদা কপহৌদ্রবদি কদায়দা কপহৌনি । কম্লু মথংদা অমুক কল্লা ফংদবসু য়াই।)

সনাবৈ : (মৈবাদু সনাবৈনা পায়)
ঐনা নঙবু থিন্দোক্লবনি । লৈকায়সিগী হায়গেবা? খুল্লাইসিগী হায়গেবা? চনু হায়গেরা? লৈশাবী হায়গেবা? ...ঐনা নঙবু থিন্দোক্লবনি ...ঐগীদি পাম্মুবা নঙ । নুংশিবা নঙ । সে নাচোমসে নাপদা থেংকে। (নাপদা নাচোম থেংলি) —থাঙলেন্দু পায়বীয়ু খূৎ য়েৎতুনা চেৎনা । "নুজাই নাচোম কাউবিনু । কাউবা সুপয়া য়াদবা।"

তোম্বা : সনা । ঐ নঙগী খনবদা য়াম নুঙাই । ফবে, ঐ য়াওবে । লানসে, নীংতম্বগী লানসে হয়েংমক লোইশিল্লগে, নুমিৎ তাদ্রিঙৈ । অঙানবা মানা চৎখিদ্রিঙৈ; অঙানবা মানা ঙাঙান্নবিঙৈ— মীৎকুপ্তু হেকমক্তদা নীংতম্বগী লানদু লোইশিনগে । লানঙম ফীবান্দু চক য়ুংগে । হেক লোইবগা লিকোন নংনবা পাইবক্লে ।
(সনাবৈনা খুকমই)

সনাবৈ : "তাতোম্বা"—ঐ নঙবু নুংশি । লানঙম ফীবান থেৎপীবস্মু । ফিবালদুগী মতোন্দা নুজাগী নুংশি নাচোমদু থেৎপীয়ু । লেন্নজগে সনাতোম্বীদা, লৈকায়দা ইবেচাউবীদা ।

তোম্বা : ঐহাক কমলাক নীকতে হাযবসি ঙসাইনা লাউথোকপ্লবনি তাহৌদবা য়াওব্রো ? অমুক হনখোবো ?

সনাবৈ : মিৎকী পিসে খকউ য়াদে— চৎলোকো পামুবা । চীংলোনসিমা লান্না চৎলোকো...।
(অনীদু কপ্পা কপ্পা কায়নবে । অব্বাবগী অব্বাবা ঙাক্তা পিগী পি ঙাক্তা...।)

## মঙাশুবা উৎপা

(মমশিল্লক্রে । অহিং ওইবে তোম্বদু থাঙশাং পায়, নম্বো মচা অমা পো, অমম্বদুদা কোনুং পাংলকই— তপ্ন-তপ্না । লম্বীদা উরে নুপা অমখক, মশেন মবাং। নুপা অদুসু পোৎয়োম কোল্লি। নৃংদুম অমদা ফল্লি । কনা লৈত্রবগুম তোল্ল তাববগুম কপলি । হিক হিক কপ্লি । তোম্বা চঙশিল্লি নুপাদুদা মুন্না য়েংই ।)

তোম্বা : হৈ তম্বা নঙবু কনানো ? অহিং তাংলৌ থেঙবসিদা, হিক হিক কপ, তেংথা নাওইবদি—হায়য়ু কবি পেন্দে ? ঐ তোম্বনি । হায়য়ু কবি ননীং থুংদে ।

নুপা : ঐ শীংজনবা লায়ববনি । শীংজংসু মখোক নাম্বোক্লগা তুবেলদা তাগ্রে। আ: আ য়ৌনা লূপখ্রে । শীংজংদু ঐগী নুপীগী অউনশীংজংনি। শীংসু চলহৌদ্রে শীংজংসু মাঙখ্রে— অদুগীনি ঐনা কপ্লিসে । মতাংসিদা কপহৌদ্রবদি কবম-কানদা কপকনি?

তোম্বা : সে, ঐগী মিং তোম্বা কৌই । মীনা কপ্লসি তাবা য়েংবা ঐ হৈনদে । কবি পাম্মী ?

নুপা : ঐগী শীংজংদু পাম্মী । ঐগী নুপীনা ফুদনবা । তাদ, তাদদি অঙম্বনি, থাঙ পায়বনি, কোয়েৎ য়েৎপনি, ঐগী শীংজংদু পীবীয়ু তাদ ?

তোম্বা : ঐঙোন্দা "তাদা" হায়নু । নঙগী নমা অতোম্বীদুনা অমুক ময়ূম পাল্লুবগা পোকখিবা মচাদুগী মপাদুগী অদুঙৈগী মচা নুপাদু ঐহাক ওইবম্বা য়াই । ঐঙোন্দা তাদা হায়নু "ইতাউ" হায়য়ু।

নুপা : হোয়—হোয়—। ইতাউ—। ইতাউ কৌগেকো ইতাউ । ইতাউনা উৎতৌবিবো কবিনো ?

তোম্বা : হুং, হুং— উৎলোয় — উৎলোয়— কবিমতা উৎলোয় । ঐবু লুখোইরো ? ঐ উৎলোয় । ঐ তৌনীংখৈ তৌনি । ঙাঙনীংখৈ ঙাঙনি। খন্নীংখৈ খন্নি ।

নুপা : ইতাও নঙবু কদায়দৈনো ? নঙবু কৈনোমা তৌই কদায়দৈনো ?

তোম্বা : নঙ ওইনা কদায়দৈনো? হে লায়ববা নঙবু কনানো? কদায়দৈনো?

নুপা : ঐনা থিবিবসি নঙবুনিনে, অঙাং-অহল । নঙদুম কনানো ? কৈদৌদোইনো ? কোয়েৎ-ও, থাঙ-ও, লৈনাং-ও, কবিও-? নঙবু কবি তৌদোইনো ? চৎলিদুনা কদাইদনো ?

তোম্বা : কোনুং লমপাকসি কদোমদনো ? নোংঙানদ্রিঙৈ কোনুং লমপাক থুংগদবনি হায়... ইথৌনা ।

নুপা : হা । কবি কোনুংদা, কোনুং হায়বা অমা লৈব্রো ঐখোয় শ্বাইসিদা । ঐ—ৱাবে লাই খুকমনীংঙে ।

তোম্বা : নঙলা লাইবিক য়াম্না হৈবগা থবক ফংদে হায়বদো ?

নুপা : মানি ঐ নত্তে লুখোইনি । ঐনা লাইবিক হৈতবা থবক য়াম ফংবা, থবক য়াম্না শূবা ।

তোম্বা : থবক্তুগী কবি ফংঙি ?

নুপা : থবক ফংই।

তোম্বা : লোন ফংব্রো ?

নুপা : ঐদি থবক ফংই লোন ফংদে ।

তোম্বা : করি কবিদি হৈ ইতাওদি ।

নুপা : হৈবগীদি লোইনা হৈ । সনা শাবা, ফুবিৎতুবা, য়ূম শাবা, য়ূম শীদোকপা, মাইবা শাবা, য়োংশাবা, জগোই শাবা, ঈশৈ শকপা, উচেক খোংবা, নোংশা খোংবা, খোংবা-থিনবা —য়ৈবা .....।

তোম্বা : এ-এ য়াবে । লীলা কুম্বা, লান য়াওবদি হৈগদ্রো ?

নুপা : লীলাগী ৱাদি য়াম তৌবম্মেদা । ঐখোয়না হৌদোক্লম্বনি কৈনো । নিংথৌ শাবম্মে । মীনাই শাবম্মে । কৈ শাবম্মে । লুখোই শাবম্মে ।

তোম্বা : লানদা থাঙ হাইবা, থাঙহাই অমুক্তা য়েক্লবগী লাম্মী মতূপ তবেৎ থোকহনবা হৈগদ্রো ?

নুপা : ঐনা হৈতবা ঐনা ঙমদবা লৈতে— হায়খ্রেনা ইতাউ কবি কানগেগে-- চগৎ চগৎ পেৎলগা । ঐসে য়াম ৱাববা জাৎনিকো । থা ১ ফারবনিকো ঐনা চবা হেল্লক্লিবসে । ঐগী ইচাসু ইতৃ অনীসু চবা হেলহৌবি । ৱাবেম ঙাঙনু । মীনা পূকচেল চাউই হায়ননবা, মিংচৎ হায়বদু পান্নবদি কবিনো খবা থাদবকউ।

তোম্বা : মদু কোন্না খন্নসি। নঙগা উনবগী কান্নবসি মতম মাঙবা সিখক্তনি। ঐ তঙায়ফদবনি ঐ চৎলে।

নুপা : নঙনা চৎলিবদু কদায়দনো ইতাও ?

তোম্বা : ঐনা চৎলিবসে নীংতম্বগী লান য়াওবনি। ঐ লান থোকউদৌবিবনি। য়াম তন্না তন্না, থোক্তবা য়াদবগী থোকতৌবিবনি। ব্রা য়াম ঙাঙলক্লনুকো; খোয়দৌ য়াম শাউগৎলিজাৎনিকো।

নুপা : নঙগী লীলাদু ঐ থোকপীবগে। নীংতম্বগী লানদু ঐ চঙবিবগে। নঙ ঐঙোন্দা কবিনো খর্বদি মতেং তৌ।
(তোম্বা খবা হবাউবগুম তৌই। তিংলি য়াঙলি)

তোম্বা : ঐসু অশেংবৈদি থবক য়াম্না চিল্লি লান থোকপা নত্তবা কবি কবিনো তৌদৌবা য়াম লৈ। অব্রাংথংবৈ লুখ্রাবীদুগী মচাদু নহালদগী লায়কয়হৌবি। নোং খবা খিক্লিঙৈসিদা পবী অমা লোইহৌদবা য়াদে। সনাবৈ থাবল মকোক চিংদৌবি—মদুসু ঐনা ঙাক্তবা সুকয়া য়াদবনি।

নুপা : ফবে ইতাও। ইতাও লৈহৌবো। ইতাওগী মহুৎ শিল্লগা ঐ থোকপীকবগে। অদুগা নঙদি ইনাক খুনবনি। ঐগী নুপীগা ইচাগগী কবিনো খবা থাকপীবম্মু। ঐ মখোয়বু নুংশি, চহী ৪৭ ফাওবদি হিংহন্নীংই।

তোম্বা : মদুমা ইধৌনা য়াবোই। সনাবৈনা য়াবোই। ঐ লান থোক্লক্লবনি ঐ পুন্নমক লোইবগা থোবক্লবনি। কাচিন্দা খুকমলুববনি, থাঙশাং পায়বক্লবনি, নাচোম থেৎলক্লবনি। হৌজিক খাইদোক খাইজিন, হন্দোক হজ্রিন নুঙাইববোই। হৌজিক নাচোমদু কমহায়না হন্দোকউদোইনো ?
(নুপাদু কপ্পি, তোম্বগী মখোঙ পায়-হায়জবি)

নুপা : য়ানি। পুন্নমক য়ানি। হয়েং কোন্না ঐ ঙাঙনগে। ঐ য়াম ব্রাবে। ঐবু নুংশিবীয়ু—ইতাউ ঐ যাম ব্রাবে।

তোম্বা : ইতাউ অশেং অশেংবা ঙাঙনসি। ঐগী অশেংবা অমনা— ঐ মীনা ব্রাবদি মতেং পাংনীংই। মসি অশেংবা হায়গেবা ? অশোনবা

হায়গেবা ? নখোয়না হায়নীংবা হায়জৌ। ঐগী অতোপ্পা অশেংবা অমনা—নঙনা অশেংবদু হায়বিবা। তোম্বা মকম্দাক নীকখিদে সিদা হায়বীহৌ। তোম্বদু লানচঙবা কিদুনা কনানোমদা—শাজৈ কন -খ্বা থাগ্রে-হায়নুকো।

নুপা : *ঐ হায়জরোই। ঐ নঙবু পূকচেল চাউবনি হায়গে।*

তোম্বা : হে-হে- মদুমা সুপয়া য়াদ্রে। ঐগী পূকচেল চাউদে। ঐগী য়ূম চাউই। লনগে চাউই। ঐগী অদু চাউই, ঐগী অদা চাউই। অদুগা ঐগী পূকচেল ফাওবদি চাউই হায়নু। ঐবু ইকায়বা পীনু। সে, ঐ ইকায়দনবা, নঙ—ঐগী লৌ পবী অমসিদগী সঙম অমা লৌবো। নঙনা হল্লকপদা খাওবা য়াবনি ; নপা নচা ঈশৈ শক্লগা খাওবো। নঙগী নচাদুসু, নুপী অনীসু ঐ য়েংশিনবীরমগে।

নুপা : নুপী অনীমক্তু য়েংশিনবীদ্রবসু য়ানিদা...। অহলদুদং য়েংশিনবিবগা, অতোনবীদুনা য়েংদম য়েংবিবগা ?

তোম্বা : ইতাউ পূংজাসি য়াবক্তে। নিংথৌ য়াথংনি। ঐগীদি ইথৌনি ঐ চৎলে।

নুপা : (ঈশৈ)

চৎখিগনু ইতাউ, চৎখিগনু।
নঙনা মাবু থাদোক্লিঙৈ ;
শিন্নবম্মু থাঙদোন্দো
পীনবম্মু কোয়েংতো।

তোম্বা : নাচোমসিসু নঙোন্দা পীতাবেনে।

নুপা : (ঈশৈ)

পামজদে নাচোম-মৈহুম
নোক্লা চঙগে নীংতম লানফম
পীনবিরো ইতাউ।
(তোম্বা কপ্পী হিক-হিক, তোম্বনা থাঙদু পীবে নুপাদুদা)

তোম্বা : চেকশিল্লুকো, য়াম থৌবনি।। শগাইদা কুইনা য়ান্দুনা থল্লক্লবনি। (কোয়েৎতু পী)

নুপা : হাক্তজরোইদ্রা ?

তোম্বা : হাক্কজবদুনিনে মীনা পাম্লবিবসে। কোয়েৎসিবু য়েংঙৈ হাক্কজবক্লবদি নঙনা তোয়না হম হম, খল্লো নঙনা লাল ঙল্লবনি।
(কোয়েৎতু য়েৎপীরে)

নুপা : নঙনা হায়বিবদো ঐবু কদায়দনো অমা ইয়া য়ানীংদবা অমা য়াওরিদা...

তোম্বা : চৎলো ইতাউ। ইনুং ঙাল্লিঙৈ কোনুং লম্পাক য়ৌগ্রো। ঐসু চৎগ্রগে তখৈল্লে লৈকোন্দা, তুমাইগী লৌকোন্দা, অশেংবদি— নীঙতম লান থোক্কে হানবগদি ফৈজোমদু য়াম ঙৌবা তাবা। কাব্রংতীল অশেংবদুগী অশেংবা মহমদুগী করিনো তৌবগা থোবকপা, ইশেং শেংনা ঙৌরোক ঙৌবা ফৈজোম শেংত্রগদি কবম হায়না নীংতম্বগী লান চঙদৌবি।

নুপা · কোনুং লম্পাকসি কদোমদনো ?

তোম্বা : সে-চুমপ্রিং, চৎগ্রো—। হুই ময়াম অমা মবৈ হা-হা তম কবি করি থিদুনা লৈরমগনি। মফমদু কোনুংনি—নাকলগী পূব্রিদুনি কোনুং লম্পাক হায়বিবদু।

নুপা : য়াবে—ঐ খঙজবনি। (নুপাদু চৎখ্রে তোম্বসু নীংতম্বগী লানফমদা থোকল্লে। লানফমদা খংচোং চোংশিনল্লে। তখৈল্লেগী লৈকোন্দা চঙল্লে। তুমাইগী লৌবুক্তা কূমল্লে। লানফমদা খংচোং চোংসিনল্লে)

## তরুকশুবা উৎপা

(নীংতম্বগী লানদুগী মীংনা উবা পাউদম তম্বীগদবা ওজাদু থুংলবে। মীয়াম তিল্লে, নুপী অঙাং লৈশাবী...। ওজাদুদা ময়াম্না খূকময়ই। আ...। ওজাদুদা অবাপ্পদা শোক্লবিবা লাঞ্জাওদু কনানা উরুনি? ওজাদুদি উবা ফংই। মাদি লাইব্রা নত্রগা কনি কবিনো হৈবনিনা। মীয়াম্না তোম্বা য়াওবা লানদু য়েংনীংঙি। খব'মদি তোম্বদুবু নুংশিবা।)

**ওজা :** ব্রাবৌবিবা য়াদে। ঙবাংদি খবা থেঙজব্রে। ঙসিনা খবদং থেঙজবে।

**অহানবা মী :** আ... অবাপ্পদা শোক্লবা লানসি ওজাদি সিদগী সুম উবিববনিনে।

**অনীশুবা মী:** লাইব্রা তীনব্রাসি, ঐখোয়সি খবা তম্বা ফবেদা। ঙসিগীসিনা তবেৎশুবা লানফল্লা?

**ময়াম :** ঙবাংগী লানফমদা মীনা খবা লাকচব্রবসু ইবোয় লোয়বদা হায়'বদি ইবোয় হেক লোইবদা তোম্বনা ঙমনি হায়বদি ঐখোয় খঙলপোৎনিদা।

অহানবা/

**অনীশুবা মী:** সিগী খল্লুববদি ব্রাবীগসি তাকদ্রবসু যাবপোৎনিদা। অহিংসি নুংঙাইনা তুমথোকলুবগা, হযেং হৌগৎলকপদা তোম্বনা ঙমলে হায়না ব্রা...ব্রা... লাউনবল্লদৌনিদা। ফল্লাংদা—খোম্থনি কৈনো।

অনীশুবা/

**মরিশুবা মী :** অদুদি নঙ কৈদৌ লাকলিবা?

অহানবা/

**অনীশুবা মী:** ময়াম ব্রা ব্রা তিনবা, মক ওইনা নুপী য়াওবসে। শকতি উজদ্রিবা মিংসু তাজদ্রিবা ঐখোয় ওজানি হায়বদুদা, খোনসিনা মপূম ফাবদুস্ তাজনীংঙুবা।

অনীশুবা/

**মরিশুবা মী :** (ওজাদা)

ওজাবু খূকমজবি... ওজাবু খূকমজবি। হন্দক্কি মতাঙসিদি অমুক্তা... মপূং ফাহনবীয়ু। পোলাংদৈ লিংথহৌবা, কোম্ভোংদা তাখিবদু

খবদংদা ওইববসু খুনগৎপিয়ু কৈদৌগে ? অহলবু অঙাংলাও ? কোক্তুবু পোলাংলাও ?

ইখৌ : হৈ অঙাংশা নখোয় হেনমল্লেকো । অহলদা কবেম কথাযনবা। ওজাবু ব্রাবৌবিনু । হৌবীরসি ।
(ওজাদুনা খাউদগী ফিজেৎ পুথোকই । মকম মুরুম শোল্লি ।)

ওজা : হৈ অঙাংশা নখোয়— কনানোমতা মসি পুনশিল্লু লাউ ।

অহানবা/

অনীশুবা মী: (পুল্লি) মীৎতা ফিজেৎসি পুনশিনগদৌবিবসি আ... চীংম্রায়গী লান্দু উনবনিনে ।

ওজা : হৈ হৈ সি য়ৌবক্লবদি নখোয়না খঙলবোই । লাইরা হায়বা অমা লৈ । মী হাযবা অনী লৈ । অশেংবা থম্মোয় হায়বা অমখক্তা লৈ। কিশিল্লিবা ফিজেৎসি উননবনি । হৈ হৈ কন্না পুল্লু, ময়েক শেংনা উননবা ।

ইখৌ : পুল্লু পুল্লু চেৎনা পুল্লু । উনীংঙিদকো ইশৃগী কুম্মোদো। লাইবিক হৈহৌদবা তোল্লিদকো । হৈনৌ তমলিঙৈ লাইবিক তমহৌদবা। ইস, ইশৃগী থাওত্রাইদু–যেংনীংব্রেদা উবা ফংদবা ঐখোয়দা ওজানা ময়েক শেংনা অমুক্তা তম্বীযু ।
(ওজাদু অব্রাংবদা কাখৎপ্রে । পূং যন্ত্র পায়প্রে । মীৎনা উবা থৌদোক্তু । লাঞ্জাওদুগী মীৎনা উবা পাউদম তানীংবনা খৌবাংলবা মীয়ামদা লীবিগদৌবে ।)

ওজা : অসোমদদি সুমদৌবি - তবেৎনিসুবা লাঞ্জওগী তোম্বগী খৌবাং লোযজবে। ইবুংঙো মাবু খুকমজবে। ইবেম্মা মাবুসু কোনশিনজবে। নীংথিজৈদা কোযেৎতুনা লংনা মু, থাওলেন্দুনা লংত্রিক লং । লানবু চঙলমদাইদুদদি তোম্বা মাদি তোম্ববেল উতী থোংবা চাবীপোৎতে ।

ইখৌ : ফজৈদা ইশৃদি । ফজৈদা তোম্বদি । ফজহনবীয়ু ওজা; খবগা হাপচীনবীয়ু।

ওজা : অয়ুক্তদি মথৌ হাপ্পা, ব্রাউবি ব্রাউবি নুংশানি । চীংমায়সিদা চিগোংলৈ পাম্বী অমখক্তং হৌই– । মখোঙদা নূংজাও অমদা তোম্বনা থাঙশাংদু ফেংই ।

অহানবা/

অনীশুবা মী : কবিনোনে হায়বিবসিবো । ঐখোয় ওজাবু অশেংবৈ উব্রনে ।

ওজা : ককচেঙলা কবিনো অমা তোম্বগী কোয়েৎ মনুংদা চঙগ্রে।

ইথৌ : খুদমদি কবি। মুন্না য়েংবিয়ু, মখা তম্বীয়ু ওজা।

ওজা : অশোমদদি কমদৌবি। ব্রাংমগী তেংগোল-তেংগোলনা চীংমায় তম্না ফূজিল্লকলে। মনাও ইবুংঙো বাশিকং, নিংথৌগী পাম্বোম ওইবদো মনপনা মাগী খদাঙ য়ৌ—পাঙখোকলা মবক্তা লোৎখবে।

অহানবা/

অনীশুবা মী : হেরো ওজা ঐখোয় ইবাইনা লোৎপা হৌনদেদা ইবাইবুংঙোদি দোঙ দোঙনি। খোৎতৎনবনি। মুন্না য়েংবীয়ুদা মা ওইবম্মোই।

ওজা : নখোয় নবাইবুংঙোদো নাতোন শুমাঙদা ফৈবপ অমা চিংব্রা মুবপ্লা।

অহানবা/

অনীশুবা মী: মানি-মানি। হুম্লিসুবদা ইচেনা খুজিন্না পীখিবনি।

ওজা : থাজদ্রগা য়েংউনে। মকলাক থক থক নীক, মনপ ইচো চো খোংবাল লৈনাঙ মবক্তা কুপ্লিবসে নঙগী নবাইবা ? ওকলা ? নঙ হেক চৎলগা য়েংভুবো - অউবা ঐনা হায়বা থাজদ্রবদি। সিগীনা মখা তাবদি তোম্বনা নোম নোম চৎলক্লে। থাঙগী জগোয় শাথবক্লে। ব্রাংমগী তেঙ্গোল তম্নবু পাইশিনখ্রে। ব্রাংমগী নিংথৌ লাঙ্গনবা তোম্বা মাগা ময়োক্লবে।

নঙনা ঙমব্রা ?
ঐনা ঙমব্রা ?
মীৎকা মীৎকা,
থাঙগা-থাঙগা,
চুংগোয়গা চুংগোয়গা,
খূৎকা খূৎকা,
খোঙগা খোঙগা।
করম্বা মিকুপতনো খঙহৌদে ব্রাংমগী নিংথৌ পাঙ্গনবা চীংমায়দা লোংনা তাম্রে। নিংথিজৈদা তোম্বদো।

ইথৌ : ঐগী ইশূনিদনা। কনাগী ঈনো ? ফজহনবীয়ু ওজা। ফজবদু ফজহনবীয়ু। নীংথিবদু নীংথিহনবীয়ু। অচুম্বদু চুমহল্লু। ফজবদু

অমুক্তংগা খবদংগা ফজহনবিয়ু।

ওজা : তোম্বনা
ওয়না ফিবাল পায়বকলে।
মচু লিশিংগী ফিবালদো ।
লৈকায়সিগী ফিবালদো
য়েৎনা থাঙলেন পায়বিদো।
চীংদোল তম্না হাইগৎখ্রে।

ইথৌ : নহাদি তোম্বদি
পেল্লে, পেল্লে।
ইথৌনা য়েংবদা পেল্লে ।
ইথৌনা "হোই" বু লাউগে ।
হোই... হোই...
আদৈসিবো কনাগী মশূনো –।
(ময়ামদু খূনিং কাঙখৎ য়েংই। চোংখৎ চোংখৎ য়েংই)

ময়াম : য়েংনীংঙ্গ্রেদা।
উনীংঙ্গ্রেদা।

অহানবা/

অনীশুবা মী: তোম্বদু ঐগীদি
মামগী মতৈমগী মনেনা
অহানবা লুহোংবদুদা হেক
পোকপনি । ঐগদি নকনম্রবা।
ঐগী ঈনা শোয়বা হৌনদে।

ওজা : অদুদৈদি -
নীংথিজৈদা তোম্বদো।
পাখঙগী মায়থোংদি
মক্তবা।
নম্বুল মাগী মতৌগুম
হুমাংনা ঈচেল তাল্লকপা ।
খাগী মলয়া নামিবা
লিবি-লিবি হুল্লকপা।

য়েৎতা থাঙলেন পায়,
ওয়না ফীবাল পায়
পাখঙনা চীংদোল পাংলকপা

সনারৈ : চেল্লো চেল্লো পামুবা।
শ্বা থাবে পামুবা।
শাবী ইবুংঙো নুংশিবা
পাখঙ লাইবেকপিবনো
নুজা ইমায় ওইজগে
লৈকায় মাঙদা লেন্নজগে।
লানঙম ফীবালদো থেৎপিবো।
হয়েংগী নুংদাংদা
ননাও ঙায়জবমগে লফূ মখোঙদা।

ওজা : সিগী মখা তাবদি
তোম্বদু কন্না চেল্লকলে।
ইস!...ইস!... মাগী সিবো
ঈবা হমাংলা ?
লমজেল য়াঙবা
খূনথক্কী পাখঙদু
চীংদোনদুদা থুংখবে।
ওয়না পায়বা ফিরালদো
লৈমায়থক্তা য়ুংখবে।

ময়াম : য়া... য়া...
য়াইফরে ... য়াইফবে।

ওজা : (ঈশৈ)
ফজবনা তোম্বনি
থৌনাফবনা মহাকনি।
থম্মোয়গী মৈচাক কোকহনবা।
লৈকায়গী লৈপাল থাবিবা"
(ময়ামদুসু মতুং ইন্না ঈশৈ শকপা হৌই। ওজাগী পূং খঙলেপ লেপখি। পূম্নমক্তা অকী তুজুং ফাওবকই। পূমচীক-চীকই।)

ময়াম : কৈদৌবে ওজা?
কৈদৌবে ওজা?
মখা হায়বীয়ু মখা হায়বীয়ু
কৈদৌবগে? কৈদৌরগে?
(ওজাসু মপী হীক...হীক। থৌদোক্ত তম্বা/ লীবা ঙমদ্রে।)

ওজা : ঐবু কবম তমশিগে
হংলনুনে ঐঙোন্দা
ঐদি পোলাংনি।
ওজাগী কোম্থোংদা
লোইনা তাহৌববনি

ময়াম : কৈদৌবগে।
মখাদি ... মখাদি

ওজা : সিগী মখাদি ...
তোম্বদু চীংদোন্দুদা
লোংনা হায়থখ্রে।
মথম্মোয়সু শোকখ্রমানে।
ঈগী মথং ঈ
ঈগী মথং ঈ
লেম্বা লৈত্রে
ঈগী নম্বুল।
তোম্বদু লোংনা হাইথখ্রে
শ্বর হোন্দ্রে।
মিহুন লেপত্রে।
মখৃত্তে থাঙ তাখ্রে।
তোম্বা শিবে।
তোম্বা মিহুন লেপত্রে
তোম্বা শিবে
তোম্বা শিবে।
(সনাবৈ বাম্বখ্রে।)

**ময়াম :** ঈশিং ঈশিং ।

**অহল অমা :** ঙবাংমক—শাংপা—হৌবা, কুন্দো অমত্তং পুবকউ । ঈশিং লূপলগা নঙ্গনগী সম্বুসিদা তবেংলক থোল্মু ।

অহানবা/

**অনীশুবা মী:** মানা মাবু য়াম নুংশি ।
ঙসিদি মহাক পেঞ্জবে
ফীবাল থেংখিবা পাখঙসু।
মাগী নুংশিজনা পাম্মুবদুনি।
(লান ঙম্বগী হবাও পাউজেল লাউথোক্লে । লান ঙম্বগী হবাওবা, অপেনবা...)

(অদুদৈদি, অসুম্মা হৌগ্রে—নোংম—নোংমা । নোংমদগী অমুক নোংমা—নোংমা। ইথৌনা মীয়ামদা বাবী লীবি...।)

**ইথৌ :** লাঞ্জাওদুদি অঙকপনি । কনখ্রবা, শাথীখ্রবা । লাঞ্জাওদুদা মানা উংখিবদুদি খূউং শাথীবা জাংনি। মাগী থাঙ খুংতাইদুদি খুংহাই থীজাংনি । পাখঙদুগী মশকতুদি খুংফজ অমনি—পাখঙদু কনানো খঙনীংঙিনিনে ? পাখঙদু— ঐগী ইশূনি। মমিং তোম্বা কৌই।

**অহানবা মী :** কৈদৌঙৈগী লান্নোনে ?
কদায়দা উংখিবা লান্নো ?
কৈদৌবৈ লান্নো—?

**ইথৌ :** নীংতম্বগী লান।

**অনীশুবা মী:** "নীংতম্বগী লান" হায়বা অমা লৈবা হৌনদেদা । তোম্বা কৌবা পাখঙ লৈবা হৌনদেদা, তানীংদেদা অহল ।

**অহানবা মী :** নঙগী নশূনা মশক ফজবা হৌনদেদা অহল । নঙগী নশূনা থাঙ হাইবা হৈবা হৌনদেদা। শগাই তোংবদি খুংহৈ থীবমনি। শগোল তোংবদি--হৈত্রবসু।

**ইথৌ :** সনা ইবুংঙোশা, নখোয়বু 'নীংশিংবা' হায়বদু তম্মু কৈদৌগে, কান্নবা লাক্কনি । তুবেল বাংমগা ঐখোয় লৈকায়সিগা লাঞ্জাও অমা শোক্লখি । বাংমগী লাম্মীনা তৌখিবদু অঙকপনি— নিংথৌগী

মনাওগসি শাজেনা শেৎ শেৎ কনবা জাৎনি। থাওনীংখোক্না তক-তক শুবা জাৎনি। শাখীত্রবা লাজ্ঞাওদুদা ঐখোয় লৈকায়গী পাখঙ অমখকনা উৎখিবা মৌনাদুদি অঙকপনি । ঐ ব্রা হায়গে তাও-পাখঙদু তোম্বা কৌই। ঐগী ইশূনি।

অহানবা মী : কৈদৌঙেগী ব্রারীনোনে ?
কৈদৌঙেগী লায়োনে ?
লান্দুদা কদায়দগী তোম্বা
হায়বা অমা য়াওশিল্লকলিবনো ?

অনীশুবা মী: (অহানবদা) ইতাওনা কদায়দগী অমুক লামশিল্লকলিবনো ?
*তোম্বা কৌবা মী লৈতেনে। "নীংতম্বগী লান" কৌবা লান লৈতেনে।*

ইখৌ : অমুক্তা ঙাইখো
অমুক্তা ঙাইখো সনা ।
ঐ হায়গে—মশক ফজবা,
নুপীনা য়াবা, থাঙ য়াম হৈবা নুপা অমা লৈবমই।
মহাক পাখঙ ওই কবিওই তৌই ।
মমিং তোম্বা কৌই ।
ঐগী ইশূ নুপানি ।

অহানবা মী : (অনীশুবদা) নঙবু কদায়দনো অমা কৈনোমা থাঙ্গৎলুনি হায়দাই।

অনীশুবা মী: থাঙ্গৎলরোই। মা মফমদুদা পকচদে, মফমদুদা পকচৈ। চীংথকরগে। ঐখোয় চৎলগে । অহল হায়গদবা ? তাদ হায়গদবা ? ঐখোয় চৎলগে। ঐখোয় তাদগী 'ইশূনুপা তোম্বগী' ব্রাবীদো ঈশৈ ওইনা আদগী তারগে—।
(মবী মবী—চৎশ্রে ; ময়ামদু )

ইখৌ : পঙশ্রেদা সনা ইবুংঙোখোয়
লাইরিক হৈত্তবা হায়বসি
তোনশ্রেদো,
তোম্বনা কবি তৌখি
হায়বা খঙদ্রবনিকো...।
নুংশিদা—পামুইদা।
হন্দক্তা ফোঙবা লাইরিকতো

পাদ্রবনিকো, নুংশিদা নুংশিদা...
(অহলদু কপলে... হিক... হিক...)
(মৈ মমগ্রে। মতম অমুক হৌগ্রে। নোংমা অহিং অমা, অহলদুগী যুমদা সনাবৈদু চেল্লকই)
(থোঙ থীল্লি; হাংদোকই)

সনাবৈ : বা অমতা হায়জগে লাকপনি।

ইথৌ : হা! কৈদৌবে? কবি বানো?

সনাবৈ : ইথৌ মিৎকৃপ অনীগী মমাঙ, নশূনা মোন্দ্রং তৌবিঙে পাখঙ অমা লাকই। মমিংনা—তোম্বা কৌই হায়। ঐঙোন্দা নাচোম অমা পীবমই। চিগোংলৈগীবা খঙদে? তখেললৈগীবা খঙদে? য়েংগেবা ইথৌ?

ইথৌ : এ! এ! য়াবে... য়াবে। মখাদি?

সনাবৈ : অদুদৈদি পাখঙদু চৎগ্রে। মৈখুওই-লৈচিলওই তৌবা মবক্তুদা অদুম নোম-নোম মাঙখবে।

ইথৌ : মানা নঙোন্দা নাচোম নৎত্তবা অতৈ অমতা পীবমদেকো?

সনাবৈ : অতৈ পীবমদে। অদুবক্তনি।

ইথৌ : নঙ কিব্রা?

সনাবৈ : কিদে অদুবু নীংমদবা ফাওই। অমুক হল্লকখিনি হায়বমই।

ইথৌ : ফবে ঐগীদা তূমসি। অহিং নোংয়াই যৌদৌবে।
(অনীদু চঙখ্রে ইমুংদা)
(চীকলে। মীচিক মীবাওখোন তাদ্রে। অহিং নোংয়াই য়ৌবে। তোম্বা চঙলকই। মখোঙ শেকলি শেকলিবে। পেনদে। কপনীংই। থোঙদা থীল্লে)

তোম্বা : ইথৌ... ইথৌ...
(খূমলক্তে) ইথৌ... ইথৌ...

ইথৌ : (মনুংদগী) কনানো? ঐঙোন্দগী লাইবিক অমনবা বায়বা লাকইবো? কনানো?

তোম্বা : ঐনে ইথৌ, ঐনে... ঐনে।

ইখৌ : ঐঙোন্দা ইখৌ । হায় নঙবু কনানোনে ? ঐগীদি ইশূ লৈতে।

তোম্বা : ঐ তোম্বনে ইখৌ । ইখৌগী নশূ নুপা তোম্বা ।

ইখৌ : নঙবু কনানোনে ইবো । ঐগী ইশু তোম্বদি—কুইবে শিখিবা । সনা ইবুংঙো—হুবানবা । নঙবু কবি হুবানবা লাকইনো ? ঐগীদি কৈসু লৈতে । মালেমসিদা থিবদা ফংদ্রবা লাইবিক অমা লৈ । লাইবিক্তি মল্লে । ময়েক্তি অহনবনি । মদু হুবানগেবাও ? নঙবু পাবা থোক্কদবাও ?

তোম্বা : ঐনিনে ইখৌ । ঐনিনে । তোম্বনিনে তোম্বা । নঙগী নশূ ইবুংঙো নশূবেল। সনাতোম্বনিনে । থোঙ অমুক্তা হাঙঙ্ু কৈদৌগে লাইবু ঙম্বা অহল।

ইখৌ : হৈ ' মসি অঙাংসি নুংঙাইবোইদৌবিদা । ঐগী ইশূ লৈতে । ঐগী ইশূ শিগ্রে হাযবেদনা ।

তোম্বা : (কপলে) ইখৌ. ইখৌ... ঐ... তোম্বনিনে...
(কপই) ঐ যাম ব্রাবে । ঐ চোকথবে । ঐ কপ্লে । ঐ হ্মাং তাবে । থোঙসি অমুক্তা হাঙঙ্ু কৈদৌগে ? অমুক্তা হাংদোকপিয়ো...।
(থোঙ থীল্লি দং দং ...)

ইখৌ . নুংঙাইখিদ্রেদা অঙাংসে
(থোঙ হাংদোকই)

(তোম্বনা অহলদুদা শাংদ্রোং শাংনা খুকমই, হিক হিক কপনা)

তোম্বা : ঐনিনে ইখৌ... । ঐনিনে ...।

ইখৌ : (মুন্না য়েংই, ঙকই)
হায় নঙবু কনানোনে ? ঐদি নঙবু পোকপদগী উখিদ্রিনহে । নঙ মানবফাও উখিদ্রিনে ? নঙবু কনানো ?

তোম্বা : ঐ তোম্বনিনে ইখৌ । ঐ তোম্বনিনে । মুন্না অমুক্তা য়েংবিয়ুনে । ঐ... নশূনুপা... সনাতোম্বদুনিনে। তোম্ববেলদুনিনে। তম্ফাতোম্বদুনিনে। মনিতোম্বদুনিনে। মুকতা তোম্বদুনিনে।

ইখৌ : কপকনু পাখঙ । পাখঙনা কপ্পা হৌনদে । ঐখোযনা থাজে পাখোঙসি পাখঙনা ফোঙগনি । কপনু । কপতনা ফজনা হায়য়ু নঙ কনানো ?

তোম্বা : (খোয়দৌ শাউগৎ কপই)
তোম্বা । তোম্বা । তোম্বা। তোম্বা শিগ্রে।

**ইথৌ :** নঙ ৱাবীসি খঙদ্রে। নীংতম্বগী লানদা, লৈকায়সিবু মীনাই ওনদনবগী লান্দা মথৱায়না খূবাক নামদা হাপলগা, খূৎ অমদুনা থাঙ হাই। অঙকপা থাঙহাইনি। য়েক্লবা কয়া হাংতোকলে খূবাক্তগী থৱায়দুদি তাথোকখ্রে নীংতম্বগী লান্দুদা লৈকায়সিগীদমক ঐগী ইশূনুপা তোম্বদু শিখ্রে।
(কপই)

**তোম্বা :** ইথৌ তোম্বা শিদে। তোম্বা শিবা য়াদে। ৱাবী লোইবা য়াদে। ঐ তোম্বনিনে তোম্বা।

**ইথৌ :** হৈ... তোম্বা শিখ্রেনে ইবো।

**তোম্বা :** ঐ তোম্বনিনে ইথৌ। তোম্বনিনে তোম্বা। সে থাজদ্রগা য়েংউ। নঙ্গনসিদা য়েংউ। দাকফমসে য়েংউ—ইথৌ। নঙনা খূকমনা থোমখিবদো।

**ইথৌ :** ঐ খূকম তোংদে, ইবো।
(সনাবৈ থোক্লকই)

**সনাবৈ :** কনানো ইথৌ ...। শগোল অঙৌবা তোংবা পাখঙদুবা ?

**ইথৌ :** য়েংঙু, কনানো ?

**সনাবৈ :** সিদি ঙবাং লাকলমবদুনি।

**তোম্বা :** সনাবৈ, ঐনিনে ঐ। তোম্বনি তোম্বা। অদুঙৈগী নাচোম পাখঙদু ঐনিনে। হাকুমগী লিকোন পাখঙ থাবল-পাখঙদু ঐনিনে।

**সনাবৈ :** ইথংলেন মাদি তামখবে। খূনাইচা মাগীদমক। ঐগী পামুবদো, থাঙবু হৈবা—পামুবদো, থৱায় মাগী পামুবদো
(হিক হিক) কল্লকইদা কল্লকইদা।

**তোম্বা :** সনাতোম্বী... কপকনু...
নঙনা কপ্পা পকচদে।
মোমোন নোকউ... অদুসু
মীৎ ওয়গীদু য়াওনা।
ঐ... লাকএ... ঐ লাকএ।

**সনাবৈ :** হৈ... হৈ নঙবু কনানো ? নঙনা মী উশিৎত্রিবসি কবিগীনো ? ঙবাংদৈনি নঙনা শুক শুক নৈবিবসি। তা শাজৌ কৌবকউবা ?

ইথৌ : হে ইবুংঙো । লৈকায় পাল্লিকো । শেং শেং তৌবক্কনি।

তোম্বা : সনা, সনাবৈ ঐনিনে ঐ । নাচোমদু নীংশিংউ । চীংয়াগী লৌবুক ময়াগী কোংকুৎতু নীংশিংউ । নখোয় মনীংগী হৈক্রেং পাম্বীদুদা ঐনা থাওজৌনা অহমলক হকপদো, অহিংগুদুগী নুংশি খুদম অহমদুগী।

সনাবৈ : মসি ব্রা য়াম ঙাওখ্রেদা । ঐগী নুপা শিগ্রে । শিগ্রে।

তোম্বা : হায়হৈদে... সনা... হায়হৈদে সনা... । সে য়েংঙুসে ... খুদাংসিদা য়েংঙু। নখোয় ফুঙ্গাদে অশাবা য়োংশিজোত্তনা য়েকখিবসে .. থম্বাল লৈনাসিদা তেনজৈ নাম্বিবসিনা ফাওবেং লেংলিবসে—।

সনাবৈ : মসি নুপাসি লাইমা ইকায় খওদেদা । ঐগী নুপাদুনা ফজবিবা, লেমলিবা সনা অহিংবগুম লংলিবা, ঐগী নুপাদুদা য়াওদববু অমত্তা লৈতেনে। উম... উম... সিনা কদায়দৈ য়োংনো ? চঙশিল্লক্কনু... নমথি... হাক থুক লাউই । ইথৌ। চঙসি...।

তোম্বা : ঐনিনে... ঐ... তোম্বনিনে তোম্বা ...।

ইথৌ : হৈ অঙাং । নঙ থোকখ্রো নঙ কা অমা হেল্লে । নঙ থোকখ্রো..শাজৌ থোকত্রিঙৈদা নঙ থোকখ্রো । থোঙ-খুৎ তেকপশ হায়বদো, নঙগীদি মহৌশা ওইববসু, ঐদি য়েংনীংদে । শাজৌ থোবকত্রিঙৈদা থোকখ্রো। (অনীদু চঙখি, থোঙ লোনশিনখি—গম—।)

তোম্বা : ইথৌ... ইথৌ... সনাবৈ
(...কপলি । থোঙ খীল্লি.. )
(তোম্বা কপলি । অবাপ্পদগী থাবল চোংবৈ ঈশৈ তায় । কবি কবিনো য়াম তায়,— অদুগা মহাক কপ্পি।)

তোম্বা : (মতোমতা) ইস ! ঙসিসি মৈথাবা নুমিৎনিকো । ঐগী থম্মোযদা মৈহুম চুবা ইস ! মখোয় ময়াম থাবল চোংখ্রে । ঐদি "শিববনিনা" থাবল চোংবসু য়াদ্রে । ঐদি শিগ্রবনিনা লিকোন শান্নবসু য়াদে । অস ! নুংঙাইবনিদা থাবল চোংবা হায়বদো, লিকোল শান্নবা হায়বদো। ইসঃ য়াওনীংগ্রেদা...
(থোঙদা অমুক খীল্লি)
ইথৌ... ইথৌ... ইস ! ঐ হৃমাং কাংলেনা । ঐনা ওইবিবসি অব্রাবা হায়দুনি । চোকথবা হায়দুনি ইস ! কমদৌনি তৌবিসিদি... ঐদি চাক

লামলেনা। ঈশিং থৌবাংলেনা। ইথৌ... ইথৌ... থোঙ অমুক্তা হাংবিয়ো।
হে... অহল... পূকফবা অহল
ইথৌমক্তা কৌগেনে ইথৌ।
ঈশিং থূয়া অমতা থকচগে
চাক চদুম অমতা চাজগে
থোঙবু অমুক্তা হাংঙু কৈদৌগে।
চাবগী পৌবোল শৎলুনে কৈদৌগে।
(থোঙ থীক্লি... দং দং)

ইথৌ : (মনুংদে) হে! নঙ অশিবনি।
অশিবা মীদি চাক চাবা য়াদে।
ঈশিং থকপা য়াদে।
(থোঙ লোনশিনখি—গম।)

তোম্বা : ইস!... লামগ্রেদা। থৌবাংগ্রেদা। ঐদি শিববনিনা চাক চাবসু য়াদ্রে। ঈশিং থকপসু য়াদ্রে। ...অদুবু ঐদি লামই, চাক চানীংই। অদুনা ঐ শিবা য়াদে। চাক চানীংবা ঐ,—শিবা য়াদে। লিকোন শান্নীংবা ঐ, শিবা য়াদে। থাবল চোংনীংবা ঐ, শিবা য়াদে। ঐ শিদে। তোম্বা শিদে। লান্দা শিখিবদো ঐ নৎতে। নীংতম্বগী লানদা থবায় থাখিবদো ঐ নৎতে।
(কোয়লাউ লাউই)
লান্দা শিখিবদো ঐ নৎতে। লান্দা শিখিবদো তোম্বা নত্তে। নখোয়বা কনানো? কনানো? কনানো? অমনি। নীংতম্বগী লাঞ্জাওদুদা শিখিবদো তোম্বা নৎতে। তোম্বা নৎতে।
(থোঙ খংহাং হাংলকই। মখূৎতা চৈশাং অমমম থাওসু পায়বগা ইথৌ অমসুং সনাবৈ থোক্লকই।)

ইথৌ-সনাবৈ : লান্দা শিখিবদু তোম্বনি। তোম্বা লান্দা শিগ্রে।

ইথৌ : নঙনা লাউ খোংলিবদু লৈকায় তাখিনি। নঙ অদু আদা য়াম ঙাঙদৌবি। ঙাঙনবা নঙগী নবৈদু ককথৎপা তায়। নঙ অশিবনি ব্রা ঙাঙবা য়াদে। অদুনা নবৈদু ককথৎপা তায়।
(থাঙ হাইগৎলি)।

সনাবৈ : ঐগী নুপা শিব্রে। লান্দুদা মথবায় কংথোকব্রে। ঐগী নুপাদুগা ঐগা থাবল চোংমিন্নখি। লিকোন শান্নমিনখি। নও থাবল চোংনীংঙে, লিকোন শান্ননীংঙে। অশিবা মীদি থাবল চোংবা য়াদে। লিকোন শান্নবা য়াদে। অদুনা নঙগী নখোঙদুগা নখূৎকা ককথৎপা তাই। (থাঙ হাইগৎলি।)

ইথৌ : ঐ তোম্বগী মথৌনি। থৌনাফবা, শক ফজবা, তোম্বগী মথৌনি। লৈখিদ্রবা তোম্বগী মথৌনি। লৈখিদ্রবা তোম্বগী লৈখিদ্রবা মপাবু পোকপা নুপাদুনি। উশিৎ থওইদবা তৌনু। নঙনা নহানি হাযদুনা অফাও শাই। ঐসু য়াম ঙম্বা জাৎনিকো। ইশূ নুপাদু লৈবল্লবদি খঙগদবনি। মুক্তাদা—কাঙজৈদা, লমজেলদা—মাঙজোংদা... ইস। নঙ নথী চীৎকদবনি। হৌজিকসু কায়দে। ইশূদু চৎব্রে, ঐদি লৈহৌবিদনা। ঐ-তোম্বগী মথৌনি। কবি পামই। হায়যু কবি পামই। ...হৈ ...সনাবৈ। থাঙ থম্মু। তেম পায়যু তেমনা মখ্বাঙদা পীযু। পাংঙনদেমনা লাইবক্তা পীযু।

তোম্বা : (কপ্লে... কপ্লে.. ও... ও... খোংঙে। ...হিক ...হিক ...ও ....ও ...ও)
ইথৌ.... ইথৌ... ঐ শিদেনে... ইথৌ...।
ঐ—অহিংবনিনে।
অহিংবা হাৎপা হৌনদেনে।
অহিংবা হাৎপা হৌনদেনে।
নঙদি পুকফবা অহলনি।
অশিবা হাৎপনি।
অশিবা হাৎলু।
ঐ অহিংবা তোম্বনি
অহিংবা হাৎকনু।

ইথৌ : হৈ... লাউনু। লৈকায় তানি। নঙ অশিবনি।
অশিবনা লাউবা য়াদে।
নঙ লৈখিদ্রবনি।
নঙ লৈখিদ্রবা তোম্বনি।
'লৈখিদ্রবা তোম্বা'

**ইবৌ+সনারৈ :** হৈ, চৎলো । নওগী নমিংদু কবি হায়বা ?
তোম্বা । লৈখিদ্রবা তোম্বা ।

**ইবৌ :** অশিবা মীদি বা ওাওবা য়াদে । অদুনা মা বা ওাওদে । ওাওদ্রগদি তাদে । অদুনা তাবা য়াদে । অদুনা— ওসায়গী ময়ামদু ঐ অমসুং সনাবৈ তাদে । ...হায় ...হায় । থোঙ লোনশিল্লো....

(থোঙ লোনশিনব্রে । গম....গম....) ❑

# ৩

# তোম্বগী য়ূম

## অহানবা উৎপা

(নুংমিদাংবাইবম। তোম্বগী য়ূম। তোম্বগা ইতাওগা থোবকই।)

**ইতাও :** মাঙদা লেপলিবা নিপা অসি য়েংউ। মহাক শ্রীতোম্বনি। মহাক লৈকায় অসিদা পোকপনি। তোম্বগী নাকল্দা খুতি পোট্ট অমা লৈ। মসি লান মমাঙগী পোট্ট নি। মসি তেবেশিং হাপ্লগা থাল্লি। খুতি পোট্ট মনিঙদা শম্বল অমা লৈ। শম্বলগী মনিঙদা ইংখোল অমা লৈ। মসি তোম্বগী ইংখোলনি।

**তোম্বা :** মানি মসি ঐগী ইংখোলনি। মহাক ঐগী ইতাওনি। মাগী মমিং ইতাও কৌই। মসি ঐগী কোম্ফোংনি। কোম্ফোংগী মনিঙদা ঐগী য়ূম লৈ।

**ইতাও :** চুমই মসি তোম্বগী য়ূমনি।

**তোম্বা :** মানি মসি তোম্বগী য়ূমনি।

***ঈশৈ*** (খোংজোম পর্বগী শৈহেক)<br>
তোম্বগী য়ূমদি নুংশিবা<br>
সনানা অদু তৌবা য়ূম<br>
লুপানা অদু অদানি ...<br>
হোম হোম সুইট হোম<br>
তোম্বগী য়ূমনি "নুংশিবা"<br>
তোম্বগী য়ূমনি "অদুঙৈগী"<br>
তোম্বগী য়ূমনি "উথম্বালগী"<br>
তোম্বগী য়ূমনি "থমংখোংগী "<br>
তোম্বগী য়ূমনি "উত্রামাঙগী"<br>
তোম্বগী য়ূমনি ...

ইতাও : কট কট কট, স্টোপ স্টোপ স্টোপ। কনানা গোডাউন অসি নঙগী য়ূম নত্তে কনানা হায়ব্রে। উচেক্কী ময়ূম লৈ, খমব্রাংচাক্কী ময়ূম লৈ, শেন্দ্রাংগী ময়ূম লৈ অমসুং শ্রীতোম্বগী ময়ূম লৈ। অঙকপা অমনা অব্রাং লৈকায় তোমালগীসু ময়ূম লৈ। খেন্নবনা কবিনো ? খোংইবনা কবিগীনো ?

তোম্বা : এ ... য়ু সি।

ইতাও : তোকও... তোকও।

তোম্বা : দিয়ব ইজ এ ডিফবেন্স, আই সে দিযব ইজ এ ডিফবেন্স। খেন্নবা লৈ।

ইতাও : নঙোন্দা কনানা খেন্নবা লৈতে হায়ব্রে ? তোম্বগী য়ূমগা লৈকায়সিগী য়ূমগা, শেন্দ্রাংগী য়ূমগা খজিক্তং ওইববসু, খজিক্তংদা ওইববসু, খজিক্তং খেন্নদে হায়না কনানা হায়ব্রে ?

তোম্বা : ঐগীসিদা যাম লৈবিদা ইতাও। য়াম লৈখ্রবজাৎনিদা। ঐ খঙই নঙ পঙচৎ চৎপা, পঙকোয় কোয়বা থেঙ্গুনি। নপুম্বিদা নঙনা উববোইদবা য়াম লৈবি ঐগীসিদা। কবিগুম্বা নঙনা মালেমসিগী মফম অমত্তদা শাৎত্রিবা, পোমদ্রিবা লৈ অমখক্তং ..।

ইতাও : তোকও তোকও নঙ য়াম্না শোল্লে। চোকথবে। নঙ কৌব্রু চৎলুবমালে, কবিনো খবা থেংনকবমালে। কৌব্রু চৎপা, থাংজিং কাবা, বাকনি চৎপা শিবোই কাবা। কাবা চৎপা কাবা চৎপা নঙ ব্রাবে, ইতাও নঙ ব্রাবে।

তোম্বা : ঙসাইগী হৈদু হাউব্রা ? হৈবাংদু মেঙদ্রা ? মহীদু খোইথুম্নদ্রা ? "হৈবাং খোইনিদা"...

ইতাও : অস, অস, অস, পোত্থাবো পোত্থাবো কৈদৌবগে... হাউব্রা হংগনু, কমদৌগে হংউ ...।

তোম্বা : নঙদি কোয়না চৎপা পোৎনি। চৎলো, কোয়বো, নোংমা লাকউ। নঙনা লাকপা থোক্লগদি থাশি নুমিৎতা; হায়বদি 'থা' না হেক শিবা নুমিৎতুদা। ইবানি তখেল্লে দেবী জে.বি. স্কুলদা লাইবিক তম্মীন্নবকপনি। ঙসিগী সুমহাইনা চবা অমা চামিন্নসি। মথংদা নঙনা "মহাক" ওল্লবা কান্দা... করি... কবি... মাগী মমিংদো... কবি।

ইতাও : নঙ "মাবু" খঙব্রা ? কমদৌনা কদায়দগী কবমহায়না নঙনা মাবু খঙই ?

তোম্বা : লাকও লাকও অৱাংগী লৈবকসিগী নোংপোকথংবদা চুমদ্রিং চৎলগা নোংচুপ হাইখিগদবা তর্নিং পোইন্ট সি ফাওবা থিনবিগে। লাকও লাকও ।

ইতাও : ঐ চৎলগে ইতাও । ঐবু থিনবিনু ।
(চৎপা হৌই)
হায় ... হায় নঙগী নোংপোক্কী পুৱিসিদা উ থম্বাল হৌবিদো অঙাং তানিকো ।

তোম্বা · ঐ থিনগে .. ঐ থিনগে ।
(অনীদো থোকখি।)
(মামো , মমৌনুপী শনাবৈ, মাগী মমা চমপাকালি, ময়াম্বগী মচা ইবোহল অমসুং মনাওনুপা কোমলাকান্তা চঙলকই। পোৎয়োম চাউই পৃংশু শুই। ফীবোল কোল-লিক, ঈশৈ-নোংমাইগী খোংনবা য়েনবা ফাও য়াওই। ইবোহলদি লীকং তেন ফাও পুবকই ।)

মামো : ওইফম থোকইনে । ওইফম থোকইনে । শ্বাইদা ওইফম থোকইনে । ঙশাইগী নুবা থাংবা কোইয়েৎ য়েৎপা অহলদুনা হায়বদু কবি ...? নোংচুপ পাংনা চৎলগা অমুক মখাবোমদা লম লিশিং অমা চামাপল মবিফুদ্রামাথোই চৎলগা নোংপোক হাবম পাংনা চুমদ্রিং কাপগ্রো হায়বা নৎত্রা ? ... শোয়দ্রেনে। শোয়দনা শ্বাইসি ওইফম থোকইনে ।

ইবোহল : অদুদা মানা হায়বদি শ্বাইদগী চাউবা পাৎ অমগা শ্বাইদগী ৱাংবা চীং অমগা লৈবমনি হায় ।

মামো : হায়, গধাসিদি । মানা ঙাঙববু মীনা লৌনব্রো ? কৈদৌঙৈ মানা "শেগা মাইগা" দা য়াবা য়াওখ্রবো ? সিদা পাৎ লৈববসু লৈতে, চীং লৈববসু লৈতে । অচুম্বা অমদি-শিদা মী লিশিং যামদ্রবদা তকক/তবেৎ য়েংবা য়াবা শান্নবুং লৈ ।

ইবোহল : এ ! ঐখোয়দি উদেনা ।

সনারৈ : মামো, মামো - উদেয়ে।

মামো : ঐনা লৈ হায়বেদনা । উদ্রগা হেক্রা লৈতববো ?

মবোক : কবিগীনো ইশূদা চৈবিবিদুবো, ইশূগী কবি মবালনো ? উদববু উদে হায়বনি। মচোঙপাক নাইদ শাবদনা।

মামো : ইমা নঙ শাউবক্কনু।

সনাহৈ : মামো, লম্বীনিবা।

মামো : অদুগা মফমসিদা মন্দিব অমদা সনাগী কাংশি লৈ।

মবোক : কদাযনোনে মন্দিব হায়ববো ? জয় গোবিন্দ।

মামো : ইমা অমুক্তা তৃমিন লৈয়ু।

কান্ত : মামো কাংশিদি উদেনা।

মামো : হেবা।

সনাহৈ : মামো কাংশি হায়ববা ? উদেনা, উদে।

ইবোহল : ঐসু উদেনা। কদায়দনোনে ?

মামো : তানীংখিদ্রেদা ইবোহল নঙনা উদ্রগা লৈতে হায়নুনে।

ইবোহল : ও : ও অবৈবা পোৎসিদি উবা ফংদবোযবে ? ও.. ও ঐ ভাব তাবে।

মামো : মানা হায়বদুদি মফমসিনিদা। ঐনা লৌশিং থিবা চৎখ্রিঙৈদুদা লৈকায়সি মমিং ওস্থোকখ্রবা জাৎলা। কনানো মথীবোং লাওবা অমত্তং লাকলবদি নুংঙাইনিদা মঙোন্দগী অশেংবা খঙহৌনবা।

ইবোহল : তৃ আদা হনুবা অমা লাকএ, লৈকাইসি চষী মবিফুতবামাথোই চরা হেল্লক্লবা মাল্লি মঙোন্দা হংসি।

সনাহৈ : লাক্লদি হংহৌবোদনা।
(খুবাতোন চঙলকই।)

মামো : খুরাবু কৈনোমতা হংজগে ?
(ফোটো অমা পুথোকই)
মশক খঙব্রা য়েংবিয়ু।
(মুন্না য়েংই অহলদুনা)
মহাকসে নোংপোকলোমদগী লাকপনি হায়। কনানো খবনদি নোংচুপলোমগী মশূনুপানি হায়। খবনা নোংচুবদা য়াওবকপনি হায়।
মুন্না অমুক্তং য়েংবিয়ু।

খুরাতোন : এ... সিদি 'তোম্বা' নিনা।

মামো : হো... হো তোম্বা। তোম্বা। মাগী য়ুমনি ঐখোয় লীলা কাংবুসিনা থিজবকলিবসি।

খুরাতোন : লীলা উৎপিগদবা ? মতমনা মতম ফৎতবসিদা।

কান্ত+সনারৈ: উৎপা হায়গদবা শান্নবা হায়গদবা। মাগী ময়ুমসিমদি তঙায়ফদ্রে।

মামো : ঐনা 'লৌশিং' থিবা চৎপদা লম্বীদা থেংনবনি। অহিং তবেৎ ৱাবী ৱাতায় তৌই। অদুদগী মাসু লৌশিং থিবা চৎনীংলমাল্লে, ঐঙোন্দা মাগী য়ুমগী শো পীবে। ঐসু মাগী লৈকায়দু চৎনীংই, ঐসু হান্না লৈবম্বা কৌবনিনা। ঐঙোন্দা মানা ময়ুমগী শোদু পীবে; অদুগা মানা চুমদ্রিং নোংচুপ হাবম পাংখ্রে। লমশাং লাকপনি খুবা, নচন নুপীসি ৱাবে। শ্বব চনীং-চমাঙ শম্নদ্রে, জগোই শানিংঙে ঈশৈ শকনীংঙে।

খুরাতোন : লীলাশিবু হেক থুংঙবগা হেক্তা হৌদৌবজাৎলা ?

মামো : লৈবক মচীন্দা লাইবুং অমা লৈবা হায়বদি শ্বাইসিনিনে ইবোহল।

সনারৈ : হৈবাংখোইগা শিঙ্গাবৈগা পুনবা লৈনম হায়বদি শ্বাইসি মঙায়নে।

ইবোহল : মুকপ্পবি মখোঙদা জুবাকুশুম হৌবা হায়ববদি শ্বাইসি তাইনে।

মামো : খুবাইবুংঙো। য়ুমদো অমুক্তা তাকপীয়ু ঐখোয়সে মথং মথং য়াম লৈগ্রে।

খুরাতোন : কৈনোনে নখোযনা পঙহংদা হংলিসিবো। মফমসিনিনে সে... সে... (মখুৎ থিল্লি)
সিনিনে, সি তোম্বগী য়ুমনিনে।

মামো : লেঙঙো লেঙঙো অহল; মখোঙ ৱাৎলম্মনি।
(অহন্দু চৎখি)

ঈশৈ

থুংলবে য়ুমসিদা ঙসি ঐখোয় থুংলবে।
লম ১৯৯৮ চৎলগা লৈবা মফম অসিদা
ঙসি ঐখোয় থুংলবে
থুংলবে থুংলবে থুংলবে ঐখোয়
লৈবক মচীন লাইবুং লৈবা তোম্বগী লৈকায় অসিদা

হৈবাংখোইগা শিঙ্গাবৈগা পূম্না লৈনম নম্বা লম
মুকগ্লবি মখোঙদা জুবাকুশুম হৌবা লম
নোংপোক নোংচুপ তাইনবিবা লম
হো মুন্নবিবা লম।
খবনদি হায়নৈ নঙসে নোংপোক্তগী লাকপনি
খবনা খেমই নঙবু নোংচুপ্তা তিন্নবা
নোংপোক নোংচুপ মুন্নবিবা
হো খৎনবিবা-হো মুন্নবিবা
হো খৎনবিবা...।
(ঈশৈ লোই। মতম থেঙজিল্লকই । তোম্বা ময়ূমদা হল্লিল্লকই । ময়ূমদুদা কবিগুম্বা অমা তৌবম্বদুদা ঙকই ।)

**তোম্বা :** এ ! কবিনো ? এ ! কনানো ? এ কদায়দৈনো । ঐগী য়ূমদবু কনা কনানোনে । ঐগী ইপাসু লৈতে, শিগ্রে; ইমাসু শিগ্রে । ইতুসু শিগ্রে ।
(খোঙ থীল্লি, ইমুংদগী ময়াম লাঙনবকই ।)

**ময়াম :** কনানো? কনানো? কনানো?

**মামো :** ইবোহল লীকং তেন পুথোবকউ । থাঙশাংদু নামনা পায়য়ু । হায কনানো। নুপী কাঙবু কৈদৌবি , নঙনা তেম পুথোবকউ খাঙচেৎ লাকউ
(মৈ ...খঙঙান ঙাল্লি পুম্নমক ইলাং লাংই)
কনানো ? কনানো ? কবি পামই হা... নঙ কবি পাম্বগে ?

**তোম্বা :** ঐ... সি... দা... ঐ... সিদা ।

**মামো :** ইবুংঙো তৌনু । ঐনা তৌনু হায়বিসিনি । ঐখোযসু লীলাসি ফনা য়াম্না তৌবক্লবনিনে। ফনা য়াম্না খঙলবজাৎনিকো । তৌনু ইবুংঙো তৌনু, হেনজিল্লক্নু । ঐসু লৈকায়সিদা চহী তবা অমা কবি অমা চবা হেল্লমলবনিকো। ঐখোয় থুংলবদা ঙায়বি, মী খৎননিঙদে ।

**তোম্বা :** ঐগী বাসি তাও অহল । নঙ থোক্লকউ.. থোক্লকউ। ঐ নঙোন্দা জ্ঞান তানা...

মামো : এ... এ... ঐবু থোক্লকউ হায়বা, ঐবু থোক্লকউ হায়বা । নঙ ঐঙোন্দা চেলেঙ্ক তৌবেনে। হৈ... হৈ । ঐ লৈকায়সে য়াম্না মুন্না খঙবা জাৎনিনহে । লৈকায়সিগী ঈশিংসু খঙবা ঙানপসু খঙবা আ...সু খঙবনিনে । খুনুদি মবানি খৎনবদং কনবা, অদুগা শেন্দ্রাংনফাও অনীমক তানবনি হৈমা নঙ ঐঙোন্দা হৌবেনে । থুংলবদা ঙায়বি । মায়মিৎফাও তাদ্রি । নখোয়গী হৌনবিদু হৌবেনে। হায়... ইবোহল ইবোহল । কান্নদে ইবো "থাঙ তাগী কুমহৈ" না হান্না উৎসি।

সনাবৈ : মামো/মামো—পাখঙসি মমিৎসু খবা নুংশি লৈমা জগোয়না হান্না উৎসি।

মামো : এ '

ইবোহল : থোবকও... থোবকও ? সিগী মখাদি নুংঙাইববোই । ভাবোক ঈ চোংঙনি ।

( ইবোহলনা তোম্ববু লাক্কুনা ইনখি । থোঙ কন্না লোনশিনখি। তোম্বা কপ্পা-কপ্পা থোকখি । হায়নীংবা হায়বা নংহৌদে )

(খোঞ্জেল অমা): চেক্লা পাইখ্রবদা

পোম্বী হপ্রিল্লকপনা...।

(হৌজিক ফাওবা ফমই তোম্বদু কোঙ্খোং ময়াগী, লৈবক মচীনগী নূংদুমদুদা । নিংথমলে, মযূম চঙনীংই । থোঙ হাংদোকহন্নীংই । অমুক্কা হায়বগা য়েংগে নীংই-চঙখি থোঙদা । থীনলি তক তক তপ্পা থীল্লি। থোঙ হাংদোবকতে। থোঙনাও হাঙদোবকই । থোঙনাওদগী মঙক লীৎথোবকই সনাবৈ)

সনাবৈ : থেঙঙে । মামো তুমদ্রি । ইনেসু ঈশৈ শকই । লাকত য়াদে হায়বগা হয়েং অয়ুক পূং মাপলদা লাকউ। ঐ কৈনোমা শিন্নগে।

তোম্বা : ঐ...ঐ... ।

মামো অমসুং অতৈ : হৈ কনানো হৈ কনানো কনানো ?

(থোঙ হাংদোবকই)

মামো : নঙনা তৌবিবসি কবিনো ? ঐখোয়বু উশিংত্রিবা হায়বদুবা ? লৈকায়সিগী, নখোয়গী "উশিংতবা" হায়দুবা ঐঙোন্দা তৌবকইসে।

ইবুংঙো মী ওইবা তস্মু। মাংগোলজাউ ওইনু। লৈবাক মচা তাবা তস্মু, বী এ জেন্টলমেন। মফম মতম খঙঙু।

**তোম্বা :** ঐ ব্রা অমত্তা হায়জগে হায়না ...।

**মামো :** হৌজিকমক নঙগী ব্রা হায়দবা য়াদ্রববা ? হয়েং অয়ুক হায়বদি য়াদবনিনে।

**সনারৈ :** (ঈশৈ অমা ওংলকই)
হয়েংগী অয়ুক্তা শাৎলমগে
লৈহিনা নীক নীক থল্লমগে
খোইমু নঙনা লাকপা কাল।

**মামো :** তৃমীন লৈয়ু। ঐগী ইমৌ নুপীসি মশক কয়াম ফজৈ ?

**তোম্বা :** (খূৎ তমই)
আ... সিমুক ...সি মুক।

**ইবোহল :** মখূৎসি ককথৎলগে মামো।

**মামো :** হৈ চৎলো চৎলো। কবি কান্নগেগে, ভাবোক্তা ঈ চোংনবা। চৎলো চৎলো
(সনাবৈনা য়েংই তোম্বদা, তোম্বসু থম্মোয়দা কবিগুম্বা খবা ফাওই। মাগী লেঙদ্রবা ললনি খঞ্জবিবা 'যূম'দুগী মনুংদা লৈবা মাগী অতোপ্পা ঙন অমগুম সনাবৈবু উবদা ফাওজৈ।)

**মামো :** হায় খোঙনাওদুসু লোনশিনলুনহে
(খোঙনাওদুসু লোনশিনবি)
(অসুম খেঙজিনলক্লে, তোম্বদু ফমলি অদুবু হেন্না ঈংশিল্লক্লে। কদায়দৈনো খুবাতোন অথেঙবদুদা হল্লকই। নিংথম্বনা থক থক...। লম্বীদা তোম্বদু উই ...।)

**খুরাতোন :** অস! অস! ঈংইহে। খূৎঈং অমনিহে... ঈংমন্দুনা মমাঙ চহীদা মী মঙা শিখিবদুদা ঐসি য়াওব্রবজাৎলো ? ইস... ইস ঈংইহে ঈংইহে ঈংইহে। হায়। হায়। তোম্বা। তোম্বা। নঙদি সিদা কৈদৌবিবা?... এ! এ! মশাসি নীকইনে এ মশাসি চোৎলিনা। এ! এ! মপিনিনে।

এ ! এ ! মসিদি কপপেদনা । ঈংগ্রবসিদা নঙদি কৈদৌব্বিা নয়ূম চঙঙো । নয়ূমদা নুংঙাইনা কপ্পুবো। নঙদি ঐগুম্বা নত্তে, নহানি নথৌ য়াম লৈ কপকদবা, নোক্কদবা, লাউগদবা । সে সে... য়াম ঈংগ্রবা জাৎনিকো, 'ডিসেম্বর লাষ্ট ৱিক' হায়বসে হায়ফেৎ য়াবর্বনি লৈকায়সিদদি । ... সে .. সে... হৌগৎলুনে । ঐদি অহননি, ঈংঙবসু ঈংদে হায়বা য়াই। নখোয় নহাদি মদু য়াদে। ঈংঙগা ঈংই শাবগা শাই হায়গদবা। সে... সে .. সে.. ।

তোম্বা : খুবাতোন ঐগী নুপী শিগ্রে হায়বসি কন্নানা হায় । অশেংবৈ শিখিব্রা ?

খুরাতোন : ঐনা লিশিং তবেৎ পুবগা শোবাৎ শোনখিবনি ।

তোম্বা : খুবাতোন, থোঙনাওদগী কফোয় মপাল লীৎথোবকপা উখ্রববা ?

খুরাতোন : হৈ .. হৈ... । থেঙঙে নঙ শোয়দনা নাবনি । নয়ূম চঙঙো ময়ূম মকৈ লৈতবা মীদু ঙায়হে অঙাংসিদি । চৎলো নয়ূমদা নুংঙাইনা পোথাকবো। নিংথম্বসিদা ... । ঐ অমুক লাকপদা লৈবমগনুকো ।

তোম্বা : খুবাতোন অমুক লাকখিদ্রো ?

খুরাতোন : লোইদ্রিকাওদি নঙ খুবা হোৎনখিবা তাই । ঐ অমুক লাকপদা সিদা লৈবমনুকো নয়ূমদা লৈবমমো । ঐনা হায়বিবসে নঙগী ননেদু নুংশিবদে নত্তে নঙবু নুংশিবদেনি । নয়ূম চঙঙো, নয়ূম চঙঙো কৈকান্নবা নানবা-। ঐ লাকপদা নঙ অমুক লৈবমগনুকো ।
(খুবাতোন থোকখি । তোম্বা লৈহৌবি।)
(নোংঙাল্লে, মী হৌগৎনবে। অমুক্কী শেম শাবা হৌনবে। ইবোহল হৌগৎলি হকচাং শাজেল তৌই। তোম্বা অদুম লৈবমলি হান্নগীদুদা।)

ইবোহল : মামো.. মসি অমুক লাকলেনহে।

মামো : অমুক লাক্লবা । ঐ বা হায়গে । ঐ লৈকায়সিগী মতাৎ য়াম মুন্না খঙবা জাৎনি । নঙগীদু য়াওবিব্রা ? নহাক তমথিবা মীনি হায়বসি মীকুপ খুদিংগী থাজহনবা তাই । নঙনা উৎকদৌবিবসি "মাবু কিহনবদুনি"। য়েংলগা খনবা মীনি, মসি পায়বগা খনবা নত্তে। নঙগী কুম্মেদু উৎলু । মহাক লৈ খঙদনা উৎলু । নঙগী উৎফম থোকপগী থোকপা উৎলমলগা অদুম চৎখো । ঐ মাগী বিএক্সন অদু ষ্টডি তৌগে। ঐসে লোইনা খঙলবা মীনিনে। লৈকায়সি মথী ফাওবা খঙই । পৃথ্রি মপান খোংনাং মখোঙ, মনেমচীং, মতৈমচীং

ঐ লোইনা কাবন্নবনি । তু...আ.. দগী লমহাংসে হৌজিক ষ্টেডিয়ম লৈবিসে থায়নদি হৈজামপেৎ ঙাক্তা, ঐখোয় হেকপা.. ।

**ইবোহল** : ঐদি ষ্টেডিয়ম উদেনা ।

**মামো** : হে ! উদ্রগা হেক্তা লৈতববা ? হৌজিক নঙনা তৌদৌবা হায়বু মাবু কিহনবা। অঙাংসি মমিৎ চুমদে । মানা সিদা কুনঙ্গিবসি কযাম কুইবে। য়াম চীংননিঙঙাইনি । হাইফেৎতং কিহল্লন্নগা কবিমত্রা তৌদবা শাবগা চৎখো ।

(ইবোহলনা কীহল্লি । কীননবা জাৎ জাৎ উৎঙ্গি । তোম্বদু য়েংদে, তৌবিবদু কবিনো খঙদে। ইবোহলদু মাগী ঙমজবা কবি কবিনো ঙাইহাক উৎলন্নগা চৎখ্রে। মামো থোক্লকই। লীচি পায়, মুকই .)

**মামো** : মীসি য়াম উশিংনদ্রেদা । ঐসি য়াম ঙম্বা জাৎনিকো । হৈ.. সনাবৈ।

**সনাবৈ** : মামো ...।

**মামো** : ইবেম্মা ঐ অম্বাইফাও থোকউগে । কনানো মবৈ তংপা অমনা সনাগী উ থম্বাল অমা য়োননি হায । কিলো হুম্ফুদ্রাতবেং কিনি হায়। হৈ... মতম ফত্তে । যুমসিদগী মিটব চামগী মনুংদা হূই নত্রগা খুনু অমত্তা ঐনা হল্লকপদা লৈবা যাবোই ।

**সনাবৈ** · কুবাকতি য়াত্রা মামো ?

**মামো** : কুবাকতুননিনে তিলাইখোম্বী ওল্লকইবদো ।

**সনাবৈ** : মামো তুবেলদা ঐগী খূদোপ তাখিবদুনি । অশেংবদু ঐনা হাযবা মানা থাজদবদুনি ।

**মামো** : হে... হে...। ঙাওশিন্ননুকো । হৌজিক রাকচিংনি । যাওশং য়াম রাংলি । ঐনা খূদোপ পীখিদে । তুবেলদা তাখিবদু খূদোপ নৎতে। লগাও মকনি । ঈবাং তৌনু । ... ঐগী অশেংবা মিংদু কবি হাযয়ে সনাবৈ ।

**সনাবৈ** : যাত্রা।

**মামো** · হায়বদি মুক্রা যাত্রা । হায়বদি ঐ অদুঙৈ মূক্রা যাত্রা ওইখি অদুদগী ঐবু যাত্রা হায়না খঙনবে । ঐ চৎলে । ঐনা লাউথোকখিবদু কনামত্তনা তাহৌদে হায়বা য়াবোই।

সনারৈ : কৈদৌঙৈ হল্লক্কনি ।

মামো : লোইদ্রিফাওদি চঙনিঙবা মতমদা হেকতা চঙলক্কনি ।
(মুক্কগা থোকখি । তোম্বনা যেংহৌই)

তোম্বা : পুংসিবু কয়া তাব'গে ?

সনারৈ : ঙাইবা য়াম ৱাববা জাৎলা ? ঐখোয় য়াম থুনা হৌজবনি । থানবা চামা চৎপী কয়া যাওবিবগে ?

তোম্বা : য়ূমদা অমুক্তং চঙবা য়াববদি.. । উপুদু অমুক্তং হাংদোক্লবদি ... ঐ... ঐ... ঐ য়ূম অমুক্তা চঙগে । ঐ য়ূম অমুক্তং চঙগে ।
(চেনশিল্লকই)

সনারৈ : এ ' এ ' ওন্নবে ওন্নবে । কদাযদনো চঙবিদৌবিদুবো ।

তোম্বা . ঐগী য়ূমদনি । ঐ য়ূম অমুক্তা চঙজগে ।

সনারৈ সিদা ওইববদি চঙবিবনু । নুংঙাইববোই । ফিবোল ইচায় চাইবি । থোকপদা শেৎকদবা নুপা নহানা থাদোকনীংদবা কবি কবিনো যাওবি। চঙবিখিনু । চঙগে হায়বগা লোইবগা চঙবিয়ু । হৌগদবসু ঙাহাক্তা ঙাইবে ।
(ঈশৈ অমা কুমহৈ অমা পানখৎলি)

**ঈশৈ**

আদগী পাইবকপা ৱাবানি ঈংবসিদা
থাবলনা ককচেং চৎপা উবে ।
থম্মোয়দা কুবাক তোংবা উবে ।
থৱায়দা লৈত্রুক চৎপা উবে ।
হো ... লমগী কুবাক আ . দগী লাকপা
থম্মোয়সিদা কৈনোমা তৌবা ...
তিং তিং পানবা ।
হো... হঙ্গাম মপাল...।
মাবু খাম্মুনে মচু য়াম্বদো । থম্মোয় য়াম্বদো ।

(ইবোহল চঙলকই । ঙশাইগী থাঙশাংদু অদুম পায়বি... তোম্বদু উৎলিবদু য়েংলি । ইবোহলনা, থাঙনীঙখোক্তুনা মাইক্রফোন ওইবগা লাউথোকই।)

**ইবোহল :** য়েংবিবিবা তাবীবিবা খুদিংমক, খাবিবসিগী ব্রাংমদা হন্দোকপিয়ু। খাবিবসিগী ব্রাংমদা হন্দোকপিয়ু, খাবিবসিগী ব্রাংমদা লৈবিয়ু।
(তোম্বা তাদে)
হায়বিবসি য়াবিদ্রবদি শীন্দোক শীনজিন লোইদ্রিফাও ঐখোয় ঙহাক লেপচবা তাবে। অবোযবা ওইনা হায়জবী খাবিবসিগী মপান্দা হন্দোকপিয়ু-। য়াদ্রেদনা ... ও... য়াদ্রে... য়াদ্রে... লেপ্লে, লেপ্লে।
(মৈ মুৎপ্রে)
(মৈ ঙানখৎলকই। তপ্না তপ্না ... তোম্বা কুল্লি, কপলি। খুবাতোন থোবকই)

**খুরাতোন :** হায় মসি চঙলমদেনহে। অহিংচুপ্না সিদা সুম লৈবমাল্লে। হায তোম্বা নঙবু মঙ মঙলিব্রনে।

**তোম্বা :** খুবাতোন। ঐ ঙবাংগী মঙদু য়াম নুংঙাইতে। ঐ পূক্লিং নুংশি। পূক্লিং য়াম্না নুংশি... য়াম্না কপনীংই।

**খুরাতোন :** নঙগী মঙদু তম্মু, নোংথক য়েংলগা তম্মু –।
(তোম্বগী মঙ: তোম্বগী মঙদা – তোম্বা মাগী তাইবংগী কূনফম কপফমদুদা অদুম লৈ। নুমিৎতু থোঙনাওদুদা সনাবৈ ফমলি, নাচোম পায়বি। মখল মখলগী মী, পৈশা পায়বা, লৈ পাযবা, লাইবিক পায়বা, লাঙ্গোল পায়বা খোংনবা... কযা অমা চঙশি। মখোয়না থোঙদা তক তক তৌববদি হেক্তা হাংই, হেক্তা চঙখি। মী অনী অহুম হেক চঙখিবগা তোম্বসু চঙনীংবা কৌবনিনা লীংশিনগে হোৎনৈ। থোঙ হেক্তা লোনশিনখি। ফনা যাম্না থীল্লি.. "থোঙ হাংদোকউ। ঐগী য়ুমনি ঐসু কফোই মপাল হেক্লে"। তোম্বনা হোৎনবিবমখৈ থোঙনাওদু লোনশিল্লি মী পূম্নমক চঙপ্রে। মাদা ঙায়বে। কপ্না কপ্না মঙদু লোইপ্রে।)

**খুরাতোন :** নুপীদু মীদি মীনিকো? লৈশাবীবা? মৌবা?
(তোম্বা খুমদে)
ফবে, কবি লমদৈনো? কবি লৈকায়দৈনো। চীংলোন লানববা? পাৎয়াদৈবা? ব্রাংমদৈবা? কয়াম লাল্লি।

**তোম্বা :** থোঙনাও ময়াদৈনি। ইনক নকই। য়ুমলোন্নবোই কবিওই।

**খুরাতোন :** নঙ খুবাতোন ভাব তারে, ভাব তারে। উবীনা অনকপা কেগে পাম্বীদা য়েৎতবগী বানিনে। অদোমদা ইল্লুরনু। লৈগী মেলাগা খোইগী

মেলাগা পূন্না উগনু । নয়ূম চঙঙো, নঙ খয়াক্লবে। ইকৗ লুথোকলুবো ঈশিং অশাবনা । নূবাদো ননথোক্লো অদুগনে নখোয় ইথৌগী ইথৌদুনা কবি কবিনো থনমই হায়বদাই মদু শেৎচিল্লো, পায়শিল্লো অদুগা অমুক থোবকউ । লোইদ্রিভেসিদা হৌজিক-হৌজিক্কী ওইনদি নঙ উবদা মীং নাবেহে।

তোম্বা : খুবাতোন নঙ ঐঙোন্দা চেলেঞ্জ তৌবিবা ? ঐগী যূমনি চঙনীংলগা চঙনি। চঙনীংদ্রগা চঙলোই । "মঙ" হায়বিসে ঐগী নঙনা মঙবা ঙন্নবোইদৌবা ...। ঐনতা মঙগদবা, ঐ ইতোমতনা মঙগদবা। "মঙ ললোনবা", "মঙ ললোনবী" নঙ নথৌ কবি লৈগে ?

খুরাতোন : ঐ .. ইথৌ লৈতে । ঐ... ইথৌ লৈতে । ময়ামসিগী মথৌ লৈ... ময়ামসিগী মথৌ লৈ... নঙনা লৈকায়সিদা কবি কবিনো উৎকনি হাযজিল্লমলমাল্লে । মীনা কবি কবিনো য়াম ঙাঙনৈ ।

তোম্বা মীনা কবি কবি ঙাঙনগে ?

খুরাতোন : মীদা হংউদনা ঐঙোন্দা হংলিসিবো ।

তোম্বা : নৎতে খুবাতোন মীনা কবি কবি ঙাঙনগে ?

খুরাতোন : নুংঙাইখিদ্রেদা. .।

তোম্বা : মীনা কবি ঙাঙনগে ?

খুরাতোন : নুংঙাইখিদ্রেদা...।

তোম্বা : মীনা ঐগী যূমদা কোম্বিবৈ শাৎহৌবে হায়নব্রো ? মীনা ঐগী থোঙনাও ময়াদা তথেল্লে পোমহৌবে, শাৎকদবা ঙাইহাক্তা ঙায়বে হায়নব্রো?

খুরাতোন : নুংঙাইখিদ্রেদা তোম্বা।

তোম্বা : মীনা, ঐগী তাবুনুংগী ঈশৈ ফজে নুংঙাই হায়নব্রো ?

খুরাতোন : নুংঙাইখিদ্রেদা তোম্বা, উৎকে হায়বগা উৎলো । ঐনা হায়বেদনা... নঙবু অহন লমন্না হায়বা ইননি হায়বদাই, নচেনা হায়বা ইননি হায়বদাই । হে... চঙঙো, নমথিবে, য়াক্লম নম্মে। নয়ূম চঙঙো, নুবা ননথোকউবো অদুগা খুদক্তা থোবকলো । নঙগী "তাবূনুংগী ঈশৈ" নৎতবদো উৎলসি নয়ূম চঙঙো ।

তোম্বা : ঐদি য়ূমসিদা শুকচঙবু চঙনিঙদ্রবনিনে । য়ূমদা চঙলগা কৈদৌদোইনো ? মপান্দগী লাপলপ ... ঐগী . থোঙনাওদগী কফোই মপাল মীৎথোবকপদি কৈনোম্মা তৌবা য়াই । কৈনোমা খনবা য়াই । য়ূম চঙলগা কৈদৌদোইনো ?

খুরাতোন : হা ! কবি । নয়ূমদা চঙলগা নঙ কবিমত্তা তৌবোইদবা। কবিমত্তা তৌবোইদবা, কবিমত্তা তৌবোইদবা।

তোম্বা : হায়, খুবাতোন । ঐগী য়ূমসে থায়নগীদু ওইববনিনে । থোঙনাও ময়াদা উথম্বাল শাৎলবনিনে ।

ঈশৈ

চীংগী থম্বাল
য়োৎকী থম্বাল
চীংগী থম্বাল
য়োৎকী থম্বাল

খুরাতোন : হৈত... হৈত... হৈত...।
চেগী খোইমু
তমদগী লাকপা

তোম্বা : হৈত... হৈত. হৈত.. ।

খূরা : নঙ নতূ য়াম থিনীংব্রা ? নঙগী নতূ শিখিবদু ঙবাংলা নহাম্রা ? হেবা... ঐনা হায়বদি নঙনা আব.কে:দগী পৈশা পূখিবদূ কয়াম কুইবে । শেন্দোয় কয়াম য়ামমে ?

তোম্বা : ঐগী ইতূ শিখিবসি চহী কবোব অমা ফাখ্রে। সে কায়দে । অমুক্তা লেঙশিল্লু ...। ঐগী য়ূমসিদা ।

খূরা : এ ! এ ! সিবু নঙগী য়ূমলনে ?

তোম্বা : লেঙশিল্লু...। ঙাইহাক্তং লেঙশিল্লু ।
(খুবাতোন নূংদুম অমদা ফমই । পূম্নমক জ্ঞান তান্নবে । তপ্না অমুক কৌই।)
খুবাতোন . খুবাতোন ।

খুরাতোন : হায়য়ু তোম্বা... ।

তোম্বা : খুবাতোনদি অহননি । চহী কয়া অমা হিংলক্লবনি, কয়া অমা লিবক্লবনি। খোঙবীনা লৈমায়দা তকলা তকলগা– 'হয়েং অয়ুক লাকউ' হায়বিবসি কবি হায়বিবনো ? মসি কবি হায়বিনো খুবাতোন ?

খুরাতোন : হায়. . হায়.. নঙগীদু মনুংগী ওই কবিওই তৌইনহে। অদুদৈ মানা কৈদৌই ?

তোম্বা : অদুদগী মানা - খুবাতোন ... অদুদগীদি মশমদু হায়ফেৎ নীক্লম্লগা হকাম চল্লপ, মশমদু পুনখৎপ্রে অদুগা য়েংকী মীৎনা নোংদোন্দা য়েংখ্রে । ওয়গী মীৎনা কদায়দনো অমা য়েংখ্রে । মসিনা হায়বিসে কবিনো ? মসিনা উৎলিসি কবিনো ? অনৌববা ?

খুরাতোন : খোঙবীদু লৈমায়দা তকপ্রা ?

তোম্বা : তকতে। লৈমায়দা তকতে।

খুরাতোন · মদুদনিনে লুবকইবসে মখূৎনা ফীজি পায়ব্রা ? ফীজিদমক পায়ব্রা ? ফনেকতি যা ওব্রা ?

তোম্বা · অনীমক পায়।

খুবাতোন : ফনেক ফীজিদু য়েৎনা পায়ব্রা ? ওয়না পায়ব্রা ?

তোম্বা · মখূৎ য়েৎনা ।

খুবাতোন : মদুদনিনে লুবকলিবসে । নঙগীসি লুদৌবি । ওইবোইদৌবি, ওইবোইদৌবিবু তোম্বা।

(তোম্বা কপ্পা হৌবক্লে)

খুরাতোন . মবক মবক্তা, মানা মাগী মমিৎ ওয়থংবদুনা... হায়বদি মায়যোক্লবিবা নঙগীনা বাইট, মাগী মিৎকী ওযনা হায়বগনা ওয়থংবা...। সে... সে.. লেপ্পুনে...।

(তোম্বা লেপখৎলি)

সে অমুক্তা হায়গে। নশাদু নীক্লনুনে । মবক মবক্তা মাগী ওযথংবা মমিৎতুনা নঙগী য়েংথংবা পীক্তুমদা চুমদ্রিং য়েংলগা মানা মখা থংবা মচীনবালদা চিকথৎচখিববা ?

তোম্বা : চীকখিদে । চীকখিদে । মদুফাওদি তৌখিদে । সৈত্য ইবুধৌনা খঙনি মদুফাওদি তৌখিদে ।

**খুরাতোন :** মদুদনিনে নঙনা ওইবোইদৌবিসে নঙগীসে ওইববোই । শুকওই ওইববোই ফবে... ফবে... নুপীদু খূজি শিব্রা ?

**তোম্বা :** শি। ওয়দা মঙ্য, য়েংতা অনী ।

**খুরাতোন :** নঙবু উবগা মানা খূজিদু নোই নোইদুনা ঙাইহাক সেকেন্দ তবামঙা নংত্রগা তবাতক্ক কুম্বা লৈব্রা ?

**তোম্বা :** (হবাওনা)
লৈ, লৈ। মখূৎ য়েংতুনা...।

**খুরাতোন :** মানা পায়বিবদু, মানা নাল্লিবদু ওযথংবগী খূজিদুবা ? য়েৎথংবগীদুবা ?

**তোম্বা :** ওয়থংবৈদো ?

**খুরাতোন :** তোকএ... তোকএ... তোম্বা নঙ তোকএ ওইবোই .. ওইবোই। নয়ূম চঙঙো ওইববোই ।
(তোম্বদু হেন্না হেন্না কপ্পা হৌবক্লে... হিক... হিক... মপুক্লিং নুংশিবকলে)

**খুরাতোন :** মানা পায়বা নাচোমদু মচু তবেৎকী লৈয়ামলা ? নংত্রগা মচু মঙাগীবা নংত্রগা মচু অহুমগীবা ?

**তোম্বা :** (হৌনা কপখৎলকলে)
ঐ... ঐ... ঐ...।

**খুরাতোন :** হায়বদি মচু অনী খক্তংগী লৈদি নংত্রে হায়বা ।

**তোম্বা :** হোয়নে হোয়নে অদুবুদি চুমলবনিনে ।

**খুরাতোন :** তোকএ... তোকএ... তোম্বা নঙ তোকএ.. ।
(তোম্বদু হেন্না হেন্না কপখৎলকএ).

**খুরাতোন :** মমিংদি কবি কৌই ?

**তোম্বা :** নুংশিতোম্বী কৌবমগদবা ? নুংশিবে কৌবমগদবা ? তখেল্লৈ কৌবমগদ্রা ? চাকথেকপী কৌবমগদ্রা ?

**খুরাতোন :** নঙগা মাগা অহানবা উন্নবা মিকুপতুদা নুমিৎকী পোজিসন কদাযদা লৈ ? থাগী পোজিসন কদায়দা লৈ।

**তোম্বা :** থাগীদি খঙদ্রে। নুমিৎকিদি লব্রাই লেমফুদা লৈ। নুমিৎ চপ য়ুংবা মতমনি।

**খুরাতোন** : হৈ- নঙগীসি আশা খবদি লৈহে।

**তোম্বা** : বেবি থককেবা খুবাতোন।

**খুরাতোন** : চুরুট থক্কে ।
(চুরুট পী। থকই ... শাংনা চিংই ) নখূৎ তিংথোবকউ ।

**তোম্বা** : য়েংলা ওয়বা ?

**খুরাতোন** : অনীমক। য়েংউ, নঙগী থম্মোয়গী লাইনসিদা ময়ায় চপ চানা কোইবপ তৌবা অমা লৈবিবসি কবি যাল্লি।

**তোম্বা** : কদায়দনোনে ?

**খুরাতোন** · মুন্না য়েংউনে... মুন্না য়েংউনে। মুন্না য়েংউ। থম্বাল লৈনা মান্দ্রা মুন্না য়েংউনে ? থম্বাল পোমশাংনবদুগী লৈনাদু মান্দ্রা হায়'নি।

**তোম্বা** · মাল্লি... মাল্লি.. ।

**খুরাতোন** : মদুদনি ঐগী থম্মোয়সি নে হেক তাবকলিবসি ।

**তোম্বা** . খুবাতোন চা লৌহল্লুগে।

**খুরাতোন** . হৈ .. নঙগীসে চানা য়াবোইদৌবি ? থম্বাল লৈনাসিগী মখা ওইবপনা তুবৎ তুবৎ অনীবক ককলিনে। মসিনা পূম্নমক মাঙহনগদৌবি।
(তোম্বা হৌনা কপখৎলক্কে )
হৌজিক নঙনা ওইদৌবিবসি নুপীনা য়াবা, নুপীনা পাম্বা, নুপীনা কল্লকপা পাখঙ অমনি।

**তোম্বা** : নুঙসু নুংশিবা।

**খুরাতোন** : নুংশিবগী য়াদু তোকখোনে । নুপীনা কবম্বা নুপা পামই। 'নুপীদুগী কবম্বা পাখঙ'দু নঙ ওইবা তাবনি। নুপীদুগী মীংতা নঙসে প্রোজেক্ট তৌবা তাবনি। লৈশাবিদুনা খনবা তাই মদুদি পূম্নমক য়েংলুববা খল্লুববা অসিনচিংবগী মতুংদা মহাক্না চিংনদনা য়াবেপ অমা লৌবা মদুদি... " পাম্মুবা " হায়বদু নহাক্লি। চহী তবানিপাল মঙদা উবকপদু নহাকনি।

**তোম্বা** : মঙদা, কৈদৌঙেনো ঐনা মাগী মঙদা থোক্লদৌবদো। মদু অমুক্তা হায়বীয়ু। য়ূম কৈ, লৌ ইংখোল কৎপা য়াবা কৎকে।

**খুরাতোন** : শম্না হায়ববদা নুপীসিনা নঙবু পামদে।

**তোম্বা** : হিক হিক...।

খুরাতোন : তুমিন লৈয়ু হে ! অদুগীনিনে ঐনা লুপা লিশিং তবেৎ পৃগে হায়বিবসে। শন্না হায়ববদা নুপীদুগী মমাঙদা নঙসে প্রোজেক্ট তৌবা তাবনি। নুপীদুগা নঙগা উন্নবা মতমদুদা, মফমদুদা নঙগা মাগা লাপনবসি লম কয়াগা খুদুপ কয়াগা কাপ কয়ানো ? থিট কয়ানো? শন্না হায়বদা নঙগী ফুরিৎ কুদাম অমা য়াওদবসি মহাক্না খঙবা ঙম্বগী অনকপদা মহাক লৈরা ? লৈতববা ? নহাক্কী ঙকশমদা নুবা থাংলিবদু উখিদনবগী অবাম্না অদুদা নঙ লৈখিরা ? নংত্রগা শুকলৈমক লৈখিদববা ?

তোম্বা : লৈকায়না হায়নবদি মাগা ঐগা নক্রে।

খুরাতোন : মীসে নকশিন্না য়েংলবদি য়োং মানবনি তোম্বা। লাপ্তা লাপত্রগনা উচেক ওনবনি। ইহান হান্না নঙনা মাবু উখিবদু কদায়দৈনো ?

তোম্বা : থোঙনাউদগী।

খুরাতোন : নঙগী লৈফমদুগা থোঙনাওদুগা অনীদুগী অবান্না খঙদোকউ। মথংদা ঐনা থোবকপদা ঐবু খঙহল্লু। অদুগা নুমিদাংবাই পুং মঙাগা মিনিৎ তবেৎ চৎলকপা, নুমিৎনা হায়থবপ তৌবা কালদুদা মঙোন্দা 'স'-না হৌবা রাহে অমা হায়য়ু। এ... এ... ফুরিৎতু য়াবোই অমা হোংদোকউ। হঙ্গামপাল মচুদা খবা মুবগা ঙৌবা, হীগোক মচুনা ফৈনা ফৈনা লাংবা অমা লীৎলু। ভাব তাবববা খঙঙদ্রা হায়বনি।

তোম্বা : তাবনি ।

খুরাতোন : যবে। অদুদি নয়ূম চঙলো। পোথাকবো অদুগা নমিৎ উইশিল্লগা কবি কবি উবগে য়েংলুবো। চঙলো... চঙলো ..
( খুবাতোন থোকত্রে। তোম্বদু মঙগুম লৈহৌবি )

# অনীশুবা উৎপা

( মামো অমসুং ইবোহল য়ুমদুদগী থোকলকই। অকোয়বদা য়েংই। )

মামো : য়ুম-কৈ ইংখোল শম্বলসি খবা শেমজিনবা মতম ওইবক্রে। সিদা লৈবিবা শ্বাইদগী চাউবা পাৎসিমা ফুমজিল্লসি। সনাগী থম্বাল শাৎপা শ্বাইদগী বাংবা চীংসিমগা তেমখাইবসি। অদুগা ফুমজিনখিবা পাৎতু তৌবসি। সনাগী থম্বালদু পাৎতুদা শাৎহল্লসি, চীংদা শাৎতৌ শকক।

ইবোহল : মামো, মনিঙ ওইবপনা লৈবিবা হি থমফম অহাঙবসি খবা শেমজিল্লগা ভাবা শান্দোক্লসি। মান্দোপসি খাজিল্লসি গোডাউন ওম্প্লেক্লসি। কাংশিসি লৌথবসি। লাউদ স্পীকব পানখৎলসি নাকন্দা ঘড়ী খিনসি বেটবি য়াওবা... তিক... তিক... তিক...।
(সনাবৈ থোবকই, মোবাদা ফমই। নুংশা য়াইবি)

মামো : ইবোহল, পুম্রী মপালগী লফু বোনসিগা য়োংজাও থাজিল্লগা নৈখাইহল্লসি। অদুগা উশিংশা পাম্বী ফৈনা ফৈনা চুমগ্রিং চুমগ্রিং থাসি।

সনারৈ : এ ! অদুদি ঐদি কদায়দা জগোয় শাদৌবিবা ?

মামো : হৈৎ নঙগী জগোয় শাননবা গোডাউন অমা শাদৌবিবদুদি।

সনারৈ : অদুদি ভাবোক্লা কদায়দা য়েংদোইবা?

মামো : ইবেমা নঙসে পঙঙ্গ্রেদকো । ভাবোক তোংননবা ভাবোক য়ান্নবা য়োংচাক পাম্বী চামগা হৈক্রেং পাম্বী চহ্মগা ঐনা আ... দগী পুবক্লগা অকোয়বদা থাদৌবিসিদি।

ইবোহল : অদুগা নোংপোক হাবম পাংবসিগা নোংচুপ হাবম পাংবসিগা শম্বল খাজিল্লসি।

মামো : মীবেল শঙসি কদায়বাইদা থমশিগে।

ইবোহল : কৈশুমশঙগা মীবেলশঙগা নোংপোক থংবসিদা পূল্লপ শাজিল্লবদি কমদৌই ?

মামো : ঙাইখোনে নঙবো। পুম্নমকসি লেপখিসি। অহানবদা নচল সনাবৈগী জগোয় শঙসি হান্না শাখিল্পি।

ইবোহল : গোডাউন গী থ্রাদুবা ?

মামো : হোয়নে হোয়নে জগোয় উৎফমদো।
(তোম্বা হোবে হোবে চেম্হোবকই)

তোম্বা : জগোয়দুবু হৌদৌববো ?

মামো : হৈং । নুংঙাইখিদ্রেদা মসি। কবিগীনো নঙনা চগৎনবিসে।

তোম্বা : জগোয়দু য়েংনীংবগী থ্রানিদা। মথোঙ মবম খঙদে অহন্না পঙলাউ মবাউই।

মামো : ও ! নঙ জগোয় য়াম্না য়েংনীংব্রা?

তোম্বা : ঈশৈসু তানীংই।

মামো : তোকএ। তোকএ। ঈশৈ তোকএ, জগোয় তোকএ। নঙ চৎলো ইবুংঙো। হায়... হায়... শম্বল খাবিবসিগী থ্রাংমদা লৈয়ু। থোকও... থোকও...।
(তোম্বা তুং হনবা হৌই)

# অহুমশুবা উৎপা

(তোম্বা ফমই ... কপই ... নোংয়াই মতুং ওইবক্রে । য়োংতুপ্পি উপ্পা, কমপোব ইনবা, চৈশাং পায়বা, শমুবাই পায়বা, মখূত্তা লালটেন পায়বা নুপাদু থোক্লকই । ইলেক্ট্রিক পোষ্টতা কাং... কাং... য়ে। লাউই)

নুপা : চেকশিননা লৈশি। মিং-না শিংনা লৈয়ু, মিংনা শিংনা লৈয়ু।
(চঙখ্রে। তোম্বা থোক্লকই । মখূৎতা ফীতা পায়বি। থোঙনাওদুদগী মাগী ফমফমদুগী অবাক্লদু ওন্নবা হোৎনবি... । থোঙ খংহাং হাংলকই । ইবোহল থোক্লকই, সমুবাই পায়বগা চীংননা কোয়য়েং য়েংই । তোম্বা লোৎলি ।)

ইবোহল : ঐবু কদায়রাইদেনো লৈনম অমা নমইদা । পাম্বোমসি চোংইদা । নহাদু ঙসিদি উদেনা । উদবসিসু, নুংঙাইবকত্রবনিনে । হৈ.. লৈকোয়সে অফাউ শানুকো। হুবানবসু য়াবোই । নিববসু য়াবোই । য়াবোই হায়বিসিনি। ঙানু অমা থাংবদা নখূৎ নাম্মা থবৎ... । ঙানু-খূনু চানীংলবদি নবৈদু ককথৎলগা নয়াদা ইনবা তাবা।
(ঙাঙনা ঙাঙনা হায়ফেৎ য়েংলম্লগা চঙখ্রে । তোম্বনা অবাক্লদু ওনখ্রে। চে অমদা ইশিনখ্রে; তপ্পা তপ্পা মৈ মূৎখ্রে... তোম্বসু নোকখ্রে । হবাউবে। তপ্পা মৈ ঙানখৎলকই । সনাবৈ লৈ ঈশিং চাইবা লোইবে , ফি শুবা হৌবে । তোম্বা থোক্লকই পোৎয়োম অচৌ অচৌবা পুনশিল্লকই । মাগী ফমফমদুদা ছাটিন খনগৎখ্রে। লৈ শাংপা গমলা অনী/অহুম খিনগৎখ্রে। ফজবা ফিদা অমা থাখ্রে অপীকপা সোফা-টেবল অমা খিনখ্রে । ময়োম অমদগী টেপ-বেকোর্ডর। অথাবা লাইবিক্লচিংবা পুথোকই। ইবোহল থোক্লকই । পূম্নমক্তু মুম্না য়েংই । সনাবৈদসু য়েংই য়ূমদা ফীবাল মচা অমা তিংশিল্লি। অমনা থেৎচিল্লে। লান ঙম্বগীগুম্বা ঈশৈ, ম্যুজিক তাবা ফংই । বেকগ্রাউনদগী শক্লকই।)

ঈশৈ

অরাংবদা থেৎলিবা ফীবাল
মাবু কিয়ু কিয়ু কিয়ু
কিয়ু... কিয়ু কিয়ু... ।

(ঈশৈ লোইবে। তোম্বগী টেপ-রেকোর্ডবদুদা ঈশৈ অমা থাবক্লি... থায়নগী ঈশৈদুমক। শ্রী মণিশর্ম্মগী...)

"নুংশি কবি ওইবসিগে
নুজা বাখল থেনমল্লি ...।"

(ঈশৈদু শকপা হৌবকপদা ইবোহল ইমুংদা চেনশিনখি। থাঙ পুথোবকই, নূং অমদা ফেঙবা হৌই। ঈশৈদু লেপ্পে। তোম্বা ফমই, অথাবা লাইবিক পায়, ঈশৈসু অদুম লাক্লি।"নুংশি কবি ওইবসিগে..." সনাবৈ পোলাংখোক্তা ফি ফৌবা লোইখ্রে। ইবোহল থাঙশাংদু অহুম/মবি খক্তুং হাইবল্লগা খানা য়েংলল্লগা চঙখ্রে। সনাবৈসু চঙখ্রে, তোম্বদু কবি থোকখ্রবগে খণ্ডদে ঈশৈদি লেপত্রি। ঈশৈদু মুথৎলি। কোইয়েং য়েংই, সনাবৈদু লৈবমদ্রে। তোম্বা লুকথখি...। থায়না তোম্বগী য়ূমদা লাক্লম্বা "ইতাউদু" থুংলবে পোৎয়োম অমা পায়দুনা। তোম্বদু উবদা ঙকই। তৌবিবদু উবদা ঙকই।)

**ইতাও** : ইতাও কৈদৌবে। কৈদৌবে ইস নঙনা ওইবিসে কবিনো। নশা নউগদো যাদ্রেহে। নঙ য়াম শোকএ; নমায়দু যাদ্রেহে।

**তোম্বা** : ইতাও নঙ ডিসেম্বরদা কোম্বিবৈ পোমশাৎনবা উবত্রা থোঙনাও ময়াদা।

**ইতাও** : ঐ য়াম ৱাবে ইতাও। লমশাং লাকপনি। খবসু কোযগে হন্দক্তি, য়ূম চঙসি, হপ্তামুক লৈগে খল্লি হন্দক্তি।

**তোম্বা** : য়ূমদা থম্বাল শাৎপা, পুম্রিদা নত্তবা। নঙনা সিদগী য়েংবা; নকশিন্নববদি লৈনমদি ফংনি; ফজবদি ফংদে। সে. . সে... ঐনা হায়বসি মুন্না তাও। ডিসেম্বরদা কোম্বিবৈ শাৎলি ঐগী থোঙনাওদা, খবা লাপ্পা য়েংউ। মিটব চামদগী য়েংউ। কোম্বিবৈদু কয়াম ফজে। নুংশিবা হায়বসি "অচুম্বা" হায়বদুনি ইতাউ।

**ইতাও** : ঐ য়াম ৱাবে। পোৎয়োমসু চাউই। সে... সে... য়ূম চঙসি। এ! এ! নহানমুক্কী অদুম হায়না চাক্তু নঙ থোঙউকো, এনশাংনা ঐনা সে... সে... ঐ য়াম তুমনীংলে য়ূম চঙসি।

**তোম্বা** : সিদগী য়েংবদা ঐগী শনাবৈদু কয়াম ফজে। ঐগী থোঙনাওদু কয়াম ফজে।

**ইতাও** : হৈ... হৈ তোম্বা নঙগী য়ূমসিদি কৈদৌবে? এ! এ! সিদি লোইবেহে। হে... হে... সিদা লৈবম্বা পাত্তুদি কদায় চৎখ্রে?

নত্তেনে... সিদা পাৎ অমা লৈবমদাইনে । এ ! এ ! সিদা সনাগী উথম্বাল অমা হৌবম্বদুদি । অদুদি কদায় চৎখ্রে ? এ !এ ! আদগী চীংদু কদায় চৎখ্রে, চীংমায়দা উনিংথৌ ময়াম হৌবম্বদো ...। ইতাও নঙগীসিদি য়াদ্রেবো ?

তোম্বা : হেবা... হেবা... নঙনা উদবা ওইবমগনিদা । পূম্নমক লৈবমগনিদা নঙনা খঙদদুনা তৌবিনিদা ? মুন্না য়েংউ উনিদা উনিদা ।

ইতাও : ইতাও... সে, ...ঐ য়াম ৱাবে । যূম চঙলসি ঙাইহাক পোখাসি ...। ঐ য়াম ৱাবে ।
(থোঙনাওদগী সনাবৈ উই, ঈশৈ ঙংবা তাই ...)
থম্মোইনা চন্নকপা
মিৎচিগী পাউখোং
চিননা ল... ল... ল... ল
শকখঙদ্রিঙৈ... মাগা ঐগা...।

ইতাও : এ.. সিদি ঐনা নহানমুক থুংলুবা যূমদু নৎতেনা । এ!... এ!... সিদি কৈনো... সিদি কৈনো । এ!... এ!... থোঙনাওগসি লোনশিনখ্রেনহে ।
(ঈশৈ তপ্না লেপখ্রে )

তোম্বা : ইতাও, তোম্বগী যূমনিনে । ফজবা ঙাক্তনি । থোঙনাওদা ফজবা, লৈকোলদা ফজবা, শীঙ্গৈদা ফজবা, ফৌগেদা ফজবা, শঙ্গোয়দা ফজবা, ...ফজবা ঙাক্তনিনে ঐগীদি ইতাও। থোঙনাওসি লোনশিনখ্রে অদুদগী অমুক হাংদোক্লকনি । য়েংউ... অদুদা কয়াম ফজে কয়াগী মতীক ফজে ।

ইতাও : কৈদৌঙেনো থোঙনাওসিনা হাংদোক্কদৌবদুবো ?
( ইতাওনা ঙাইবি থোঙনাওদু হাংদোকপা... "মহাক" লাক্লে নুংশিবা অঙাং অমগা। অঙাংদুগী খৃৎতা বোল অকান্নি পায়বি । স্কুল বেগ য়াল্লি । নুপাদু স্যুইট কেস পায়বি ইয়ব বেগসু য়াওবি ।)

মহাক : সনাবৈ... সনাবৈ...
(থোঙনাও হাংদোকই পূম্নমক থোবকই)

মামো : ও... ও... হো...। সনাতোম্বা নঙ থুংলববোবে।
(অঙাংদুদা)
ইথৌগী নিংথেম... নিংথেম। ইবো... নখোয়সু চিঠি-নুংথি ইরকপা য়াই... হান্না খঙহল্লকপা য়াই । ঙন্তানা ঐনা ওকপা লাকওইদ্রো ?

(মামোদা খুকমই। ইবোহললদসু খুকমই 'ইবাইবু' হায়না। ঙাইহাক্তংদি ঈবাঙ লাঙঙি ময়ামদু 'মহাক' থুংলবগী। সনাবৈদু মচী অমদা মকোক খুম্না লৈবি। তপ্না হৌগৎলগা 'মহাক' তা খুকমই।)

তস... অদুনিদনা । ফজে ... ফজে... লৈকায়সিগী নুপী...। ইমৌদনি... ইমৌদনি।

(সনাবৈনা অঙাংদু কোনশিল্লি)।

লাউনে... লাউনে .. নিংথেম নঙবো.. । দখৌ ষন শাগে... য়োং ওনগে... শামু শাগে... শগোল শাগে... লাউ... লাউ... নিংথেম।

(কুল্লি, ষন শাই। অঙাংদু ফম্মী, ঈবাঙ লাঙঙি)

(তোম্বা কপলি, ইতাউ ঙকলি।)

হৈ... হৈ... সনাবৈ । থেঙলগা গাডী ফংলোই । য়ৌবো. . নফি নবোল য়োম্নুবো । ইশূদি আ..দা.. লৈবগনা হেন্না কুচু পাল্লে, নোয়খৎলে । মথং ছুটি খূদিংগী লাক্কদবনিকো... । নুংশিদা.. নুংশিদা... পেল্লে...ঐ... পেল্লে...।

(সনাবৈ চঙখ্রে। পোৎয়োম অমগা থোবক্লে । সনাবৈনে 'মহাক' নে অমসুং অঙাংদুনে ময়ামদুদা খুকমই । চৎলো, চৎলো হায়বদুনা বিদায় তৌনবি। 'মহাক' না মাঙ থাখ্রে । অঙাংদুগা সনাবৈগনা তুংদা ইল্লি। তোম্বগী মফমদু য়ৌবে ।)

**সনাবৈ :** নিংথেম, লাউ... লাউ... খুকম্মুসে .. খুকম্মু...। মথংদা লৈবমদবসু য়াই ।

(অঙাংদুনা তোম্বদা খুকমই, তোম্বদু হৌনা কপখৎলকই।)

নোংমা লাক্কে শংলবদি । নোংমা লাক্কে নঙগী ''য়ূমদা''।

(সনাবৈদু অঙাংদুগা থোকপ্রবগুম তৌই, কবিনো অমা থোকপ্রবগুম নীংনৈ । তোম্বদু মিকপ থোবকপগুম তৌই । ইতাউদু অমুক্কা হেন্না ঙকপগুম তৌই ।)

**তোম্বা :** ঐগী য়ূম্বু কদায়দনো ? ❑

## ৪

# চিঠি পুবা উচেক

## অহানবা উৎপা

(উশাদা উচেক অমা তোংই। ইঙেল্লে কপলি-হিক হিক । কপ্পা কপ্পা ঈশৈ শকই । মতানা থেমজিল্লি ।)

**ঈশৈ**
উচেক, উচেক, চিঠি পুবা উচেক,
কফোই মপাল্লক্তে নঙক লীবৎলকউ।
য়েংলকউ ঐঙোন্দা, অদুঙৈ থোঙনাওময়াদা
হুমাং ঙানবা নিংথৌমচাদুদা পীবিয়ুকো,
মাগী চিঠি পীখিবা উচেক, ঐগী চিঠিসে মঙোন্দা পীবিখো।
মঙোন্দে অমগা পুবকউ ।
(উচেক্তু কপলি-হিক-হিক। কমাললনা মপি তৈথোকই ।)

মতা : কপকনু তানীংদেদা। নুংশিত্রবোইদা য়ুঙাওবদো।

ইঙেল্লে : ‘ য়ুঙাওবা’- য়ু-ঙাওবা হায়নু, “ য়ুবু ঙাওহনবদো” হায়য়ু। মহাক্কি য়ুবু ঙাওহনখিবদু। মহাক্কা থেংনগৈদগী ঙাওখিবনি ঐ। কপখিবনি ঐ। চাকখিবনি ঐ , ঙসিগী ঐ-ওইখিবনি ঐ। লাক্কনি হায়বস্বা লাকখিদরে। হল্লক্কনি হায়বস্বা হল্লকখিদবে।

মতা : নোকখিনি হায়বস্বনা কপ্লে । লুহোংনি হায়বস্বনা শোবাৎ শোল্লে।

ইঙেল্লে : তানীংদে ইতা, অদুম্মা কবেম্মনু। থাজৌ, চিঠি হেক ফংবগা মহাক খূদক্তা হল্লক্কনি। সেঃ ইয়ু, হায়বগে।
(মতানা অপাকপা চেবাং পুথোকই; অশাংবা উচেক মতু শায় ।)

ইঙেল্লে : শিসি থকউ য়াদে।
(কপই হিক হিক)

মতা : হায়বো ইবগে।

ইঙেল্লৈ : ব্রেদ য়াওদ্রা ইতা। থম্মোয়সি ব্রেদনা মচেৎ অমা লেনথৎকে; শীহুবকপা ঈদু লূপ্পগা ইয়ু।

মতা : হুং, মদু তোকশি। মাগীদমক নৎত্রো থম্মোয়দুবো, লেনথৎলুনু-পাম্মুদ্রো মাগী মপোৎতো, নাসু য়াম নানি। মদুগী শকক পিগী ব্রাবীনি, পিবাংগী পাউনি। শীহুবকলিবা পিদু লূপ্পগা ইসি।
(মখূৎ ওয়না পি য়াই, য়েংনা উচেক মতু পায়বগা ইনবা শেম শাই)
সে সে কপ্পুসে। অদুঙৈগী কবি কবিনো খবা নীংশিংঙু, কপ্পা য়াত্রা য়েংঙু। পি শুংগৎলু, অদুঙৈগী প্লাসতিক্কী তখৈল্লে নাচোম নীংশিংঙু। টুবিষ্ট লোদজ নীংশিংঙু। ফুবালা, শেন্দ্রা নীংশিংঙু। নপি শুংগৎলু...
ও...ও য়াবে, য়াবে।
(খূজোক্তুদৈ পি লূপই- উচেক মতুদুনা, ইনবা থৌবাং তৌই)
সে হায়বো।

ইঙেল্লৈ : ওয়থংবা লাতোন্দা ইয়ু - " থম্মোয়গী মবুংঙো " ।

মতা : হৈমা। মাবু থম্মোয়তংগী মবুংঙোবা ? হকচাংদুর্দি কনাগী থাকলিবা ?

ইঙেল্লৈ : থম্মোয় অমহিকসুং হকচাংগী মবুংঙো, সুম্না হেক হাযবো।

মতা : "থব্রায়গী মবুংঙো" হাযবদি কমদৌই ? নত্রগনা
"থব্রাযগী থব্রায" ?

ইঙেল্লৈ : শুমদৌবসি " থব্রাযগী থম্মোয" হাযবসি।

মতা : অদুই শকক " থম্মোয়গী থব্রায " হায়বদি কমদৌই।

ইঙেল্লৈ : ( ঙাইহাক খল্লি- খঙহৌদনা হাযবকই)
তোকলসি - মফম খঙদ্রে। মকোক্তা অমত্তা ইববোইসি। হায়গদৌবদু হেক্তা হৌবসি।

মতা : ফবেনে- হায়বোনে।
(ইঙেল্লৈনা মবোল হায়, মতানা পি লূপ্প-লপ্পগা ইবা হৌই)

ইঙেল্লৈ : ইয়ু-ইতা নম্বুল তুবেল মপান্দা তাবা খূঙ্গংদুদৈ চিঠিনি। ঐবু নীংশিংদ্রব্রা, হল্লকনি হায়বম্বা কৈদৌবে। প্লাসতিক্কী তখৈল্লে নাচোম পৎথৌ য়াদে, খূইবো য়াদে, কাউবব্রা অদুঙৈগী ব্রাকচীংগী লোংমা ...।
(কপই হিক হিক )

মতা : হায়য়ু। থৌদোক্তুমক হেক্তা ইবসি, নীংশিংলক্কবা।
(ইঙেম্নেনা হায়বি, মতানা ইবি)

ইঙেম্নে : কাউবত্রা ? নোংমা ব্রাকচীংদা, নুমিৎ চপ য়ুংবদা, নম্বুল তুবেল মপান্দা চীংয়াদা কৌজেঙ অবৌবা মচুগী কাব অমা উখি। পিকনিক লাকপা কাঙবুদুদে অমদি মমিৎ নুংশিবা পাখঙদুনি। "মমিৎ নুংশিবা পাখঙ" হায়বদু ময়েক অচৌবনা খুৎলৈবীদা ইয়ু ইতা।

মতা : সিগুম্বসিদি থম্নাদা খৃজিন্না শিকঅ - শিকঅদুনা হেক ইবা অদুগা শক্তি অমোমদা পীকচো শিন্নখিবা অদুঙৈ শক্তি মঙুন শেৎপী উমংদা লৈবী খৃজিন শাংনা শাংনা খাকপীশিংনা তৌখিবগুম। মখা হায়য়ু অদুদৈ কৈদৌবা ।

ইঙেম্নে : নুমিৎতুদা নম্বুল তুবেলদা মৌনহা ৭কা লৈশাবী অমগা ঈন চিংলম্মী। নুমিৎতুদা লৈশাবীদুগী ঈনদা ঙাপেম্মা মবক্তা মমিৎ নুংশিবা পাখঙদুগা, পাখঙদুগী তংখায় য়াওবা হুইসকী নীকলি অমগা লকখি। (হিক হিক কপই)
নীংশিংলুবদা থম্মোয়সি কায়দৌই। ইতা, ঐগী মিৎসে উদ্রে। পিনা থুমহৎখ্রে,পাঙবা ঙমদ্রে। থম্মোয়সিদা মৈহুম্না চুববে। ঐ কৈনোম তৌবে, মতা'ম তৌবে।
(ব্রাম্থখি, মতানা হুমাই হুম্মী ফিজিনা, ঈশিং হৈবী,তপ্না জ্ঞান লাকই)

মতা : সে, মখা হায়য়ুসে।

ইঙেম্নে : কাউবত্রা, অহানবা উন্নবা নুমিত্তো, চৈখৈ। অদুঙৈগী নহাক, কোমা। মথম্মোয় নত্রগা ইথম্মোয় পুখিবা নহাক, কোমা। অনীসিগী নক্কবা কবি মমিং থোনবিবি, কোমা। কবিগী ওন্থোকপিবি, দিয়াস অমা শাংলপ চিংলগা — খব চাউবপ "লাপথোকখিবা"। অদুগা চৈখৈ। অমুক্কসু চৈখৈ-চৈখৈ অনী থম্মু ইতা। মখাদা ইয়ু--ঐবু থাদোকপীগনু। ব্রাবেদা ঙাইবদা। নুংশিবা নপাও নঙোন্দগী ঙাইবি নুংশিবা । হায়বিয়ু, কৈদৌঙৈ ঐ নুপা ময়ুম চৎকনি ?

মতা : হুং, মুক লোইখ্রে।খৃত্তা পি য়াওদ্রে।
(উচেক মতু কপ্লি, মুক য়াওদবা উৎলি ।)
অকোনবৈ পবেং ইবা নংহৌদ্রে । মুক য়াওদ্রে— সে, অমুক্তা কপখো। সে খজিত্তা। মবিক ৩/৪দং। অকোনবৈ পবেংদুদা ঙায়বে।

ইঙেম্লৈ : কপ্পু য়াদ্রে, পি খকস্রে।

মতা : নীংশিংউ। অমা হেক্তা নীংশিংউ। সে, ইবায় হেক লায়না নুংশি খূদমদু হেক নীংশিংলো। নুংশি খূদম নঙনা মোন মখাদা হৌজিক ফাও থমলিবা হুইসকি লীকলিদু হেক নীংশিংউ।
(ঙাইহাক ঙাই, ইঙেম্লৈ পি শুংগৎলি।)
লীলাদা কপনীংবগী অবায়বা নিয়ম, মিৎ কৃপ্তবা, কবিনো পোৎ অমদা মুম্না য়েংশিনবা। মিৎ কৃপ্তনা সুম য়েংবা অদুগা খ্বব থিংবা। অদু নত্তবা অমসু লৈসে ঐখোয়গী ভিক্স হায়দু খঙইদনা ? মদুনা মিৎসিদা শৎ-শৎ হেক তৈশিনবা। অদুদে পিসে মথন্তা জোবো জোবো তাজবকঅনি।

ইঙেম্লৈ : পিসে তারকউ য়াদবসিদি, ঐনে শাউনীংলক্কুনা খোঙ খূৎসে শৎ হেক তিংথোক্লগা কপ্পা।
(মখূৎ-মশা ক্রং ক্রং কন্দুনা কপ্পী)

মতা : ও, ও পি তারকলে, পি তারকলে।
(পি য়াই, অদুগা লপ্পগা)
মখা হায়থরো অয়োয়বা পরেংদো।

ইঙেম্লৈ : নুংশিবা নপাউ নঙোন্দগী ঙাইবি নুংশিবা। ঐ কৈদৌঙে নুপা ময়ূম চৎকনি। নহাক্কী ইঙেম্লৈ।
(পবেংসি ইবে। মতানা চিঠিদু থূপচিল্লি। ইঙেম্লৈদা পী।)
হা উচেক... হা উচেক। চিঠি পুবা উচেক। তাদা, সি মঙোন্দা খবা পীবিয়ু। জিবিসি কদোমদনো ইতা ?

মতা : নোংচুপলোমদনি ইতা।

ইঙেম্লৈ : সে, তাদা ইবিবসিনি পি. দব্লিউ. দি. কোলোনী, জিবিবাম, কাটব নম্বর ৭।
(চিঠিদু পীবে উচেক্কুদা)
উচেক, নচন্না লম্বী তাকচগে। সে, নম্বুল তুবেলসি হনগৎনা চুমথ্রিং পাইখো। খব চৎলগা থেংনগনি- মফনেক পূমচোৎ চোংলবী মৌনহানা সনাবুল কোল্লগা তুবেল লৈবাই অব্রাংবদে নানখুবা। হন্না

য়েংলুনু চুমথ্রিং পাইখো নংত্রবদি নাউরি চানি। খবা চংলগা খেংনগনি "যূম মানবা থোং অমা" মনাক্তা মূর্ত্তি অমা, শামুনা লংগে তৌবা কোয়েৎ য়েংপা নুপা অমা। খাকি শেংপা খবা লৈবমনি মনাক্তা। রা ঙাঙনকনু তুমিন লৈয়ু। লুপা অনী চংপী অমা পীবস্মু । অদুদৈদি নোংচুপ পাংনা চুমথ্রিং পাইখো। চীংলোন অমদগী অমা, অমদৈ অমা লান। অদুদৈ অপীকপা সহব অমা থোঙনাও ময়াদা ময়াঙ কংবা পাখঙ অমা ফমলমগনি -ঐগীদমক খনবদা চাদ-থক্তবনা ময়াঙ কংলবা পাখঙ অমা, তেবলদা লৈবা এট্টে, চুকপ মতেক্সা পীক থল্লমগনি।

উচেক : নাউবিনা কাপলক্লবদি ?

ইঙেম্লৈ : নস্থুল তুবেল মপানগী খুঙ্গংদুদৈনি হায়য়ু। চিঠিসি পীয়ু । অমূনবা হৈতুপ অনীদুম ফংগনি।
(চিঠিদু উচেক্তুদা পীবে)
চৎসি ইতা।
(কপ্পা কপ্পা থোকত্রে অনীদু । উচেকসু কপহৌই ।)

## অনীশুবা শরুক

(মনুংদগী তায় "অয়ো...অয়ো.. অস্ নায়েদা। অয়ো-য়ো, ঙক পৈস্ত্রে, তেকএ-তেকএ।" ইবোহলগী চূবা পৈবে । মীনা কাওবকপগী মখূৎ নাম্মা চূবাদা থম্মী। নামন্দুনা কপই। অয়ো অয়ো। মামোনা শম্বোই কবিবোই তৌবগা থোবকই।)

**ইবোহল** : অয়ো...য়ো ।

**মামো** : কপকনু তানীংদে। ঐনা হায়দ্রা- তৌনু কান্নবোই, ওইবোই। নঙগী বাশি মতাদুনা ওইবোই হায়দ্রা ঐনা।

**ইবোহল** : লাইবক য়েংলিবা, লাইবক য়েংলিবা। ঐসু মীনিনা লাইবক য়েংনীংলিবা।

**মামো** : নঙবু কনানা মীনি হায়বিবা ? তম্মু কমাই তৌবনো ?

**ইবোহল** : মহাক সব সব কাখৎখি, রাংনা সব সব কাখৎখি। থাজদে —নুপী মানবদুনা কবমহায় তৌবিবজাৎনো ? মহাক্না রাংখৎকদৌবৈ মবম থিবদা রায়। মামো ঐসে রাংফম থোকপা মীনে। কাখৎফম থোকপনি। ঐসু মতুংদা কাখৎলি সব সব। তংখায য়ৌবমদাইদা চূবা অসিদা কাওথবকপনি। অস- নাইহে- অযো যো।

**মামো** : সে সে - লেঙনুসে ।
(চূবা অপৈবদু চুমথোকই ।)

**ইবোহল** : মকোক্তা নোংমৈনা কাপশিনগে। হেবা মানা কয়াম রাংদৌবিবা মখাদৈ লৌথগে। অমুক্তংদা পীশুম অনী কাবক্তুদা মিসি চঙহন্দ্রবা, ঐ ইবোহল নৎত্রে। মামো থাজৌনে । রাংঙিবদো অমুক কাপ্পদা শাইজিন্দৈ শেন্দ্রাং অশিবা লৌথবদৌনা লৌথগে। মকোক্তু পূমচাই চাইহনগে।

**মামো** : তানীংদেদা ইবোহল, অঙাও অফেদৌনা পঙলাউ লাউবদনা নবুদ্ধিদি য়াওদনা।

**ইবোহল** : মামোবু য়ানীংব্রো ?

**মামো** : কনানা য়ানীংই হায়ব্রগে ?

ইবোহল : য়ানীংদবদি য়ানীংদে হায়নি। য়ানীংদে... য়ানীংদে... য়ানীংদে ... শুকয়া হেক য়ানীংদে । মপা কনানা কৈদৌজবনি। নত্তে মামো, মানবু নিংথৌ ওইবা য়াব্রো ? ঐদি য়ানীংদে হায়বিসিনি- নত্তে মানবু নিংথৌ ওইফম থোকপ্রো ?

মামো : পুন্নমক্তা খঙই মহাক নিংথৌ ওইফম থোক্কে। নিংথৌসু খঙই মহাক নিংথৌ ওইফম থোক্কে । সে, হায়গেসে ইবোহল, থাজদ্রগা নিংথৌ মশামক্তা তৃমিন্না হংঙু, মী তাহনগনু । তাদনা নিংথৌ ওইবিবসিবু তাদা ইশানা য়ানীংলিব্রা? হেক্তা হংউ। কিক্নু। মী হায়দোকউনু য়ানীংদে হায়বক্কনি। কনানো অমা 'নিনা মাবু নিংথৌনি হায়। থম্মোয়দদি মহাক শিবগেমখে য়ানীংদে হায়বক্কনি। মহাক মশানা মশাবু নিংথৌনি হায়না খঙ্গবগবু সুম হায়না তৌগদ্রো। সে মী হায়দোকউনুসে- নিংথৌ মশামক্তা মহাক মতীক চাদে হায়বসি খঙজবনি।

ইবোহল : অদুবু কবিগীনো মখোয়না মাবু নিংথৌনি নিংথৌনি হায়বিবা । ফবেনেসে হৌজিক কবি থোক্কে। পোৎ লৈগে তৌই শেল লৈব্রে, মানা লোইনা চাশিনখ্রে। নত্তে শেলবু চাননবা পোৎলো। চাননবগীদমক যেনদেম লৈবি, হঙ্গাম, কোবি, হবাইথবাক, মৈতৈলোল খববনচিংবা লৈবি। ফকলাংদা ইখি অদু তৌনি, অদা তৌনি। হৌজিক্তা অদুসু তৌদ্রে,অদাসু কাউখ্রে । চেঙ পীগেবা – চে পীগেবা, অমদি পীয়ুদনা। কান্নদে মসি হেক্তা কাপ্পগা লোইবে। (চেনখিগে তৌই, মামোনা খাম্মি)

খাম্মু , খাম্মু। মকোক্তা মিশি চঙহনগে-অমুক কাপ্পদা পৃমচাই চাইহনগে। কয়াম ব্রাংবা জাৎনো ঙসি খঙদোক্কে, অমুক্তা লৌথগে । খাম্মু খাম্মু।

মামো : তৃমিন লৈয়ু তানীংদে।

(খংলাউ লাউবদুদা ইবোহল তৃমিন্না লৈ)

সে, ব্রা হায়গে কাপ্পনু পাপ্লোই। দোলাই অবাংবদৈ নোংমৈ মব্দনা পাল্লগা ওভুবকখি হায়বা লৈকায়সিগী বাবীদা থেংনদে। সে কান্নদে। নঙনা খুৎ ফনা চুমদুনসু সুকপান পাপ্লোই। কবিগুল্বা শোয়দনা পানগ্রবসু শুকতা তাবকওই। নগুনা সুম লৈনি। শিবফাও কদায়দনো অমা

য়ান্দুনা সুম লৈনি সুক্তা তাবকওই। কান্নদে নোংমৈ মক্ত তিংনবনি। অদুই শকক সে, ঐ হায়গেসে- দোলাই তোংবা অঙম্বদু, পোপ তাবক্কদবদুদি ঐ তাকপিগে।

**ইবোহল** : হা ! কৈদৌবা মামো। ঐগী হায়ববু ব্রাংফম যোক্তবদু তাবকপা সিদনী। হায়বিয়ু।

**মামো** : মী হায়দোকউনু। দোলাই তোংবা অব্রাংবদো শোয়দনা তাবক্কনি। দোলাইগী মোন মোন লাউবা ফমফমগদু মঙোন্দা তিংখংদৌনা তৌগদৌবিবজাৎনি। সে-ঐ হায়গে । নোংমৈ মক্ত তিংনবনি, খূদাং চোক্লবনি। পঙনা হৈ শিংলগা জেল চঙগদৌবিবনি। অদুগী শকক থীগং উৎলু। ব্রাংঙিবদুগী মখোংদা থীগং থম্মু। উবদা খাঙবা ঙম্মোইদবনি পোপ তাবক্কদবনি।

**ইবোহল** : তানীংদেদা মামো।

**মামো** : ইবুংঙো- অহল। য়েংদদি য়েংউদনা । মসিদা নঙগী খুদোংথীবা কবিসু লৈতে । জেল চঙনীংঙাই লৈতে । মীনসু খঙলোই। মানা শাউগদবসু লৈতে চুম্না থীগংদু থম্মুবখক্তনি। সৈত্য ! মদুদবু মানা হেক অব্রাংবনি হায়দুদৈ তাবকত্রবা ঐ শিবিগেহৈ ইবোহল।
(ইবোহল তূমিন লৈ। খনবদা চুম্বোই নীংই ।)
অদুননে সনা, নঙগী নোংমৈ অতেনবীদো, মীনা পীবকপোই, নঙনা পানখৎপোই তৌবদো হুন্দোকখ্রো। নৎত্রগা মথং দ্রামাগী থমজিনখ্রো।

**ইবোহল** : মামোগীদো চুমদৌ মানবা খবদি য়াওদবা নত্তে। ফবে হৌবসিবো ' ৱান, টু, থ্রি, সেট, লাইট, এক্সন।

**মামো** : ইহে ! নঙবু ফিংনুনে ইবোহল । হায়সি হায়বদুদি হায়খিসিদনা। হায়দুনদি য়েংসি ফাগিওই কবিওই। হান্না হায়খিনিদনা, ইখিনিদনা। চে পুথোবকউ। সে ইয়ুসে হায়গে।

**ইবোহল** : কৈকান্নগে ? শম্বী মাঙনবা। শম্বীনা হাব ওইনৈ। শম্বীসে কয়াম তাঙই। কৈকানগেসে চে মাঙনবা। কয়াম ইখ্রে, কয়াম লাউখ্রে। কবিবু কান্নবিগে।

**মামো** : হন্দক্কি সিনা অবোয়বনি। মসিনা কান্নদ্রেদনা--ঐনা হায়'দু তৌদৌবিবনি। সে ইয়ুসে হায়গে

(ইবোহললনা চে-কলম পুখোকই ইনবা থৌবাং তৌই)।
মকোক্তা চাউবগ ইয়ু- ব্ৰাকৎ ।

**ইবোহল** : ব্ৰাকৎ হায়ৰু, য়াথং হায়য়ু। মসিদা নিবা খোংপা হায়জবগী মরম লৈতে। ঐখোয়গীনা হায়ফম থোকপা মাগীনা তৌফম থোকপা।

**মামো** : ফবে, শুমদৌবো-ব্ৰাকৎ নত্ৰগা য়াথং হায়বো।
(ইবোহল ইবা হৌই)
ইয়ু, চেঙ পীগেবা-চে পীগেবা অমদি পীয়ু। লৈবক মচীনগী ইলেক্ট্ৰিক্ট বন্ধ অচাকপদু শিন্দোকউ। কোনুংদা সুম লৈশিনগনু, মোংশিনগনু, মদু নঙগী নত্তে। মবক-মবক্তা নয়ুম চংলু, চৈখে। নঙগী খুন্দুদগী কোনুং তাবা লম্বী শেম্মু, নূং চাইয়ু, কোইলাস থাউ, চৈখে। শেল চাগনু, শেল হায়বসি চানবা পোং নত্তে। নবুকচেলদু শেংনবা য়েন্দেম চাও, পেকক চাও। মীগী খল্লবসু নশাগীদি খবা খল্লু। নোংমদা ব্ৰাহৈ ১৭৫৭ তগী হেন্না ঙাঙগনু-কাক্কীসু খবদংদি খনবিয়ু।
(ইবোহল ইবি)
লোইবব্ৰা?

**ইবোহল** : লোইবে।

**মামো** : ফরে অদুদি মখাদা লীচৈ অমা য়েকউ। চাউনা য়েকউ। মকদু চাউহল্লু। নাকন্দা কৈ অমগা য়েকউ।

**ইবোহল** : নোংমৈ অমগা য়েকউবা মামো ?

**মামো** : গধা-নঙবু কবন্না গধানো ? নমান্নবা গধা অতৈগুম্না তুমিন্না লৈ য়াদ্রো ? নোংমৈ-নোংমৈ, নোংমৈগী ব্ৰাদু নোংমৈ খন্নসি হায়বেদনা। সে পীবকউ।
(অইবা চেদু লৌই অদুগা উচেক্তা)
ইবুংঙো উচেক ! নঙ কোনুংদা মসি পীবমদবা য়াদে। হুন্দক্কিসি খবা লুবা মতাঙনি মী খবা মায়-মীৎ কায়নবা য়াবিপোংনি। সে, মসি পীবম্মু।

**উচেক** : ঐবু কোনুংদা চঙহনগদ্ৰো ? কোনুংদা চিঠি পুশিনবা যাদে। ঐ নাউবি চানি, মায় মীৎ কায়নি। থোঙ্ঙাকপা য়ামত্ৰপোৎনি।

**মামো** : থোঙঙাকপদুদা হায়য়ু চিঠি নত্তে, পৈশানি হায়য়ু । শোয়দনা চঙহনগনি। নিংথৌদু হৌগৎলমলোই। অয়ুক্কী য়াকায়বোল,

পেনা ঈশৈ, চীনফূ য়াতেংবা, চা থকতোক-থকচিন, পূং ৫গুম্বা ঙাইবা তাবনি। খবা বাবিবো ইনাওনা। মানা হেক খোবকলগা লাইট হেক ওন তৌবেদো, ফাষ্ট সিনগী দাইলোগ হৌদ্রিঙেদো, অদুদা হেক্তা চঙশিল্লু। কিকনু সিদা য়াওবিবসি পৈশানি হায়য়ু। লোয়াবমগী লোইপোৎনি হায়য়ু। নোকফেৎ তৌবগা লৌহৌনি।
(উচেকতু মঙক হাই)
জ্ঞান তাবেকো ।

উচেক : খঙলনি।

মামো : শোয়নুকো। লাকও, লাকও, ইবোহল ।
(অনীদু থোকখি।)

## অহুমশুবা শরুক

(মপা অহল অমসুং মচা অতোম্বা তোম্দাং থোবকই। অহলদু শোল্লে, মখাও কোল্লে। কবিনো লায়না অমা লৈমাল্লে - লোক তোয়না খূই।)

মপা : রাম্রেদা। রাম্রেদা। অসুক খোয়দৌ শাউগৎপা পুন্সি, অসুক রাবা পুন্সি, লরায়মচাগী পুন্সি। শিবসু কিবা হিংবসু কিবা। খোয়দৌসে শাউগৎখ্রেদা সৈত্য ।

তোম্দাং : পূম্নমকসে পাজিনা পৈশা পায়দবদগী থোকপা ঙাক্তনি।

মপা : তূমিন লৈয়ু ভূৎ। পৈশা লৈত্রবসু বুদ্ধি লৌবিবসিদি। ঐনা তম্বিবম্বা ছাত্র নিংথৌগী মীনায় খনখিবা য়াম্না য়াওববজাৎনি। অদুগা ভূৎ নখোয়নিনা কবমহাইনা ঐগী ইচা ওইনা পোকলবিবা ? ঐ খনবদা মমই।

তোম্দাং : অদুবুবো পাজি, হৌজিক্কী মতমদদি কৈনা তোকপা পোকত্রবনি। তোকপনা কৈ ওইনা পোক্রববনি।

মপা : (লীচৈ থাংগৎলি)
হৈ, ঙসি নঙ ঐগী খূত্তা চৎকনিকো।

তোম্দাং : নত্তে, পৈশা ওম্বোকপা য়াদবা পাজিগী লৌশিংদুবু কবি লৌশিংনো-কৈকান্নগেগে ?

মপা : হৈ অঙাং নঙ মী উশিংত্রা ?
(মফি শেমই। তোম্দাং তূমিন লৈ।)
হেবা কৈকান্নদবদা। ঐবু মকম কোনবী শান্নদুনা লৈথোকখিববো? ঐনা নখোয় অনীগীদমক কয়াম হোৎনখি। হৌজিক পেন্সন ফংলে, লোয়বে। পেন্সনগী পৈশা, জি.পী. ফন্দগী পৈশা লোয়নমক হংলুবে, পৈশানা পৈশা ফংদৌবিনি হায়। পৈশাদুবু মচা কয়াম পোকখৎলবজাৎনো ? মাগী বাশিদুনসু দুকান ফমনি, মহাজন ওইনি হায়নে। অনকপদা ওইববদি পেনশ্রনিদা। পবপ পবপ চৎলগা মাগী দুকান্দু অমুক্তং য়েংনীংঙিহে। তোম্দাং, হন্দক্কী মতাংসি ইপা পূক্লিং খবা নুংশি।
(মপি তৈথোকই)

নমাগী অনাবসে য়াম্না লুববনি। ঐদি কদায়দনোমা পুনিংলবনি। লোকলৈ, নুংশিদকো ইবেম্মা, পাম্মুইদকো। চংখিনু ইবেম্মা- ঐ পৈশা লৈত্রে অমুক লুহোংবা গুমলবোই ।

(তোম্বাং মপা-মচা কপমিন্নে । রুমালনা মনপ শিংলি ।)

কদায় নঙনা ইবে হায়বদুদি। পাউ ইপা তাগে।

(তোম্বাং চিঠি অইবা পাই ।)

তোম্বাং : ইপাগী ইবুংঙো, নঙগী দুকান্দু কমদৌবি ? নঙনা পুখিবা পৈশাদুদি মচা কয়াম পোকলে ? ইমুংসি অৱাবা তারে নঙনা হেন্না খঙলিবদুনি। নমাগী অনাবা হেনজিল্লে, অকবা অনাবনি। হংচিং ওপবেসন তৌনি। ঐদি কদায়দনো অমা পুনিংলবনি। চিঠি অসি হেক ফংবগা লুপা ২০০০ দং থাবকউ । শোয়বা য়াদবনি, অকবা মতাংনি । নপাবু কাউগনু নপাগী আশা নঙোন্দা থমলিবনি। পৈশা হায়বদু কাউবা য়াদে। - নহাক্কী নপা।

মপা : কদায় ঐ অমুক য়েংগে (চিঠি লৌই)

এ ! কবি ময়েকনো নঙনা ইরিবসিদি । নঙ নশাদি পাবা থোকচেকো তোম্বাং।

তোম্বাং : লাইরিক হৈবগী খুৎই হায়বদু মদুনি।

মপা : য়ানি, য়ানি। লাইবিক্কী ৱাদি নয়াম্বদুসু নঙদৌনা হৈবনি। পাবা থোক্কনি। সে মখাদা ইয়ু।

(চিঠি অমুক পী)

নঙগী মামনসু নঙগীদমক নুপী অমা হায়নবে। লুহোংনীংলবদি হিয়াঙ্গেগী ১৪নি পানবসে নংনবা লাকউ।

তোম্বাং : হোয়নে, অদু ওইববদি খবা হবাউরকপসু য়াই।

(ইবি)

মপা : মথক্তা ইবো- টু শ্রীঅহোংবম কুঞ্জচন্দ্র মঙাং, প্রেম নগব, মোবে।

তোম্বাং : এ! এ! সি ওইবদি কনামত্তা খঙলরোই । শ্রীকুঞ্জ শেন্দ্রাং হায়য়ু। তয়াইদি কুঞ্জ শেন্দ্রাং হায়বগা খঙনবনি।

মপা : ফবে-ফবে, ইচাগী মগুণদুননি । এলাইজ্জ কুঞ্জ শেন্দ্রাং হায়রো।

(তোম্বাংনা ইবি । উচেক্তা ওনশিল্লগা)

হো ইবুংঙো উচেক !

উচেক : ঐবু ওইবীবত্রা খুবাইবুংঙো ?

মপা : মানি, মানি ।

উচেক : কবি তাকপীগদবা ?

মপা : চিঠি অমত্তা পুবিখো হায়জগে তৌবনি । সে ইবুংঙো মসিমত্তা য়ৌহনবিয়ু । শোয়বিবা য়াদে।
(উচেকনা চিঠি লৌই)
লাকও লাকও তোন্দাং ।
(অনীদো চঙখি ।)

# মরীশুবা শরুক

(উচেক্কু কোয়পাই পাইবি, ঈশৈ শকলি ।)

**উচেক** : নুংশিগী মপাউ পুবকলি
নুংশিগী মৈহুম চুববীগী
পিগী ৱাবী য়াওবকলি
লীচৈগী ৱাবী য়াওবকলি
পৈশাগী মপাউ পুবকলি
নাচোমগী ৱাবী য়াওবকলি
লুহোংবগী পাউসু পুবকলি
কোইয়েন য়েল্লি ঐহাক্লা
কোয়না কোয়না পাইদুনা।

(উচেক্কু কোয়পাই পাইবি, শান্নবি। শাদানবা অমা থোবকই। মখৃত্তা লীকং তেন পায়। নোকই খাক্লা খাক্লা। উচেক্তা তেন শীংই । কিবনা থক-থক নীকই উচেক ।)

**শাদানবা** : হা... হা। (উচেক্কু নীকই। কপলক্লে) চেনগনু, লেঙগনু । নথম্মোয়দো ফাওনা লেংগে তেনজৈসিনা।

**উচেক** : ঐবু হাৎকনু। ঐ অকবা থবক অমগী চৎলিবনি। ঐহাক চিঠি পুবা উচেক্নি। পিগী ৱাবী পুবকলি, লৈকায়সিগী থম্মোয় লিশিং-লিশিংগী ৱাকৎ মঙোন্দা পীকগদৌবিবনি। অহাঙবা চাকখাউ লিশিংগী খোল্লাও মঙোন্দা তমলুগদৌবিবনি।

**শাদানবা** : কান্নবোই তমলুনু নহাক নাউবি চাগনি। মহাক্কী নাকোং পান্দে, মমিৎ পান্দে। মহাক কবিসু তাবোই, উবোই। অদুগী শকক নঙগী যেৎথংবা ফৈগলদু ঐগী ইচাগী অহাঙবা চাকখাউদুগী পীবন্মু।

**উচেক** : নত্তে নত্তে; ঐবু হাৎকনু ঐ অকবা পাউ পুবিবনি।

**শাদানবা** : তানীংদে। লৈকায়সিদা অকবা পাউ লৈতে । পূম্নমক অবায়বা ঙাক্তনি। তৌববসু য়াবা তৌদ্রবসু য়াবা ঙাক্তনি। ফাগীবু অকববো ? ঐ নঙবু হাৎকনি...নঙ হাৎকনি ।

(তেন কাপকে তৌই। খুবাতোন থোবকই।)

খুরাতোন : ঙাইখো অথৌবা, তপথখো তেলহৈবা। নবুকনীংদু তপথৌ, মাবু হাৎকনু। নীংঙমদ্রবা থম্মোয় ময়ামদুগী ব্রাকৎনি মানা পুবিবসে। মফমদুদা মাবু য়ৌহল্লু। মাবু কাপকনু, মাবু হাৎকনু।

শাদানবা : তানীংদে খুবাতোন, ব্রাকৎ ব্রাকৎ। ব্রাকৎনা কৈদৌদৌবিবা ? ঐগী ইচা চাক লামলে। ঐনা মাবু হাৎকনি।

খুরাতোন : ঙাইখোনে অথৌবা, তপথখোনে তেলহৈবা, থাখিনু নঙগী মচিল পাববা তেন...।

শাদানবা : হা...হা... ।
(নোকই, তেন কাপই। উচেক্তা পাল্লি।)

খুরাতোন : সৈতান। ফত্ত্রবা শা। নঙবু মীনুংশি হায়বসে মচেৎ অমত্তা য়াওদ্রব্রা?
(শাদানবা নোকই।)

শাদানবা : ঐনা তৌবিবসে মীনুংশিনি, ব্রাকৎলিবা ময়ামদুগী থব্রায় কনবিবিবনি। অহাঙবা চাকখাও ময়ামদুদা হংঙু -নাপী চাবগা মতম খবা লেনগেবা নত্রগা হৌজিক্কী ওইনা চৈ চাগেবা। চৈ চাদৌ শকক নাপী চাবনা ফত্তো ? মখোয়গী মথ্থায় ঐনা কনবিববনি।
(খুবাতোন্না উচেক্কুগী মনাক্তা চঙশিনখ্রে। অদুগা নুংশিনা নানবিবে।)

উচেক : (নাহে নাহেনা)
পুকফবা অহল, ঐহাক হিংখিনি থাজবক্লে। শিবমদাই মীকুপসিদা নঙোন্দা ব্রা অমত্তংদি হায়বমগে।

খুরাতোন : হায়য়ু, হায়য়ু নঙগী অপাম্বদো হায়য়ু।

উচেক : নহাক্লা চিঠিশিংসে য়ৌহনবিখো। মসিনা নম্বুল তুবেল মপান্দগী লাকপা শিগী ব্রাকৎনি- অদুঙৈ নাচোমদুগী ব্রাবীনি। সিনা শোল্লবা অহলদুগী হৃমাংগী ব্রাবীনি— মচানুপা নুংশিবদুদা ওইনবিবা। মসিনা লৈকাইমচা ময়াম্মা নিংথৌদা পীবা ব্রাকৎনি। নিংথৌনা মখোয়দা নমথাক তৌবিবে, চেঙসু পীবিদ্রে, চেসু পীদ্রে হায়বি। পুকফবা অহল নঙনা মসি খবা য়ৌহনবিখো, ঐ চৎলে।
(উচেক্কু চিঠি ময়ামদু শীন্নরন্নগা শিখ্রে।)

খুরাতোন : লাউ চিঠিসে থিল্লুসি লাউ।

শাদানবা ঐ চৎলোই, চিঠিদু কবি কান্নে।

খুরাতোন : চিঠিসিনা খঙহনগনি নাচোমগী ব্রা, পিগী ব্রাবী। লৈকাইসিগী ব্রাকৎ মঙোন্দা খঙহনগনি।

শাদানবা : খঙহনবা! খঙহনগদৌবিব্রা, খঙহনগদৌবিব্রা ? খঙনা খঙনা খঙজীন্নদ্রবা মঙোন্দা সিনা খঙহনবা নত্তনা অমুক খঙহনবগী ব্রা লৈতে।

খুরাতোন : য়াদ্রগা নঙ লৈহৌবো। ঐ খিল্লুগে।
(খুবাতোন চিঠিশিং পুবগা চৎপা হৌই।)

শাদানবা : ঙাইখো।
(খামই। ফাবগা পুশিল্লকই ।)
অপঙবা অহল নঙবু ফিংনুনে। পঙগা পঙঙে, ফিংগা ফিংলে নঙবু কমদৌদোইনো ? ফবেনে চিঠিশিংসিগী কান্নবদু অমুক্তংদি হাযয়ুদনা।

খুরাতোন : চিঠিসি মঙোন্দা থুংগনি। অদুঙৈগী মহাক, নম্বুল তুবেল মপানগী খুলদুদা লাক্কনি। ঙাইজবিবীদুগী অফাবা মশমদু তপ্পা তপ্পা নাম্ববিগনি, মাবু মথাদা চেৎনা কোনশিনবিগনি। মথংগী চিঠিসি নিংথৌদা থুংলগনি। লৈকায়মচাশিংগী খোল্লাউদুনা মাবু থক থক নীকহনগনি। অদুদগীদি মহাক খৃঙ্গংদা লাক্কনি। অহোঙবা মমলদা চে পীগনি। লৈবক মচীনগী অচাকপা বল্বতু শিন্দোক্কনি। অদুসু তৌনি - অদাসু তৌগনি। অদুগী মথংদা মহাক...।

শাদানবা : তোকও, তোকও। ওকলে নাসি শাবে।

খুরাতোন : নঙনা হায়বিবনা কবি ?

শাদানবা : চিঠিসি শেগায়য়ু। কবিসু কান্নবোই, চিঠিসি থুংলে হায়না খল্লসি। অদুদৈ কৈদৌনি - ঐ হায়গে ঐ উৎকে মুন্না য়েংঙু।
(চিঠি অমা লৌখৎলি পাই।)
টু শ্রী প্রেমকুমাব খুমনচা, এসিস্টেন্ট ইঞ্জিনিয়াব পি.দব্লিউ.দি. কোলোনি, জিবিবাম- উচেকসি জিবি য়ৌগ্রে। নম্বুল মপানগী নুংশি চিঠি পি.দব্লিউ.দি. কোলোনিগী কাটব নং ৭ য়ৌগ্রে । অদুদৈদি - দ্রোং দ্রোং... দ্রোং। লাম্ছোকচবিবা লীলাগী মমিং -"নুংশি মৈহুম"। মফম-জিবিবাম । মতম- লাংবনগী নোংমা, নুমিৎ চপ য়ুংবা ।

লীলাসিংগী অইবা, লমজিংবা লমতাকপীবা, ঈশৈ নোংমাই মৈকাপ মৈবা- ভাঙজবিবা ঐ ইশামক। য়েংবিবো খুবাতোন "নুংশি মৈহুম"। (নুপা অমা চিঠি পাবি। নুপী অমা চঙলকই। থোঙ থোঙনাও লোনশিনখ্রে, নুপাদুগী মনাক্তা চঙশিনখ্রে।)

নুপী : (খৌদেম্মী)
নঙবু নুপী লৈতে হায়দাইনে।

নুপা : লৈতে কৈদৌবগে ?

নুপী : লৈতে কায়না-সিদি কৈনো ? হা সিদি কৈনোবা? চিঠিসে কদায়দৈনো? ইঙেল্লে হায়বিসি কনানো ?

নুপা . কনানো ? ইঙেল্লে হায়সি কনানো ?

নুপী : অশেংবা হায়য়ু। নম্বুল তুবেল মপান্দৈ ইঙেল্লে কনানো ? তখেল্লে নাচোমগী ব্রাবী হায়বিবসিনা কবি ব্রাবীনো? নঙগ মাগা কবি মবী থোক্লবগে ?

নুপা : নঙগা ঐগ চপ মাত্রে। ঐসু ভাব তাদে। কনাগী ইঙেল্লেনো ঐ খঙদে। অদুগা নম্বুল কৌবা তুবেল লৈবাকসিদা লৈতে। তখেল্লে কৌবা লৈ পৃথিবীদা শাংতে, পোমদে, হৌদে।
(ইঙেল্লে তপ্না থোক্লকই। থোঙ অহোবদা য়েংই .. কপই।)
নহাক নত্তনা নুপী হায়বা মী মখলসি উখিদ্রি, খঙনখিদ্রি। হাই লৈবিক ! থম্মোয়গী ব্রাকৎ, থম্মোয় হায়বিবসি কবিনো ? কবি পোৎনো? কবিনা শাবনো, য়োৎনবা, প্লাসতিক্লবা? অদুগা নাচোম হায়বিবসিনা কবম্বা মখলগী শানো ? হুং, ঐ মসি ভাব তাদ্রে. . ভাব তাদ্রে। করিমত্তা খঙদ্রে ... খঙদ্রে।
(চিঠিদু শেগায়।)
ঐনা খঙবা হায়ববু নখোয় পাজি কাছাব চৎখি, নঙ ঙসি অহিংদি নয়ুম হল্লবোই , সিদা লেকলনি-সি খক্তনি।
(অনীদু চঙখ্রে)

ইঙেল্লে : নুংশি মৈহুম্না চুববে থম্মোয়দা। ঐ হূ চাবে। লৈকায় লৈকায় ঐ হূ চাবে। (ইঙেল্লে হূ চাবে। শিবে। অভৌবা ফি কূপশিল্লে অশিবা হকচাংদা। মী অনীনা শগাই শাদুনা পুথোকখ্রে, ঈশৈ শক্লা শক্লা)

ঈশৈ
ইঙেল্লে ... ইঙেল্লে
নম্বুল তুরেল মপালগী ইঙেল্লে
লুহোংবা নুমিত্তা
শোবাৎ শোল্লে ইঙেল্লে।

শাদানবা : কমদৌবিবগে লীলাসিবু খুবাতোন ?

খুরাতোন : মফজে ইবুংঙো। অনৌবা যুগসিগী থিএটব হায়নবা মথেল অদুনি। অদুবু বিয়েলিষ্টিক ওইবা খবা ৱাংলি। অইবগী ৱাখল্লোন চনৈনগে তৌবম্বদগী অবোয়বদা নে তাবা অমা ফংখি। ইঙেল্লে শাবী ফজনা অভিনয় তৌই। অদুবু মতাং খবদা মেলোড্রামাগী মওং খবা উই। প্রেমকুমাবগী শক্তমদা কৃমলিবা ঐখোয়গী ইবুংঙো পী.কে. লুৱাংচা মীতৈ থৱায় য়াওনা হোৎনৈ, তুংগী আশা লৈবা কলাকাবনি।

শাদানবা : খুবাতোন মসি তশেংনা থোকখিবা থৌদোক্নি। লীলা ওইনা পুথোকপা যানবা ঐনা খজিক্তং লৈথোক লৈশিন তৌবনি। যেংবা য়াদ্রববো ?

খুরাতোন : ঐনা য়াদে হায়খ্রববো ?

শাদানবা : অদুনি খুবাতোন, চিঠিসি হেক ফংবগা ওইখিবদু সিনি । নুপাদু কৈদৌঙে নম্বুল তুবেল মপান্দা পিকনিক চৎখিবগে হাযবা খঙদে। নম্বুল তুবেল কৌবা তুবেল মঙোন্দা খঙবা লৈতে। নোংমা অদুঙৈগী নাচোমদুগী ৱাবী চিঠিদুনা লীববে। চিঠিদু শেগাযখ্রে, অদুদদি ঙাইজবম্বীদু শিখ্রে । চিঠিদু পীবমদ্রবদি মহাক হিংখিবসু য়াই। মথম্মোইদু কাহৎচববসু মপাম্মোমদি চাউবনিনা, কনবনিনা নম্বুল তুবেলদা ঈন চিংখিবা য়াবি। কুইনা হিংখিবা য়াবি। লৈকায়সিগী ঙাথোক হেনগৎহনবদা কিলো অনীগী দায়ত্বদি মানা ওইবসু য়াই। চিঠিদু য়ৌহন্দবনা ফৎত্রা?

খুরাতোন : নঙগী মথংগী শোদু অমুক য়েংসি। অদুগনে নখোয় লীলা ইবগী হৌনবী পঙই ইশিনবদো তৌগনুকো।

শাদানবা : মথংগী শো মথংগী চিঠি...
(চিঠি অমা লৌখৎলি পাই )

*টু, শ্রীকুল্ল শেন্দ্রাং। নুংশি লৌনম ফেসন কোর্নব, প্রেমনগব - মোবে। মমা নাবগী লুপা লিশিং অনী থাবকউ হায়বি। চিঠিসি মোবেগী কুল্ল শেন্দ্রাংদা থুংম্লে। অদুদৈদি য়েংবিবো।*

**খুরাতোন :** *নঙগীসি বিল কয়ানো, শাংহনগনুকো। হৌজিক্কী ফিলমসি য়াম বোব ওইম্লে।*

**শাদানবা :** বিল তবাতবেৎ ইতেন তেনবা। বিজল্টতি খবা শেংলবোই। *ঐখোয়গী ইমাগী খন্দোকখাক হায়বা ফিলম অদু নমখিবা কেমেবাদুনা নম্বনি।* য়েংবিবো - দ্রেং দ্রেং.. ।

(উবা ফংই-কুল্লা য়ু লিক্লি অমগা চিঠি অমগা পায়বগা লেঙদনা লেপলম্বা। শাদানবনা বেকগ্রাউন্দগী ম্লাউবকই।)

এস কে. ফিলম প্রজেন্টস- "মপা নীংবা কুল্ল শেন্দ্রাং"। নোংমা অহিং নোংযাই মতুং পূং অনী, তাং তবাহুমদোইদা মোবেদা লুপা লিশিং তবাতবক্কা লোয়ননা কুল্ল শেন্দ্রাং থুংলখি। নুমিৎ হুমনি চঙনা লাউ খোংদুনা মপাবু ভাব তাহল্লবা মতুংদা লুপা লিশিং তবাতকক্তু ফংখিবনি। খনখি কাববাব তৌগে, পুন্সিসি হৌদোক্কে। হৌজিক্তি মীগী লুপা লিশিং তবাতকক অমগা তোনশিল্লে। মপাদগী লীশিং তবাতকক্তুদি পুন্সি শেমগৎপদা চঙম্লে। কবম্বা পুন্সি-চাংনাইনা নিয়ম অমগী মখাদা চৎলিবা পুন্সি। চাং নাইনা কাখৎলিবা নত্রগা কৃমথবিবা কুল্লা অপাইবীগী পুন্সি। য়ু থকপগী মতাংদা পনবা তাববশু চাং নাইনা নিযম কায়দনা অয়ুক্তা নুংতিগী হাফ বোটল অমা লৌই। নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা অতোপ্পা হাফ অমগা ফংই। অদুগা নুমিদাংগী ওইনা নিয়ম কায়দনা পৌবা ৩গী লিক্লী অমা ঙমশিল্লী। নোংমা চিঠি পুবা উচেক্তু মোবেদা থুংলখি। মপাগী চিঠি কুল্লা অপাইবীদা পীবমখি। অদুদৈদি...।

**কুল্লা** · (চিঠি পাবে)

চেলেঞ্জ, চেলেঞ্জ. ঐ কুল্লচন্দ্র মঙাংনি। মীনা উশিত্তবা য়াবা মীবো ঐবো। কনাগী মপা- ঐগী ইপা লৈতে। ইমাগা নঙগা উন্নবমদ্রবদি ঐ কোনুংদ' পোকলমলোইদ্রো? নঙোন্দগী লুপা লিশিং তবাতককখক লৌই হায়বগী উশিৎত্রিবনিনে। হৈ হনুবা, নঙ চাম চৎপী কিলো কয়া পাম্মী। ঙম্বা জাৎনিনহৈ। ঐ কুল্লা শেন্দ্রাংনিনহৈ।

যাম ঙম্বা জাৎনিকো। ঐনা উশিংগা কনাসু লৈতে, ঐগী য়ুম লৈতে। ইপা লৈতে, ইমা লৈতে। ইমা লৈতবনিনা ইমা নাদে। চেলেঙ্গ, চেলেঙ্গ কনানো থোবকউ।
(কুল্লা কম্না কম্না লাউখৎলকই)

খুরাতোন : ইবুংঙো, ইবুংঙো, মুখৎলো মুখৎলো। স্পিকব অসি পোকখায়বা তাবে। মুখৎলো নঙবো, মুখৎলো হায়বনি।

শাদানবা : মুখৎলগে, মুখৎলগে।
(কুল্লা মশা ইশোন শোন্না চঙগ্রে।)
কমদৌই খুবাতোন?

খুরাতোন : নঙগী কবেক্তবসি হেনমনগ্রে। ৱাহৈশিংদু কনমনলি। ফববসু ফৎত্রবসু মাবু পোকপা মপানি।

শাদানবা : খুবাতোম্না খঙদদুনা তৌবনি। মোরেগী কুল্লা শেন্দ্রাং হায়বদু হৌজিক্কীদুনি। মপাগী চিঠিদু ফংবদা মানা ঙাঙঙিবা খোংঙিবদু যেংউ। মখা কাপথোবা...?

খুরাতোন : ওকএ...ওকএ...। মতুং তাবক্কদৌবদো খুবা খঙলে।

শাদানবা : সিগী মখাদি এক্সন ঙাক্তনি। ফুল এক্সন তৌবা উবদা মপা হনুবদু ৱাহুখিবদগী অমুক হৌগৎলবোই। সিনি খুবাতোন, চিঠিদুনা থোকহল্লিবসি। চিঠিদু য়ৌহন্নিংলিব্রা? অহলদু শিহন্নিংলিব্রাও।

খুরাতোন : য়ৌহন্দবা ইয়ামক য়াদবনিমক্তি হায়খিদেনা। ঐবু মথংগীদুনা কমদৌবা?
(শাদানবা চিঠিদু পাই।)

শাদানবা : চিঠিসি লৈকায় মচা ময়াম্না নিংথৌদা পীবা ৱাকৎনি।

খুরাতোন : এ, মদুদি য়ৌহন্দবা ইয়ামক য়াদবনি। লৈকায়গী ৱানি, অকবা লৈপাক্কী ৱানি।

শাদানবা : জাতিগী য়ুম্বীসি মখূৎ থুদেকহল্লগেবা? নাপী চাজসনু কৈদৌগে, লীচৈ চাদৌ শরুক।

খুরাতোন : হায়ফম থোকপদো হায়বনিনে লীচৈদু ঙম্বা পীক থন্না লৈ।

শাদানবা : হায়ফম থোকপা ব্রা অমত্তা লৈতে। মীচৈবু ওন্না লৈতে, নিংথৌবু ওন্না লৈতে। কবি হায়বিবা?
(চিঠিদু পাই-নোকই)
লম্বী শেম্মু, চেঙ পীয়ু সিনিনে। ফবে চিঠিসি নিংথৌগী মখূৎ য়ৌবে। অদুদৈদি কৈদৌনি খঙব্রা ?

খুরাতোন : হায়য়ুনে ...।

শাদানবা : নঙ য়েংবা ঙম্মোই। মসিদা ঈ বালতিন অমা চোংগনি। নমিৎ পাঙবা ঙম্মোই। ফবে য়েংউ। লৈকায়গী ব্রাকৎসে নিংথৌদা য়ৌগ্রে। অদুদৈদি দ্রেং... দ্রেং ... লাম্বোকচবিবা মীলাগী মমিং "লালহৌবা অমসুং বাঁসি খোংবা", শক্তম লাংবশিং-
নিংথৌগী শক্তমদা... মীনাই। লালহৌবগী শক্তমদা... মবৈজাও। লাম্বোকচবি-"লালহৌবা অমসুং বাঁসিখোংবা-"
(অঙম্বা অমসুং মনাই মযাম থোবকই। অঙম্বা চিঠি পাই )

অঙম্বা : লৈকায়সি খবা লাঙদৌবি। লাঙলবদি নুংশিৎ নুংশা শেংহন্দে, শান্তি থুগাই। য়ানীংদে হায়না লাউ খোংবা য়াওবে। তশেংবদি তৌবিবসে যানীংবগী মবমসু লৈতবনি অদুগা য়ানীংদবগী মবমসু লৈতবনি। অদুবু য়ানীংদে হায়না লাউ খোংবদি য়াদে। চিঠিসি ইবা নহাদু পুবকউ (মনাই খবা থোকখি- ইবোহল মখূৎ পুল্লগা পূবকই পুল্লিবদু থাদোকই)
হায, নঙ কবি লমদগীনো ?

ইবোহল : চানীংগ্নাই লৈতবা লম, ঈশিং ফংদবা, লম্বী শেমদবা, মৈ ফংদবা লৈকায়দুদগীনি।

অঙম্বা : হৈ! অদুদি নঙ, থাবল য়াম্না চোংবা লৈকায়দুদগীনিনা। লাই হবাউবা তোয়বা, এসোসিয়েসন য়াম্না লৈবা, ক্লব য়াম্না লিংখৎপা লৈকায়দুদগীনিনে। চিঠিসি নঙনা ইব্রো ?

ইবোহল : মসি লৈকায় মচা লিশিংগী ব্রানি।

অঙম্বা : হায়, চিঠিসিবু কনানা ইগে হায়বনি ?

ইবোহল : লৈকায়দুদা লাইবিক হৈবা, খূৎ ফজবা অমা খনবা তাববদি মদু ঐনি।

অঙম্বা : নঙগী ফজবা নখূৎতু ককথৎলবদি কমদৌই ?

**ইবোহল** : কক্কনু খূৎসিনা তৌগদবা খবা লৈ। কনানো অমা-অনী চরম মেৎখিগে।

**অঙম্বা** : হৈ নঙোন্দবু খূৎনা কবি কান্নবগে ? নঙগীদি ঙাঙগনবা, মবৈ য়েৎকনবা নচীন অমা য়াওবিবদুদি। নঙগীদি খূৎ হায়বসে কান্নদবনি। নঙোন্দা দবকাব ওইবিবদি ঙাঙগনবা নচীনদুগা চাবিমখৈ চনবা চাকখাউদুগা সি খক্তনি। ফবে, নঙনা যানিংদে হায়না লাউই হায় কবিগীনো ?

**ইবোহল** : য়ানীংদবা, য়ানীংদবদুনা য়ানীংদে হায়না লাউবিবনি। ঐদি হৌজিকসু হায়বিবসিনি- য়ানীংদে, য়ানীংদে, য়ানীংদে।

**অঙম্বা** : হায় ! য়ানীংই হায়য়ু।

**ইবোহল** : হায়বোই।

**অঙম্বা** : য়ানীংই হায়য়ু।

**ইবোহল** : য়ানীংদে।

**অঙম্বা** : য়ানীংই হায়য়ু।

**ইবোহল** : য়ানীংদে।

**অঙম্বা** : হে ! মসি পঙত্রেদকো । য়ানীংই হায়য়ুনে নত্রবদি নঙ শোযদনা শিবনি। য়ানীংই হায়য়ুনে।

**ইবোহল** : হায়বোই। য়ানীংদে, য়ানীংদে।

**অঙম্বা** : (মনাইশিংদা)
মসি হাৎতোকউ।
(মনাই ময়ামনা ইবোহলবু ফূই, ফূনা ফূনা যানীংই হায়য়ু, য়ানীংই হায়য়ু হায়, ইবোহল চোকথবে, নাহেবে, কপ্পী। অঙম্বা মনাক্তা চঙশিল্লি। নুংশিনা তপ্পা ৱাবী শাবা হৌই।)

**অঙম্বা** : (তপ্পা মেঙনা নুংশিনা)
য়ানীংই হায়য়ু ঠিকা পীগে, ঠিকা পীগে।
(ৱাহৈসি তাবদা ইবোহলদু মমিৎ মনা খংশিং শিংই। য়েংখৎলকই। অঙম্বনা নুংশিনা ঈশৈ শকই।)
য়ানীংই হায়য়ু, ঠিকা পীগে
লাউ লাউ ঠিকা পীগে লাউ।

অমুক্তংদি হায়য়ু য়ানীংই।
য়ানীংই হায়য়ু ঠিকা পীগে।
*(মনাইনা বাঁসি খোংই)*

ইবোহল : ইস' অসুক নুংশিবা ঈশৈ পুন্সিদা তাবক্ত্রি। নাকোংসিনা অসুক থুম্বা খোঞ্জেল, অসুক থোংপা, মেঙবা, অসুক নৌবা তাবক্ত্রি। অদুঙে যমুনা মপান্দা খোংখিবা বাঁসি- অদুঙৈগী মহাভাবতকী মোইবুংখোংবা নঙ, হৌজিক ফাওবা লৈবিবোইবে' অসুক থুম্বা ঈশৈ পুন্সিদা ঙসি অহানবা ওইনা তাবে।

শাদানবা : পাখঙদুগী পুন্সিদা অসুক থুম্বা ঈশৈ, অসুক থোংপা, নৌবা ৱাহে অমুক্তসু তাখিদ্রি। অমুক্তা তাখিদ্রিবা ওইবনা মাগী মনাকোঙ অনীদো মবেং মবেং চৎলে। মোন মোন লাউবা তীলাইখোম্বী অমা নাকোংদা চঙখিবদৌনা তৌবে। যমুনা মপালগী বাঁসি খোঞ্জেল তাবদা য়োংহ্লিং থাংলবী মৌনহাদুনা খাঙঙমদনা ৱাম্ব্রখিবগুম পাখঙদু ৱাম্ব্রখ্রে।
(ঈশৈদু শকই)

ইবোহল . নুংশিবা ঈশৈ, অথুম্বা ঈশৈ, নঙনা ঐগী নাকোং অনীসে হাক্কজহল্লে, হাক্কজহল্লে। থম্মোযসে ৱাহল্লে, হুমাংনা পূমলূপ লূপহল্লে। ঐ খাঙবা ঙমদ্রে- ঐ খাঙবা ঙমদ্রে।
(ইবোহল মনাকোং অনী মেনশিল্লগা লাউ খোংই )

শাদানবা : অসুম্না ৱাম্ব্রখিবা লৈকাই পাখঙদু অমুক হৌগৎলকখিদ্রে
(অঙম্বা অমসুং মনাইনা অশিবা হকচাংদু তপ্পা-তপ্পা চিংশিনপ্রে।)
*লাইট ওফ।*
(খুবাতোন্দু তূমিন্না ফমদুনা লৈ- থৱায় ৱাবি)

শাদানবা : খুবাতোন খুবাতোন
(খুমদে। মশাদা পায়)
খুবাতোন।
(খংই)

খুরাতোন : হুম ।

শাদানবা : কৈদৌবে।

খুরাতোন : পাখঙদু শিগ্রেকো।

**শাদানবা** : শিফম থোকপনিনে খুবাতোন। বাঁসি খোঞ্জেল অহৌবদুনা মনাকোং পোকখায়হনখিবনি।

**খুরাতোন** : লৈশাবীদুসু, অহলদুসু শিগ্রেকো।

**শাদানবা** : হোয়নে খুবাতোন, লোইনা শিগ্নবনিনে। অদুবু চিঠিসি য়ৌহনখিসিবা ?

**খুরাতোন** : (শাউনা লাউই)
ঐনা য়ৌহন্দবা ইয়ামক য়াদে হায়খ্রো ?

**শাদানবা** : পাখণ্ডদু নাপী চাববসু মতম খবদি হিংজখিবা য়াবনি। অহলদুসু, লৈশাবীদুসু। কান্নদে খুবাতোন চিঠিসি শেগায়খ্রসি।

**খুরাতোন** : চিঠিশিংসিগী মপু অমদি লৈফম থোকই।

**শাদানবা** : ঙাঙগ্রেদকো অহলসে। চিঠিশিংসিগী মপু লৈতেনে। সিদা ইবিবশিংসি অবানবা এদ্রেসনিনে। অহলদুগী মচানুপা লৈতে। লৈশাবীদুগা খণ্ডনখিবা পাখণ্ড লৈখিদে। লৈকায়সিদা নিংথৌ লৈতে। চিঠিসিদা ইবিবসে অবানবা এদ্রেসনিনে খুবাতোন।

**খুরাতোন** : হুং- হুং ঙাইখোদা নঙসু, চিঠিসিগী মপু অমদি লৈফম থোকই। চিঠিসি পাগদবা কনানো অমদি লৈফম থোকই। মহাক অদু অথেঙবা গাড়ীদা লাক্কনি। চিঠিসি অথেঙবা গাড়ীদা লাক্কদবা নিপা অদুগীনি। চিঠিসি মঙোন্দা পীখিসি।

**শাদানবা** : অদুবু ঐখোয়দি চৎলনি। অদুগা নিপাদুদি অথেঙবা গাড়ীদা লাক্কদবনি।

**খুরাতোন** : ফবে চিঠিসি সিদা থনশ্লসি। কোম অমা তৌথোকলো।
(চিঠিদু ফুমজিনখ্রে ফুমফম মথক্তা সাইন বোর্দ অমা থম্মী- মদুদা ইবি- "অথেঙবা গাড়ীদা লাকপা নিপা, নহাক্কীনি চিঠিসি"। অনীদু থোকখ্রে।)
(মনুংদগী খোঞ্জেল)
অথেঙবা গাড়ীদা লাকপা নিপা নহাক্কীনি চিঠিসে।
নহাক্কী চিঠি পুবা উচেক। ❑

# ৫

# সনখ্যা অমসুং মখোক্তা সনা তোম্বা থাঙ

## অহানবা উৎপা

(সনখ্যা, নুমিদাংবাইরমগী লাই খুরুম্মী। খুরুম্না লোইরে। করিনো লাইরিক অমা পাই।)

তোম্বা : সনখ্যাবু অমুক্তা।

সনখ্যা : চগুলকউ তোম্বা। নঙবু ঙন্না য়ৌরকইদা, য়ৌরুরব্রাও ?

তোম্বা : য়ৌজরুরে, সনখ্যা। মখারম মচাশিংসি মঙক য়াম হাইগৎতৌরি। হন্দক্তি ননাই ঐ কৈজিং হৌজবা তারি। হাইগৎলিবা মঙক্তু থুদেক্কে। মপু মশক খঙদবা, চাউনবা য়েক্রুগা লৈতোন লেকপা... ঐ সিগুম্বসি য়ানীংদে। য়ানীংদে...।

সনখ্যা : করিগীনো নঙনা পংশাউদা শাউরিবসিবু ? পীররোই হায়রক্লুব্রনে ?

তোম্বা : পীরোই হায়বা মতীক্রনে, অঙ্গা! চৎলিবদু ননাই তোম্বনি। ফৌবোৎ কুন খক নিনি-হুমনি সিদা য়ৌহনজরক্কে হায়রকই। মখারম ইচাও নংই, ফৌথোক হন্থে, পরিদা কুম্বা য়ৌই-য়ৌদে মরৈ তৎ তৎ লাউখে য়াম ঙাঙই। মরৈ অতৎপদু থদৎলগা লা লাতোন অমদা হাপলগা হন্দক হরাওবসিদা ইবুধৌদা কৎলবা, মদুতদা পেননি।

সনখ্যা : ইচাওননি, ফৌথোক হনথৈ হায়জরেদনা, হৎচিৎ কুন য়ৌহল্লক্কেসু হায়রি নঙবু শাউনুনে।

তোম্বা : কুনখক। হুমফুগী মহৎতা কুন। চামা তমগে হায়বা কোকথোঙনি অঙ্গা। অদুগা হাকুমগীনা কৈদৌরবা মদুসু ইচাওরা নৎত্রগা ইকঙ। ঐখোয় সনখ্যাগী "হোয়, হোয়" সিনা মঙক হাইগৎহল্লিনি। লৈখিদ্রবা মপাদুনা কয়াদা তপচবা, ঈংজবা। কোনুং মনুংদা তা মৈপাক..., নুপীনা, অঙাংনা, অহলনা কয়া নুংশিবা, পুকফবা তা মৈপাক।

সনখ্যা : নুংশিদা তাদদু। পাবুংনা মাবুদি কয়া লুনা তৌগ্রে। থৌদোক থুদিং মাগী ফৈজোম অমা চিংথবা নংতে, হয়াওজখিবনা অঙকপনি। পোয়নু থাসিদনি তোম্বা। থাবলনা ঙৌরোক ঙৌবা সঙ্গাই মাঙ্গোলদা তাদ মৈপাকনা ঈশৈ শকই। নুংশিবা খুল্লং ঈশৈ। মাগী অদুঙৈগীদুগীনি হায়, মহাকথক্কীনি হায় খুদাংদা দাগফম অমা লৈবদু, মপি হেক তানা হেক শকই, শোকখ্রমানে অহলদু, পেনখ্রমানে সনখ্যা পাবুংদু নমখাং ইনফিদু থাখি।

তোম্বা : কৈনা তোকপা পোকই, সনখ্যা। মপাদুগা সুকমান হেক মান্নদে। মরৌ লৈবা মরৈ তংপা।

সনখ্যা : শাউনুনে তোম্বা নঙবো লৈতদনা মওইরিনি। ঐগী লৈতবা সিগুম্বনি।

তোম্বা : লৈরমই। পূম্নমক লৈবমই। সনখ্যাগী পূম্নমক লৈরমই। মবুধৌ য়াইমগী করি ব্রাংকনি। সনা-লুপা, মীনায়-মীশন। হৌজিক ময়ামদু কদায় চংখ্রবা? অয়ুক থুদিং সঙ্গায়দা ফৌরম্বা ময়ামদু ওসি অমত্তা উখিদ্রে। করি করিনো অমমম ফংখ্রবা তুংসিদদি অমত্তা উখিদ্রে। ঐ সিগুম্বসি... ঐ সিগুম্বসি য়ানীংদে।

সনখ্যা : য়ানীংবা তাবনি তোম্বা। চংফম থোকপশিংদুনি চংখিবদু। মখোয়দু ঐগী অমত্তা নত্তে। সনা-লুপা, লন-থুম ময়ামদো ঐগী অমত্তা য়াওরমদে অদুগা অচুম্বা অমদি মদু মখোয়গীসু নংতে। মপুগী মনাকতা মহাক চংখ্রবা জাংলা, খঙদ্রে তোম্বা। খঙদ্রে তোম্বা। নঙসু খঙঙমনি তোম্বা সনথোঙদা অরাংবা য়ুম্বী অনীদুগী মতোনদা উ-থম্বাল অনীখক নুংনা শাবা, নুংনা শাবা থম্বাল অনীখক, য়াম্না ফজরমই, য়াম্না নুংশিরমই। মদু ঐগী নংতে, সনখ্যা পাবুংগী নত্তে, ইধৌ য়াইমগী নত্তে, কোনুংগী নত্তে। ঐনা মদুবু নুংশিরমই য়াম্না পামজরমই। সনখ্যা পাবুংনা মদুবু নুংশিরমই চেকশিন্না ঙাক শেল্লমই সি খক্তনি... সি খক্তনি। মদু কোনুংগী কনামতগী নত্তে। ঐনা মদুবু য়াম নুংশিজরমই, য়াম পামজরমই। অঙাং ওইরিঙৈ, শগোল মথক্তগী ঐনা পূকংবা ফমনাইবা অমদা নিংঙাই তৌরমই, থম্বালদুগী লৈনা অমখক্তংগী নিংঙাই তৌরমই। হৌজিক্কী অমতা লৈত্রে।

মফমদু সনথোঙ ওইরমই হায়বদমক মঙায়রে, করিসু লৈত্রে। নীংখায়রবা তেক কায়রবা যুম্বী, অকায় অতোয় মরক্তুদা থম্বালদুগী তেক কায়রবা লৈনা অনীখক। মদু ঐগী নত্তে। অদুবু ঐ মদুবু পাম্মুজবি পামজরি নুংশিরি। ইস! পামুইদা পামুইদা হৌজিক করিসু লৈত্রে। করিসু লৈত্রে। নুংঙাইবা অমদি তোম্বা হৌজিক ঐবু কনানসু লৌয়াম চাবা হায়দ্রে। শদোং চাবা, শাহিং চাবা, ঈ থকপা, শঙ্গোম থকপা কনানসু হায়দ্রে। মতম অমদা কোনুংগী সঙ্গায়দু ময়াম্না হায়নখি ঈনা শাখিবনি। অতোন অতা ময়ামগী হুমাংদুনা শাখিবনি। ফরে, হৌজিক্তী সঙ্গায়দু নীংখায়খ্রে। কনামতনসু ঐবু চৈদ্রে। পুম্নমক লোইরে, ৱারীদুদনি লোইদবা। মতম অমদা মফমসিদা সঙ্গায়সিদা পুম্নমক লাকপা ঙাক্তনি। চংখিবা অমতা য়াওরমদে। হৌজিক্লা পুম্নমক চংখিবা ঙাক্তনি, অরাকপা অমতা য়াওদে। হৌজিক্তী চংখিবা লোইরে। চংনিংঙাই লৈত্রে। হৌজিক নুমিৎ তারমদাই য়ৌরে। মমদৌরে। কনানো অমদি লাক্কদ্রা খল্লি। খনবা নত্তে তোম্বা, শোয়দনা কনানো অমা লাক্কনি। নুমিদাংৱাইরমসিদা কনানো অমা শোয়দনা লাক্কনি। মতম ওইরে। হৌজিক চপ চাবা মতমনি। হৌজিক নৎত্রবদি করমকান্দা লাক্কনি। যুমসিদা কনানো অমা লাক্কদৌরি।

তোম্বা : কনা লাক্কদবা সনখ্যা ?

সনখ্যা : কনানো অমা হেক্তা। থৌনা লৈবা, মপুকচেল শেংবা, নৈহৎপিববশিংসিগীদমক খোনজেল হৌনা লাউবিগদবা, ঐখোয়বু কদায়দনো হেন্না অফবা খুঙ্গং অমদা লমজীংবিগদবা। মহাক লাক্কনি খুৎসু থাঙলেনসি শিন্নবিরো নিরগনি। সে উব্রা ?

(হিদাকফু অমসুং থাঙলেনদু উৎলি)

অদুঙৈ সনখ্যা ইথৌগী তুরেল ৱাংমগী লানজাওদুদা খুৎসু থাঙলেন ওইরকই মসি। খুঞ্জা কয়া লান অদুদা থাঙলেনসিগী মরুম থুপ্না হিংখি। লানজাওদুদা সনখ্যা ইথৌগী য়েৎথংবা পামবোম মরূদা থাঙফম অমা শোকখি। অসুম অসুম মমথরক্রমই, তপ্না তপ্না অসুম অসুম। হুমাংনা লুপলবা চোকথরবা অহলদু, থৌনা ফবা অহলদু

হৈরোংখোয় পাম্বী অমগী মখোঙদা ফল্লমই, খূৎশু থাঙলেন্দু পায়দুনা। থাঙলেন্দু পায়দুনা হাইবা ঙমদ্রে হৌজিক্তি। লানগী লানলাউ লাউবা ঙমদ্রে অহলদু। চোকথরে, অদুবু খনবদি লেপতে, নুমিৎ তাদ্রিবঙেসিদা কনানো অমা, থৌনা ফবা অমা শোয়দনা লাক্কনি থাঙলেনসি পীবিরো নিরগনি। পাখং মঙোন্দা থাঙলেনসি শিন্নগনি, খুনজাশিংসি মাগী মরুমদা অমুক থুপকনি। কনানো অমা লাক্কনি, শোয়দনা লাক্কনি, থাঙলেনসি পীবো নিরগনি। অদুবু তোম্বা নুমিৎতি অসুম অসুম লৈথরক্লমই, তপ্না তপ্না মমথরক্লমই। অহলদু মপি চদুম চদুম শীনথবে, কোয়য়েং য়েংই... অদুবু কনামতা লাকলমদে, কনামতনা থাঙলেনদু পীরো নিরদ্রে, কনামতা লাকত্রে। অদুদগীদি মমথখ্রে তপ্না তপ্না অদুম মমথখ্রে। অহলদু য়াম নীংঙমখিদে। য়াম নীংঙমখিদে।

তোম্বা : কনানো অমদি লাক্কনি। মমলিবসি কুইরক্লে। খঙদ্রে সনখ্যা শেমজিন শাজিনবগী ব্রাখল্ল কনাসু খন্নখিদ্রে, অতেক অকাযশিংসি কনানসু শেমজিন শাজিনবিদ্রে। ব্রাকৎ ময়াম, পেন্দবা ময়াম। ব্রাকৎ অমগী ব্রাকৎ অমা, ব্রাহং অমগী ব্রাহং অমা...। কনাদা হংবা, কনানা তাবা। মমলবনিনা কনাসু অশেংবদু শেংনা উনদ্রে।

সনখ্যা : মমলিবসি কুইরে। ঐসু খল্লি, মতম চপ চারে। সনখ্যা পাবুংসু খল্লমই, থাঙলেনসি লৌবা কনানো অমা লাক্কনি। হৌজিক ঐ অহল ওইরে... চংনবগী শেম শাবা হৌরে... অদুবু তোম্বা ঐ চংপা ঙমলোইদৌরি, মসিবু হনদোল্লমলগা চংপা ঙমলোইদৌরি। য়ুমসিগী পূম্নমক চংনখ্রে। কদায় কদায়দনো লোইনা চংখ্রে। সনা-লুপা, লৌ-শীং, লৈজবা লন-থুম লোইনা কদায় কদায়দনো চংনখ্রে। অদুবু তোম্বা ঐ থোইনা নুংঙাইতবা তৌদে ময়ামদো ঐগী অমত্তা নংতে। অমতা নংতে। হৌজিক অনীসিদা ঙায়রে। সিবু ঐগীরাও। সিবু ঐগীরাও। সি ঐগী নংতে। মসি লৈকায়সিগীনি, খুঙ্গংসিগীনি। পূম্নমক্কুবুদি, সনা-লুপা ময়ামদুবুদি কনা কনানো পংগূদা পুনখি। থাঙলেনসিবুদি পীবিরো নিরবা কনাসু য়াওদে। কনাসু য়াওদে, কনাসু য়াওদে...।

তোম্বা : মতম অমদা অমুক খূদিং সঙ্গায়সিদা মীনা ফিঙৌ থৌরমই। খূদিংমক করিনো অমমমদি নিরৈ, ব্রাকৎ অমমম পূরকই। কনানা শেংনীংঙাই

লৈতবগী, কননা চানীংঙাই লৈতবগী, কনানা মাগী অমতা ঙায়রবা ষন লাবা মাঙখিবগী। কনামতা খূৎ হাঙনা হনখিদে। মরমদি ব্রাকৎতু তাবীনবা লৈরমই। নুংশিদা, মতমদো কলকইদা...।

সনখ্যা : (থাঙদু পায়রগা)
য়েংঙু নুংশিদ্রা? মানা পীকলবা থবায় ময়ামসি ঙাকশেনবীবনি, অহাঙবা চাকথাও ময়ামসিগী মরুপ ওইবনি, অতেক অকায়শিংসি শেমজিন শাজিনবীবনি।

তোম্বা : মখোকসি সনাগী নৎত্রা?

সনখ্যা : সনারা? পিগ্রায়রা? কোরীরা নৎত্রেগা লৈবাক্কীরা? ওইনীংবা ওইজবমসনু তোম্বা...। মসি অদুঙৈগীদুনি, থাঙলেন অদুনি। সিখক্তংনি ঐখোয়না কাউরোইদবা। অদুগা সিমগা য়েংঙু তোম্বা। হিদাকফুসি। সনা খূদোংসি ফাল্লম্বা মহাকতু কনাদসু লানখিদে। থাঙলেন পায়বদুদা লোইপোৎ ওইনা কৎলখিবনি। মায় পাক্লমবগী, থৌনা ফরম্বগী, মবৈবাক্কীদমক কৎথোলম্বগী মকত্রবা খূদমনি, লংলবা খূদম। কনানা হায়, সনাগীনি, সনানা হকপা হিদাকফু। থাঙলেনসিগী মতীক চাবদুদা ঐনা মসি খূদোল তৌগনি তোম্বা।

তোম্বা : কনাসু মতীক চাদে, অজ্ঞ্যা।

সনখ্যা : লোইনমক মতীক চায়। কনানো অমা হেক্তো মতীক চায়। থাঙলেনসি পীবিরো হায়রবা মহাকতু থাঙলেনসিগী মতিক চায়।

তোম্বা : ঐদি থাঙলেনসি পীবিরো হায়জবা ঙমজরোয়। ঐদদি ঙমজরোয়...।

সনখ্যা : ফবে নঙসু ঙাইহাক পোত্থাজকরো। অদুগা হয়েং থাংজসিদি পাৎচাউরোমদা কোয়রুসি। তাদ শেলুংদু উনরুসি।

তোম্বা : হিংলিবরনে?

সনখ্যা : হিংলি হায়। শোনদি শোল্লমালে। লোইরমদায় পুন্সিদুদা অহলদু অমুক্তং উন্ননীংই। শগোল সাবনগদু খরা য়েংশিল্লমউ।

তোম্বা : হৌজিকপু শগোলদা লেঙবা নুংঙাইগদ্রো?

সনখ্যা : ঐ থায়নগী কাওজে শান্নরোইদুনি তোম্বা, হান্নগীদু অদুম ওইরি। চৎলো... চৎলো...।

(তোম্বা থোকখি। সনখ্যা তৃমিন্না ফমই। থাঙলেনদু য়েংই, নাল্লি, শেংদোকই, হিদাকফৃদুসু। হৌভ্রবা মতম নীংশিংই। মনুংদগী তাম্মা তায়, খোংজোমপর্ব, থায়নগী ঈশৈ। সনখ্যা কপই...)

(শ্রী কৈসাম মধুমঙ্গল চঙলকই। লাইরিক খবর পাই। আনোক উপই, মশা নাল্লি, বুধিনা য়োমলবা ভদ্রলোক অমগুম।)

**মধুমঙ্গল :** সনখ্যা অমুক্তা চঙজরক্কে।

(হেকতা চঙলকই)

ঐ গুরাংগীদুগী মখা শমথজরগে।

**সনখ্যা :** নঙগীসি মখা অমুক শমথদবা ইয়া য়াদ্রবা জাংলা ?

**মধুমঙ্গল :** য়াদ্রে হায়না লৌবিবা য়াই। মরমদি মসি লৈবাকসিগী প্রজা লাখ কয়াগী খোঞ্জেলনি। খোঞ্জেলসিগীদমক পঙশিনখ্রবা নাকোঙ ময়ামদু হৃৎতোকপা তাবনি। লৈকায়সিগী অম্বা অনাগী ব্বারীনি। সনখ্যানা ব্বারীসিদা য়াওদবা শুপয়া য়ারোয়।

**সনখ্যা :** অদুবু মখা চৎথবা তারবসূ ফমলগা চংথৌদনা।

**মধুমঙ্গল :** ঐহাক ফমজনি। অদুবু অয়াম্বা মতমদদি লেপলগা হায়জনি। গুরাংগী ব্বারীদা কমদৌনা মোনার্কিজমগী মখাদা, হায়বদি নিংথৌনা লৈঙাকপগী মপু ওইবা লৈপাক অমদা মীচমগী পুন্সিনা উশিন তৌবগী নংত্রগা থৌ তৌবগী গুমূ মচাগুম লৌনবা, ফ্যাদেলাসটিক সোসাইটি অমদা মপাঙ্গল শোল্লবা মীওইশিংবু মপাঙ্গল কনবনা নৈহৎপা অসিনচিংবা খরা পনজগ্রে। হৌজিক্কী মতমগী মীওইবনা থিরিবদি ঐগী পোকপদগী য়াওবকলবা, নেচরনা পীবিরকলবা হিংবগী হক অদু লৈবাক ঙাকপশিংদুনা নংত্রগা লৈবাক ঙাকলোন অদুনা শক খঙবীরিব্রা ? রিকোগনাইজ তৌবিরব্রা সিনি। মোনার্কিজমদা মীনা লৈবাক ঙাকই, নিংথৌনা ঙাকই, আইননা ঙাক্তে। প্রজাগী হিংবগী হকতু মখৃৎতা শিন্নথোকই অদুগা অমবোমদা মগুক কনবা অচাওরম কাবা, নুপী য়াম থিবা নিংথৌদুবু লাকথুনবা নংত্রগা মমায় চুম্নবা আইন লৈতে। মানা পুম্নমক্কী মপু ওই। মানা হায়বদুনা আইননি, নিয়মনি।

**সনখ্যা :** ফরে, অমুক্তা ফন্নগা হায়য়ু ব্বারনি।

**মধুমঙ্গল :** ঐ ফমজগে। (ফমই)

সনখ্যা : থায়না নিংথৌনা মপু ওই। থায়নগী নিংথৌনা লৈবাক্কী মপু ওইবা নঙ অমসুং নখোয়গুম্বা লাইরিক লাইশু হৈবশিংদুনা য়ারম্বা অমসুং য়ারমদবা মোনার্কিজম হায়বদু হৌজিক লৈত্রে। মদু নত্তবা হৌজিক লৈবাক ঙাকলোন অমদি লৈরে হায়বা। করি হায়গে, সি নত্রিব্রাও সাগম মধুমঙ্গল। মদু নখোয়না করিনো অমা হায়রি, ডেমোক্রেসি, ফরে হায়নীংবা অমা হায়য়ু। ডেমোক্রেসি নৎত্রগা ডিটোক্রেসি, ডিটোক্রেসি নৎত্রগা মেথমেক্রেসি, মদুদনা লৈবাক মপুনা কনা ওইনি ?

মধুমঙ্গল : মপু লৈতে, কনাসু মপু নত্তে। পূম্নমক্কী মপু পূম্নমক্নি। লৈবাকসিগী মপু ঐখোয়নি। ঐখোয়গী অফ-ফৎত, অৱা-নুংঙাই ঐখোয়গী খূৎতা লৈগনি। ঐখোয় ইশাগী হিংবগী লম্বী ইশানা শেমজনি। হৌজিক থায়নগীদু নৎত্রে, নিংথৌ পাম্লিঙৈ অকনবনা অচুম্বা ওইবদু য়াররোই।

সনখ্যা : অকনবনা অচুম্বা ওইদবা। অদুগী মহুত্তা কান্নবনা, তোংজবনা অচুম্বা ওইবা। পূম্নমকনা মপু ওইবা। পূম্নমকনা মপু ওইবা হায়বগা মপু অমতা লৈতবা হায়বগা অর্থ চপ মান্নে। করি হায়গে ? অদুনা ওইবা তায়, পূম্নমকনা মঙক কল্লিবা, মখৌ পোঙলিবা। পোৎ খূদিংমকতা মপুগুম্না নীংতমলিবা, থুগায়রিবা, মাঙহল্লিবা, তাকহল্লিবা, য়েখায়রিবা। মপু লৈতবা লৈকায়। মমা মপা লৈতবা অঙাং মচা। অদুনা ওইবা তাই, ময়ামসিনা কোয়চেন চেন্নরিবা, লমজা-শারাগুম লমখাংদা তূমলিবা, নিরিবা, হূরানলিবা, লাকলিবা, তোল্লা-তাববগুম মরায়বক্তা মতিন শীৎচিন্নরিবা। ঐ নঙগীসি ভাব তাদ্রে...। ভাব তাদ্রে...। নঙদি লাইরিক হৈবনি, লাইশুসু খঙবনি। ঐদি ভাব তাদ্রে... ভাব তাদ্রে।

মধুমঙ্গল : ভাব তাবিয়ু। সনখ্যাগা ঐগা খজিক্তং খেন্নরে। ঐ হায়জবদি ঐখোয় হৌজিক অমনা অমগী মখা পোন্দ্রে। পূম্নমক্কী অধিকার চপ মান্নরে, থায়না নিংথৌ পাম্লিঙৈগী সৃপ্রম অদু লৈত্রে হায়জবনি। থাঙগী ময়াদা লৈবাক ঙাকপগী লৈঙাকলোন অদু লৈত্রে। মতমদুদা থাঙবু চেকশিন্না শীজিন্নরগা, থাঙবু খূৎলায় ওইনা শীজিন্নবদৈ হেন্দোকপা করিগুম্বা মতাং খরদা লৈতেং ওইনা শীজিন্নরম্বা, সিনসু অকনবদুনা

লেমনরমই, চাউনরমই হায়বা তাকখি। সৃগ্নমগী মতমনি থাঙনা তাকই। খূদম ওইনা সনখ্যাগী লুনা তৌনরিবা, চেকশিননা থমজরিবা থাঙ অসিমক সৃগ্নমগী থাজবনা অচুম্বা ওইরিঙেগী খূদম অমনি। মতমদুগী খূদম অমনি।

সনখ্যা : হৌজিক্কীসিনা করি? মতম অমদা অকনবনা চুম্নম্বা হৌজিক্না অরানবনা চুম্বা, নংত্রগা কান্নবনা চুম্বা। খঙবিগদবা অমদি অকনবা হায়বসি অরানবা ফাওদি নংতে। মতমদুদা অকনবনা অশোনববু মাগী শেগাদা থূপহল্লমই। অচৌবা লংজা অমনা মাগী মশা অনীদুনা পীক্লবা মচাশিংদুবু কোনশিল্লমই, নোং নুংশিংতগী ঙাকথোকললমই। হৌজিক্কী পূম্নমক মানরে সিরা? লংজাসু, সেন্দ্রাংসু, চোংঙাসু নোংমদি মখোয় লোয়না খোংবা ঙমই পাইবা ঙমই। ঐ মান্নবা পামই। ঐ মান্নবা পামই, মান্নজগে মান্নহনবীয়ু হায়না কোয়লাউ লাউরিবশিং, কপলিবশিং মখোয়গীদমক খনবীবা পামই। ঐ ফজবা লৈবাক ঙাকলোন পামদে। ফজবা লৈবাক পামই। মান্নবগী ফজবা পামই। অমনা অমগী খনবীবা লৈকায়দু পামই। হৌজিক লৈকায়সিদা ব্রাকৎ ঙাক্তনি তাবীনবদি য়াওদবা। অদুঙেগী ব্রারী অমা, অদুঙে নোংমা, অব্রাং খুনদগী অহল অমা লাকলমই য়ুমসিন্নকতদা, মফমসিন্নক্তদা। মাগী অমতা ঙায়জরবা ষন লাবদু হুরানবীগ্রে, থিবা হৌনবা থিরে, ফংদ্রে হায়না ইধৌদা ব্রাকংপা লাকই। শঙ্গোলদগী ষন লাবা অমা ইধৌনা মখুত্তা শিন্নখি। লমশাং লাকপগী চোকথরবা, চরাম চদংনরবা অহল অদু ষন থৌরীদু মখূংতা চেংনা পায়রগা অব্রাং পাংনা হরাওনা চংখি। নুমিদাংবাইগী অঙাংবা নুমিৎতুদা মাগী মমায়দু য়াম্না লংলমই।

মখুমজল : শঙ্গোন্দগী ষনদু কদায়দেনো? অহলদুগী মাঙখিবা ষনদুদি ওইবীরমদবা। অহলদুগী মাঙখিবদুমক নংত্রবসু কনাগুম্বা অমগী মাঙখিবা ষন অমনি, ইধৌনা পীখিবদু। থল্লিবা শঙ্গোল, মবুক চোল্লবা ফৌগে-শীংগে কদায়দেনো? করম্লনো? মসিগী পাউখুম হৌজিক্কী মীরোলনা পীরি। ঈংনা তুমলুরবা তুংদা হৌজিক মিকপ থোকলে, মখোয়গী শরুক তাল্লকলে। কোনুংগী চেকপন করম্না শাখি? কনানা শাখি? অচৌবা হোজংদু শাবদা শিন্নী কয়ানা হুম্রাং

কয়াম তাখি ? মতমদুদা শুবগা নোমজবা কনানা চরা অনী চাবা ঙমখি। সিগী পাউখুম পীবিয়ু। মাবু নিংথৌনি হায়বদা য়ানীংবা কয়ানো ? য়ানীংদবা কয়ানো ? য়ানীংদবা ময়ামদু য়ানীংদে হায়না লাউবা ঙমহনখিদবা করিগীনো ? মীয়ামগী মচীন ফিবুন নমখি, ব্রা ঙাঙহনখিদে। ব্রা ঙাঙদ্রবদি য়ারে লৌগদ্রাও ? মপাঙ্গল কনবনা নুংঙাইবা, শু নোম্বনা নুংঙাইবা, করম্বনা পামই ? পাউখুম পীয়ু, কৈদৌরে তুমিন লৈবিরবদি ? পাউখুম পীবিয়ু।

সনখ্যা : ঐ মদুগী পাউখুম পীবা ঙমদে। অদুগা অচুম্বা অমদি কোনুংগী থাঙ্গপাৎসি তৌবা মতমদা খুরা মাইমুদু ঈশৈ শক্লা শক্লা তৌখি। নুংশিবা খুল্লং ঈশৈ শক্লা শক্লা নুমিদাংবাইরম ফাওবা। অদুগা তুরেল ব্রাংমগী লানজাওদুদা ঈথৌগী সনাখূৎমকনা থাঙসি পায়খি। শোল্লবা অহল অদু কোনুংদা ফমদুনা লৈথোকখিদে। শগোলথক্তা থাঙ হায়খি। থৌনা ফনা মাঙজিন থাখি, পূম্নমক্কী মাঙথানা লান চঙখি, থাঙফম ময়ামদুনা মাবু পুদুনা চৎখি। অঙানবদা, নঙনদি অমম্বা হায়গদ্রা ? মানা হিংলিঙেদা খুঞ্জাশিংদুনা ঈ তাবদু য়েংনীংখিদে। খুঞ্জাশিংবু য়েক্রবশিংদগী কল্লগে হায়বফাওদি থনখি। নুমিদাংবাইরমদু ফাওবা মাঙ থাখি। চীন্না লান তৌখিদে, থাঙনা তৌখি। অচুম্বা অমদি মহাক্লা খুঙ্গংসিবু নুংশিখি। মাগী ওইনা নীংখি। নখোয়নদি মাবু খুঙ্গংগী মপু নত্তে হায়রবা। চুম্মী মহাক খুঙ্গংসিগী মপু নৎতে। মীনাইনি। মাগী নত্তবদু মানা কয়াদা নুংশিখিবা, মশুংলাংগী থব্রায় থাখি।

মথুমঙ্গল : খুঞ্জা লিশিং লিশিংসু শিখি মফমসিদা। মদু নত্তবা মমাঙগী লাঞ্জাওদুদি করম্না হৌরকখি ? নিংথৌনা খুল্লাকপগী মচানুপীদু মঙোম্দা পীরো হাযখি। মপানা য়াদে। অদুদগী লান তৌখিবনি। মীচম কয়া থব্রায় মাঙখিবা থাঙফম নংখিবা...।

(মনুংদগী লাউরকপা : হুরানবা হাৎলো, ফুরো... ফুরো...)

(তোম্বা অমসুং খুঞ্জাশিং মখূৎতা লালতেন, থাঙ, চৈ পায়দুনা চঙলকই)

সনখ্যা : কৈদৌরে... হে কৈদৌববগেনে ?

(ময়াম খুরুমই সনখ্যাবু)

তোম্বা : অরাংগী য়াইমা হাৎখিবা পাখংদু অমুক হল্লকলে।

সনখ্যা : নত্তে, মাবু চহি কয়ানো ফাদোক তাগ্রে হায়বদায়।

তোম্বা : ঙরাং অহিং থোংঙাকপা অনী হাৎলম্লগা কৈসুমশঙদগী চেল্লকপনি হায়।

সনখ্যা : অদু কৈদৌরবা।

তোম্বা : য়াইমগী মপা অশোনবদুসু হাৎকে হোৎনরম্ননি। ঙকশম তমবনি...। থাঙফম ২-৩ শুই। শিবা চঙবা মফম মরাং খঙদে। ময়াম চেন্নহৌরি। ইমুংদগী সনা-লুপা, কোন-লীক পুগে হোৎনরিঙৈ ময়াম থেংনবনি। মকোক্তা ফনা থীনা শোকস্রে। অরাংগী হোজংলোমদা চেনশিনস্রে। খর চেকশিনবীয়ু অস্তা।

সনখ্যা : ঐঙোন্দবু মাগী অপাম্বা করি লৈগদগে ? করিসু তৌরোইদা।

তোম্বা : হুই অঙাওবগা চপ মান্নরবনি। অশোকপা শানি, অফ-ফত্তা অমত্তা লৈত্রবনি।

মধুমঙ্গল : মীহাৎ-মীপুন, হরান-চিঙ্গিসিনা লৈবাকসিগী রারীনি। হাৎলিবসি করিগীনো ? হুরিবসি করিগীনো ? মরমসি থিগদবনি। ঐগী ওইংগে হায়বগী হরানবা ঙাক নংতে। রানা হরাল্লগা খোংবান্দা হুন্দোকপসু য়াওই। সমস্যাশিংসিগী সোলুসন খরা ঐগী লৈজে নোংমা হায়জগে...। ইচিন ইনাওশা ঐবু অম্বাইফাওদং থিনবীয়ুদনা। হুঁ, ঐনা হায়বদি ফাদোক পাখং অদু হেক থেংনরবদি...।

তোম্বা : লৈবাক অমদা হরানবসু, মীহাৎপসু, লাইনীংবসু লৈ। লৈবাক ঙাকপিগনি হায়বদায় কিগন্দবা তম্বা ফৈ।

মধুমঙ্গল : ঐ চৎচরে সনখ্যা। ঐবু শাউবিগনু। ভোৎ থাদবীগদবা লৈরবদি ঐঙোন্দা থাদবীয়ু, ঐ হয়েং অয়ুক ঙন্তা লাক্কনি ঐঙোন্দা করিগী ভোৎ হায়বা মতাংদুদা মিনিট ১৫ হায়জগনি। ময়াম অম্বায় ফাওবদং...।

(চৎপা হৌই)

তোম্বা : ঐ অম্বায়ফাও থিল্লুগে। হোজং ফাওবদ্রনি। তোমালগা তা হোংবগা শঙ্গোয় নাকনদা লৈবিরম্মু। মীকুপ নাহুম হৈ-শিংবিয়ু। মীহাৎপা হায়বসি কৈসু লৈতনা খল্লবা মীনি। হৈ! লৈশং ঙসি অহিংদি তুম্বা য়াদেদো। নমিৎ ননা শিংঙুকো। হেক উবগা তোপ থাগদবনি।

ময়াম : অউবা মফমদা খঙলোইদ্রদো।

সনখ্যা : নখোয়বু খিৎ তপথরো কৈদৌগে। সিদা কনাসু করিসু তৌরোইনে। মফমসি মীগী লৈফমনি। শক্লোয় অসিদা মী ঙাক্তা লৈগনি, মী ঙাক্তা লাক্কনি...। কনাসু করিসু তৌরোই।

ময়াম : অউবা মফমদা খঙলোইদ্রদো ? খঙলোইদ্রদো ?

তোম্বা : চৎসি লৈবাকঙাকপা।
(ময়াম থোক্লখি)
(সনখ্যা হান্নগীগুম্না লাইরিক পারি। মমথরক্রে। নুংশিবা ঈশৈ তায়। মৈ থানগৎলি। চৌক্রিদা অমুক ফমথখি। ঙাইহাক লৈরগা তোম্বা অমুক চঙলকই, ইফিং ফিংই মখূৎতা চৈতুপ পায়।)

সনখ্যা : কৈদৌরে তোম্বা ?
(তোম্বা বা ঙাঙদে, ইমুংদা ফিংনা চঙলকই, কাচিন কোয়া য়েংই)
করিনোনে নঙনা ইফিং ফিংলিবো।

তোম্বা : থোঙ অমুকতা লোনশিনবিয়ু। মনিঙগী হৈরাংখোয় মখোঙসিদা মী মানবা করিনো অমা লৈশিনখি।

সনখ্যা : কনাসু করিসু তৌরোইনে।

তোম্বা : উম খঙলোইদ্রদো...। থোঙসি লোনশিনবীয়ু অক্তা।
(থোকখি ফিংনা)
(সনখ্যা তপ্না হৌগৎলি, থোঙ লোনশিল্লি। হেক লৈথোরকপদা ফাদোক পাখঙ লেপলমই। ফাদোকু ঈনা পূমডাঙ ঙাঙলে। মখূৎতা থাঙ পায়রি। সনখ্যা লাউগে তৌই। সনখ্যাগী মচীন পায়)

ফাদোক : লাউগনু।
(থাঙ উৎলি)
তূমিন লৈয়ু।

## অনীশুবা উৎপা

ফাদোক : (মচীন পায়রিবদু থাদোকই)
লাউগনু । তুমিন নৈগদবনি । লাউগে হেক তৌবদা অথৌবা ময়াসিনা নরৈদু কক্কনি । হৈ লেঙগনু, ঐঙোন্দগী লাপথোকপা য়ারোই । থোঙ লোনশিল্লু, থোঙনাওদুসু ।

সনখ্যা : মফমসিদা করিসু নৈতে, নঙগী লৌনিঙাই করিমতা নৈতে ।

ফাদোক : নঙগীসিদা অহিংসিমা লোৎকনি । নৎত্রগা পৃংজা খরা । মীয়াৎপা খুঞ্জাশিংসিগী খৃৎতগী নানথোক্তুনা লোৎপসিনা ঐবু মীকিথি ওইহনগনু । ঐ মীকিথি নত্তে অদুবু ঐ শিবা য়াদে, তৌগদৌবা য়াম ৱাৎলি ।
(মপালদা মীনিন তায় । সনখ্যাবু ফাবগা থোঙ ময়াদা পুশিনখি । মানা মকমদা লোৎলি, অথৌবা থাঙদু অহলদুগী লুখম মপাদা থমই)
কনাসু নৈতে হায়য়ু । ঐবু মফমসিদা লৈরে খঙহল্লবা, ঐঙোন্দা মখোয়না চৈ থাদ্রিঙৈ নঙ হান্না শিগনি । ঐবু নৈতে হায়য়ু ।
(তোম্বা মী ১-২ গা মখৃৎতা চৈ, মৈরানচিংবা পায়রগা চঙলকই)

তোম্বা : সনখ্যা... সনখ্যা থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ু ।

সনখ্যা : করিনো তোম্বা ।
(তোম্বা কোয়েং য়েংই)

তোম্বা : থোঙনাওসি লোনবিবেকো । থোঙনাও ময়াসিদা নাহেবগী মখোল অমা তাখি । কনানোমগা ৱারী তৌবিব্রা, মী মখোল খবসু তাখি । ঙসায়দগী থোঙনাওসি সুম লোনশিনবীবনিকো ।

সনখ্যা : কনাসু চঙলকতেনে তোম্বা, মীয়াৎপা অমত্তা লাকতে তোম্বা ।
(তোম্বদু ইমুং চঙগে তৌই)
চঙখিনু তোম্বা । নঙবু ঙাওরব্রা ? ঐনা কনাসু নৈতে হায়রেদনা ।
(তোম্বা চপ লেপই । লৈমায়দা তারিবা ঈ উরকই)

তোম্বা : ঈ ! ঈনিনা... কদায়দগী ঈনো ? কনাগীনো ?
(সনখ্যানা মতুংদা লেপলিবা ফাদোক্কী থাঙদা মখুৎতু শোকহল্লি)

সনখ্যা : খুবীসিদগীনি, মফমসিগী ঈ। ঐগী ঈ।

তোম্বা : ইস! পুমঙাঙ ঙাঙলে, কমদৌননো ?

সনখ্যা : কমদৌননো ? করিননো ? ঐ খঙদ্রে তোম্বা অদুবু মরম অমদি লৈ।

তোম্বা : খুৎশাদু অমুক্তা পীবিয়ু ঈদু ঐ খকহনজগে।

সনখ্যা : য়াবে য়ারে খজিক্তুংগী য়ানি।

তোম্বা : ঐ হোৎনজগে।

সনখ্যা : ঐনা যারে হায়ববমক্তদা...। চৎলো তোম্বা। পোত্থাজকরো।
(তোম্বা ঙহাক তুমিন লৈ)

তোম্বা : থোঙসি চেৎনা লোনবিয়ু। হেক উবগা চীক্কে হায়গনি। মী নৎতে শানি। খবা চেকশিন্না লৈবিয়ু।

সনখ্যা : হোয়নে হোয়নে। নঙদা পোত্থাক্লোনে। অহিংসি থেঙলে।
(তোম্বা চৎখি চিংন-চিংননা। সনখ্যানা থোঙ লোনহৌই)

ফাদোক : নোংমা মীনা হায়নবা তাখি, নঙ অচুম্বা ঙাঙবা অহলনি। অদুবু থাঙগী ময়াসিনা শিনিংদবা নঙবু অরানবা হায়হল্লি।

সনখ্যা : ঐ অরানবা অমত্তা হায়খিদে।

ফাদোক : নশা শিনিংদবদগী ঐবু কনখি।

সনখ্যা : ঐ অবানবা হায়খিদে, ঐনা হায়খিবা হায়ববু মফমসিদা হৢরানবা অমতা লৈতে, মীহাৎপা অমতা লাকখিদে।

ফাদোক : ঐ মফমসিদা লোৎলি।

সনখ্যা : নঙবু হৢরানবনি হায়বদা ঐ য়ানিংদে।

ফাদোক : লেঙগনু। ঐঙোন্দগী থাপতোক্কনু। ঐবু থাগৎলগা হেন্না হৈশিংবা শাগনু। কবম্বা খুৎলায়নো নঙনা থিরিবা। ঐবু থাগৎলগা খুদোংচাবা লৌবা য়াবোই। ঐ হৢরানবনি, মী হাৎপনি। কৈশুমশঙদগী চেল্লকপা ফাদোকনি। হাকুম লৈকায়সিগী অহল অমা হাৎখিবদু ঐনি, ঐ মীহাৎপনি... ঐনা হাৎখিবদু মীরা নৎত্রগা শা ? মীহাৎপা !

শাহাংগা... করিসু কান্নদবসিদা নঙনা অহিংসি ঐবু কৈনোমা খলহনদৌরি।

সনখ্যা : ইস! নঙগী কোকসিদি ঈ ঙাক্তা।

ফাদোক : করিনো অমনা অহুম-মরিরক কন্না থোমলকই।

সনখ্যা : ফমউ সিদা, ঐ য়েংগে।
(ফাদোক সনখ্যাবু মুন্না য়েংই। সনখ্যানা মাবু খুৎশম্না পুরগা চৌক্রিদা ফমহল্লি। ঈশিং লৌই।)
অরুম্বা ঈশিংনি।
(তৈথোক তৈথোকনা)
মকা লাম্বা মায়থোংদু ঈশিনা মকশিনহল্লি।
(ফাদোক ফূক হৌগৎলি, শাউনা লাউই)

ফাদোক : ঐবু থাগৎকনু, নমথাক তৌগনু। ঈবু থীব্রা? অঙাঙবা মচুসিবু থীব্রাও?

সনখ্যা : লাউগনু। নঙনা লাউরগা লৈকায় খঙবিনি, অদুদগীদি নঙবু মখোয়না মচেৎ মচেৎ শেৎলগা চাখিনি। লাউ ফম্মু, অশোকপদু য়েংগে।
(ফাদোক চঙলকই অদুগা ফমই, ঈশিং থোমই। ইল্লিবা ইনফিগী মচেৎ অমনা নীংথিনা পুনশিনবী)
ঙসিদি নঙ অহিংসিদা ঐগীদা থুংলবা লংকৈ চৎপা অমনি।

ফাদোক : নোংঙাল্লগনা শরেন চনবগী শা। নোংঙানবদা নঙনা ঐবু লৈকায়সিদা শিন্নগনি, মীহাৎপদু সিদা লৈরে। অদুবু ঐ অপঙবা নৎতে... নোংঙানম্রিঙৈ ঐ চৎখিনি। লৈকায়সি হৌজিক মমিৎ মনা খরা শিংলি। নোংঙাল্লমদায়দদি তনথরক্কনি অদুদৈদি ঐ তেক্ত-কায়দনা চৎখিনি।

সনখ্যা : কুইরে মফমসিদা, য়ুমসিদা কনামতা লাক্তবা। য়ুমসিদা কনামতা থুংলদ্রে। ঐ নঙবু নুংশি পাখং...। ব্রাং চাউবা ফীভম, অকনবা পামবোম, হনবা লৈতবা লিংজেল, লৈকায়সিগী পাখংনি হায়বদা পকচৈ, অদুঙৈগী খুঞ্জাশিন্দু নীংশিংহল্লি। মতম অমদা মফমসিদা, য়ুমসিদা পুন্নমক লাকপা ঙাক্তনি। অঙনবা অমুক্তগী হৌনা লৈকায় পুন্নমক তিল্লমই। হৌজিক্তী চৎখিবা ঙাক্তনি, থুংলবা অমতা য়াওদে।

কুইরবগী তুংদা থুংলবা নঙনি । তুম্মু । অহিংসিমা নুংঙাইনা পোত্থাউ, নোংঙাল্লগা নুংঙাইনা চংখো ।

ফাদোক : পুকফবা অহল । ঐ কনাবুসু থাজদে । পুকফবা মীসু, ফংতবা মীসু অনীমক অমতা থাজদে । কৈসুমশঙদা অদুক কুইবদু নোংমতা ঐ তূমদে, ঐগা থংনবা ফাদোকতু ঐ থাজদে, মাগী মমিংতু কোংথোকলল্লগা চেল্লকপা ওইরবদি পেল্লমগনি । ঐ নঙবু থাজবা ঙমদে । করিগুম্বা... করিগুম্বা ঐনা ঙাইহাক পোত্থারিঙৈ, কুইনা তূমলক্তবগী ঙাইহাক উইরম তৌরিঙৈ নঙনা তূমিন্না থোকপ্পবা অদুগা লৈকায় মচাশিংদু কৌরুরবা নংত্রগা ঐনা তূমলিঙৈদা থাঙ অমনা ঐঙোন্দা... হুঁম... হুঁম কান্নদে... কান্নদে নঙবু হাংতোকপনা চুম্মী, নঙ চংখিবনা ফৈ ।

(থাঙদুনা মঙক্তা য়ানগে তৌই । সনখ্যাগী মমিং অনীদুনা তরং তরং মাবু য়েংই । কৈসু তৌদে, লেঙদে । ফাদোকতু চপ লেপই, মুন্না য়েংই)

সনখ্যা : কৈদৌরে... য়াম চোকথরব্রা ?

ফাদোক : তূমিন লৈয়ু । মরম হংনু । ওইরিবসে সিনি, লোইরে ।
(ঙাইহাক তূমিন তূমিন লৈনৈ । ফাদোক্লা থোঙনাওদা য়েংই)

সনখ্যা : অহিংসি থেঙলে ।

ফাদোক : অদুবু নঙগী লৈকায় মচা খরসিদি মমিং মনা শিংলি... । মৈরা অমগা কোয়চং চংলি... । ৰাপল মরকসিদা য়াম য়েংলি, ঐবু থিরি ।
(থোঙনাও ময়াদা লৈশিল্লি ।)
লাউ, মখোয় কয়ানো য়েংঙু, চংনদৌরিবসি কদোমদনো য়েংঙু ।

সনখ্যা : ঙহাক্তংদি নেনা তানা, নুংঙাইনা পোত্থাও কৈদৌগে ?

ফাদোক : ঐনা হায়বসি তৌ ।
(সনখ্যা চঙই, থোঙনাও ময়াদা য়েংই)

সনখ্যা : মখোয় তরুকনি । অহুম অমদি মনিঙলোমদা চংতৌরিমানে । অহুম অমনা কোল্লোংদা লৈ । মৈ হৌগংপ্রে নিংথমলমানে... ।

ফাদোক : থোঙনাওদু লোনশিল্লো । ঐসু ঙাইহাক্তি নঙবু শঙখিবা তারি ।
(সনখ্যানা থোঙ লোল্লি, থোরকই)

চৎখিনু... কদায়দনো চৎলিবদু। ঐঙোন্দগী লাপ্না চৎখিনু, ঐ নঙবু থাজদে।

(সনখ্যাগী মনাক্তা চঙশিনখি। থাঙশাংদু উবে)

ও! শোল্লবা খুৎশাশিংদুনা থাঙসি লামগে হোৎনরিব্রা? অদুগা ঐঙোন্দা থিনগে সিনিনে। নঙ অহল ওইরে..., থাঙসি ফনা লূমলমগনি য়াম্লসু শাংনা উই... হায় মাগী মখোকসিদি ফজে, ইরং লংই...।

সনখ্যা : উম ইরং লংই, ফজে। মাগীদি ফজবা ঙাক্তনি। ঐ অহল ওইবে, ইপাম্বোমসি শোল্লে। নঙনা হায়বদু অচুম্বনি, থাঙসি শাংই, লূমই...। ঐনা মসি পায়বা ঙম্লরোই। ফজদ্রা? নুংশিদ্রা?

ফাদোক : মখোকসি ফজে।

সনখ্যা : থাঙসিগী লোয়নমক ফজে।

ফাদোক : মখোকসি ফজে, ইরং লংই... সনারা?

সনখ্যা : উম সনানি। সনা ঙাক্তনা শাখিবা মখোকনি।

ফাদোক : সনা! অসুক য়াম্বা সনা!

সনখ্যা : ফজদ্রা?

ফাদোক : সনাদি ফজে।

সনখ্যা : মফমসিগী করিসু লৈত্রে। হান্নদি য়াম লৈবমই। হৌজিকতি থাঙসিদা ঙায়রে। অদুঙে তুরেল খাংমগী লাঞ্জাওদুদা, লৈকায়সিবু ময়েকশেংনা নুংশিজরম্বা অহল অমনা থাঙসি পায়রম্মী। থাঙসিগী অথৌবা ময়াদুগী মরুম থুপতুনা খুঞ্জাশিং হিংলমই, নোক্লমই, হরাওরমই। নুমিদাংবাইরম ওইরক্লবদুদদি, শোল্লবা পামবোম থাঙলেনসি থাংগৎপা ঙমদ্রে। নুমিদাংবাইরমদুদা কনানো অমত্তং লাক্লবদি, পাখং অমত্তং থুংলববদি থাঙসি শিন্নরম্লগে হায়না পুকফবা অহলদুনা খল্লমই। খনবা লেপখিদে, ঙাইবা লেপখিদে অদুবু কনাসু লাকখিদে। অসুম অসুম মমথরকপগা লোয়ননা অহলদু চৎখ্রে। অহলদু য়াম নীংঙমখিদে, য়াম্না কপখি য়াম কপখি। ঐগীসিদা মতম অমদা মী য়াম লাকলমই, লোইনা চৎখ্রে...। কবি করিনো মানা মানা পাম্বা পুরগা চৎখ্রে। হৌজিক কনাসু লাকত্রে। ঐগীসু কবিমতা লৈত্রে,

সিদা ঙায়রে। থাঙসিদা ঙায়রে। ঐসু লৈখিদ্রবা অহলদুগুম নুমিদাংরাইরমসিদা খল্লি - কনানো অমদা মসি শিন্নবমগে, খুঞ্জাশিংসিনা থাঙসিগী মরুমদা অদুঙৈগুম থূপচনবা। (ফাদোকনা থাঙগী মখোক্তুদা মুন্না য়েংদুনা লৈ) অদুগা সিমগা য়েংঙু। (ফাদোক্তু করিমতা তাদে সনখ্যানা মশা পায়।) কৈদৌরে পাখঙ?

**ফাদোক** : কবিবো?

**সনখ্যা** : তূমনীংলব্রা?

**ফাদোক** : উম অশেংবনি। মখোকসি সনা ঙাক্তনি। সনানা শাবা অশেংবা মক্তনি।

**সনখ্যা** : কনানা হায় পিথ্রায়নি, কনানা হায় কোবিগা যান্নবনি। কবি কায়? অদুদা কবি কায়। ওইনিংবা ওইজসনু। অদুবু অচুম্বা অমদি মসি পূকফবা অহলদুগী খূৎসু থাঙলেননি। ফবে মসিদগী হেনবা কবি লৈ? অদুগা সিমগা য়েংঙু। (হিদাকফুদু উই) হকলিবা ময়ামসি সনার্ননি। সনানা হকপনি।

**ফাদোক** : সনা ...। সনানা হকপা হিদাকফু উব্রা মসিসু সনানি।

**সনখ্যা** : থাঙলের্নসি পায়বদুদা নিংথৌ অমনা খূদোল তৌরকখিবনি।

**ফাদোক** : (পায়) মানি র্মসিসু সনানি (তূমিনলৈ)

**সনখ্যা** : কৈদৌবে?

**ফাদোক** : অহিংসি থেঙলে।

**সনখ্যা** : উম থেঙলে। নঙ চোকথনা উবে, কবিনো খবদি চাওদনা, অদুগা ঙাইহাক পোথাউ।

**ফাদোক** : ঙবাংদগী করিমতা চখাওসিদা তাদ্রি। লাম্বনা লোইবে। অদুবু ঐ চারোয় - কবিমত্তা চাবোয়। ঐ লামদে। নঙনা ঐঙোন্দা হূ পীজগনি - ঐবু হাৎনবা। ঐ নঙসু থাজদে।

**সনখ্যা** : ঐগীসিদা হূ লৈতে। মফমসি হূগী মফম নৎতে। ঐবু থাজৌ। ঐগী মিৎতা য়েংঙু, মুন্না য়েংঙু। অদুগা নঙনা ঐগী থম্মোয়সি উগনি। কবিনো খবা চাও। (ফাদোক তূমিন লৈ, সনখ্যানা হৈ চাননবা খবা পুবকই) অথেঙবা অহিংসিদা করিসু ফংদে। সে মসি চাও। (ফাদোক মুন্না য়েংই - চায়)।

নোংমা নহাক মফমসিদা অহাওবা চরা অমা চারবসু য়াই।

**ফাদোক :** (চানা চানা) মফমসিদা ঐ অমুক হন্না লাকলোই।

**সনখ্যা :** নঙবু কনানো অমনা পুরকপসু য়াই।

**ফাদোক :** ঐগী অনীংবগী মায়য়োক্তা কনামতনা কবিমতা তৌথিদ্রি, ঙমসু ঙমলোয়।

**সন্যখ্যা :** মদু কায়দবা ওইসনু। (ফাদোক চাবা লোইবে) নোংঙাল্লমদাইগী অঙ্গংবা নুংশিৎ লাকলে। সে: মসি লৌ (মাগী ফিদু ইনশিনবী) ঙাইহাক তূমমু - নোংঙাল্লগা নুংঙাইনা হল্লু।

**ফাদোক :** ঐ তূমলোই। কুইনা তুন্নকত্রবা ঐগী মিৎ অনিসিনা ঙাইহাক উইকম তৌরিঙে, নঙনা তূমিন্না থোকখিনি। লৈকায় মচাশিংদা ঐবু শিন্নথোকনি। ঐ তুম্বা য়াদে। নঙবু শঙখিবা তারি।

**সনখ্যা :** ঐবু থাজৌনে পাখং। সে - লাউ পোখাক লাউ। অহিংসি থেঙলে, তূমলুরাও ...।

**ফাদোক :** ঐ তূমলোই। নঙ তূম্মু। অদুবু ঐগী মাঙদা তূমগদবনি। লাউ, তূমউ। ঐ নঙবু ঙাইহাক শঙবা তাবি। (অহলদু চিংশিল্লি, তূমহল্লি)

(অহিংদু থেঙলক্রে। নোংঙাল্লমদাই শোল্লবা অহলদু ব্বারমাল্লে তূমথপ্লে। পাখঙদুদি মমিৎ-মনা শিংলি। অরাপ্পদে ঈশৈ তাবি ...।)

"হো, থম্মোয় হুরানবা,
মাখোন হুরানবা...
কুচু মুবা, থম্মোয় ঙৌবা
যমুনাগী হিহোনবা
থব্বায়সিসু হকচাংসিসু পুবিরোনে...
ব্বাংমদা...
হো হুরানবা... হো, মাখোন হুরানবা।"

(পাখঙদু তপ্পা হৌগৎলক্রে। অহলদু তূমপ্রে খল্লমানে। কোইয়েং য়েংই। থাঙদুদা চঙশিনপ্লে।)

**ফাদোক :** মাগী মখোকসি সনাগীনি। সনানি, সনানি...।
(অরাপ্পগী ঈশৈ লেপ্পা লৈতে)
"হো হুরানবা - থম্মোয় হুরানবা

মাখোন হৃরানবা
যমুনাগী হিহোনবা... ।"

(ঙাইহাক্তি চীকলে। খঙহৌদনা লাউনবা তারকই "হাৎলু, হাৎলু... ইস! মাগুম্বনসু!" ফাদোক্তু মীয়াম্না ইনশিল্লকই। পদ্রাক তাই, লৈমায়দা। হন্দক্তি মমায়দু ঈনা পূমঙাং ঙাংলে। মখূৎতা থাঙদুদি পায়রি... । অহলদু মীকপ থোকলে।)

তোম্বা : থাঙসি পুবগা মনিঙগী লৌবুক্তা চেল্লম্মী। তোম্বগী মিৎতগী কনাসু নাছোকপা ঙমলোই। তূকচ্চরবা খূৎশাসিনা থাঙলেনসিবু পায়রবা... ।

(পায়বিবা থাঙদুনা মখূৎতু ককথৎকে তৌই।)

সনখ্যা : তোম্বা... নখোয় কনামন্তনা মাবু শোকপা য়ারোই।

তোম্বা : থাঙলেনসি হরাল্লগা চেল্লম্বনি।

সনখ্যা : কনানা করি হৃরানবা?

ময়াম : সনখ্যা... সনখ্যা... ।

সনখ্যা : মহাক হ্বানবা নৎতে। থাঙসি ঐনা মঙোন্দা পীখিবনি। মঙোন্দা ঐনা খূদোল তৌখিবনি।

ময়াম : সনখ্যা!

সনখ্যা : কুইবে... যূমসিদা কনাসু থুংলদবা। থাঙসিবু কনানসু পীবিয়ু হায়বদে। কুইরবগী তুংদা, ঙসিগী অহিংসিদা থুংলবসু পাখঙসিনি। য়েংঙু, মাগী কল্লবা পাম্বোম অনী। মকা লাম্বা মায়থোং, মক্তবা থম্মোয়। লৈকায়সিগী পাখঙনি হায়বদা পকচৈ। থাঙসি মানা পায়দনা কনানা পায়গনি। থাঙসিগী মতীক চাবসু মহাকনি। কুইরে... কুইরে... ঐনা ঙাইরকপা... । থাঙসিগীদমক পাখঙ অমা ঙাইরকপা। ঙসিগী অহিংদা মহাক থুংলবে। থাঙসি ঐনা মঙোন্দা খূদোল তৌখিবনি।

ময়াম : সনখ্যা। মহাক হ্বানবনি, মীহাৎপনি।

সনখ্যা : মহাক লৈকায়সিগী পাখঙনি। থাঙসি মাগীনি।

(থাঙদু অহলদুনা অমুকসু হন্না পীরি। পাখঙদু কপলি ... কপলি ...) সে, পাখং - থৌনা ফবা পাখঙ। থাঙসি অমুক হন্না নঙোন্দা

খুদোল তৌবি। সে পায়য়ু ...। সে ... পায়য়ু মসি নঙগীনি। মসি নঙগীনিনে। (পাখঙদু থাঙদু পায়য়ু য়াদে ... কপলি)

ফাদোক : সনখ্যা ... ঐবু ঙাকপীয়ু। ঐবু ঙাকপীয়ু।

সনখ্যা : সে পায়য়ু। নঙগীনি।

ফাদোক : ঐবু ঙাকপীয়ু।

সনখ্যা : পায়য়ুনে, নঙবো।

ফাদোক : ঐ মাগী মতীক চাদে। ঐ মতীক চাদে। থাঙসিগী মখোক্তগী হেন্না উবা ঙমদ্রবা ইমিৎ অনীসি কোৎথোকপিয়ু। মোৎলবা খুৎসিনা মাবু শোকলুই। ঐগী ইখুৎসি ককথৎপিয়ু, ইকায়খঙদবা ঐনা মাবু পামলুরি। হে! লাইরৈবাক্তা লৈবা লৈকায়সিগী পৃকফবা অহল, ঐগী ইমায়সিদা তিল শীৎচিনবীয়ু। ঐগী খুৎসি ককথৎপিয়ু।

সনখ্যা : পাখঙ নঙগী লংলবা থস্মোয় . . কল্লবা পাম্বোম ...। থাঙসি নঙগীনি। তাও পাখঙ, তাও ...। কপলিবসি তাও। মীবেলশঙদা কপলি। কৈসুমশঙদা কপলি। মীথুংশঙদা কপলি। ষন লাবা মাঙখ্রবা লৌমীদু কপলি। মল্লবা খাংপোক্তুনা ইঙা - ইঙেনগী মিপায়বি তৃমিন কপলি। মরম মোকপা অঙাংদু কপলি। নোম্বা কনবা লৌমীদু কপলি। পৃকফবা অহলদু কপলি ...।

ফাদোক : কপকনু, কপকনু ...। ঐ কপ্পা তানীংদে, হৈনদে। কপকনু- কপকনু- ঈশৈ শকউ। নুংশিবা ঈশৈ শকউ।

সনখ্যা : মরম মোকপা অঙাংদু কপলি। নোম্বা কনবা লৌমী অহলদু কপলি... কপলি ...।

ফাদোক : ঐ কপ্পা তানীংদে। ঐ কপ্পা তানীংদে।

সনখ্যা : থাঙসি পায়য়ু।

ফাদোক : ঐ কপ্পা তানীংদে, পীয়ু থাঙদু পীয়ু। ঐ পায়গে। ঐ কপ্পা তানীংদে।

সনখ্যা : পায়য়ু থাঙসি। নঙগীনি পাখঙ ...।
(পাখঙদু করি খল্লক্লবনো খঙদে... নীংহন্নরমানে থাঙদু পায়বা ঙমদ্রে। কপথোকপ্রে। মখুৎ মশাশিংদুদা য়েংদুনা লৈপ্রে।)

ফাদোক : ঐগী খুৎসি মোৎলি। মোৎলি। ঈহিং নমই। ঐ মাবু শোকপা ঙমলোই।

সনখ্যা : পায়য়ু পাখঙ, মসি নঙগীনি।

ফাদোক : ঐগী খূৎসি থোংলি। ঈহিং নমই। হে! লাইরৈবাক্তা লৈবা লৈকায়সিগী পূক্ফবা অহল, হে! কপলিবা অহল, কপচেৎপা হনুবা, ঐগী খূৎসিদা পিগী মবিক অনীদং পীবিয়ু। মোংলবা খূৎসি চামথোকপিয়ু ঐগী খূৎসি মোংলি।

সনখ্যা : পায়য়ু থাঙসি। কুইরবগী তুংদা লাকপদু নঙনি। থাঙসিনা ঙাইরম্বদু নঙনি। ঐ ব্বারে, চোকথরে। ঐ মাবু শঙবদা চোকথরে, ব্বারে। সে, নঙ মসি পায়রো ..., ঐ চৎত্রগে। ঐবু কৌরে ...।

ফাদোক : ঐ পায়বা ঙমলোই। ঐগী খূৎসি মোংলি।

সনখ্যা : পায়য়ু পাখঙ।

ফাদোক : ঐগী খূৎসি মোংলি। অমোংপা খূৎসি ককথৎপিয়ু। ইকায় খঙদবা ইমায়সিদা তিন শীৎচিনবিয়ু। ঐবু "নোরোক্তা" লংথবিয়ু।

সনখ্যা : কপল্লিবসি তাও ...। পায়য়ু থাঙসি। থাঙসি পায়য়ু।

ফাদোক : ঐগী খূৎসি মোংলি। ঐগী খূৎসি মোংলি।

সনখ্যা : ঐবু চহী কয়া ঙাইখিগদগে? (অহলদু কপলক্লে।)

ব্বারে, ঙাইবদা চোকথরে। মমশিল্লক্লে, ঐ চৎলগে পাখঙ। সে... থাঙসি পায়য়ু..। অমুক্তা হাইরম্মু ইমিৎসিনা য়েংহৌগে। ... সে পায়য়ু ... সে পায়য়ু।

ফাদোক : ঐগী খূৎসি মোংলি। মোংলি ...।

সনখ্যা : সে পায়য়ু। নুমিৎ তাদৌরে। ঐ চৎলগে থাঙসি পায়য়ু।
(ফাদোক পাখঙদু কপ্প কপ্প চৎখ্রে, মচীন্দা শোল্লি "ঐগী খূৎ মোংলি, ঐগী খূৎ মোংলি, ঐগী খূৎ মোংলি"।)
হে... পাখঙ... নুংশিবা পাখঙ। মাবু হন্দোকলম্লগা চৎখিনু। সে... নঙগীনি... নঙগীনি... পায়য়ু... সে মসি পুখো...। মাবু হন্দোকলমনু।

(পাখঙদু চৎখ্রে ... চৎপা হৌরে তপ্পা তপ্পা। অহলদুনা কপহৌরি)

ঐবু কয়াম কুইনা ঙাইখিনি। ব্বারেদা ... ব্বারেদা ... হে পাখঙ থাঙসি নঙগীনি। সে ... পায়য়ুনে।

(অহলদু নীংঙমখিদে, পাখঙদু ইকায়খি। মোৎলবা খূৎতুনা থাঙদু পায়বা ঙমখিদে। অহলদু কপখি, থাঙদু শিন্নরল্লগে খল্লম্লনি। অদুবু কান্নখিদে। অহলদু কপলি "ঙাইখোনে পাখঙ নঙবো" অদুবু পাখঙদুদি কপ্লা কপ্লা চৎখ্রে। অহলদু কপহৌবি। থাঙদুনা মাগী "কনানোমা" ঙাইহৌরি।) ❑

## ৬

# তিংখং

## অহানবা উৎপা

(স্টেজ : ফিজং হাইগৎলকপদা উবে :- শাজৌসনাগী য়ুমগী শরুক খরা, তুমফম কা, চাকশঙগী মচেৎ অমা। খোঙ, খোঙনাও য়াওরবা য়ুমগী শরুক অমা। ভূম্লবা কাংখোল, চাকশঙগী পোৎচৈনচিংবা।)

মতম : নুমিদাংবাইরম

(শাজৌ খরেক কাববা, শুদোক চামখোকত্রবা ফিজোল শেৎপা, য়েংবদা তুকচচববা, সনাতোম্বীবু চিংদুনা পুরকই, সনাতোম্বীদু মখুত্তা পোৎয়োম পায়রি। নুপীমচাদু লময়ায়দা তুথে, তপ্না তপ্না হৌগৎলি, শাজৌবু তঙক তঙক য়েংই, কিবনা থক থক নীকই, শাজৌ চৌক্রিদা ফমথখি, বেরী মচৈ অমা চমখৎখি।)

**শাজৌ** : কৈদৌবে ? লাউদ্রবদি কৈদৌরে ? নঙবু কনবিনবা, নঙবু চানবিনবা, নঙবু নুংশিবিনবা, মীয়াম ভানবা লাউদ্রবদি কৈদৌরে ? "নুংশিবিবা" "চানবিবা" চহী কুল্লাগী মমাঙদা ঐনা কোইথি থিরম্লবা পোৎশক্লি। "নুংশিবিয়ু" "চানবিয়ু" ...লৈরক্তা, খুল্লক্তা। মতমদুদা ঐগী খোল্লাউনি। অদুগা সিমদি হায়গে খোল্লাউদু ঐগী থম্মোয়না য়ানীংখিবা খোল্লাউদি নৎতে। তশেংনমক ঐগী থম্মোয়দি তুমিন লৈখি, মাদি খক লাউখিদে। খক লাউখিদে। অদুবু চকখাওসিদি অঙাওবনি, থম্মোয়দগীসু হেন্না হৌনা লাউবা ওম্বা মীকিথিনি। মানা লাউখিবা খোল্লাউ, থম্মোয়নদি য়ানীংখিদবা, শুকয়া য়ানীংখিদবা। নঙনা ঙশায় লাউখিবদুগুম ঐনা হৌনা হৌনা লাউরমই। মতমদুদা ঐ চহি ১১...
(খোঙনাওদা)

হায কনানো পুম্ব্রি কূমলিবদো ? মদু নপাগী পুম্ব্রিরো। নঙগী নপানা পুম্ব্রিদু তৌব্রা হায়বা। কনামত্তনা পুম্ব্রিদগী ঈশিং শোকপা য়ারোই। হায় কাখৎত্রিব্রা ? নংতে ঐ থোক্লকউ হায়বিব্রো ? কবিগুম্বা ঐ... কনাগী মৌ শকথিবীনোনে ? হায মতুং মনাও খঙঙু। মদু শাজৌসনাগী পুম্ব্রিনি, মদুদগী নৈকায় কনামতনা ঈশিং শীজিন্নবা য়ারোই। ঐহাক উদ্রিঙৈদা তুমীন্না শীজিন্নবে হায়না ঐনা খজিক্তং চিংনবদা, ঈশিং থকপা খুদিংমক শিননবা হু হৈজিনগনি। মদু নঙগী নপাগী পুম্ব্রি নত্তে, শাজৌসনাগীনি মসি খঙনা থবক তৌ। য়েংশু য়েংলকইনে।

(তিন শিংলি)

(সনাতোম্বীদা)

কাসিগী মপু, য়ুমসিগী মপু, ইংখোলসিগী মপু ঐনি। মফমসিগী পোৎ খুদিংমক ঐগীনি। কাসিগী কাংথোল, চৌক্রি, থোঙ, থোঙনাও, কোল-লিক, পোৎ-চৈ পুন্নমক ঐগীনি। কাসিগী নিংথৌ, মফমসিগী নিংথৌ ঐনি। কাসিদা অনৌবা হাপচিল্লকপা লৈতেং অমনি নঙ। অদুগা কাস্সিদা মনীং তৌবা মপু অমনি ঐ। মফমসিগী পোৎ-চৈ, মচু মথেল খুদিংমক ঐনা য়ানীংবা ঙাক্তা ওইগদবনি। ঐনা যানীংদবা পোৎ অমত্তা মফমসিদা লৈবা যাবোই। ঐনা হেক য়ানীংদবা মীৎকৃপ্তা নহাক চৎখিবা তাই। ঐগী ইফমসিদা লৈবিবা থবায় পানবা পান্দবা অমত্তা মবন্নাই ব্রাখলগী ব্রাখলনা কাবিমত্তা তৌবা য়ারোই। নঙশু ঐগী অপাম্বগী মায়য়োক্তা করিমত্তা তৌবা য়ারোই। করিগুম্বা তৌগে নীংলবা ঐ নঙবু হাংতোক্কনি।

(ঙকশম পায়)

অদুগা নহাক মফমসিদগী চেনখিবসু য়াবোই। মফমসিদা নঙ ঐনা য়ারিমখৈ হিংগনি। নঙগী পুন্সিগী শো ঐনা পায়গনি। নঙনা চানীংবা চাবা য়ারোই। মরমদি নঙগী চাকখাওগী শো ঐনা পায়গনি। নঙগী নমীৎকী, ননাগী শোজে ঐনা পায়গনি... নঙনা যেংনীংবা পোৎ য়েংবা য়ারোই, তানীংবা খোঞ্জেল তাবা য়ারোই। মবমদি ঐ নিংথৌনি, ঐ মপুনি, ঐ অকনবনি, ঐ অথৌবনি।

(থোংনাওদা)

হাই মীনাই ময়াম ! নখোয়না লাঙলিবসি করিগীনো ? সিবু নপাগী

কুমহৈরো। নখোয়না য়েংনীংলিবা করিগীনো ? মাসু নখোয়গুম্বনি, (সনাতোম্বীবু চিংশিল্লগা থোঙনাও ময়াদা লেপহল্লি)
তু উরব্রা। সিবু নখোয়না অসুক য়েংনীংলিবা করিগীনো ? নমানা পোকপদগী সিগুম্বা উদ্রিব্রা নখোয়বু। মসি ঐগীনি, ঐগী শাজৌসনাগী। চৎলো! সি নখোয়গী লাওফম নত্তে। মসি নপাগী য়ুম নত্তে। শাজৌগী য়ুমদা লৈকায় লাওবা য়াদে। চৎলো... চৎলো... চৎলো। (সনাতোম্বীদা)
নওবু ফজে হায়রী। ঐসু য়ানীংই। নও ফজে। নওনা শক ফজবা করিসু কায়দে। ঐনা য়াবা শকনি, করিসু কায়দে।
(সানাতোম্বী কপই)
ঐনা হায়রীবসিনি কপকনু। কপলিদি করিগীনো ? কপকনু। ঐ কপ্পা তানীংদে।
(অমুকসু কপই)
কপকনু হায়রবমক্তদা ..।
(খুৎপাক্লা থাক্তিল্লি, চাকখুমদা চেনশিল্লগা শীংঙবাক অমা পুরকই) হুন্দকমূক কপ্লবদি... ।)
ঐ শাজৌসনানি হায়বসি খওদমায়ে। ঐবু উশিৎত্রিবা হায়দুরা। ঐসি সনানিনে সনা। ঐগী ইপাদু ময়াম্বুং য়াইমগী মশুনি খওলব্রা ? মীনা মাবু সনখ্যা কৌনবনি খওলব্রা ? ঐগী ইপা-ইপুশিংদো নিংথৌনি, ঐসু মফমসিগী নিংথৌনি। ঐ কপ্পা তানীংদে, অদুননি কপকনু হায়রিবসে।
(কপ্পা তোকপ্রে, হৌনা নোকই শাজৌ)
হা .. হা... হা...। কপত্রে, হৌজিক কপত্রে। নপিদু তৈথোকউ। মতম অমদা ঐনা কপ্পা কান্দা মীনা ফৃখি। ফরে মসি তোকসি। ঐ নীংশিংবা হৈনদে, ঐ মাওব্রবা পোৎ থিদে। অদুগা অমনা কাসিদা লৈরিবা খূদিংমক্তা য়ৈখাই থিনগাই, অকায়-অতোই অমত্তা থোকলোই, ঐনা হেক থুগায়দ্রি ফাওবা। ঐনা পুম্নমক ভাক শেল্লি। নওনা কনাসু কিরোইদবনি, ঐ নত্তনা। ঐ চাক লাম্মে। চাক থোংও। চেওফুদা চেও লৈবনি। করি করি লৈবগে য়েংঙু। অমা হেক্তা থোংঙু। লোয়নমক অহাওবা ভাক্তনি, ঐনা পাম্বা ভাক্তনি। ঐনা পামদবা পোৎ অমত্তা ঐ মফমসিদা থমদে। চাক লোইরগা ঐবু হৌদোরকউ। (চৌক্রিদা তৃম্মী)

(সনাতোম্বীনা চাক থোংনবা লাংলি। বালতিন অমদা হাইফেৎ থেংখি। গরাং...)
নমীত্তু উদ্রো। ঐগী পোত্থাবা কায়হন্নবা নঙবু থম্বদি নত্তে। নমিত্তু উদ্রো। শকথিবী।
(ফূই... কপই...)

(মৈ তপ্পা তপ্পা মমথখি)

(তপ্পা মৈ ভাল্লকই, নোংভাল্লক্কে তাকই। উচেক খোংই, নুংশিবা লাইশোন ঈশৈ শকই। থোঙনাও হাংলি। শাজৌ তূমলি। সনাতোম্বী চঙলকই, মখূত্তা ধূপ শেমপাক অমদা লৈ খরা। কাচিন অমদা লাই খুরুমই। লাইশোন ঈশৈ শক্লকই মনুংদগী)

ঈশৈ ...

শাজৌ : (খুরুম্মীবদু য়েংই, নোকই, নোকই...) (সনাতোম্বী কিবনা তাশিল্লি) মসি শান্নফম নত্তে। মফমসে শুফমনি, নোমফমনি। অদুগা নঙশু অঙাং নত্তে, লাইফদিবী শান্নগদবা মতম হৌজিক নত্তে। মতুংদা নঙ 'সিগুম্বা ফাগীসি তৌগনু। ঐ মাবু থাজদে, ঐ মাবু তূকচে...
(তিন শিংলি)

সনাতোম্বী : মানা মপুনি, নিংথৌনি, পূন্নমকপু শেম্বনি।

শাজৌ : (খুবাক্লা থাজিল্লি)
ঐগী মায়য়োক্তা ব্রা ভাঙবা য়ারোই। মানা মপু, নিংথৌ, পূন্নমকপু শেম্বা হুঁ ঐ মসি য়ানীংদে, ঐ মসি য়ানীংদে।
(শাউনা)
পূন্নমকপু শেম্বা। পূ...ন্ন...মক...পু শেম্বা...। অদুদি ... ঐগী ইখুরাবু শেমখিবদু মানি। মতমদুদা ঐ চহী ১১দা ভায়রি। মানা শেম্বা, মানা শাবা ইখুরাদুনা ঐবু ইয়ূমদগী তানথোকখি। ঐগী ইরালনা করি? ঐনা য়ূমদুদা পোকউবদুরা? হুঁ... হুঁ মা তূকচরবা শা অমনি। মা নিংথৌ ওইবা য়ারোই। ঐ মাবু তূকচে, তূকচে। ঙসিদগী য়ূমসিদা লাইথি শান্নবা য়ারোই। ঐ কনাগীসু মতেং পামদে। লম্বেলসিদা ঐগী লমজীংবা অমা দরকার ওইদে। চংপা হায়বসিদি ইথৌনি, চংপদি শোয়দ্রবনি, পচ্চুংফমদি অবায়বনি। লম্বেলসিগী

পচ্চুং ঐ খণ্ডনীংদে। খণ্ডনবসু হোৎনরোই। পচ্চুংদু হেক খণ্ডবগা নণ্ড ঐ ইখোণ্ডদা হাপু চেনগনি নত্ত্রগা মণ্ড মণ্ডনা মণ্ডনা চৎকনি। ঐ ঙসি ফাওবা মণ্ড মণ্ডদ্রি। অদুনা ঐদি খক মণ্ডলাকনরোই। কনাগুম্বা অমত্তনা ঐবু মণ্ড মণ্ডহনবা য়ারোই। নণ্ডনা ঐগী যুমসিদা লৈরিমখৈ মণ্ড মণ্ডবা য়ারোই। ময়ামসি লোইশিল্লু

(সনাতোম্বীনা ধূপ থাউমৈ লোইশিল্লি, কিনা)

"লাই", "ঈশ্বর", "ভগবান" হুঁ... হুঁ। হে লাই... নণ্ডবু নীংবা খুদিংমক লাইথুং থুংই। ফত্ত্রবা মহীক, লায়না শন্দোকপা লাই নণ্ড শাজৌগী যুমদা চণ্ডলকপা য়ারোই। নণ্ডগী মিৎত্রং চণ্ডগদবা শাজৌ নত্তে, খণ্ডলব্রা।

(নোকই)

অপণ্ডবা লাই। লাই লৈব্রা ? লাই লৈতব্রা ? ঐঙোন্দা দরকার ওইদে, লৈগে লৈজৌ, লৈবোই তোকলো...। কান্নদবা পোৎ থিগদবা শাজৌ নত্তে। ঐ মীরেম নত্তে।

(যাত্রাসিং মনুংদগী লাউরকই)

যাত্রাসিং : "সনা ইবুংঙো" লৈব্রো ? সনা ইবুংঙো লৈব্রো ?

(সনাতোম্বী চণ্ডখি)

শাজৌ : তাদা নত্ত্রো ? চণ্ডলকউ, চণ্ডলকউ।

যাত্রা : নণ্ড ঐ উনগনি হায়বা নীংলুদ্রবনি। নুমিৎ মরিনি পুবা উথক্তা লেকপনি। থায়না নত্ত্রে, শমিন খজিক্তং ফংবগা থোমজিল্লকপনা হেল্লি। খুনখাগী লোকচপ্পু য়ৌবদা নুমিৎ তরেৎনি চণ্ডই। খণ্ডদ্রে সনা ইবুংঙো হন্দক্কী খোঙফমসিমদি য়াম ৱাপ্রে।

(চৌক্রিদা ফমথৈ)

শিরুবদগী হল্লকপা হায়বদুনি।

শাজৌ : অদুনা লম্বীদা লোইনা লৈহৌরে, ঐগী শরুক য়াওদ্রে শিবা ?

যাত্রা : তপথৌনে সনা। ঐসু অদুমক্তি হায়দেদনা। ৱারীসে হৌরকপদা মণ্ডায়রী, লোইশিনগদবগী হেক্তা হোৎনবসিবু করিনো ?

শাজৌ : তাদনা ৱাকোই শুবগী কান্নবা লৈতে। ৱারকপা ৱারকতবা হৌজিক য়ৌরক্রেদনা। হুঁ তা যাত্রা শিদ্রে হায়বা। শিরকতবসি ফব্রা ফৎতব্রা কোন্না নৈনসি। কদাই পীরো ঐগী শরুক তংখাই।

যাত্রা : নওগী শরুক হায়বদু ওায়খোনে। ঐসু পীরোই হায়দ্রি। হায়নবদুমক মৌদ্রবসু পুরকপদুগী তংখায় অমদি ঐসু পীনিদনা।

শাজৌ : ঐগী তম্বায়গী তম্বায় পামদে তাদা। ঐনা হায়রিবসে মপূমগী তম্বায়নি।

যাত্রা : অমুক্তদি তপথখো কৈদৌগে সনা ইবুংঙো। থায়নগীদুগা হন্দক্কীসিগা মান্নদ্রে হায়রেদনা। অদুবু ঐসু নওগী নীংবা থুংনবা কারিগী হোৎনদনি। ঐবু মীতোপলা।

শাজৌ : হোৎনবীয়ু, হোৎনবীয়ু...। ঐগী নীংবা থুংনবা হোৎনবীয়ু। অদুক কুইবদি শোইরকত্রগা হন্দক শোয়বগী বারী তানীংদে।

যাত্রা : হোয়নে হোয়নে...। শা লানগী বারীদুবুদি ঐসু শানীংদেনে। বাবী নুংঙাইনবা খৃৎলাই য়াওরি
(লিক্রি অমা পুথোরকই)
থাবল থোকহনসিরা? নোং চুহনসিরা? চৎলো নমীৎ নমায় শেংদোকলুরো।

শাজৌ : অদু তাদা... শাজৌদা মীনমগেদি খনগনুকো।

যাত্রা : ঐনা খনগে হায়দেদনা।
(শাজৌ থোকখি, যাত্রানা কাদা লৈরম্বা গ্লাস অনী পুথোকই...। মশাদু মোন্দা নুংঙাইনা উই...। ঈশে মতেক মতেক ঙংই। ফক থাই শাজৌ হেক চঙলকপগা হৌনবা থৌবাং তৌই। শাজৌ চঙলকই... মমায় তৈথোকই। বেরি লাল্লি যাত্রানা। শাজৌ ফক্তা ফমথে।)

যাত্রা : (হিদাক হৈ, শাজৌ থকই। মাসু থকই)
কুল্লা উনব্রা?

শাজৌ : উনে।

যাত্রা : কমদৌব্রে?

শাজৌ : ঐ খাইদোকপা তম্লক্তে তাদা।

যাত্রা : য়েন্নবদি তম্লকইদনা।

শাজৌ : তম্লকত্রবসু হৈদি হৈনি। য়েন্নবা হায়বদু খাইদোকপগী অশঙ্বা বনান্নি। ঐ মদুমদি তৌরম্বা য়াবনি।

যাত্রা : অদু কৈদৌরবা ?

শাজৌ : হৈয়ু তাদা

(রাউন্দ অমা লৌই)

ঐ শাজৌনি হায়বসি মা মরক মরক্তা কাউমান্নে। মহাক মমিৎ শেল্পী, মচিং নাইবা মীনি শিবাও। হুঁ নোকপু নোকনীংই।

(নোকই, বাউন্দ অমা লৌই)

মানা তৌদৌবিবো করিনো ? পীদ্রবদি মুনগনি শিনিনে। ঐবু হাৎকনি হায়বীয়ে তাদা। কনামত্তনা শাজৌদগী মুন্দুনা লৌখিদ্রি। কুপ্লনা মুনগনি শিনি। ফৈ মা কয়াম মরীংজেল লৈবা মীনো য়েংবা তাই। হুঁ তাদা ঐনা হায়বদি মানা মুনগনি হায়রীবনিনা মুলহনবা তাইদনা। মাগুম্বনসু শাজৌদা শীংনরিনে। উন্নবা মফমদা মুনগদবা মখুত্তু ককথৎপিনি... হা করি হায়গে তাদা ?

যাত্রা : পায়যু সনা

(অমগা হৈ, মাসু লৌই)

শাজৌ · করিনো তাদনা তিন্নবনি হাযদুনা মাবু কনখৎলিব্রা ?

যাত্রা : ঐনা কৈদৌবৈ কনখৎতৌরিনো। নঙগী অনীংবদা ঐনা থিংবা য়াওখ্রব্রা ? হায় ঙাইখো নঙবু শক্তি মচা অমা ফারকই হায়বদাই। কবি লমদৈনো। কমদৌই ?

শাজৌ : লোয়াবমদৈনি। মতৈ হ্বাবী অমগীদা লৈবনি। মানা পীবকপনি। ঐগী ইমুংসিগী লৈতেং অমনি। শাজৌসনাগী পুম্রিগী ঙা, ঐগী ইবল। মশক ফজে, বাসি লৈ, মতৌ লৈ। কৈদৌগেগে ?

যাত্রা : হুঁ... হুঁ ঐ করিসু তৌরোই য়েংবদি য়াইদনা।

শাজৌ : ফজবা পোৎতি পুম্নমক য়েংনীংই অদুনা তা যাত্রাসু য়েংনীংই।

যাত্রা : ঐসু মীনিনে।

শাজৌ : নঙ মীরা পোৎলা ? ঐঙোন্দা দরকার ওইদে। অদুবু চেকশিনগদবা অমদি মহাক শাজৌগী পুম্রিগী ঙা অমনি। মিলর কাপ।

যাত্রা : মথংগী নিংঙোল চাক্কৌবগী মথেল অমা।

শাজৌ : বা ঙাওবদা খর চেকশিনবা ফৈ তা যাত্রা। তা যাত্রানা তোয়না পনলিবদু শাজৌগী পোৎ অমনি।

যাত্রা : নঙগী শাউগনবসিননে। ঐনা লৌগে হায়রব্রো। চুম্না য়েংগে হায়বনি। ঙাইখো নঙনদি নপোৎনি হায়দুনা অদুক পাম্মুরিবদুবু মখোঙ পানবা থব্রায়দুনবু নঙবু য়ানীংলিব্রো।

শাজৌ : শাজৌগী ইংখোলদা লৈরিবা মথব্রায় পানবা পান্দবা পুম্নমক শাজৌবু য়ানীংই। মখোয় ময়াম্না অমত্তা ওইনা, য়েৎনবা লৈতনা ঐবু নিংথৌ খল্লবনি। অদুগা অমনা মাদি লৈনি, অখোৎপীনি, অনৌবীনি, অশেংবীনি অদুগা ঐনা নিংথৌ, মপৃ, অকনবা... । অদুনা তা যাত্রা মানা ঐবু নুংশিবজাৎনি।

যাত্রা : হোয়নে হোয়নে... (নোকই)

শাজৌ : তা যাত্রাগীসি ঐবু নোক্লবিব্রা ? (যু লৌই)
মশক ফজবীদু শাজৌসনাগীনিনে। শাজৌনা মাগী মপুনিনে তাদা। থাজদ্রগা য়েংগেবো... ?

যাত্রা : ঙসাইদগী য়েংনীংলবনিনে।

শাজৌ : অদুবু খঙগদবা অমদি মা ঙা অভৌবনি, নুংশাদা কুইনা থম্বা য়াদে।

যাত্রা : মিলর কাপ।

শাজৌ : হাই নঙ অমুক্তা থোক্লকউ।
(তাদে)
হাই সনাতোম্বী... ।
(সনাতোম্বী থোরকই। কিনা লাপ্তক লেপই)
অমুক কৌবদা তাদবা কবিগীনো ? ননাদো পঙব্রো চঙশিল্লকউ। তা যাত্রা নঙসে শকথীবশিংগী মনুঙদা অমনি নঙবু কিবদগীনি মানা চঙলক্লিবসি।

যাত্রা : সনা ইবুংঙোগী খুত্তা মিংশেল অমত্তং য়াওরল্লবদি খঙগদবনি। ...শ্বাইদা চঙলকউ ইবেম্মা।

শাজৌ : শাজৌনা ঙাওবা নত্তবা মানা করিসু তারোই। লাউ... হায়... লাউ হায়রগা।
(কিনা চঙলকই, শাজৌগী মনাক্তা লেপলে, শাজৌনা পেন্না নোকই)
শাজৌনা হায়বা খুদিংমক মানা য়াগনি। অসুক ফজবা লৈশাবিসি শাজৌনা হায়বদা ইল্লবনিদো তঞ্জানা। নত্তে ফজদ্রো তা যাত্রা ?

যাত্রা : (খুমদে, উংই)

শাজৌ : ফজদ্রনে ?

যাত্রা : য়াম ফজে... মপান শাৎপা কফোই পাম্বীমুক ফজে।

শাজৌ : ঐগী ইংখোলদা হৌবা কফোই পাম্বী। ঐগী কফোই মপাল! (যাত্রানা মুন্না য়েংই, মীৎ কৃপতে। চগুশিল্লগা পায়রুই, নাল্লুই) নখূৎ লেঙনু তাদা (ইম্বোকই)

যাত্রা : অশাববা য়েংবনিদা।

শাজৌ : মথবায় য়াওবা পোৎনি। ফম্মু... শাজৌগী ইংখোলদা য়েন্নীংথানা লাকপগী বারী লীগে। মচা মচাখক হৈয়ু। হাই নঙ অদুম লৈগদবনি। নমায়দু তা যাত্রাদা ওনশিল্লু...। ইয়া ওনশিল্লু হায়রগা। শকথীবা পাম্রাসি নঙবু য়েংনীংমাল্লে। য়েংহল্লু য়েংহল্লু। (হিদাক লৌই)

যাত্রা : ফজবসি য়েংবদা নুংঙাই।

শাজৌ : শাজৌগী খূৎশেমনিদনা।

যাত্রা . শাজৌগী'

শাজৌ : ঐগী ইংখোলদা হৌবা। ঙাইখো... তাদগী নুপী শিখিবা কয়াম কুইবে ?

যাত্রা : কুইরেদা সনা ইবুংঙো। চহী কুনদি হেল্লম্লনি।

শাজৌ : ইমুংদা নুপী অমা লৈবসি ফৈ। লৈশাবী মশক ফজবা অমা হায়বা। তা যাত্রা ঐ খূৎনা চাক থোংদে...।

যাত্রা : ঙরাং নুংদাংদগী... ?

শাজৌ : মী নোক্লবা তৌনু তা যাত্রা... ঙরাং নুংদাংদৈ নত্তে, ঙবাং অয়ুকতৈনি। তা যাত্রানা নতিন কূৎ কূৎ য়োৎপমখৈ য়েংলিবা লৈশাবিসিনা থোংলগা শাজৌসনানা চাবিবনি। মতুংদসু ঐ ইখূৎনা চাক থোংলরোই।

যাত্রা : লুহোংলব্রনে ?

শাজৌ : (নোকই) "লুহোংবা"। "লুহোংবা" হায়বা অপুম্বা ঙাদুগী হন ময়ামনি লৈকায়সি. লেঙ লেঙ চৎপা নমথিবা হন ময়ামগী লৈকায়।

ওক... থুই
(তিন শীৎলি)

যাত্রা : নঙসু হন অমা। লৈকায়সিগী হন অমা।

শাজৌ : ঐ লৈকায় য়াওদে তাদা।

যাত্রা : নঙ হিংমিন্নবা পামদে।

শাজৌ : মখোয়না কবি খঙলদনা?

যাত্রা : হিংমিন্নবা।

শাজৌ : শিমিন্নবা, শিমিন্নবা হায়য়ু তা যাত্রা। মখোয় লোইনা শিনি, শিয়ু য়াদ্রগা লোইনা ঐনা হাৎতোক্কনি। মখোয় লোইনা শিনি।

যাত্রা : কনা হিংহৌবা।

শাজৌ : শাজৌ। শাজৌ হিংহৌনি।

যাত্রা : (নোকই)

শাজৌ : নোক্কনু। ঐবু উশিংৎত্রিবা হায়দুরা।
(য়ু লৌই, যাত্রা তুমীন লৈ)
মখোয় হিংমিন্নবা পামদে। মখোযগী যেনখাদা চাক চখোম অমগীদমক কুল্লম্বা চরাম চদৎনবা হুইনাও মচাদু ঐনি। পীক্লবা ঐগী ইনঙ্গন্দা ফিনাৎ, চেকতুম, নূংদুম। মখোয় হিংমিন্নবা পামদে, মখোয় হিংমিন্নবা পামদে। ঐনদি মতম অমদা পাল্লম্বা, ঐনা ইপাঙ্গল শোল্লিঙৈদা পাল্লম্বা।
(নোকই হা... হা...)
ঐসু পামদে। হৌজিক ঐ হিংমিন্নবা পামদে। ইতোমতা হিংনীংই। ঐ কৈদৌখি খঙব্রা? মখোয় ময়ামগী ময়ূমদু অহিংদা ঐনা মৈ থাখি। অদুদৈনে ঐবু মখোযনা শা হায, অহিংবা শা হায়, হিংচাবা হায...। ঐবু উবদা তিন শিৎলি। ঐ উবদা মৌনহাশিংনা থোঙ লোনশিল্লি। অঙাংশিংনা কোয়চেন চেল্লি। (নোকই)
ঐ মৌনহাশিংদু য়েংনীংদে অদুবু মখোয থোঙ লোনশিল্লি। অদুগা মখোয় ঐগী পূখ্রিদগী ঈশিং শোকই। ঐগী থোঙ্গান্দা কনামত্তা ঈশিং খূয়া অমগীদমক নত্রগা চেঙ খূয়া অমগীদমক লেপ্লবা য়াবোই। ঐ মখোয়বু য়েংনীংদে। মখোইবু তুকচে। লৈকায় অসি ঐনা ইত্থেক্লবনি। হৌজিক ঐগা মখোয়গা করি খেন্নরি? ঐসু মখোয়গুম্না মীৎ ভাঙলে,

মখোয়গুম্মা হ্বার হৈরে, শজি শঙাই অশোনবা লাকপা ঙমলে। খেন্নবা অমতংদি লৈ মদুদি ঐ, শাজৌনি, সনাগী মচানি ময়ামদগী হেন্না কনবা, থৌবা। হৌজিক ঐঙোন্দা ফীনাৎ লংখিবা মখূৎ ময়ামদু ককথৎকনি, ময়ূম মৈ থাদোক্কনি। মতূ মচাশিংদু মৈনুংদা লংশিনগনি। মখোয়গুম্বা অমুক লাক্কনবা। মখোয়গুম্বা অমুক পোক্লক্কনবা।

যাত্রা : অদুবু খরা তপ্না ভাঙভুনে নঙবো।

শাজৌ : ঐ মীকিথি নত্তে। ঐ কনাবুসু কিদে।

যাত্রা : অদুবু শাউনু হায়বা। অকনবনবু লাউব্রো।

শাজৌ : ঐ কল্লবসু মীনি। মী অকনবা, শাউবা হৈবা থবায় পানবা।
(যাত্রা নোকই)

শাজৌ : ঐঙোন্দা করেম্লনু তা যাত্রা।
(যাত্রা অমুকসু নোকই)

শাজৌ : নোক্কনু, ঐনা হায়বীবসিনি নোক্কনু। ঐ শঙই ঐঙোন্দা খুঙুপ লংখিবশিংদুগী অমনি নঙ।
(অনীসুবা রাউন্দ পায়)

যাত্রা : সনা নঙবু ভাওরব্রো। ঐ য়াওদেনে। মতমদুদা ঐদি অভাং ওইহিবিনে।

শাজৌ : নঙ য়াওদ্রবসু নঙগী নপা য়াওরমগনি।

যাত্রা : পাবুংদি ঐ পোকত্রিঙেদা শিগ্রবনিনে সনা নঙবো।

শাজৌ : অদুদি নঙগী নমাদু য়াওরমগনি। নমা... নমা... (সনাতোম্বীদা) হায় মাম্মা তোমচৌ নঙগা করি থোকনৈ। হায়য়ু নঙগা মাগা করি থোকনৈ।

সনাতোম্বী : ইপন।

শাজৌ : ইপন। নঙগী নপন। মাম্মা তোমচৌ উম! ঐ মাবু কাউদ্রি...।

যাত্রা : হৌজিক্তি শিগ্রেদনা।

শাজৌ : মানা ঐবু জিরীদা পুই। চাক পীজদে। উ থাংহল্লি, শাজৈনা নুংতিগী ফূই। হৌজিকফাও চৈক্ম লৈরি। (ফুরীৎ লৌথোক্লগা উৎলি।)
নঙগী নপন্না (সনাতোম্বীদা)
নঙগী নপাগী ময়াম্বনা

(সনাতোম্বীদা খূপাক্লা থাজিল্লি মশীং খঙদনা)
নঙগী নপন্দু নঙগী, নঙগী নপন্না।
(সনাতোম্বী কাহে)
(মহাক য়ু ভাওরে যাত্রানা থেম্মী।)

যাত্রা : তপথৌনে নঙবো।

শাজৌ : (যাত্রাবু ইহোকই, মাসু চোকথরে)
ঐ মখোয়গী য়ূম মৈ থাগনি, য়ূম মৈ থাগনি...।
(তপ্পা তপ্পা হাইথে, সনাতোম্বী তপ্পা তপ্পা হৌগৎলি, শাজৌদা মুন্না য়েংই)

যাত্রা : ইবেম্মা ঈশিং খিত্তা পুরকউ।
(সনাতোম্বী খূমদে)
নঙবুনে ঐনা হায়রীসে।
(সনাতোম্বী তুমিন লৈ, যাত্রা চাকখূমদা চঙখি। ঈশিং খবা পুরকই, মকোক্তা থাই)

শাজৌ : (ফূক হৌগৎলকই)
ঙসিসি নুংঙাইবা নুমিৎনি তা যাত্রা।

যাত্রা : উম, মানি ঙসিসে নুংঙাইবা নুমিৎনি।

শাজৌ : মরম?

যাত্রা : মরম!

শাজৌ : মরম হায়বু ঐগী ইংখোলদা থবায় পানবা পোৎ অমা হাপচিল্লে। ঙরাং ঐনা ফারকপা শজি মচা অমা। মমিৎ নুংশিবী শা অমা। অয়ুকসি নুংঙাইরবা অয়ুকনি। ঐ হরাওই তাদা। ঐ নুংঙাই তা যাত্রা। নুংঙাইরবদি কবি তৌবা তাই। কৈদৌ তাই তা যাত্রা?

যাত্রা : কৈদৌ তাই?

শাজৌ : নোকপা।

যাত্রা : নোকপা!

শাজৌ : উম নোকপা, নোকউ তা যাত্রা... (নোকই) নোকউ ঐনা হায়রিবসিনি নোকউ। হৌজিকফাও নোকত্রিব্রা? নোকউ, নোকউ...।

(যাত্রা নোক্লকই) (সনাতোম্বীদা)
ঐনা নঙোন্দো হায়খিদ্রা। নঙগী লনাই ব্রাখলনা করিমত্তা তৌবা য়ারোই। ঙসি নুংঙাইরবা নুমিৎনি। নোকউ... নোকউ। ঐনা হায়রিবসিনি।
(সনাতোম্বীদা খূপাক্লা থাই)
নোকউ, নোকউ।
(সনাতোম্বী কিরে, হাইফেৎ মচীন লেঙই।)
নোকউ হায়রবমক্তদা
(ফূগে তৌই অমুক্কা)

যাত্রা : (ফমই)
নোকইনে সনা মাদি ঙসাইনা নোকখ্রেনে।

শাজৌ : তাদা যাত্রা য়ানীংলব্রো।

যাত্রা : য়ানীংঙেনে, য়ানীংঙেনে।

শাজৌ : শকথীবা পাপ্পা নঙগীসু শজি অমা ফাবীগে। লৈরিব্রা হৈরকউ।

যাত্রা : (লিক্লি হাংলে)
লোইখ্রেবো সনা।

শাজৌ : লোইবা য়াবোই তাদা।

যাত্রা : ওকত্রবরনে নঙবো।

শাজৌ : হৈয়ু তাদা

যাত্রা : য়াওদ্রে হায়মী।

শাজৌ : য়াওদবা য়ারোই তাদা

যাত্রা : ঐবু কদায় কোৎলুদোইনো।

শাজৌ : ঐ নীংবা কায়বা য়াদে।

যাত্রা : চৎসি

শাজৌ : কদায়দা?

যাত্রা : থকখিনি হাযবদাইনে।

শাজৌ : লম্বী চিংঙু ঐ চৎলে।
(ফূক হৌগৎলি চৎপা হৌই, যাত্রা ইন্নে, শাজৌ অমুক হল্লকই)
ঐ লৈত্রিঙৈদা তূমিন্না চেনখিগে হোৎনরবা (মখৌরী পায়)

থৌরীনা পুন্নমসিন্না। উম শাজৌগী খুৎতগী ঙা অমফাওবা নাম্ছোকখিদ্রি।
(যাত্রা লেপ্পী, য়েংঙি)
ঐ চৎলে তাদা
(শাজৌনা মাঙ থারগা মরী মরী থোকখি)
(সনাতোম্বী তপ্পা ফমথখি, মশাদু চৈনানা লেঙবা ঙমদে, মমায়দা মখূৎ থন্নগা হিক হিক কপই, কপ্পগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা মৈ তপ্পা তপ্পা মমথখি।)

(স্টেজদা মঙাল লাকই, নুমিদাংনি। মচী অমদা সনাতোম্বী ফক অমদা মখূৎ শৌবগা হিপই, নাহে...। হিক হিক কপই...। লোয়ননা তূমথম্রে। অরাপ্পদা হুই খোংই। শাজৌ চঙলকপগী মখোল তাই। মহাক য়ু ঙাওরে। শাজৌগী মখোল লাপ্তক্লা তাই)

শাজৌ : হাই যাত্রা। মোইরাংথেম মচা নঙ ইখূৎতগী লীৎকনি নীংনু। নঙ মূক্লা যাত্রানি সিরো। ঐঙোন্দা মূক্লাগা য়ারোই।
(চঙলকই)
মূক্লা যাত্রা য়াবা শাজৌ নত্তে। হায়বীগে ঐসে সনানিনে সনা..., শাজৌসনানিনে ঐসে। ইখোঙ পায়গদবা নঙনসু ঐবু শীংনরীনে। নুমিৎ হুমনিগী মনুংদা পীদ্রবা ইখূৎতা নঙ শিবে খংঙু। নয়ূমদূসু মৈ থাদোক্কনি অদুগা নমা হনুবীদু মৈনুংদা লংশিনগনি। ইস! কৈসু লৈতবা মানসু ঐগা শীংনরিনে। ইস! মা ঐবু খঙদমান্নে।

(বা ঙাঙলম্বদগী চপ লেপখি, সনাতোম্বীদু উরকই। তপ্পা তপ্পা চঙখি। মখূৎ তপ্পা তপ্পা থিংজিনখি। সনাতোম্বীগী লাইবক্তা পায়রুই। সনাতোম্বী মীৎকপ থোরকই। অনীমক খংই। শাজৌ তুংলোমদা খরা হনখি। সনাতোম্বী ফৈজুপ্পা মশা খল্লগা তপ্পা তপ্পা তুং হল্লি, হুমাং কায়। কিবনা থক থক নীকই, মপি তাই)

শাজৌ : অসুক ঙন্না তুম্বগী মরম কবিনো। ঐনা হায়দ্রা... ঐগী য়ূমদা কনামত্তা মঙ মঙবা য়ারোই।
(সনাতোম্বী তূমীন লৈ)
ঐ ঈশিং থকনীংই
(সনাতোম্বী তপ্পা হৌগৎলি... চৎপা ঙমদ্রে... অমুক তূশিল্লি)
কৈদৌরে? নঙবু অশিব্রাও? ফূক হৌগৎপা য়াদ্রো?

সনাতোম্বী : ইশাসি লেঙবা ঙমদ্রে, নঙগী চৈনাদুনা। ইশাসি ঙমদ্রে...।

শাজৌ : নশা ঙমদ্রগা ঙসাইনা হায়বা য়াদ্রা? নচীন্দু পান্দ্রো। মীনাই শকথিবী...।
(খুৎপাক্লা থাই, চিংশিল্লগা তুমহল্লি। ফৈজুপ শুপচিনবী। চাকখুমদা চঙলগা ঈশিং লৌই, থকই। সনাতোম্বীবু মুন্না য়েংলল্লগা মাগী ফমুংদা তুমখি। মৈ মমখি।)
(নোং ঙাল্লে। নুংশিবা বাঁশি খোংই, মনুংগী কা অমদা সনাতোম্বী লৈ। থোঙ থীল্লকই)

ইমোচা : (মপান্দগী)
সনাতোম্বী, সনাতোম্বী।
(সনাতোম্বী থোরকই। থোঙ হাংই। ইমোচা চঙলকই, মখুত্তা পোৎয়োম অমা পাই)

সনাতোম্বী : হৈমা!
(ইমোচা ইকায়)

ইমোচা : ইনেগী ফৌ কাবকপনি। অসিগী সোবোক অচৌবসিগী মখা পাংনা খিতং চৎলগা ঐখোয় ইনে লৈ। নখোয় ইন্দোমচানা নঙ সিদা লৈ হাযবকই...। কমদৌবী হংলকই। কমদৌবী?

সনাতোম্বী : নুংঙাইবি।
(ইমোচা তৌফম খঙদে)
অদুগীবো নঙ লাকইসিবো?

ইমোচা : শুম উন্ননীংদনা।

সনাতোম্বী : কবিগী উন্ননীংলিবা।

ইমোচা : সুম... হেক্তা। ঐবুদি ইনেগী ফৌ থিনবা লাকপনি হায়না ঙসাইনা হায়ম্রেদনা। ঐঙোন্দা অসুক য়াম্না হংলিসিবু করিগীনো?

সনাতোম্বী : (হাইফেৎ নোকই)
অদুবু করিগীনো হবানবদৌনা ইপা পাখৎলিবো। ফম্মুদনা।
(মোরা পী)
কমদৌরী?
(ইমোচাগী খোঙগ্রাওদগী বাঁসি লিৎথোরকপদু উই)
সিমদি হৌজিক ফাও থাদোক্লিনা।

ইমোচা : ঐ নুংঙাইখংলকএ, থাইনগীদু নত্রে। সিবুদি সুম পুরকপনিদা কনানা খঙনি। ঐসু খোংনীংলকপা য়াই, কনাগুম্বসু তানীংলকপসু য়াই। অশেংবমক্তি নঙসু তানীংলম্বা য়াই।

সনাতোম্বী : নঙ থায়নগী লৈরক শাথৌবদু সুম ওইরি।

ইমোচা : নঙগী মিং থোনবা হৈবিবসিনা। খুন্দা ঐবু অশেংবা ইমিংনা কৌবিদ্রে, লৈরক শাথৌবা, ব্বারক হারৌ... সিবু করি ফজবগে ?

সনাতোম্বী : নঙগী নতৌদুনা হায়রিবনি। নঙবু করিবু তৌগে। নোং হেক ঙানবগা শনজাবুংদা বাঁশি খোংবা, নুমিৎ য়ুংলগা খরা হেল্লি। নুংশাদুদা কনানা তানীংদোইনো। অহিংদনা লৈরক্তা - তৃমলমদাই ফমুংদগী ফনা নুংঙাই... তৃমথখিবা খঙহৌদে।

ইমোচা : অদুনিনে... তানিংদে ফাওদি হায়নু হায়বা। খোংঙুরা ?
(বাঁশি লৌথোকপা, খংকাম কাম্মী। সনাতোম্বী নাকোঙ মেল্লি, খংলেপ লেপ্পী ইমোচা)

সনাতোম্বী : নঙবু অদুম্না সুম লেল্লদ্রো। নমান্নবদি লৌ পরী অমা-অনী কোন্নখ্রে। ইনেহোয়, মাম্মা পকচাওহোয়দি নঙদা ঙাঙনবদা খদাঙ চোকএ। খুন্দা নঙদৌনা তৌবা কনাবু য়াওরিবগে।

ইমোচা : ঙাইখো সনাতোম্বী, ইবানিসি কনানা হল্লমনি। লৈবাক্লেগা নঙগা কনানা হল্লি। নঙনা ঙাঙলিবদু মী তারগা নঙনা য়াম্না হনবগা মানখিনি।

সনাতোম্বী : লৈবাক্লেসু ঐনা হল্লি, নঙোন্দেসু হল্লি। থা অহুম-মরিদি শোয়দনা হল্লমনি।

ইমোচা : তানীংদে সনা। ঐসে চহী ফনা য়াল্লবজাৎনি। নঙোন্দগী ফনা য়াম্না হনবা জাৎনি।

সনাতোম্বী : হল্লবসু কৈদৌগে। নুংশিবদগী হায়বনি। নুংশিদ্রবদি হায়বিবা কাইয়ে।

ইমোচা : নুংশিবদগী... । কৈদৌবদগী হায়বনে হায়বা।

সনাতোম্বী : (নোকই)
কাউথোকখ্রে।

ইমোচা : ঐনা ঙসাইখে হায়দোক্তবনি। ঐ থায়নগীদু নত্রে। ঙসাইখে হায়দোক্তবনি।

সনাতোম্বী : করিবো ?

ইমোচা : ইনেগী পবী অমা মখায়দো ঐনা পায়বে। ঙসাইনা ঐনা ইনেগীদা ফৌ থিনবা লাকপনি হায়দ্রো। নঙ ঙসাইনা ভাব তাবা য়াবপোৎনি। পাজীনা লৌখায় অমা ঐগী মিংদা পানবীরে।

সনাতোম্বী : অশেংবা ?

ইমোচা : সৈত্তা। ঐ খোইবা হৌনে। মচিৎ অমত্তা ঙায়রে। হেক কূমখিবগা লোইবনি।

সনাতোম্বী . হৌজিক্তা খোইবা হৌববা।

ইমোচা : লৌরোক অনীরক লোকতোইনি। ঐখোয় মনীংগী লমহাংদুসু খোইদোক্লনি, লেম্না সুম লৈদৌ শকক। নঙ থবক য়াম্না চিনব্রো, নখোয় মাম্মোদা হায়নবগা নোংমা কুল্লকউ। ঐনা ভৌরিবা ময়ামদু অমুক্তা য়েংঙুরাও...। ঐনসু নঙবু য়াম য়েংহন্নীংই। অশেংবা সনাতোম্বী ঐ থায়নগী লৈবক শাথৌবদু নত্তে ..। মী অমা ওইরবনি। মী অমা।

সনাতোম্বী : হোযনে, হোয়নে। নঙদা মী ওইরোনে।

ইমোচা : নঙনা লাইবেম্বী ওইদুনা শুম লৈবগেরো। নঙসু মী ওল্লোদনা। ঐগীদা ইবান্নি মী ওইমিল্লর্বসি।

সনাতোম্বী : ইমোচা নঙ ব্রা যাম্না ঙাঙদৌবি।

ইমোচা : লৈবাক্তে লুহোংখ্রে। নঙনা চহী অমবোম হনবা লৈবাক্তেদু লুহোংখ্রে।

সনাতোম্বী : ই! কনাদা ? কয়াম কুইবে ?

ইমোচা : নঙ চৎখিবা নিনি লৈবগা। মাগী থায়নগীদুদা।

সনাতোম্বী : মখা লৈকায় তোম্ববো ?

ইমোচা : উম মশম খোইবদো। নূংনা শাল লাই মানবদো।

সনাতোম্বী : মীবুদি ফবনিদা।

ইমোচা : ইবেমপীশকতু লুহোংদৌবে।

সনাতোম্বী : নঙনা মী লুহোংবগী ব্রা য়াম্না ঙাঙলিসি কবিগীনো। ইকায়বা খরা খঙঙু ইমোচা।
(ইমোচা তূমীন লৈ)
চা থক্কদ্রা ?

**ইমোচা** : হ্ থক্কে। হ্ গ্লাস অমা পীয়ু।

**সনাতোম্বী** : ঐবু শাউরিবা হায়বদুরা ?

**ইমোচা** : নয়ূমনি ঐনা কবি তৌরুনি। ঐদনদা রাজবনি, মীনদি খঙবিদবা। অসুক লাপ্পা লাকইসি ফাগীবা ? মবম লৈতনবু হেক্তা চঙলক্কদ্রা ? ঐনা হেক হায়কবগা ফাগী হেক্তা, ঐবুনা অঙাওবা হেক্তা। ঐ চৎলগে (হৌগৎখি)
সুকলাক হেক লাকত্রগা লোইবে। ঙমমোয়দৌবোয় নীংত্রাও। ঐসু মীনে, অঙাওবা নৎতে। কনামগুনা ঐবু ঙাওই হায়দে নঙদনি হায়রিবা। ঐসু ঙমনি, সুকলাক লাকতবা ঙমনি।
(চৎপা হৌই)

**সনাতোম্বী** : চাদি থকখোদনা।

**ইমোচা** : থকওই। নঙদুম সি চাও
(খাওদগী হৈনৌ পুথোকই)
ঐখোয় মনীং ইংখোলদা পানবনি। অনী পুবকপনি, অমদি ঐনা চাথোকখ্রে।

**সনাতোম্বী** : য়াম চাউরেনা।

**ইমোচা** : মথং থাদদি হৈমুন ফারনি। মথং কারকপদা পুবিবক্কে। চেংহি ময়ানসু পুবিরক্কে।

**সনাতোম্বী** : নঙবু হৌজিক্তা সুকলাক লাকঅরোয় হায়দাই।

**ইমোচা** : নঙনা লাক্কনু হায়বগা লাকওইদবা মীরা ঐসে। লাকনীংলগা লাক্কনি লাকনীংদ্রগা তোক্কনি, নথৌ করি লৈ। ঐসে নুপানি নুপা। নঙনা নুপী, য়াম ভস্বা জাৎনি, খঙগুব্রা ?

**সনাতোম্বী** : ঐনবু করি হায়ব্রগে।

**ইমোচা** : হায়মা নঙগীসিদা পোমলিসি করিগীনো ?
(মরায়বক্তা পায়)

**সনাতোম্বী** : উখোংদা রাইশিনবা। ই... ই... কন্না পায়নু।

**ইমোচা** : নঙসিসু। খিৎ পাঙমনখিদ্রে। য়েংঙু... সে উব্রা।
(খুবোম তাখৎলি)
হাকুম মেরাদরা করিনো নঙ য়াম কন্না নাবদো, থৌ তৌবগী তাইবেল মনা থিবদা।

সনাতোম্বী : নমিৎনা অমদা নখোঙনা অমদা তৌববদি শোকচবা তাবনি ।

ইমোচা : নঙ নারমদ্রবদি ঐ শোক্লমলোয় ।

সনাতোম্বী : নঙোন্দা কনানা তাইরেল মনা থিরুচো হায় ।

ইমোচা : নঙ ব্রা ঙাঙনু । হায়দ্রবসু চৎপা তাবনি । মতমদুদবু নখোয় ইমুংদবু কনা লৈগে ? মাম্মসু চীংদা, নুপী ঙাক্তা... । ঐনা চৎত্রবদি কনানা চৎপীনি ।

সনাতোম্বী : অদুনা ঐনা চা থকখো হায়রীদনা । সে... সিদা ফম্মুনে । মশাদি ঙহাকতা লৈতাদে ।
(ইমোচা ফমথে মোবাদা । সনাতোম্বী চাকখুমদা চঙখি । ইমোচা বাঁশি খোংই, মথৱাই নুংঙাই)

সনাতোম্বী : হৌমল্লেদনা । খোংবা তারবসু খবা তপ্পা খোংঙুদনা
(ইমোচা তাদে অদুম খোংই, ঈশৈ ঙংই)
(ঈশৈ লোইর্দ্রিঙৈদা মবক থৎলি । সনাতোম্বী খোঞ্জেলদু তানীংদ্রদুনা চা পুশিল্লকই)

সনাতোম্বী · সে থকউসে ।

ইমোচা : অসুক লাপনা লাকলিসে মবম অমদি লৈরিবনি । মরমদু করিনো হংবীদে, কনামত্তনা হংবিদে । ব্রারকইবা কুইরে । য়াওশঙ কয়ানো, চৈবাওবা কয়ানো... । ঐবু ব্রাদুনতা সুম লৈগদ্রো, নঙবু নুংগুম সুম লৈগদ্রো । চীংলোন লান্না লাকপনি - কৈনোমদি পুখিনি, হনখিবদা । নাচোম পীগেবা পীয়ু নক্তুগা তিংখং । কৈনোমদি পুখিনি । অসুক কুইববু নোংমতা তাবিদে । ঐ পূক্লিং য়াম্না নুংশি ।
(মমায় লূকথখি)

সনাতোম্বী : ইমোচা... ইমোচা...
(মশা পাই)

ইমোচা : হুম... ।

সনাতোম্বী : সে..., চা ঈংত্রনি ।
(ইমোচা মঙক হাইগৎলকই । সনাতোম্বীবু য়েংই)
চীংলোন লান্না পাইবকপনি, ব্রাররিনি, সে... চা থকউ সে ।
(ইমোচা চা থকচিল্লি)
চিনি খবা হাপ্পুরা ।

**ইমোচা :** উম, চিনি খরা হাপ্পু।
(সনাতোম্বী চিনি পুবকই, হাপ্পী)

**সনাতোম্বী :** নঙবু কৈদৌঙে কুমদোইহ্নো ?

**ইমোচা :** হায়বা ঙমদে, হৌজিকসু হেক্তা য়াই, পুক্সিচৃপ্পা লৈথবসু য়াই।

**সনাতোম্বী :** কৈনো নঙ ঙাঙঙিদুবো ?

**ইমোচা :** কুমখিবদা কৈনো অমদি পুখিনি, কনানো অমদি হনমিন্নখিনি। ইমাসু য়াম্না শোল্লে, মতোমতা য়াম ৱাবে। ইমাদসু হায়বন্নুনি। ইতোমতা তরক তরক হনগ্রগা লৈশাবী ময়াম, মৌ ময়াম্না ঐবু নোক্নবদু ইকায়।

**সনাতোম্বী :** ইস! নঙগীসিদি লুদৌবিদা।

**ইমোচা :** ঐনদা মীগী ৱাবা, ঐগীবুনা কনামঙনা খনবীদবা.. । ঐ চৎলে সনাতোম্বী।
(ফুক হৌগৎলগা থোকখি। অমুক চঙলকই বাঁশি লৌবা)

**সনাতোম্বী :** ঐখোয় শ্বায়দা পঙখোং খোংনুকো।

**ইমোচা :** খোংনীংলগা খোংনি, খোংনীংদ্রগা তোক্কনি নখৌ কনি লৈ। (থোকখি)

(সনাতোম্বী ঙসিদি খবা হৱাওই, মীংশেল য়েংই, মশম হাংলি, থোঙনা ওদা অমুক য়েংই, মতোমতা নোকই। পুক্সিদা খঙহৌদনা থম্মোয়গী ইথিল অমা লাকুম তৌই। মনুংদগী ঈশৈ শকই। শাজৌ চঙলকই, মহাক য়ু ঙাওবে। অরাপ্পদগী বাঁশি খোংলকই।)

**শাজৌ :** (থোঙনাওদা য়েংই)
হায়! কনানো বাঁশি খোংলিবদো। মসি নপাগী বাঁশি খোংফম্ন?
হাই ফমনুনহে অদুদা.. । হৌগৎলুনে। ঙাওবু ঙাওব্রা কৈনো?
করিনো নঙনা কোইয়েং য়েংইদো? কবি হৱানগে তৌবিনো?
মসি শাজৌগী ইংখোলনি মুন্না য়েংনু, নমিৎতু কোংখোকচনি।
(ঙাইহাক লৈরগা অমূক খোংলকই)
হাই খোংনু তানীংদে হায়বগা . । নঙ ঐবু খঙদ্রো। অনৌবা থুংলবদুবা নঙবো।

**সনাতোম্বী :** ঐদি বাঁশি মখোলসি নংশি।

শাজৌ : ঐদি বাঁশি মখোলসি নুংশি
(খূবাক্লা থায়)
ঐনা হায়দ্রা যূমসিদা লৈবিখে নঙনা তানীংবা খোঞ্জেল অমত্তা তাবা য়ারোই। কনা অমতনা ঐগী যূমদা মঙ মঙবা য়ারোই।
(ভহাক তূমিন তূমিন লৈ। শাজৌ চৌক্রিদা ফমথখি। বেরি চমখৎলি)
লৈকাযসি লোইনা শিত্রবা অদুগা ইতোমতা হিংহৌরবদি কমদৌই। নত্ত্রগা মখোয় লোযনমক ময়ূম লৈত্রবা হুই অঙাওবদৌনা কোইচেন চেল্লবদি কমদৌই। শাজৌ খোঙ তেক্ত্রি, খূৎ তেক্ত্রি... কনানা খঙনি .. মসি ওইথোকপসু য়াই, ওইথোকপসু য়াই, ওইথোকপসু।
(ফূক হৌগৎলি)
হায় - বাঁশি খোংবা পাখংদু লৈবিব্রা ?
(োঙনাওদা য়েংই)
মহাক লৈবমদবা মবাযবক ফৈ।
(ফমথে)
ঐ খোঞ্জেলদু তানীংদে। কবিগীনো মানা অদুক হৌরিবা। অদুক তৌবা খোঞ্জেল পোকপদগী তাবকত্রি, নাকোং অসি পঙশিনগদৌবে। বাঁশি খোংবা পাখঙ নঙ নগুণ অমদি লৈবজাৎনি।
(ভাইহাক লৈবগা)
হায়, ঐ চাক লামলে। চাক থোংঙু...।

(মৈ তপ্না তপ্না মমথখি)

(মৈ ভাল্লি। যাত্রা চঙলকই, হুমাং কায়, শাওবনা থক থক নীকই, মখূত্তা থাঙজৌ অমা পায। ফমুং হাইদোকই, কাংখদা যেংঙি... শাজৌবু থি। মী চঙলকপগী শউম ফংবদা সনাতোম্বী থোবকই, ঙক্লা য়েংই।)

যাত্রা : শাজৌ লৈব্রা ?

সনাতোম্বী : অয়ুক ঙস্তা থোকখিবনি হনজিল্লক্ত্রি।

যাত্রা : উম! মা ইখূৎতগী লীৎকদবা কদায়দনো। শানি খঙনা খঙনা মী ওল্লক্কদ্রা হাযনা য়েংবনি। মাদি জঙ্গলদা, মীবক্তদি য়াবোই। শা ওনবদি ইবায লায়বা জাৎনি, ঐসু ঙম্মী। মা খঙদমানে। কয়াম তমথিবা শানো, খঙদোকপা তাবে...। ঐনা থিবম্মী হায়য়ু। যূম মৈ থাবা মী মশক খঙই হায়য়ু। মনিংজেল লৈববদি লোৎকনু,

কদায়দনো অমা হেক্তা উন্নবা য়াই তম্মু...।
(চৎখি। সনাতোম্বী পাখৎলি। লম্বীদা বাঁশি খোংবা তাই। খোঙনাওদা য়েংই। ইমোচা চঙলকই।)

সনাতোম্বী : কৈদৌবে বাঁশি খোংঙ খোংঙগা লাকইনো?

ইমোচা : ঐবু সিদা হুরানবা লাকপ্রো? হুরানবদৌনা তূমীন্না লোৎলগা চঙলকপ্রাও। ঐদি নিবা লাকপনি, মুনগে, লাক্কে, হুরানগে হায়বা নত্তে। পীরোইদ্রা সনা। ঐ কনাদসু অসুম্না খক নিখিদ্রি। নঙবু থাজবদগী হায়বনি। অসুক কুইবা চহী কয়াগী বারী হেক্তা কাউবা কনানা ঙমনি, ঐবু অঙাওব্রো, অঙাওবা ফাওবা ঙম্মোই। নঙসু কাউবগ্নোই। ঙরাংদা নত্ত্রো নঙনা লৈশাবী ফাখিবা। মতমদুদা ঐ করিসু হায়খিদে সিরো। বা হায়বসিবু চীনবান্দা হায়ব্রো, চীনবান লেঙদ্রবদি হেক্তা তাদব্রো। মবম লৈতনবু নখোয় লৈবক্তা সুম কোয়চৎ চৎকদ্রা? কৈনোম্মদি খল্লু। নঙোন্দা নিদ্রবদি কনাদা নিরুগনি, কনাদা হায়রুনি? নঙদি লাপ্না লৈববনিনা ফৈ। উদ্রবনিনা ফৈ, ঐদি হনখিবদা লম্বীদা সুম থেংনরুনি হাওবম লমহাংগী হৈনৌ, পুম্ব্রি অচৌবগী থোংগ্রা। ঐ তূমিন লৈবোই নীংব্রো, ঐ নুংতিগী চৎলিবনি, য়েংলিবনি। উরগা য়াম শাউনীংই, পূক্লিং য়াম নুংশি। ঐবুসু নঙদৌনা কাউহনগে হায়রগা লাউ...
(মখূৎ পায়)
হৈনৌদু য়ানথৎলুরাও, পুম্বিদু ফুমজিল্লুরাও, থোংগ্রাগদু থুদেকউরাও...। উদ্রবদি ফরেদনা...। ঐসু নঙদৌনা তৌবেদনা। "ঐ য়াম্না নুংঙাইতে। কাখৎ কুমথা রায়। থোংগ্রা শাবিয়ু. .।" নখোয়রোম থংবদা শাবা নত্ত্রা...। কনানা পৈয়া অমা পীবী। লাউ থোংগ্রা অদু য়ানথৎলুবাও। ঐনা শাবনি হায়দুনা ঐনা হেক্তা য়ানথৎকদ্রা। অদুবু ঐনা ইনীং তৌবা য়াবা পোৎলা। লাউ পূম্ব্রিগদু ফুমজিল্লুরাও।
(মখূৎ থাদোকই, চপ লেপই। তূমীন তূমীন লৈ)
চৎসি... সনাতোম্বী। নঙ মফমসিদা পকচদে। মফমদূদনা পকচৈ। অশংবা লবুক, অশংবা অতিয়া, অশংবা লমহাং। মফমদূদনা পকচৈ। চৎসি....। চৎসি।

সনাতোম্বী : ঐনা লৈরিবসি কদায়দনো, কনাগীদনো নঙ খঙদে ইমোচা। ঐ মফমসি থাদোকপা ঙমলোই।

ইমোচা : ঐগী নীজবদু পীরবোই সিরা ?

সনাতোম্বী : ঐঙোন্দবু কবি নীদোইবা, ঐগীবু কবি লৈগে পীনিঙাই।

ইমোচা : ইস! উদ্রগবু হেক্তা লৈতব্রা ? চিনি চম্প্রাবু হেক্তা উব্রো। হেকতৌবদো হায়য়ু কোকথোং অমা থল্লা হেকখিগে।

সনাতোম্বী : নঙোন্দবু কবি পাম্মুকনি। পুনিংথৈ পুখো, ঐগী অমা ফাও খাকলমনু।

ইমোচা : হো অদুনিদনা। কৈদৌঙৈ কুমশিগে। হয়েং চৎশিরা ? য়ারগদি ঙসি চৎসি। থেঙথরগা কবি কান্নে। ঐদি শ্বাইসি য়াম হৈনদে। কনামত্তনা বাঁশিগী ঈশৈ তানীংদে, কনামত্তনা থন্দবা লবুক য়েংনীংদে। ঐ লৈকায়সি য়াম হৈনদে। ঙসি চৎসিবা ? ইস! ইমানা নঙ উবদা কয়াম হবাওনি। মানা নঙগী নশমসি য়াম পাম্বনি। হাকুম লাই হরাওবদা নত্রা নঙ জগোয শাবদো। অহনশিংদি শমদা ঙাওইদনা। য়ুম হেক . ।

সনাতোম্বী : ইমোচা। (ঙাইহাক লৈবগা) ইমোচা। ঐ মফমসি থাদোকপা ঙমদে। লাংদা থুরবা শানি ঐ, চেনফম শুকলৈ লৈতবনি। নঙবু নুংশিবদগী হায়বনি। চৎলো নঙ মফমসি থাদোকউ, মফমসি কমদৌবনো নঙ খঙদে। চৎলো, নঙ চৎলো ইমোচা ঐবু ব্বারৌনু।

ইমোচা : সনাতোম্বী!

সনাতোম্বী : (মশা পায়বগা)
চৎলো নঙ চৎলো।

ইমোচা : ঐবু তাল্লব্রা ?

সনাতোম্বী : উম! নঙবু তাল্লবনি। ঐসু লাংসিদগী নাম্বোকপা ঙমলোই, নঙসু তেনজৈগী মাঙ থানা চেনবা ঙমলোই। নঙবু নুংশিবা, নঙগী নুংশিবা পুক্নিবু নুংশিবদগী হায়বনি।

ইমোচা : ঐগী ইরাল করি লৈরদনা।

সনাতোম্বী : ঐগী ইরাল। ঐগী লম্বীবু ঐনা হেক শেমজবা ঙমগদ্রা ? নোংমা পুক্নিনা ঐবু লোয়ালমদগী পুবিরকখি উমাইবীনা শদুম চেনবগুম...।

অদুগা মথৰায় পানবা শদুম ঐবু শা মকোনসিদা থাদবিরমই। করিগী অমুক থাদবীরমই, মানা সুম চাথোকপীরম্বনা ফৈ। শিজখিবনা হেন্না ফৈ। হৌজিক্লা হেন্না ইনীং তৌবা ঙমদ্রে। শিবদসু হিংবদসু অনীমক্তা ইনীং তৌবা ঙমদ্রে।

ইমোচা : করিনো নঙনা ঙাঙলিবদুবো ?

সনাতোম্বী : মসি ঐগী মাম্মগী য়ুম নত্তে। শা অমগী মকোননি... শা অমগী... (কপ্পী)।

ইমোচা : সনাতোম্বী !

সনাতোম্বী : নোংমা অয়ুক অমা ইতৈনা ঐবু নুপাসিগী মখূত্তা পীথোকই। অদুদগীদি শিবা, চঙবা অনীগী অরুপ অরোংদা ঙসি ফাওবা লেল্লকলি। নোংমা নুমিদাংৱাইরম অমা, নঙগী বাঁশি খোঞ্জেল তাবদা পীক্রুবা থৱায়সি অমুক্তং মমিৎ পাঙলমই, মঙাল অমগী আশাদা। অদুবু পূম্নমক অরেম্বনি। পূম্নমক অরেম্বনি, নঙ তেনজৈগী মাঙ থানা চেনবা ঙমলোই।

(শাজৌ চঙলকই, অনীদুনা উদে, ঙাঙনবিবদু তাই)

ইমোচা : (মখূৎ পায় সনাতোম্বীগী)

অদুবু লাইবক য়েংসি। চৎসি... । ফি য়োম্মু চৎসি।

সনাতোম্বী : ও ! নঙ মাবু খঙবদাইনে। নঙ মঙোন্দগী চেনবা শুকশ্রম ঙমলোই। মাগী মখূৎ শাংই। নঙবু নুংশিবদগী হায়বনি, নঙগী পূঙ্গিবু পামুবদগী হায়বনি।

ইমোচা : অদুবু লাইবক য়েংসি।

(অনীদুনা শাজৌবু উবে, শাজৌনা শাগুম্না ঙঙই। চঙঙকই। ইমোচাগী মখৌরী পায়।)

শাজৌ : লাইবক য়েংসি, লাইবক য়েংসি...

(কন্না চেনশিল্লি অঙাওবগুমই... ইমোচা ঙাইহাক জ্ঞান মাঙই)

নঙগী নরাইবক ঐনা লেপ্পিনি, হিংবা নত্তুগা শিবা অনীসিগী মরক্তা অমা।

(তূমীন লৈ)

হো... । নঙ শিবা কি। ফৈ মানি শিবা কিগদবনি। শিবা কিরবদি নঙ করিগী সিদা লাকই। নঙ কদায়দৈনো ?

ইমোচা : লোয়ারমদৈ।

শাজৌ : লোয়ারমদৈ (বাঁশি উই, ফুরিংখাওদে লৌথোকই) উম! বাঁশি খোংবা পাখণ্ডদু নঙলা? ঐ কনানো নঙ খঙব্রা? হৈ... খুমমুনহে। নঙ ঐবু খঙব্রনে?

ইমোচা : খঙদে।

শাজৌ : ঐগী ইমিং শাজৌ কৌই। খঙঙব্রা? নংতে নঙবু খঙব্রনে?

ইমোচা : খঙজবে।

শাজৌ : অদুদি ঐগী ইমিং করি কৌই।

ইমোচা : "শাজৌ"

শাজৌ : ইযা (খুপাক্লা থাই)
শাজৌ কায়না। ঐসে সনানিনহায়... সনা। ঐঙোন্দা সনখ্যা কৌগদবনি খঙব্রা .. "সনখ্যা শাজৌ সনা...।" খঙঙব্রা?

ইমোচা : খঙজরে।

শাজৌ : কনানসু শাজৌসনাগী ইংখোলদগী করিমত্তা পুখিদ্রি। মফমসিদা হার্পাচনবদনি, খাইদোকপগী রা য়াওদে। কনানসু করিমত্তা মুনখিদ্রি, লাকখিদ্রি, হূখিদ্রি। মরমদি কনামত্তনা মদুগী শক্তি লৈতে। বাঁশি খোংবা নঙ লাপ্না লাকপনি... কৈনোমা পুখিগে সি নত্তা। ঐঙোন্দগী লাকে, মুনগে, হূগে সিনিনে। নত্তগা নিগে সিরো। মফমসিদা কনামত্তনা কবিগুপ্না অমত্তা নিদ্রি। নঙ খরা থৌনা লৈনা উই। চেনখিনুকো। চেল্লগা নঙ য়াম রানি।
(ইমুংদা চঙখি। থাঙজৌ পুথোবকই। ইমোচা কিবনা থক থক নীকই) লৌনীংগনবা নখুত্তু ঐঙোন্দা পীয়ু...।
(সনাতোম্বীনা চঙশিল্লকই। শাজৌগী মখোঙদা তুই)

সনাতোম্বী : ঐ নঙোন্দা খুরমলি, মাদদি শোকপিনু, মাদদি শোকপিনু।

শাজৌ : (সনাতোম্বীবু মুন্না য়েংই, কাওথোকখি)
হায় নঙ, ঙসিদি নঙ চৎলো। মতুংদ: অমুক লাক্কনু। চৎলো।
(ইমোচা চৎতে)
হায় ঐনা চৎলো হায়বমত্তদা...। হায়! চৎলোনহে।
(ইমোচা তপ্না থোকখি, সনাতোম্বীদা য়েংলম্মী..., শাজৌ

সনাতোম্বীদা ওনশিল্লি, খূপাক্লা থাই) ঐবু উশিংতবা শাই। মখোৌবী পায়

(অসুম মেৎলি... মেৎলি)

(তপ্লা তপ্লা মৈ মমথখি)

(মৈ ঙাল্লকই। সনাতোম্বী কপই... হিক হিক। মনুংদগী নুংশিবা বাঁশি খোংই। খোঞ্জেল অমা তায় ইমোচাগী)

''চীংলোন লান্না লাকপনি...

কনামতনা হংবিদে

কৈদৌবে লাকপনো ?

হৃনখিবদা কৈনোমদি পুখিনি।

নাচোম পীগেবা পীয়ু নত্ত্রগা তিংখং...'')

(খঙহৌদনা যাত্রানা শাজৌগী অশোকপা মশা চিংদুনা পুশিল্লকই। যাত্রাগী মখূত্তা থাঙজৌ পায়বি। ঈ পূমতৈ তৈববা মখূৎ অমনা শাজৌবু চিংদুনা পুবকই। শাজৌগী মশাদু ঈনা পূমলূপ লূপই। শাথীনা শোকলিবদি ফৈগন্দনি। ফৈগন্দু মথীবোং মরীল থোক্লে। নাহে।)

**শাজৌ :** ঈশিং, ঈশিং... ঈ...শি...ং

(সনাতোম্বী পাখৎনা য়েংই, যাত্রানা হাইফেৎ নোকই...। অশোকপা মশাদু লৈমায়দা পোপ থাদে)

**যাত্রা :** (মশম পায়বগা মঙক হাইগৎলি)

নঙবু থাঙনা য়ানবসি যাত্রানি। শাগী ব্নারীদি অসুম্না হেক হেক লোইশিল্লি। সিগী মখা হায়বিয়ুরো - লৈকায়গী উমাইবীশিংনা নঙবু শেৎ শেৎতুনা চাগনি। নঙনা মখোয়দা তিন শীৎচিনবগুম মখোয়না নঙোন্দা শীৎকনি। লেঙ ওৎপা ঙমদ্রবা অশিবা শাগুম সুম লৈগনি নঙ। সুম লৈগনি।

(তিন শীৎচিল্লি, থাঙজৌ লংথোকই, চৎখি।)

**শাজৌ :** (চৈনা খাঙবা ঙমদে। নুংশা শ্বর ফুইনা হোল্লি)

ঈশিং... ঈশিং... ঐবু খিত্তা পীথকউ। ঈশিং... ঈশিং...

(সনাতোম্বী মমায় লৈথোক্লুনা লৈ নূংনা শাবগুম)

ঈশিং... ঈশিং...

(শিং শিংতুনা চঙলকই, সনাতোম্বীগী খোঙময়া য়ৌবে।)
ঈশিং... ঈশিং
(শাজৌ ব্রা ভাওখিদ্রে)

সনাতোম্বী : (তিন শিংচিল্লি)

(মৈ মমথখি)

## অনীশুবা উৎপা

(শাজৌ ফমুংদা ফমই। মখোঙ নাম্মা কেনখ্রে। মথবাক্তা বেন্দেজ পুল্লি। য়েৎ থংবা মখূৎসু, মকোক্তা খবা শোকই। লোক খুই... মপূং ফানা খূবা ঙমদে। খাঙই। মপান্দা বাঁশি খোংবা তাই। মখূৎনা নাকোং মেন্দুনা খাঙই। খোঞ্জেলদু তাবা ঙমদে। বাঁশিগী খোঞ্জেলদুদি লেপ্পা নাইদে)

শাজৌ : (খঙহৌদনা লাউরকই)

কবিগীনো অসুক হৈনা খোংলিবা। সিগুম্বা খোঞ্জেল অমুক্তা তাখিদ্রি। করিগীনো খোঞ্জেলসিনা অসুক ওৎলিবা

(থোঙনাওরোমদা)

হায়! বাঁশি খোংবা নঙ কনানো। মসি শাজৌগী ইংখোলনি নঙগী নপাগী ইংখোল নত্তে। খোংগে হায়বগা আ লবুক্তা, লমহাংদা।

(লোক খুই। অমুক খোংলকই)

খোংনু হায়বমক্তদা, হাগ নঙ ঐবু শক খঙদ্রা। ঐবু উশিংথ্রিবা হায়দ্রবা...। হায় হায়বীবিসিনি ঐ নঙবু মতূপ মতূপ ককথৎপা ঙম্বা মীনি।

(লোক খুই)

ঐবু উশিংথ্রিয়ে...।

(লেঙগে তৌই। চৈনানা হৌগৎপা ঙমদে. লোক খুই।)

(বাঁশি লেপখ্রে। ইমুংলোমদগী সনাতোম্বী থোবকপা শাজৌনা উই।)

ঐ হান্নগী ঐদু সুম ওইরি। ঐ হান্নগী শাজৌদুনি। নঙসু হান্নগী নঙদু সুম ওইরি। ঐগী পুক্নিদা ঙা অমা। নঙ মফমসিদগী চেনবা য়াবোই। ঐগী অনীংবগী মায়োক্তা কনামত্না করিমতা তৌবা য়ারোই।

(লোক খুই, মথবাক পায়, ব্রানা খাঙই)

চেনখিগে হোৎনবদা ঐ নঙবু মতূপ মতূপ ককথৎকনি।

(লোক খুই। সনাতোম্বী চঙখি। মাবু য়েংই শাজৌ, মখা চীকই)

ঐ নিংথৌনি, ঐ শাজৌনি য়ূমসিদা ঐ মপুনি...।

*(হৌগংকে তৌই ঙমদে। থোঙনাওদা উই - কনানোমা)*
হায় কনানো লৈহাও কারিদো। মসি শাজৌগী ইংখোলনি। নপাগী নত্তে। কুমথৌ... হাই কুমথৌনহে। কনামত্তা লৈহাউ হেকপা য়ারোই। হায় কুমথৌ হায়রগা। হায় কুমথৌনে...। নত্তে ঐ লাকও হায়ব্রো... কুমথৌ হায়রগা...
(লেঙবা ঙমদে মখা চীক্তুনা মরাইবক্তা খুৎতুম্না শুই। মনুংদগী ময়াম নোক্লকই। শাজৌ খাঙবা ঙমদে। নাকোং মেল্লি)
নোক্কনু, নোক্কনু। ঐবু নোক্লরিবা করিগীনো। মীথিবোং, মীকিথি... নখোযনসু ঐবু নোক্লবিব্রো। হৌজিকসু ঐ নখোয়বু কিদে, উশিত্তে। অশিবা লৈকায়, লুখাক চাবা লৈকায় নখোয়বু ঐনা কিবিদৌবোয় নীংব্রো। হৌজিকসু ঐগী আশা হন্দ্রি। ঐনা অঙাং ওইবিঙে, ঐঙোন্দা খোংউপ লংখিবা নখূৎ ময়ামদু লোইনা ককথংখিনি। ঐ হান্নগী শাজৌদু শুম ওইরি খঙলব্রা?
(মনুংদগী অমুক নোকলকই)
*নোক্কনু... নোক্কনু...।*
(ঙহাক লৈবগা মনুংদগী লাউই )

ময়াম . য়ুম মৈ থাবা হাৎলো, লৈকাইসিদা মহাক থমলবোইসি... হাৎলো... হাৎলো... ফুবো... হাৎলো. . ফুরো...।
(খোঞ্জেলদু তাবদা শাজৌ মশাদু খাঙবা ঙমদ্রে। ওন্ন থোইনা খাঙই। ঙাইহাক পোখাবে। লোক অমুক খুই)

শাজৌ : শগাইদগী হিদাক্তু পীয়ু। শগাইদগী হিদাক পীয়ু। হিদাক পীয়ু
(লোক খুই)
ঐনা লাউর্বসি জীব অমত্তা তাদ্রো? হিদাক পীয়ো।
(তপ্না তপ্না উপাই লৈতনা পোখাখি)
(মপান্দগী বাঁশি খোংলকই। সনাতোম্বী থোকলকই। থোঙনাওদা য়েংই। ইমোচা চঙলকই, মখূৎতা পোৎয়োম পায়রি)

ইমোচা : থেংঙে গাড়ি ফংদবসু য়াই।

সনাতোম্বী : গাড়ি ফংদ্রগা খোঙনা চৎলেদনা। নঙবু য়াম ৱাগদ্রাও?

ইমোচা : নঙগী হায়বনি। ঐবুদি ৱাবিবোই।

সনাতোম্বী : নুপা ময়ুম চৎপবু ৱাগদ্রাও?

ইমোচা : ঐ লায়রৈ, কৈন্যা তোংনবা শামু ৱায়দে, দোলাই ৱায়দে। থেঙলগা নুংঙাইরোই ফি য়োম্মু।

সনাতোম্বী : ঐ শামু তোংগে, দোলাই তোংগে হায়দে। তিংখংদা য়ূহনবিনু, চৎসি হাযবা লমশাং চৎশি। পুন্সিসে য়াম্না ৱানা লেল্লক্লে ইমোচা। ইচেগীদা কয়া অমা, সিদা কয়া অমা। ঐ য়াম্না ৱানা লেল্লক্লে। অহিং অমতং ওইরবসু পেন্না শাৎনীংই, নোংঙাল্লগা কেল্লবসু। হিংবা চঙবা অনীগী চঙ-শিদা শাৎকনি হায়বা কাউথোকখি। নঙগী ফিজিদা লেমহৌবা পুন্সিসি শিন্নরবনি।

ইমোচা : ঐবু হৌজিক ফাওবা থাজদ্রিব্রা ?

সনাতোম্বী : থাজদবগী ৱা নত্তে ইমোচা। হঞ্জিনবা পুন্সিনি কনানা খঙনি নহানগী নুমিৎতু অমুক হল্লকলবদি। পোমলিঙৈদদি ফৈ শাৎপা হৌবক্লবা কান্দদি অঙাওবা নুংশিত্তু য়াম্না কি।

ইমোচা : হঞ্জিনলক্কদবা পুন্সি ওইরবদি হয়েংগী আশা তৌকবগী কবি কান্নবি। নহানগী ৱারীদু হয়েংগা য়াম খেন্ননি। ঐ হয়েংগী কবি খল্লি খঙব্রা ?

সনাতোম্বী : করি ?

ইমোচা : অশংবা লবুক মযাদা ইবানিগী চিক্লবা পুক্সি অমা। নুংথিলদা ঐনা লবুক্তা লৌরাং শুগনি নঙনা লৌবীদা ফল্লগা চম্প্রা মেৎকনি।

সনাতোম্বী : ঐদি মোরোক চাগল্লি, নঙ মোবোক খবদি শাবা তাই।

ইমোচা : শাজসনু। ঐনা মোরোক শাবদা নঙনা পুখ্রি তম্না লৌরীদা চেনবদুনা হেন্না নুংঙাইনি।

সনাতোম্বী : চেনবীরনি হাই।

ইমোচা : অদুদগীদি মথংগী য়েন্নীংথাদদি নঙগী নতমবাক্তা ইচানুপা অমা উগনি। (সনাতোম্বী ইকাই। মমায় খুমজিল্লি মখূৎনা।)
সিদসু নত্তে। শুমাং ময়াগী হৈখা মখোঙদা নঙনা নুংথিল অমা, চেৎহি মনম চুরবা নশম ময়ামদু কংহনগনি। তুংলোমদগী ঐ চঙলক্কনি ঐদি তুমিন্না লাক্কনি। নঙ খঙলোই। তুংলোমদগী ঐনা নঙবু ঐগী পাম্বোম অনিসিনা...।

সনাতোম্বী : খিৎ তোকও।

ইমোচা : নত্তে সিবু ওইথোকওইদ্রা... সিবু ওইথোকওইদ্রো ?
(শাজৌ হৌগৎলকই, লোক খুনা খুনা। অনীদু ৱারী লেপখি। তুমীন তুমীন লৈনৈ। শাজৌ লোক খুরকই। লৈদুনা য়েংই, অনীদু উই।)

সনাতোম্বী : ঐ লোইবক্লগে, ঙাইহাক্তং ফন্নম্মু।
(ইমোচা লেপ্পী। মোরা পী)
সে সিদা ফম্মু। য়ূমদগী কবিসু পুবক্কে। পোৎ য়োম্বা ঙহাক্তংগী ৱানি, মীকুপ অনীদা লোইনি। সে ঙাইহাক ফম্মু।
(ইমোচা ফমই। সনাতোম্বী চঙখি)

শাজৌ : হৈ! বাঁশি খোংবা নঙনা হেক্তা চঙলকপা য়াবা ইমুংলা সে। নঙ কন্নানা লাকউ হায়। ...নঙনা ফমলিবসি কনাগী ইমুংনো নঙ খঙব্রা ? অঙাং নঙ মী যাম্না উশিক্ত্রে। নঙগীসে ঐবু উশিংত্রিবা হায়দুরা ?

ইমোচা · ঐনা কবম্না অকায়বা...

শাজৌ কায়বা হায়ববু নঙনা ইমুংদা চঙলকইসিনি। হৈ! অঙাং পেতৱা! ঐ হান্নগী শাজৌনিনহে। নঙ ঐবু কাউরব্রা। ঐ হান্নগী ঐদু সুম ওইবি। নঙনা হান্নগী নঙদু ওইদ্রে সিরো। চৎলো। ঐ ফজনা হায়বীসিনি নঙ চৎলো। নঙগী নশক্তু য়েংনীংদে।

ইমোচা : ঐ চৎচবনি।

শাজৌ : অঙাং নঙ মী কিদ্রে। ঐ নঙবু মতূপ মতূপ ককথৎপা ঙমই। অদুবু নঙ অঙাংনি, নঙগা মান্ননীংদে চৎলো। হায়, চৎলো হায়রগা।
(ইমোচা হৌগৎলি চপ লেপ্পী। সনাতোম্বী থোরকই, ফি ময়োম পাযবকই)

সনাতোম্বী : (শাজৌদা)
য়ূমসিদগী ঐ কবিসু পুদে। পুসু পুনীংদে। মফমসিগী পোৎ খুদিংমক ঐগী থৱায়না য়াবা অমত্তা য়াওদে।

শাজৌ : নঙ কদায়দনো ?

সনাতোম্বী : নুপা ময়ুমদা। লোয়ারমদা।

শাজৌ : নঙনা ঙাঙলিবদো য়াম্না খুদোংথীনিংঙাইনি। ঐনা নীংথিনা হায়বী-নঙ চৎখিনু। ঐ খ্বাইদগী তমথিবা মীনি। থম্মু। পোৎয়োমদু থম্মু।

(লোক খূই। ঙাইহাক তুমীন লৈ)
হাই বাঁশি খোংবা অঙাং, নঙ মাবু পুখিনু। ঐনা হায়বীবসিনি নঙ মাবু পুখিবা য়ারোই। শিবা চঙবা মশান্না অসিদা য়াওগনু, চৎলো নঙ চৎলো।
(তুমীন লৈ)
ও! নঙ লম য়াম হেন্দৌরী। কনামত্তা লেঙবা য়ারোই। ঐবু খণ্ডদমান্নে মসি...
(হৌগৎলকই ফমুংদগী তুশিল্লি মখোঙ নাম্মা লৈবাক্তা। অনিদু তুমীন লৈ। শীৎনা শীৎনা চৎলি অদুগা লাপতক লৈবা থাঙজৌ লৌই।)
*ঐবু খণ্ডদ্রিয়ে। ঐ মায়থীবা য়াদে...। ঐ মায়থীবা য়াদে।*
(থাঙজৌ ফংবগা হৌগৎকে তৌই, তুশিল্লি)

**সনাতোম্বী :** নঙ শানি। নঙোন্দা হিংমিন্নবগী রাখল লৈতে। ঐগীসু হিংনিংবা থরায় অমদি লৈ। নঙনা ঐবু অহিংবগুম খন্দে। শা পুম্নমক্কগীসু হেন্না তোল্লবা শানি নঙ। নঙোন্দা হিংমিন্নবগী রাখল লৈতে।

**শাজৌ :** হিংমিন্নবা। (নোকই)
নঙ নুপীনি, নঙ শোননি অদুনা নঙ হিংমিন্নবা পামই। মতম অমদা ঐ অঙাংনি, শোল্লমই... ঐ হিংমিন্নবা পাল্লমই। কনাসু হিংমিন্নবা পামদে। লৈকায়সি কনামত্তা হিংমিন্নবা পামদে। পীক্রিবা অঙাং *মচাদুদা খোংঙুপ লংশিল্লি। হৌজিক্লা ঐ শা...। ঐ মখোয়গী মীনাই* নত্তে। ঐ লৈকায়সিগী মখা পোন্দে...। মখোযনা ওল্লিবা খূদিং ঐ ওনগদবা নত্তে। ঐঙোন্দা খোংঙুপ লংখিবা মখূৎশিংদু অমতা লেপ্লা থারোই। মখূৎশিংদু লোইনা কক্কনি... (হিংচাবগুম থাঙজৌ পায়রগা হৌগৎলি, চৎপা ঙমদে তুশিল্লি। সনাতোম্বী তুমীন্না য়েংদুনা লৈ। থাঙজৌদু লাপ্পা তাখ্রে)

**ইমোচা :** চৎসি। থেঙলগা নুংঙাইবোই।
(তাদে। মশা পায়রগা)
চৎসি সনাতোম্বী।

**শাজৌ :** হাই বাঁশি খোংবা। নঙ মাবু পুবা য়ারোই। হায়বীগে অঙাং ঐগী খূৎতগী নঙ নাছোকপা শুকঙম ঙমলোই। নোংমা নক্ত্রগা নোংমা ঐগী খয়াৎতা তাগনি। নথরায় মাঙনীংদ্রবদি মাবু থনম্মু।

ইমোচা : চৎসি... সে চৎসি... মমত্তগা নুংঙাইরোই ।
(সনাতোম্বী হাইফেৎ চৎপা হৌই)

শাজৌ : (শীৎলগা তান্নরকই । মথব্বায় শোকই)
সনাতোম্বী নঙ চৎখিনু... নঙ চৎখিনু । লৈকায়সিনা ঐবু শোয়দনা হাৎখিনি । শোয়দনা হাৎখিনি । ঐগী কনাসু লৈতে । নঙ চৎখিনু । মখোয়না ঐবু মৈনুংদা হিংনা লংশিনগনি..., ইখোঙ ইখূৎ ককথৎকনি... । নঙ চৎখিনু সনাতোম্বী, নঙ চৎখিনু, নঙনা ঐগী থব্বায় কল্লু... । ঐগী থব্বায় কল্লু, ঐবু কনবীনবা কনাসু লৈতে... । নঙ চৎখিনু ।
(শীৎনা শীৎনা তান্নে)

সনাতোম্বী : শাদি অদুম্না শি ।
(অনীদু চৎখি । নুংশিরবা বাঁশি খোঞ্জেল অমগা লোয়ননা)

শাজৌ : চৎখিনু... সনাতোম্বী নঙ চৎখিনু... ঐ হিংনিংলি, ঐ হিংনিংলি... নঙ চৎখিনু... ।

(কপ্পা কপ্পা কাংথোম্দগী তাদুনা ফমই । মৈ মমথরকই, মুশি মুশিবা মৈঙাম্দা শাজৌ নাহেরি । মনুংদগী ময়াম লাওই । "লৈকায় লৈকায় য়ুম মৈ থাবা হাৎলো, য়ুম মৈ থাবা হাৎলো । হাৎলো, হাৎলো, ফুরো, ফুরো ।" শাজৌ নাকোং মেনশিল্লি খঙহৌদনা চৈনা অমা ফংবগুম লাউবকই - "ঐবু হাৎকনু, ঐবু হাৎকনু" কোইয়েং য়েংই কনাসু উদে । ভাইহাক পোথাই, মনুংদগী অমুক নোক্লকই । ময়াম্না হৌনা হৌনা নোকই । শাজৌ খাঙবা ঙমদে । চৈনা ফংলবগুম খংলাউ লাউরকই । "ঐঙোম্দা নোক্কনু, ঐঙোম্দা নোক্কনু" ভাইহাক অমুক পোথাই । মনুংদগী অমুক লাউরকই - "ঐগী খূৎ ককখিবা মখূৎসি ককথৎসি । ককথৎসে । ককথৎসে । ঐগী খোঙ ককখিবগুম মাগী মখোঙসি ককথৎসি ।" শাজৌ অঙাওবগুম কিনা লাউই... কিনা য়েংই, মখোঙ মখূৎতু ককথৎপ্রব্রা পায়দুনা য়েংই । লাউই - "ঐগী খূৎ কক্কনু, খোঙ কক্কনু, লৈকায় মচাশা ঐবু হাৎকনু... ।" লোক খুরকই । কিনা য়েংই । কোইয়েং য়েংই, খোঙনাওদা কনানোমা উই)

শাজৌ : কনানো ? হায় কনানো ? অদুদা লেপলিবদু কনানো ? ও ! নঙ ওইরে (লোক খূই)
হায় নঙবু তা তোমালগী মচা নক্রো লাউ... সিদা লাউ আ শগাইদগী

হিদাকসি ঐঙোন্দা পীরুলাউ। লাউ... । ...হায় চেনখিনুনহে। করিগী চেল্লিনো। লাউনে হিদাকসি পীরুলাউনে। হাই... হাই... ঙাইখোনহে...।
(লোক খুই। মনুংদগী ময়াম হৌনা হৌনা নোকই। শাজৌ নাকোঙ মেল্লি লোয়ননা ৱাছখি। নীংবা কায়বা অৱাবা যন্ত্র তাই। ঙাইহাক লৈরগা সনাতোম্বী চেল্লকই। শাজৌবু উবদা চপ লেপই, ইমোচা সনাতোম্বীবু তান্নরকপনা মফমদু য়ৌরক্নে। অনীদু য়েংনৈ।)

**ইমোচা :** কৈদৌরে। করি অমুক ৱাৎহৌবে?
(সনাতোম্বী খুমদে)
নত্তে নঙ করি তৌবে?

**সনাতোম্বী :** ঐ চৎলরোই ইমোচা
(তুমীন লৈ ইমোচা)
ঐবু ৱারৌনু ঐ সুম লৈহৌরগে।

**ইমোচা :** করিগী ঐঙোন্দা আশা পীরমলি। অহানবা নুমিত্তুদা ঐবু তানথোকপীরম্বনা ফৈ। নহাক অসুক তমথীরক্কনি হায়বসি ঐ খল্লমদে। নঙবু নুংশিরুবনা নঙনা অসুক তমথীরক্কনি থাজরুদে। মফমসিদা থম্মোয়গী চৈনাসি খঙবীগদবা কনাসু লৈতে। ঐ চৎপা তাই। কদায়দনো অমদি চৎপা তাই। কয়া লাপ্না লাকপা ঐনা, হনখিবদা কৈনোমদি পুখিনি খল্লম্বনি, নঙগী নাচোমদো ঐগীদমক শাখিবনি, ঐগীদমক শেমখিবনি। হনখিবদা নাচোমদো ঐনা পুখিনি। ফরে, কদাইদনো অমদি চৎলনি, কৈনোমদি পুরনি। তিংখং, নাচোমদুগী তিংখং নত্তুগা মৈচাক, থম্মোয়সিগী মৈচাক। মতুংসিদা কনাদা করিসু নিররোই। অসুক তমথীবা চৈনা, ইস! মসিদি ঐ থাজরুদে।
(তুমীন তুমীন লৈ)
অরোইবা ওইনা অমুক্কা হায়রি চৎসি। চৎসি সনাতোম্বী।

**সনাতোম্বী :** ঐবু ৱারৌনু, ঐ লৈহৌরগে।
(শাজৌ ৱারীদু তায়। ইমোচা তপ্না তপ্না থোকখি। সনাতোম্বী য়েংদুনা লৈহৌই। ঙাইহাক লৈরগা শাজৌবু তপ্না হৌগৎপী। ফমুংদা

ফমহল্লি। থোঙনাওদা উই )
হাই কনাগী অঙাংশিংনো ? নপাগী ইংখোলদা হৌবা লৈহাউরা মদো।
হাই কুমথৌ কুমথৌ... । কনা মত্তনা মপু তাকতনা লৈহাউ হেকপা
য়ারোই। হাই কুমথৌনে... ।

শাজৌ : অঙাংনা হেকপবু কৈদৌগে খবা হেকচসনু।
(সনাতোম্বী হিদাক পুবকই। ঈশিং গ্লাস অমগা। শাজৌদা পী)

সনাতোম্বী : সে! হিদাক চাশিল্লু।
(শাজৌ পাক লৌদে। মমীৎতা পি তাই। মাবু মুন্না য়েংই। গ্লাসতু
তপ্না পায়বগা লোয়ননা মৈ মুৎথবকই তপ্না তপ্না) ❑

-ঃ লোইববা ঃ-

hoped the thief will take away his sword. Khundrakpam Brajachand's characters confront the irony of destiny in various ways. His metaphors reveal, parallel to the surrealistic plots, an undercurrent of notions concerning the dilemma of human existence

This book encompasses six most recent plays written by Khudrakpam Brajachand From the profound to the prosaic, these plays reveal his ability to satirically represent the truth with marvelous metaphors, and a surprisingly sharp sense of humour

